**মণিপুরী শাস্ত্রো নৈনবা**

অইবী লোইতোংবম বীরজিতা দেবী



**অকোনবা** ঃ ডা. নিংথৌজম বিনো সিংহ
পেলেস কম্পাগু, ইম্ফাল।

**শুথনম** ঃ অহানবা , ইং ২০০৭ (সেপ্টেম্বর)

**কোপি** ঃ ১০০০ (লিশিং অমা)

**মমল** ঃ লুপা ১৭৫/-

**মখুম** ঃ রোবিন বাহেংবম






**লাইরিক ফংফম** ঃ অইবীগী য়ুম
পেলেস কম্পাউণ্ড, নিয়ার মচা লৈমা, ইম্ফাল, মণিপুর
অমসুং মণিপুরগী লাইরিক য়োনফম দুকানশিং।

নম্ফম লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

# কৎচবা

কোবৌ নোঙ্গাথ্রবা
বোবোক পুবোক
অনিগী
নফমদা কৎচরি
নশুনা
লৎনবিরোই খন।

# ৱাহৈ খরা

তরামাপলশুবা চহীচাদগী ফোকলোর হায়বসি বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংদগী নৈনবা হৌরকখিবগা লোয়ননা ফোকলোরগী তোঙান তোঙানবা শক্তোনশিংবু বৈজ্ঞানিক ওইনা খোমজিনবা অমদি নৈনবদা স্কোলারশিংনা অকুপ্পা মীৎয়েং থম্লক্লি। মীওই কাঙলুপশিংগী পুন্সিরোলগা লোয়নদুনা লাকপা ফোকলোরনা য়ুনিভরসিটিগী থাক্তা একাদেমিক দিসিপ্লিন অমা ওইনা ইহান হান্না তম্বা হৌরকখিবদি অমেরিকাগী ইন্দিয়ানা য়ুনিভরসিটিদা ইং ১৯৬৩ দনি। অসিগুম্বা একামেদিক দিসিপ্লিন অমা ওইরকখিবা ফোকলোর, ভারত্তসু পংকুই কুইথদনা কুনশুবা চহীচাগী সেভেনটিসতা য়ৌরক্লুনা ভারতকী তোঙান তোঙানবা ইন্সটিটিউসন অমসুং য়ুনিভরসিটিশিংদা ফোকলোর তম্বা অমদি রির্সাচকী প্রোগ্রাম পায়খৎনরকখি। মণিপুরদসু মণিপুর য়ুনিভরসিটিদা কুনশুবা চহিচাগী শোক ১৯৮০ অদুৱাইদগী ফোকলোর তম্বা অমদি রির্সাচকী খোঙথাং কন্না চঙশিল্লকখি। অসুন্না একাদেমিক দিসিপ্লিন অমা ওইনা তন্নরকপা অমদি রির্সাচকী চঙশিল্লকপা খোঙথাং অসিগী মহৈ অমনি, লোইতোংবম বীরজিতা দেবীগী "মণিপুরী পাউরৌ নৈনবা" হায়বা লাইরিক অসি।

লাইরিক অসিদা বীরজিতানা মণিপুরী পাউরৌগী মরমদা নৈনরিবা মীৎয়েংশিং অসি ফোকলোর রিসার্চকী অনৌবা পান্দমদা য়ুম্ফম ওইরগা পুখোরকপনি। অহানবমক্তদা পাউরৌ হায়বসি মীয়াম্না ইখঙ খঙনবা অয়ুক নুমিদাংগী পুন্সিদা শীজিন্নবা ওইরবসু পাউরৌ করিনো হায়বগী মতাংদা স্কোলার অমদি ফোকলোরিষ্ট কয়াগী মীৎয়েং পুশিল্লক্তুনা ফোকলোর নৈনবদা হেন্না সাইন্তিফিক ওইবা স্ত্রকচরেলিজমগী ৱাফম ফাওবা পুশিল্লক্লি। মসিনা অপাবশিংদা পাউরৌবু খঙহনবদা ময়েক শেংহনগনি। মথংগী পন্দুপতা "মণিপুরী পাউরৌ ঃ লোয়নরিবা ৱাখললোন" হায়রিবসিমক য়াম্না মরু ওইবা ঐখোয়গী সমাজদা শীজিন্নরিবা পাউরৌগী মফম মতম (Context) গা লোয়ননা লৈরিবা নুংগী ওইবা ৱাখললোনশিং অদু পুখোকপনি। মসিমক ঙসিগী ফোকলোর নৈনবদা মরী য়াম্না লৈনরিবা 'Contextual theory' গী পাম্বৈনা ঐখোয়গী সমাজদা হায়ন শক্লরিবা পাউরৌশিং অসিগী শীজিন্নরিবা

মফম মতম অদুগা লোয়ননা পাউরৌশিং অসিনা পীনিংলিবা পাউজেলশিং অদুগী কলচরেল মিনিং অদু পুথোক্লবা হোৎনবনি।

অতোপ্পা "মণিপুরী লোক সাহিত্য অমসুং পাউরৌ" হায়রিবা পন্দুপ অসিদসু মণিপুরী লোক সাহিত্যগী মচলশিং খণ্ডদোকপগা লোয়ননা মচলশিং অদুগা পাউরৌগা ইরোইতা লোয়নদুনা লৈবগী মশক অদুসু পুথোক্লি। অসিগীসু মথক্তা লোক সাহিত্যগী মচলশিং মিথ, লেজন্দ, ফুঙ্গাৱারী, ফোক এপিক, বেলেদ, ফোক সোংনচিংবশিং অসিগী ফজবা ৱাহৈ ৱাতা অমদি অৱাংবা গুণ হেনগৎহনবদা পাউরৌনা ওইরি হায়বগী ৱাফমসু নৈনরি। লাইরিক অসিগী "সমাজদা মণিপুরী পাউরৌগী থৌদাং" হায়বসিদা মণিপুরী সমজাদা পাউরৌনা পীরিবা কান্নবা নৎত্রগা থৌদাংবু মশক তাক্লবা হোৎনবদা উইলিয়ম আর বেসকোমগী ফোকলোরগী থৌদাংগী মীৎয়েংদা পাদম থম্লগা নৈনবনি। মীওই কাঙলুপ অমগী ফোকলোরগী তোঙান তোঙানবা মচাকশিংনা সমাজদা লৌবা তোঙানবা থৌদাংশিং অদু পাউরৌদা পানশিল্লগা পুথোকপনি। থোইদোক হেন্দোক্না মণিপুরী পাউরৌনা সমাজগী মীওইশিংবু অফবা, অচুম্বা লম্বীদা লমজিং লমতাকপা অমসুং পুক্নিং ৱাখলবু ফাজিন পুনশিনবগী য়াম্না মরু ওইবা থৌদাং অমা লৌরি হায়বসি পাউরৌ কয়ানা খুদম ওইরগা নৈনদুনা পুথোক্লিবা অসিমক অনৌবা রির্সাচকী মীৎয়েংনি।

মথং তারকপদা "মণিপুরী সাহিত্যদা পাউরৌ" হায়রিবসিদসু মণিপুরী সাহিত্যদা পাউরৌ হায়বসি কয়া য়াম্না মরু ওইবগে অমসুং অইবশিংনা সাহিত্যদা পাউরৌ করন্না শীজিন্নবিবগে হায়বনচিংবদা অকুপ্পা মীৎয়েং থম্লগা পাউরৌগা সাহিত্যগা লৈনবা মরী অমা উৎপনি। বীরজিতাগী লাইরিক অসিদা হেন্না নৌনা থোক্কদবা রিসার্চকী খোংথাং অমা ওইনা য়াওরিবদি ফোকলোরিস্তশিংগী ৱাখল মীৎয়েং চিংশিল্লগা পাউরৌবু মখল খায়দুনা অনৌবা চাংয়েং তৌবা অসিনি।

অরোইবদা লোইতোংবম বীরজিতাগী "মণিপুরী পাউরৌ নৈনবা" হায়বা লাইরিক অসি পাউরৌবু অনৌবা ফোকলোর বিজ্ঞানগী তোঙানবা মীৎয়েংশিং পুশিল্লক্লগা কুপ্পা নৈনরবা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসিনা লমদমসিগী ফোকলোর পামজবশিংদা অনৌবা মঙাল অমা পিবগা লোয়ননা তুংদা লাক্কদবা রির্সাচারশিংদা কান্নবা মচাক কয়া শোয়দনা পিরগনি।

ইম্ফাল

তাং ৬/৯/২০০৭ ইং

প্রোঃ এস. সনাতোম্বী

# থাগৎ ৱারোল

অহানবমক্তদা লাইরিক অসিবু মপুং ফান্নবা হোৎনবদা অচৌবা ঈথিল পীবিদুনা মতেং পাংবিরকখিবী মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী, মণিপুরী দিপার্টমেন্টকী ওজা ডা. এস, সনাতোম্বী, প্রোফেসরগী মফমদা শীংঙম্লরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরে। লাইরিক অসিগা মরি লৈনবা কয়া তান্নজরুবদা হরাও-হরাও তাকপিরকখিবা দিপার্টমেন্ট অসিগী ওজাশিং অমদি ইচে একাশিনি, প্রিন্সিপাল, নাওরেম বীরহরি কলেজ খুন্দ্রাকপমগী মফমদসু ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা থাগৎচবি। তাংলবা, ফংবদা ৱাববা মবি লৈনবা লাইরিক কয়াবু ফংহনবীখিবা পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহবুসু নোল্লুকপগা লোয়ননা থাগৎচরি। মণিপুরগী তোঙান তোঙানবা মফম কয়াদা চৎতুনা মণিপুরী পাউরৌগী মবমদা হংজরুবদা মশাগী অচিনবা মতম কয়াবু কাইথোক্তুনা থৱাই য়াওনা, হরাও হরাওনা তাকপিরকখিবা অমদি তাকপিবকখিবীগী মফমদসু ইকোক নোঞ্জরি। লাইবিকসিগী বনানগী মতাংদা অচিনবা মতম কয়াবু কায়থোকপিদুনা হোৎনবিবকখিবা মরুপ বিরেন্দ্রজীৎ নাওরেমগী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। লোয়ননা লাইরিক অসিগী কোভরগী দিজাইন তৌবিরকখিবা রোবিন ৱাহেংবমগী মফমদসু হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিরিবা লময়ানবা প্রিন্টর্সকী ইচিন-ইনাও পূম্নমকপুসু থাগৎচবা ফোঙদোকচরি।

ইম্ফাল

তাং ৪/৯/২০০৭ ইং

**অইবী**

# ৱাহৌদোক

মণিপুরী সমাজদা থাইনঙেদগী চীঙ্খাং য়েনা চত্থরক্লিবা লোক সাহিত্যগী মচাকশিংগী মনুংদা পাউরৌসু অমনি। লোক সাহিত্যগী চাউরবা লনগৈ ওইদুনা লাক্লবা পাউরৌনা অঙনবা মতমদগী হৌনা চীঙ্খাং য়েনা শীজিন্নদুনা লাকপনা হৌজিক্কী চাউখৎলবা লাইরিক লাইশুগী মঙাল ফংলবা মতমসি ফাওবদা মফম চাউনা কন্দুনা লৈরি। পাউরৌ হায়বসি মীওই কাঙলুপশিংগী তৎন-থান্দনা চীঙ্খাংদা চত্থরক্লিবা ফোকলোরগী মচাকশিংগী শরুক অমা ওইনা থংথদুনা লাকপা অতৈনবা ৱাঙাংশিংনি হায়বগী মতাংদা Cervantes কী ৱাফম্বু এলান দন্দিজনা *এনা লাইতিক এসেজ ইন ফোকলোরদা* "Short sentences drawn from long experience" (Dundes, 1975:116) হায়না ফোঙদোকই।

পাউরৌ হায়বসি মতম অয়াম্বদা নুংগী ৱাখলল্লোন অমা লোয়নদুনা লৈ। মপাম্লোংদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈশিং অদুনা অমা অদুগা ৱাহৈশিং অদুগী মনুংদা ফজরবা ৱাখল্লোন অমসু ফুমদুনা থম্মী। পাউরৌশিং অসি অয়াম্বনা তেনতক্না মশানা মপুং ফাজরবা ৱাহৈ পরেং ওইদুনা নৎত্রগা ৱাহৈ পরেং অমগী মচেৎ অমা ওইনা মীরোল অমদগী মীরোল অমদা মথং মথং থংথদুনা লাকলি। পাউরৌগা পাউখোংগা অনীমক্তা মখোয় মখোয়না হায়নিংলিবা ৱাফমশিং অদুবু লোৎশিন্দুনা থম্বগী মান্নবা মশক অমা লৈ। পাউরৌনা পীরিবা পাউজেল অসি মতম অয়াম্বদা মীওইবা সমাজদা চুমদুনা লৈরগদবা ৱাফমনি। পাউরৌ হায়বসি অয়ুক নুমিদাংদা অহন ওইবশিংনা মচা-মশুশিংবু ৱারক ৱাতেম্বদা, চহি লেংগা মান্নবশিংগী মরক্তা নৎত্রগা মী অমগা অমগগী মরক্তা ৱারী ৱাতাই শাবদসু হৈশিংনা শীজিন্নৈ। অসুম্না অয়ুক নুমিদাংগী পুন্সিদা শীজিন্নবা ওইবনিনা পাউরৌ হায়বসি ইরাই লাইনা খঙবা ওম্বা ৱাহৈ ৱাতাদা ফোংদোক্লে। শম্না হায়রবদা পাউরৌ হায়বসি সমাজ অমগী মীওই কাঙলুপ অমগী চৎনরোলগা লাপথোক্লবা য়াদনা শাগোল্লরক্লিবনি। মসিগী মতাংদা তোঙান তোঙানবা স্কোলারশিংনা পীরম্বা মোৎ খরা লৌখৎতুনা য়েংবা য়াই। অহানবদা ফোকলোরগী

মমিং চৎলবা লাইরিক *স্টৈন্দর্দ ডিকসন্যারি ওফ ফোকলোর মিথোলোজি এন্দ লেজেন্দ*দা পাউরৌগী সংজ্ঞাগী মতাংদা পীরম্বা ৱাফম খরা মখাদা লৌখৎলি —

> A proverb is a terse didactic statement that is current in tradition or, as an epigram says, "the wi sdom of many and the wit of one". It ordinarily suggests a course of action or passes a judgement on a situation.
>
> (Maria Leach, 2nd rpt, 1984:902)

পাউরৌ হায়বসি নীংথিনা শেন্নবা অতেনবা মঙালগী মশক য়াওরবা অর্থ পুবা ৱাহৈ কাংলুপ অমনি। মী অমনা করিগুম্বা মতাং অমদা ইহান হান্না শীজিন্নখিবা ওইরবসু পাউরৌশিং অসি মখোয় মখোয়না হিংলিবা সমাজ অদুনদি য়ানরবা ৱাহাই ঙাক্তনি। পাউরৌ পুন্নমক অতেনবা ৱাঙাংদা করিগুম্বা থবক থৌরম, মী নত্রগা সমাজদুদা লৈরিবা পোৎ-চৈদা পান্দুনা ফোংদোকপা ৱাহৈশিংনি। মরম অদুনা পাউরৌ হায়বসি মীওই কাংলুপকী চৎনরোলদা মীরোল কয়াদগী লীশাং শীৎনা চত্থরক্লবা লৌশিং ময়াম্না তাশিল্লগা লেঙদনা লৈরবা অচুম্বা লৌশীংগী মশক অমনি হায়বা য়াই। খুদম ওইনা মণিপুরী পাউরৌ খরদং পীজরি —

(১) থন্দবা চফু মখোল হৌই।

(২) লৌশিংনা শামু ফাই।

(৩) শগোল মমাঙ পুনজাউ পুবী নুংশিৎ মাইরম লশিং কাপ্পী।

(৪) চরাংনা তা মতোন্দা তোংলগা ক্বাক্বা মথি চিংলি।

(৫) শারিঙৈদা য়েহৌ।

পীরিবা পাউরৌশিং অসিদগী পাউরৌ অমা হায়বসি ৱাহৈ খরদংনা শাবা তেনতকপা ৱাহৈ পরেং অমগী মশক্তা লৈ হায়বদু খঙবা ঙম্মী। ৱাহৈ অনীদগী হৌরগা অহুম, মরী, মঙা, তরুক, তরেৎ, নিপালনা শাবা ৱাহৈ পরেং ফাওবা মণিপুরী পাউরৌশিংদা উবা ফংই। অদুবু অতেনবা ৱাহৈশিং অসি মচং ওইনা তাশিনদুনা শেমখ্রবা ৱাহৈ ওইবনা নুঙগী ৱাখল্লোন অদুদি শন্দোক্লা নৈনবা য়াই। খুদম ওইনা "শারিঙৈদা য়েহৌ" হায়বসি য়াম্না তোইনা হায়নবা মৈতৈ পাউরৌ অমনি। পাউরৌ অসিমক্কী মপাঙ্গোংগী ওইবা, ৱাফমদি য়োৎপু মৈদা ইকতুনা শাহনবা মতমদা শারিঙৈদা য়েহৌরবদি শেমনিংবা মওংদা শেম্বা য়াই। অদুগুম্না পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা

ৱাখল্লোনদি ঃ করিগুম্বা থবক থৌরম অমা তৌবা মতমদা য়েথোক্নুনা মতম শাংথনা থম্বগী মহুৎতা খুদক খুদক্তা তৌহৌরবদি তৌগে নিংলিবা থবক অদু মায়পাকপা ঙমগনি হায়বসিনি। মতৌ অসুন্না পাউরৌ হায়বসিদা সমাজগী মীওইশিংগী পুন্সিগী কান্নরবা মচাকশিং য়াওবনিনা মীওইবগা মরি লৈনবা থবক থৌরম অমদি সমাজগী অকোয়বদা লৈরিবা পোৎচঞ্জশিংদা পানশিন্নগা হায়নরিবনি। মথংদা রোজর দি, অব্রামস্না পাউরৌগী মরমদা হায়রিবা ৱাফম খরবু মীৎয়েং চিংশিনবা য়াই। মহাক্না পাউরৌবু—

> There are, however, certain remarks that can be made about proverbs in general simply because they are sententious, witty, and used to embody wisdom.

মহাক্না অসুন্না অমুকসু হায়রি —

> Proverbs are nearly always stated in the form of a single sentence.
>
> (Abrahams, 1972:704)

ৱাফমশিং অসিদসু পাউরৌ হায়বসি ৱাহৈ পরেং অমতং ওইবা ৱাখল লৌশিং লৌনিংঙাই ওইবা অতেনবা নীংথিনা শেন্নবা ৱাহৈশিংনি হায়বদু ফোংদোক্রী। *এনসাইক্লোপেদিয়া আমেরিকানা*দা পাউরৌবু —

> "a short, pithy saying, presenting in striking form a well known truth"
>
> (Vol. 22 (c). 1972:704)

হায়না ফোঙদোক্লি। পাউরৌ হায়বসি পৃথিবী অসিদা লৈরিবা মীওই কাংলুপ অয়াম্বগী ফোকলোরদা য়াওবা মীয়ামগী ওইবা ললনি। মথক্তা পীরিবা অসিগা মান্নবা *নিউ স্টেন্দর্দ এনসাইক্লোপেদিয়া* দসু পাউরৌবু— a short, pithy saying that expresses a truth or gives wise advice হায়না পীরি।

অমুকসু মখা তানা ইরি —

> Most popular proverbs have a widespread application, and may reflect experiences or opinions shared by people of many nations and languages.
>
> (Vol. 10 (c) 1981:605)

মথক্কী সংজ্ঞাশিং অসিদা হায়রিবসি পাউরৌ হায়বসি অতেনবা অর্থ য়াম্না লৈবা, তাবদা নুংঙাইবা, কলচর অমদা চুম্মী হায়না লৌনরবা মফোংদোক অদুনি হায়বসি উৎলি। পাউরৌনা বাঙাং অমবু ফজহনবা অমদি মপাঙ্গল পীবতা নত্তনা, জাংলিবা অমসুং তারিবা মীশিংদা মশাগী য়াওজরিবা সাহিত্যগী মচাক অদুনা নুংঙাইবা পী। অসিসু নত্তনা ফোকলোর নৈনবগী মীৎয়েংনা পাকথোক চাউথোরকপগী মতুং ইন্না ১৯৬০ গী মতুংদগীদি ফোক লোর নৈনবদা ষ্ট্রকচরেলিজমগী ঈহৌসি লাকখি। পাউরৌদসু ষ্ট্রকচরেল এনালিসিষ্টা এলান দব্দিজনচিংবনা খুখাবা হৌরকখি। মহাক্কা পাউরৌবু ষ্ট্রকচরদগী নৈনরগা টোপিক অমদি কমেন্ট হায়না শরুক অনী থোক্কা খায়দোক্লগা য়েংলম্মী। পাউরৌশিং অসি ওপোজিসনেল অমদি ননওপোজিসনেল ওইবা মওংদা লৈ হায়বদুসু উৎলম্মী। মহাক্কা পাউরৌবু ষ্ট্রকচরদগী নৈনরগা ষ্ট্রকচরেল ওইবা সংজ্ঞাদা অসুম্না মশক তাক্লম্মী।

> .... the proverb appears to be a traditional propositional statement consisting of at least one descriptive element, a descriptive element consisting of a topic and a comment. This means that proverbs must have at least two words. Proverbs which contain a single descriptive element are nonoppositional Proverbs with two or more descriptive elements may be either oppositional or nonoppositional. (Dundes, 1975:115)

পাউরৌশিং অসিবু খোমজিন্দুনা হীরমসিদা পামজবা অইবা কয়ানা ইশিন্দুনা থম্নীরম্মী। অহানবদা —

১) এ, জে, প্রিমরোজ (A. J. Primrose) না ইবা লাইরিক *মণিপুরী গ্রামার ভোকেবুলরলি এন্দ ফ্রেজ বুক রান টু বিচ আর এদেদ সম মণিপুরী প্রোভাবস এন্দ সেপেসিমেন্স ওফ মণিপুরী কোরেসপোনদেন্স* (Manipuri Grammar Vocabularly and phrase Book I to which are added some Manipuri proveres and specimens of Manipuri Correspondence) হায়রিবা আসামগী সেক্রেটরিয়েট প্রেস (The Assam Secretariat Press) তা শোক ১৮৮৮ দা ফোঙখি। লাইরিক অসিগী লমাই ৯১ দগীনা ৯৫ ফাওবদা পাউরৌ মশিং কুম্থা ইশিন্দুনা থম্লম্মী। পাউরৌশিং অসি চুম্নগী খোমজিল্লগা ইরম্মতনি।

পাউরৌশিং অসি মণিপুরীদা ইরগা ময়েক্কা ইংলিসতা ই। ইংলিসতা পাউরৌশিং অসিবু হন্দোক্লগসু ইরম্মী।

২) রেভ, দব্লিউ পেটিগ্র (Rev. W. Pettigrew) না ইরম্বা লাইরিক *মণিপুরী (মৈতৈ) গ্রামার ৱিট ইলুসট্রেটিভ সেন্টেনসেস* (Manipuri (Meitei) Grammar with Illustrative sentences) এলাহাবাদকী পাইওনর প্রেস (Pioneer Press) তা শোক ১৯১২ দা ফোঙখিবা লাইরিক অসিদসু মণিপুরী পাউরৌ কুন্থা ইশিন্দুনা থম্লম্মী। হায়রিবা পাউরৌশিং অসিসু মৈতৈরোন্দা ইবা অমদি মৈতৈরোলগী ৱাহৈবু ইংলিস ময়েক্তা ইবনি। অদুগা ইংলিসতা পাউরৌশিং অসিবু হন্দোক্লগসু হাপ্লী। লাইরিকসিগী লা ১০৭ তগীনা ১১১ ফাওবা অসিদা পাউরৌশিং অসি য়াওই।

৩) য়ুংখাম চন্দ্রশেখরনা ইবা *পাষ্টে-পাউরৌ* হায়বা লাইরিক অসি ইংশোক ১৯৫৪ দা ফোংলম্বা মণিপুরী পাউরৌগা, প্রমান-পষ্টেগা লোয়নদা ইরম্বা লাইরিকনি।

৪) খ্বাইরাপম চাউবনা ইবা *ছাত্রমচা* হায়বা লাইরিক অসিদা ৱারেং শৈরেং অমদি পাউরৌ-পাউতাক্কা লোয়ননা পুল্লগা ইরম্বনি। অইবা মশামক ওজাগী শিনফম পায়বনিনা ছাত্রশিংদা কান্নরবা ফজরবা পাউতাক কয়া পীননবা ইরম্বা লাইরিক অমনি হায়নিংই। লৌশিনবা য়াবা লৌশিং জ্ঞানগী মশকসু তাক্লবা হোৎনরি লাইরিক অসি ১৯৬২ দা গোভর্ণমেন্ট প্রেস মণিপুর (Govt. Press Manipur) দা ফোঙবনি। লমাই ৭০ পানবা লাইরিকসিদা লাঃ ৫১-৫৬ ফাওবদা পাউরৌ মশীং ৭৯ য়াওরি।

৫) রাজকুমারী তম্ফাসনা দেবীগী *মণিপুরী লোক সাহিত্য* হায়বা লাইরিক অসি ১৯৭৪ ইংদা অহানবা ওইনা ফোঙখি। লাইরিক অসি লমাই ১৯০ পাল্লি মসিগী মনুংদা লমাই ১১৭-১৭৭ ফাওবদা পাউরৌ মশীং চাম্মা (১০০) য়াওই। লাইরিক অসিদা লোক সাহিত্যগী অতৈ মচাকশিংগা লোয়ননা মণিপুরী পাউরৌশিংবুসু নৈনদুনা তাকই।

৬) এ, নিপামচা সিংহনা ইবা *মীতৈগী পাউরৌ পাউতাক অখোম্বা* হায়বসি অহানবা ওইনা ১৯৮১ ইংদা ফোঙখি। হায়রিবা লাইরিক অসিদা পাউরৌ মশীং ৫৬৫ য়াওরি। লাইরিক অসি লমাই ৭৫ পাল্লি। পাউরৌশিং অসিগী নুংগী ওইবা অর্থসু হন্নগা পীরম্মী।

৭) কে, ঐচ, য়াইমা সিংহনা ইবা *মীতৈ পাউরৌ ডিক্সনারী* (ভিকতম -৭৭৭), *মণিপুরী পাউরৌ-পাউতাক* অখোম্বা হায়রিবা লাইরিক অসি অহানবা খূৎনম ওইনা ১৯৮১ ইংদা ফোঙখি। লাইরিক অসিদা পাউরৌ ৬৮১ য়াওরি। লমাইনা ৯০ পাল্লি। পাউরৌশিং অসিগী নুংগী ওইবা অর্থসু হল্লগা পীরম্মী।

৮) শানৌজম অমুবা সিংহনা ইবা *অহল লমন পাউরৌ, প্রমান-পাঙ্গৈ* (অহানবা, অনীশুবা, অহুমশুবা) লাইরিকশিং অসি ১৯৮৫, ১৯৮৬, ১৯৮৭ ইংদা মথংশিংনা ফোঙখি। হায়রিবা অসিপ্রমান-পাঙ্গৈ অমদি পাউরৌ পুন্না য়াওহল্লগা পুথোক্লম্বনি। লাইরিকশিং অসিদা পাউরৌ মশীংশিংদি অহানবগীদা ৬৪০, অনীশুবদা ৫০০ অমদি অহুমশুবদা ৪৯৩ য়াওরি।

৯) সরাংথেম বরমনি সিংহনা ইবা *মৈতৈ পাউরৌ বারী* কৌবা লাইরিক অসিদা বারী পাউরৌ য়াম্খৈ য়াওই। লাইরিক অসি ১৯৯৩ দা অহানবা ওইনা ফোঙখি। ববমনি সিংহগী লাইরিক অসিদা পাউরৌশিং অসি হায়নরকখিবগী মরমগা মরী লৈনবা বারীশিং অদু পীরি।

মতৌ অসুন্না পাউরৌগী মরমদা খোমজিনবগী মওং ওইনা তৌবা য়াম্না কুপথনা নৈনবদি নত্তবা লাইরিক কয়া মতম মতমগী ওইনা খরদি থোরকই। অদুবু ফোকলোর বিজ্ঞানগী মীৎয়েংদগী য়েংলগা পাউরৌবু য়াম্না কুপথনা নৈনবদি হৌজিক ফাওবদা থোইনা নৈত্রি। অসিগুম্বা অৱাৎপা অসিবু খজিক্তং ওইরবসু মেনখৎনবগীদমক্তা লাইরিক অসি লৌখৎচবনি।

লোইতোংবম বীরজিতা দেবী

# য়াওফম তাকপা

# মণিপুরী পাউরৌ ঃ লোয়নরিবা ৰাখল্লোন

খুন্নাই অমদা হায়ন-শক্লরিবা পাউরৌশিং অসি মীরোন কয়াদা চুমদুনা লাক্রবা ৰাখল লৌশিং পোক্লিংঙাই ওইবা ৰাহৈশিংনি। অদুনা য়াম্না তেন্না ফোঙদোক্লিবা পাউরৌগী ৰাহৈশিং অসি ইচম চম্না হেক্তা হায়না-শক্লবা নত্তে। মীওই কাঙলুপশিংনা মীরোল কয়া মথং মথং চত্থরকপদা হন্না হন্না থেংনরুবা থৌদোক থৌরম কয়াদা পানশিন্দুনা শেম্লকপা মচং ওইবা অমসুং অয়াম্বা মতমদা চুম্লবা ৰাহৈশিংনি। অমরোমদা পাউরৌশিং অসি পোৎশক কয়াগা চাংদম্নদুনা মনুং মপান নাইবা অর্থ চেনবা অতেনবা ৰাহৈ খরা ওইনসু উরিবনি। পাউরৌ অমা হায়ন-শক্লরিবা মফম মতম অমদি শীজিন্নফম অদু কুপ্না নৈনরুরগা পাউরৌ অদুগা লোয়নরিবা নুং-পানগী ওইবা ৰাখল্লোন অদু খঙবা ঙম্মী।

পাউরৌগা লোয়নরিবা ৰাখল্লোন নৈনবা মতমদা পাউরৌ অদু করম্বা মতমদা নত্রৎগা মতাংদা হায়ন-শক্লবগে হায়বসিগা লোয়ননা নৈনবা চঙই। ৰাফম অসিগা মরী লৈননা ঙসিগী মমিং লৈরবা ফোকলোরিষ্ট এলান দন্দির্জনা হায়খিবা ৰাফম খরা য়েংবা য়াই।

> ....One needs texts in their contexts. One needs to ask not only for proverbs, and for what counts as a proverb, but also for information as to the other components of the situation in which proverbs are used.[১]

অদুনা ঐখোয়না কলচর অমদা হায়ন-শক্লরিবা পাউরৌ নৈনবা মতমদা পাউরৌ অদুগী কলচরদা লৈরিবা কনতেক্স অদুসু য়াম্না মরুওই। মরম অসিদগী পাউরৌ নৈননবা খোমজিনবা মতমদা পাউরৌ অদুবু হায়ন-শক্লরিবা মফম মতম অমদি কন্নানা কন্নাদা করম্বা মতাংদা হায়নবগে হায়বসিসু শন্দোক্লা পীরবদি পাউরৌ অদুগী শীজিন্নফম

[১] Alan Dundes, *Essays in Folkloristics* (Meerut: Forlklore Institute, 1978) p. 52

মমুদ তানা খঙবা ঙমগনি। অদুবু পাউরৌগী শীজিন্নফম অমদি লোয়নরিবা ৱাখল্লোন অসিদি মীওই কাঙলুপশিংগী খুন্নাইগী চৎনরোলগা মরী য়াম্না লৈনৈ। মরমদি মীওই কাঙলুপশিংনা য়ানরিবা অমসুং চৎনরিবা চৎনরোলশিংগী মশক পাউরৌশিংদা য়াওরি।

পন্দুপ অসিদা উৎননবা হোৎনরিবসি মণিপুরী পাউরৌশিংগী শীজিন্নফম অমদি ঐখোয়গী চৎনরোলদা লৌনরিবা ৱাখল্লোনশিং অদুনি। মণিপুরী সমাজগী ওইনা পাউবৌগী শীজিন্নফম থোইদোক্লা অকরুবা মফম হায়বা অমা নাইদনা নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক নুমিদাংগী পুন্সিদা ঙাংনে-শরুবদা ইরোয়তা লোয়নদুনা লৈ হায়বা য়াই। মণিপুরী পাউরৌগী মথং মথং থংথদুনা লাকপগী মশক্তি চীনহায়দনি। আফ্রিকাগী য়োরুবা খুন্নাইগী চৎনবী নাৎতদি চীনহায় অমসুং তোঙান-তোঙানবা মফম মতমগী মতুং ইন্না য়াইবুং য়েদুনা পাউরৌবু হায়না-শরুবসু লৈ।[২] অসুম্না তোঙান-তোঙানবা খুন্নাইগী চৎনবীগী মতুং ইন্না পাউরৌগী থংথরকপগী মশকসু উবা ফংই।

পাউরৌগা পাউখোংগা নরুবা মরী লৈনরিবসু পাউরৌ অমদি পাউখোংগী শীজিন্নবা মতাং অমসুং হায়ন-শরুবগী খেন্নবা লৈতবদি নত্তে। পাউখোং হায়বসিনা অঙাং ওইরিবা পুঙ্কক চাউরবা চাউরাক্লা চহি ৭/৮ মুক্তগীনা চহি ১২/১৩ মুক শুরবা অঙাংশিংনা চন্নদুনা শান্নৈ। করিগুম্বদা মথক থোংবা মচে-মনেম, মপূ-মবেন, মখুরা নৎত্রগা মন্দোন-নচিংবা অহল ওইবশিংনা অঙাংশিংবু পাউখোং চনবী শান্নদুনা ৱাখল লৌশিং তম্বীনবসু হোৎনৈ। অদুবু পাউরৌ হায়বসিদি অঙাং ওইবশিংনা পাক্লা শীজিন্নবা নত্তে। মরুওইনা পাউরৌদি ইমুংগী অহল ওইবশিংনা মচা-মশুশিংবু ৱারক ৱাতেম্বদা অমদি য়ুম্লিংবগী শিঙ্গোং শিল্লমশিং তাকপদা থিন-থিন্দুনা পাউরৌশিংনা খুদম চাংদম ওইরগা ৱাখল লৌশিং পীননবা হোৎনবনি। অমরোমদা ৱারী ৱাতাই শাবদা, মতাং চাবদা, পাউরৌ থেৎচিন্দুনা ৱাঙাং হৈবা, মীনা তানিংবসু ওইহল্লি। পাউরৌ হায়বসি মচং ওইবা ৱাখল লৌশিং পোক্লিংঙাই ওইবা অতেনবা ৱাহৈ পরেং ওইজরবসু মণিপুরী খুন্নাইদা অঙাং ওইবশিংনদি হেক্তা মফম মতম চানা শীজিন্নবা ঙম্বা নত্তে। মী মীগী ৱাখলনা খঙ্বা ঙম্বগী শক্তি লৈবক্লবা চহি খরা য়াম্লক্লবা মতমদা পাউরৌ শীজিন্নবা তপ্না-তপ্না হৈরকই। খুন্নাই অসিগী ওইবা চৎনরোলশিং অমসুং সমাজগী মীকোক অমমম ওইবদা থৌদাং পুবা ঙম্বা মতিক চাবা মীওই অমমম ওইহন্নবা হোৎনবদা মফম চানা পাউরৌশিংবু শীজিন্নদুনা অহল ওইবশিংনা নহা ওইবশিংবু লমজিং-লমতাকপগী ৱাখল্লোন মণিপুরী পাউরৌশিংদা মরাং কায়না য়াওরি। খোমজিল্লুবা পাউরৌ পুন্নমক্কী ৱাখল্লোন নৈনবদি

[২] *Ibid*, P. 64

চাউমনগদবা ওইব়না পাউরৌ শরতমক লৌখৎতুনা মখোয়গা লোয়নরিবা ৱাখল্লোনবু মখাদা নৈনরি —

১। অঙাংদি নীংথাদা খঙই।

মীওইব়না তাইবঙ মালেমদা খোঙদারকপা মতমদা অঙাং ওইনা মমাগী গর্ভনুংদগী তাইবঙপান্দা ফাওরকই। অঙাং অমনা পোক্লকপা মতমদগী হৌনা হয়েং মানা মপুঙ মৱে ফারবা মতমদা ওইগাদবা মশাগী ফিরেপকী মওং-মতৌ অদু অঙাংপিশক ওইরিঙৈ মতমদগী খঙবা ঙম্মী হায়বসি পাউরৌ অসিনা প্রমান ওইবা মওংদা ফোঙদোকপনি। পীক্লিবা অঙাং অমনা ঙাংথোক-শক্তোরকপা অমদি মানা তৌথোরকপা মওং-মতৌ কয়াবু য়েংলগা অঙাং অদুনা চাউরক্লগা ফগনি, ফরোই নৎত্রগা মহে-মশিং হৈগনি নৎত্রগা হৈরোই হায়বনচিংবসি অহন ওইবশিংনা হায়নৈ।

পীক্লিঙৈদো নিংঙাই য়াম্না তৌবা অঙাংবু য়েংলগা অহন-লমন ওইবশিংনা মসিগী অঙাংসি নিংঙাই চাওমল্লি হয়েং চাউরগা মনুং কন্নি, কয়া ফরোইসে হায়বনচিংবসু হায়নৈ। অঙাং অদুনা মবুক-মপাও য়াম্না ফদুনা নিংঙাইকা সুকতৌ তৌদ্রবদি মবুক ফমন্দুনা অঙাংসিনা চাউরগা হয়েং মাগী শরুক থুংহৌদদুনা তোক্লরনি হায়বনচিংবসু অহন ওইবশিংনা হায়নৈ। কনাগুম্বা য়াম্না হৈথোই শীংথোইবা ৱাঙাংহৈবা অঙাং ওইরগনা মসিগী অঙাংসি শোইরোইদৌরি ফদৌরি হায়না হায়নবসু লৈ। মৈতৈগী চৎনবী ওইনা অঙাং অমনা পীক্লিঙৈদো নীংথানা কোল্লগা পম্বা হায়বসি চৎনৈ। পাউরৌ অসিদা অঙাংদি নীংথাদা খঙই হায়রিবসি প্রমানগী মশক ওইনা য়াম্না নৌরিঙৈ অঙাং মচা ওইরিঙৈগী মতমবু খঙহনবনি। অদুগা অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা মা মানা তৌথোরকপা থবক থৌওং অমদি ঙাংথোক-শক্তোক্লকপদগী তুংগী ওইরক্কদবা ফিরেপ্পু খঙই হায়বগী ৱাখল্লোনসু পাউরৌ অসিনা তাক্লি।

২। অঙাংনা মৈ কিদে।

অঙাং হায়বসিদি মখোয়গী মশাদা খন্থবা ঙম্বগী ৱাখল য়াওদ্রিবনা অকি-অখং করিসু খঙদে। মরম অদুনা শাথ্রবা মৈবু করিসু খন্দনা শোকউবা ঙম্মী। খঙদবনা মরম ওইদুনা মৈদুনা মঙোন্দা পোক্কনি হায়বা খন্থহৌদনা মৈবু পায়রুই। অহল-লমন্নদি মৈদুনা পোক্কুনা মৈশা ফংদুনা অৱাবা ওইগনি হায়বা মৈগী গুনবু খঙবা ঙম্বনা, মৈবু পাক হেক্তা শোকউবা ঙমদে, শোকনিংবসু ফাওরুদে। অদুবু অঙাংদুনাদি অহল অদুগুম্না ৱাখল লৌশিং ত্তান তাবা নত্তবনিনা মৈদু তাপ পায়বা ঙম্মী। অদুম্না পায়রুবদা মৈনা

পোক্তুনা অৱাবা ওই। মৈনা পোক্লবা মতমদতা মৈশা ফংদুনা মৈবু কিবদু খঙলকই। মতৌ অসুন্না অফ-ফত্ত মশক খঙদনা করিগুম্বা থবক অমবু নহা ওইবশিংনা পাঙথোক্লবা হোৎনবা মতমদা তৌগদৌরিবা থবক্কুগী অফ-ফত্তগী ফল খঙবা ঙম্বা অহল ওইবশিংনা খাম্বা য়াদনা, নহা ওইবশিংনা থবক্তু তৌরবা মতমদা অসিগুম্বা পাউরৌসি হায়নৈ।

## ৩। অকৃৎপদা লৈতৌই অতোওবদা লৈথোক্লি।

পাউরৌ অসি মণিপুরী সমাজদা য়াম্না তোয়না হায়নদুনা লাক্লবা সমাজসিগী মীওইশিংনসু লায়না খঙবা ঙম্নবা ৱাফম্নি। অকৃৎপা মফমদা অমুকসু লৈবাক তৌথোক্লবদি হেন্না কৃৎথবা হায়বসি শোয়দ্রবনি। অদুগা তোংখৎতুনা লৈরবা নফমদা লৈবাক অমুক থোঙ্গৎলবদি অমুক হেন্না তোংখৎপা মশানা তাবনি। মতৌ অসুন্না লাইরবা মীওইশিংদা হেন্না অৱাবা তাবা অদুগা ইনাক খুনবা মীওইশিংদা হেন্না ইনাক খুন্নবগী খুদোংচাবা ফংবা মতমদা অসিগুম্বা পাউরৌসি হায়নৈ। অসুম্না মরাইবক থীবা মীওইশিংনা হেন্না মরাইবক থীবা থেংনরক্লবা নৎত্রগা কনাগুম্বা মরাইবক ফবা মীওইশিংনা হেন্না মরাইবক ফবা ওইবা মতমদা পাউরৌসি হায়নদুনা অৱাবা অমদি নুংঙাইবা অনীগী মশকপু পাউরৌ অসিনা তাকই।

## ৪। অঙাও চাকচা চাববু অফবরা?

পাউরৌ ওইনা শীজিন্নরিবা ৱাহৈশিং অসিগী মরুমদা ফজরবা ৱাখল্লোন ফুমদুনা পুরি। অহানবদা ৱাহৈশিং অসিবু নৈনদুনা য়েংবা য়াই। মীওইবা হায়বসি সমাজ লিংদুনা কাঙলুপকী ওইবা চৎনবী লিপুনশিংনা ফাজিন পুনশিল্লী। অদুগুম্বা মীওইবা খুন্নাইগী ওইবা চৎন-লোনচৎ কয়াবু মীওইবনা শেমজদুনা ইল্লি। অদুবু অঙাওবা ওইরকপা তারবদি মীওইবগী চৎনবী কয়াগী ৱাংমদা লাক্তুনা তোখায়না তারকই। মানা খল্লিবা অমদি নিংলিব্রা ৱাখলদুদগী হেন্না তোখায়বা অমা মহাক্লা উশিল্লুবা ঙমদে। অদুগুম্বা অঙাওবগী মনুং চল্লবা মীওইশিংনা তৌথোরকপা থবক থনাশিং অসি মওং তানা মফম খঙনা তৌদে। মরমদুনা অঙাওবনা চাবা চাকচা-ইথক্কী মওংসু অফবা ফজবা মওং চাবা ওইবা ঙমদে। য়েংবদা অয়েংবশিংদা নুংঙাইতবা ফাওহনবা য়াওই। অসুম্না জ্ঞান মেন তাদনা চাবা থকপা মওং অসিনসু চারিবা মীদুদসু খুদোংথিবা নংহনবা য়াই। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিনা তৌরিবা মওংগা চপ মান্নদ্রবসু কনাগুম্বা জ্ঞান তারিবা মীওই অমনা করিগুম্বা থবক অমা তৌরকপাদা তৌরিবা থৌওংদু মওং তাদ্রবা, ফজবা ওইদ্রবা মতমদা পাউরৌসি হায়দুনা মানা তৌরিবদু মওং তাদ্রে হায়বদু খঙহল্লি।

## ৫। অঙাও কৌশু চরা নোংখৈন্নে।

মীওইবা সমাজগী চৎন-লোনচৎশিংগী মরক্তগী তোখায়না তারবা অঙাওবশিংনসু মখোয়গী ৱাখলদা তৌনিংবা ইথিল লাক্তুনা য়ৌনা শুরক্লবদি নোংফাদোকসু কান্নবা পী। হায়বদি থবক্তু তৌবদা ফজদবা মওং তাদবা ওইরবসু কান্নবা খরদি ফংহল্লি। মতৌ অসুন্না কনাগুম্বা ইমুং মনুংগী ৱাখল কয়া খন্দবা মীওই অমনা নোংফাদোক ইঙাও ঙাওনা থবক অমা তৌথোরকপদা ইমুংদুগী কান্নে হায়বা ৱাখল্লোন অসিবু পাউরৌ অসিনা পীরি।

## ৬। অঙাওবা ময়ুম পানবিনু, অপঙবা লৌশীং তাক্কনু।

মীওইবনা তাইবঙপানবদা ঈশ্বরনা শেম্বীরকপগী মতুংইন্না খুন্দা-লৈতাদুনা, চাদা-নাউদা শন্দোক্তুনা পুন্সি লেন্নরি। অসিগুম্বা মীওইবা জাতিবু মুৎতনবগীদমক ঈশ্বরগী শিক্ষা মতুংইন্না তাইবঙ মীওইবনা য়ুম পানবগী লম্বেলদা খোঙদাদুনা পুন্সিগী লানফম্বু মায়োক্লদুনা হিংনরি। অসিগুম্বা সমাজগী চৎনবী লিপুনগী মনুংদা লৈদুনা চৎনরিবা মওং অসিবু অঙাওবগী মফমদদি য়ুম্বানবগী শিক্ষা অসি পাঙথোকহন্দবনা অফবা ওই হায়বদু তাকই। অঙাওবদি তাইবঙপানগী চৎন-লোনচৎকী ৱাংমদা লৈশ্রবনিনা তাইবঙগী চৎনরিবা য়ুম্বানলোন অসিদা খোঙদাহল্লুদবনা অফবা ওইগনি। য়ুম্বানবগী লম্বেলদা খোঙদারক্লগা মচা-মশু য়াওরক্লবসু মঙোন্দদি মখোয়গী ফগৎনবগী ৱাখল খনবা ঙম্লোই। মানা থোকপা মানা খঞ্জরিবা ৱাখলদুদা অদুম্মক খন্দুনা লৈখিগনি। মরমদুনা অঙাওবনা য়ুম্বানবগী লম্বেলদা খোঙদারবদি অফবা ওইদদুনা মথোঙ মরম খঙদবা ওই। মাগী মরী-মতা লৈরম্বা তারগসু অঙাওবা মাগীদমক্তা ৱাবতা নক্তনা মাগী নুপী অঙাংগীদমক্তসু অৱাবা পুবা তারকই। মরমশিং অসিনা তাইবঙগী চৎনবীগী ৱাংমদা লৈরবা মঙোন্দদি তাইবঙগী চৎনবী লিপুন্না অমুক পুনশিল্লুবা অফবা অমদি কান্নবা ওইদে হায়বদু তাকই। অপঙবা মীওইশিংদা ফন্নবনি হায়দুনা কান্নরবা লৌশিং কয়া তাক্লবসু কান্নবা ফংবা ওইদে। অফবা ওইনবা লৌশিং তাকপদা অর্থ খঙবা ঙমদবদগী ওন্ন-তৈননা ফত্তবা ওইহন্নবগী মচাক ওইহল্লি।

অসুম্না তাইবঙপানবগী হৌন-লোনচৎতগী তোখায় তারবা মীওইশিংদদি তাইবঙগী চৎনবীনা পুনশিনবিরল্লবসু, পুনশিনবিনবা হোৎনরুরিবা মাদুম অৱাবা ওইগনি, অফবা ওইরোই হায়বা ৱাখল্লোনসি মীওইবা খুন্নাইদা পাউরৌসিনা পাউতাক ওইনা পীরি।

### ৭। অঙাং অমা য়োকপা নাই অমা লৈবা শীথলি।

তাইবঙগী চৎনবী মতুংইন্না মমা মপা ওইবশিংনা মচাবু পীক্রিঙৈদগী চাউনবা য়োক্লকপদা মতম কয়া চঙনা কদাইদা শোয়খিগদগে হায়দুনা য়াম্না ৱানা চেকশিন্না চাউনবা য়োক্লকই। অদুগা অঙাং অদুবু কদাইদা শোয়খিগদগে হায়না ৱানা শেম্নরক্লগা চাউরকপা ঙম্মীবনি। অঙাং অমা য়োক্লকপগী শাংগ্রবা মতম অদুদা শূ-নোমদুনা লন তানবা তারবদি মীনাই অমা লৈবদি হেন্দোক্লা ঙম্মী। অৱাবা কোঙ্গাই খাঙলগা অঙাং অমবু মমা মপা ওইবশিংনা নৎত্রগা অহল-লমন ওইবশিংনা য়োক্লকই হায়বদু পাউরৌ অসিনা উথলি। অঙাং অমা চাউরকপা হায়বসি তরাই তরাইনা হেক্তা চাউরকপা নত্তে, য়াম্না ৱানা মতম চঙনা হোৎনরগা চাউরকপনি হায়বা ৱাখল্লোনবু পাউরৌসিনা তাকই।

### ৮। অঙাং লক্লবা চোপ্পা ফংই অহন লক্লবা কপ্পা ফংই।

অঙাং ওইবশিংবু মথক থোংবশিংনা ঙম্মী হায়দুনা মতাং চাদনা লক্লবিবা মতমদা অঙাং অদুনা শাউনিংবা তাঙ্গা থোক্লবদগী হায়নি হায়রোই খঙদনা ঙাংলকপা ৱাঙাং শাঙাংদুনা নাতে চাদ্রবদি অহলশিং অদু চোপ্পা নংদুনা ইকাইবা ফংই। অদুগা অঙাং ওইবশিংনা মথক থোংবা অহলশিংবু লক্লরুরবদি মথক থোংবা অহন্না ফুবিরক্লুনা কপ্পা ফংই। পাউরৌ অসি কনাগুম্বা অহন অমনা অঙাং অমবু লক্লরুবদা হায়নি হায়রোই খঙদনা হায়দোরকপদা নৎত্রগা অঙাং অমনা অহল অমদা থকসি খাসি খঙদনা লক্লরুবা মতমদা মনাক নকপদা লৈরম্বা অতোপ্পা মীওই অমনা মতাংদুদা হায়নবা পাউরৌনি। তশেংবদি অহন খরা ওইবশিংনা হায়নবা পাউরৌ মখলনি। পাউরৌশিংগী ৱাখল্লোনদি মথক থোংবশিংনসু মখা থাবা অঙাংশিংবু ঙম্মী হায়দুনা মতাং চাদনা লক্লবা তৌরোইদবনি অদুগা মখা থাবা অঙাংশিংনসু মথক থোংবশিংদা থকসি-খাসি নাইদনা লক্লবনচিংবা তৌরোইদবনি অমদি লমচৎ ব্যাবহার খঙনা চৎনগদবনি হায়বা পাউজেলসি পাউরৌ অসিনা পীরি।

### ৯। অচঙবা মীগী ৱা ঙাংনগনু।

পাউরৌ অসিগী ইচম চম্বা মপাম্ভোংগী ওইবা অর্থদি চঙলিবা মীগী মরমদা ৱা ঙাংনগনু হায়বসিনি। অদুবু পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি অসুম্না পীবা য়াই; মীওইবা হায়বসি মশাগীদি কয়া থন্নদনা অতোপ্পগী অফ-ফত্তগী মরমদা ঙাংননিংবা কয়ামসু লৈ। অদুগুম্বা মীৱা ঙাংনবগী চৎনবী অসিনা অসুম হৈনখ্রবদি মীদু অফবা ওইগন্দে। ঙাংনরিবা মীদুনা মসানা তাববসু নুংঙাইত্তবা ওইদুনা মীৱা ঙাংনরিবা মীদুগা

মানা ঙাংনরিবা মী মশাদুগা থেংনবা মতমদসু শাউনবা নুংঙাইনদবা হায়বদু ওইদুনা মীওই অনিদু নুংশিনদবা, য়েংথীনবা ওইনবগী মচাক পোকহল্লি। অসিগুম্বা মতম অসিদা মীবা ঙাংনবা হায়বসি অফবা ওইদে তৌগনু হায়বা পাউতাকসি পাউরৌ অসিনা পীরি। চঙলিবা, হিংলিবা মীওই অমগী মরমদা মশা তাদনা তুংদা ঙাংনবা হায়বসি অফবা নত্তে হায়বদু পাউরৌ অসিনা উৎলি। কনাগুম্বনা অতোপ্পা মী অমগী মরমদা ৱারী শারিঙৈদা মী অদু মফম অদুদা খঙহৌদনা হেক লাক্লবদি অচঙবা মীগী ৱা ঙাংনগনু হায়বদু থোকইদা হায়দুনা পাউরৌ অসিবু হায়নৈ।

## ১০। অতোম্বীনা ফনেক ফৌবদি ফদিগোম মকা তাই।

মৈতৈগী চৎনবীদা নুপানা নুপী লোনবগী চৎনবী অসি মমাঙঙৈদগী লৈরক্লী। নুপা অদুনা লৌরিবা নুপীশিং অদুবু মথং মনাউ নাইনা অহন, অতোম্বী হায়না মিঙ্গৌনৈ। নুপী অতোম্বীনা মাগী মফি ফনেক ফৌবদদি য়েঞ্খাং থাক্লবা মরোই ফদিগোমগী মকাদুম ফজনা তাই হায়বনি। মসিনা হায়নিংলিবা অর্থদি ময়াম্না অহনবু নুংশিনৈ অতোম্বীবু কয়া নুংশিনদে। অদুবু লৌরীবা নুপা অদুনদি মাগী নুপী অতোম্বীদুবুনা থৱাইনা তানা নুংশিবা হেঞ্জে হায়বদু পাউরৌশিগী ৱাখল্লোন অসিনা তাক্লি। অতোম্বীনা তৌথোরকপা থবক্তি ইফদা ফৈ হায়বগী মওংবু পাউরৌ অসিনা তাক্লি।

## ১১। অৱা-নুংঙাই হায়বসি কনাগীসু পিবা ফম নত্তে।

মীওইবগী পুন্সিদা অৱাবা নুংঙাইবা থৌদোক কয়া কয়া থেংনরি। অদুগুম্বা পুন্সিদা থেংনরিবা থৌদোক খুদিংমক অসি পিবা ফমগুম্না লেঙদবা নত্তে হায়বদু তাক্লি। মৈতৈগী চৎনবীগী মতুং ইন্না পিবা ফম হায়বসি লেঙদবা ফম অমনি। লেঙদবা ফম হায়বদি শাগৈগী খ্বাইদগী অহন ওইবা নুপা অদুবু শাগৈদুগী পিবা কৌই। অদুগুম্বা পিবা অদুগী মচা নুপা পোক্লবদি মহাক্তুনা অদুম্মক শাগৈদুগী পিবা ওইগনি। অসুম্না লেঙদনা অদুম্মক পিবা অদুগী মচা নুপা, মশুনিপা অদুনা শাগৈদুগী অদুম্মক মথং মথং পিবা ফম পায়হৌগনি। লমসিগী চৎনবীগী মতুংইন্না পিবা ফমদি লেঙদনা মপা মপু হাক্ত ক্তগীনা মচা-মশু, চারোন-শুরোন ফাউবা থঙথদুনা লাকই। মীওইবগী পুন্সিদা থেংনরিবা অৱা-অনাশিং অসিদি লেঙদনা লাক্লিবা পিবা ফমগী মওং অদু নত্তে।

মসিগী ৱাখল্লোন্দি মীওইবগী পুন্সিদা থেংনরিবা অৱা-অনাগী থৌদোক, নুংঙাই-য়াইফবগী থৌদোক কয়া অসি হোংবা নাই।

## ১২। অৱাবা শংবাই নুংঙাইবা লাইতং।

লমদমসিগী খুন্নাইসিদা শীজিন্নরিবা পোৎ অনীখক্তা পানশিল্লগা পাউরৌসি শীজিন্নরম্মী। শংবাই অমসুং লাইতং হায়বসি লমদমসিদা য়াম্না মরুওইনা শীজিন্নবা ফৌ ওন্নবগী থুমোক অনীখক্কী মমিংনি। শংবাই হায়বসিনা লাইতংদগী চাউবা হেল্লি। লাইতং অনীনা শংবাই অমনি। মীওইবগী পুন্সিদা অৱাবনা শংবাই অদুগা নুংঙাইবনা লাইতং ওই হায়বনি। হায়নিংলিবা ৱাখল্লোন্দি মীওইবনা মী অমা ওইনা পোক্লকপদগী ফংলিবা অৱা-নুংঙাইগী চাং অসি অৱাবনা শরুক অনীনি নুংঙাইবনা শরুক অমতনি হায়বসিনি। অমরোমদা মীওইনা পোকপা পুন্সিদা মীওইবনা লিশাং শিৎনা অৱা-অনা খাঙদুনা হোৎনজমনগী ফংজরকপা মীকুপ খরগী নুংঙাইবা মতাং অমদসু পাউরৌ অসি হায়নৈ।

## ১৩। ইকাই খঙদবগী হিদাক লৈতে।

ইকাইবা হায়বসি মীওইনা পোকপা ঐখোয়গী ইশাদা শাগোন্নদুনা লৈবা ৱাখলনি। অসিগুম্বা ইকাইবা অসিনা মীগী মশাদা লৈতেং ওইদুনা মীদুগী গুন হেনগৎনবগী মরম ওইহল্লি। অদুগা মসিনা মীদুগী মশাদা য়াম্নমক কোনশিন্দুনা লৈথ্রবসু মীদুবু মী ওইহন্দবগী মচাকসু ওইহল্লি। মী মরক্তা পাঙদবা ওইনসু অমুক লৌনৈ। অদুবু ইকাইবনা মতোয়না খঙমন্দ্রবসু কয়া অফবা ওইদে। ইকাইবা খঙদবনা মরম ওইদুনা ফত্তবা থবক কয়াসু ইরায় লায়না তৌবা ঙম্মী। মরম অদুনা অতোপ্পনা মাবু কয়া ফজনা ঙাংনগন্দে। অদুগুম্বা মীওইশিংগীদমক্তদি মখোয়গী ৱাখলদু ফনবা হিদাক লৈতে। হিদাক হায়বসি করিগুম্বা অনাবা অমবু ফন্নবগীদমক্তা শীজিন্নবনি। অসিগুম্বা অনাবা ফহন্নবা শীজিন্নরিবা হিদাক অসি ইকাইবা খঙদ্রবা মীগীদমক্তদি লৈতে হায়বনি। মসিনা পীরিবা ৱাখল্লোন্দি মীনা মতোয়না ইকাইবা মখঙদ্রবদি মশাগী মগুন হন্থবা ওই মদুবু অমুক শেমদোক-শাদোক্নুনা ফনবা হোৎনরুবা য়াদে হায়বদু তাকই। মীওইবা ওইনা পোক্লবদি ইকাইবা হাযবসি খরা য়াওবা ফৈ হায়বা ৱাখল্লোন্দুসু তাকই। ইকাইবনা মতোয়না খঙদ্রবদি মীদুবু সমাজনা ফত্তনা লৌনৈ অমদি ঙাংনৈ হায়বদু পাউরৌ অসিনা ফোঙদোকই।

## ১৪। ইখুৎ লাম্থোক্লগা মাখুৎ লাম্থোকই।

পাউরৌ অসিগী ইচম চম্বা অর্থদি ঐহাক্না মীগীদমক করিগুম্বা মতেং অমা পাংলুরবদি অতোপ্পা মীওই অমনসু ঐঙোন্দা মতেং পাংঙকই হায়বনি। অাইবঙ মীওইবা

হায়বসি সমাজ লিংদুনা মীয়াম পুন্না হিংমিন্নবনিনা অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা হিংবা, অরাং-অপা রাইথোক-রাইশীন তৌবা হায়বসি চংনৈ। অদুনা কনাগুম্বগী অরা-অনাদা য়েংদুনা লৈবগী মহৎতা অরাবা তারিবা অদুগী ঙমজবা মতেং পাংবা ফৈ হায়বসি পাউরৌ অসিনা উৎলি। অসুন্না অতোপ্পা অমগী অরাবদা মতেং পাংঙুরবদি মী অদুনসু অমুক মতেং পাংঙক্কনি। তশেংবদি অসিগুম্বা পাউরৌ অসিনা সমাজদা লৈমিন্নরিবা মীওইশিং অসি অমগা অমগা নুংশিননা চান্ন-চিন্ননা অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা হিংমিন্ননবগী রাখল্লোন্দা চাউরবা থৌদাং য়ারি।

## ১৫। ইচা য়োকপবু ফৌ শঙবাই অমনা ঙা তুঙ্গোল অমনা চাউরকপরা ?

মপা মমা ওইবশিংনা মচাবু অঙাং পীশক ওইরিঙৈদগী চাউনবা য়োক্লকপা মতমদা শুপ্পগী চাননবা চাক ওইনা ফৌ শংবাই অমখক্তা চাউরকপা নত্তে। য়েঙ্খাংগীদমক্তা শীজিন্নবদা শুপ্পগী ঙা তুঙ্গোল অমনা চাউরকপসু নত্তে হায়বনি। পাউরৌশিগী রাখল্লোন্দ তাক্লিবসি তাইবঙপান্দা মমা মপা ওইবশিংনা মচাবু ঈ মতুমদগীনা জ্ঞান তানা চাউনবা য়োক্লকপা হায়বসি মতম কয়া মাঙনা শেল থুম য়াম্না চঙনা অমদি অরা-অনা কয়া থিদনা য়োক্লকপনি হায়বদু তাকই। অসিগুম্বা তাইবঙ মীওইবগী চংনবী ওইনা মমা মপানা মচা ওইববু কয়াগী মতিক নুংশিনা রানা য়োক্লকপগে হায়বদুগী রাখল্লোন পাউরৌ অসিনা পীরি। পাউরৌ অসিগী রাখল্লোনগা মথক্তা য়াওখ্রবা অঙাং অমা য়োকপদা নাই অমা লৈবা শীৎলি হায়বসিগা মান্ননা লৌবসু য়াই।

## ১৬। ইনাকখুনবা তরানা লাইরবা অমা শৌগৎপা ঙমদে।

মীওইবা সমাজদা লৈরিবা মীওইশিংগী মরক্তা লাইবক ফবশিংনা নুংঙাই য়াইফনা রাত্ত-পাদনা ইনাক খুনবা ওইরি অদুগা কনাগুম্বা লাইবক থীবশিংনা শেৎপা চাবা নিংবা থুংদনা লাইরনা পাল্লি। অসিগুম্বা লাইরবা অমবু ইনাক খুনবশিংদুনা নোংমগী চরা অমমম পীজবদি য়াই। অদুবু নুমিৎ খুদিংগী নৎত্রগা মতম চুপ্পগী থাক্তুনা লৈবা হায়বদুদি ওইথোক্তে। মরমদুনা লাইরবা অমবু ইনাকখুনবা তরানা মাগী ফগৎনবা ফনা হোৎনবীদুনসু লাইরবদু কোকহনবা ঙমদে হায়বদু পাউরৌসিগী পানগী ওইবা মশক্তা উৎলি। অদুবু নুংগী ওইবা পাউরৌসিগী রাখল্লোন্দা য়েংলুরবদি ইশানা ইশাগীদমক ফগৎনবা হোৎনজদ্রবদি অতোপ্পনা ফনা চৈঙাক পীদুনা হোৎনবিরবসু ফগৎপা ঙমদে হায়বদু ফোঙদোকই। লাইরবা মশানা শু-নোমদনদি ইনাক খুনবা মীওইশিংগী মতেঙনা ফনা শৌগৎলবসু মশাগী অরাংপা ময়ামদু মেনখত্তুনা থলহনবা

ওইথোক্তে, অৱাৎপতনা থন্না লৈদুনা অদুম্মক লাইরবা মীওই ওইদুনা মপুন্সি লেল্লি। মবম অদুনা মীওইনা পোকপা তারবদি মীগী মতেংতা ঙাইদুনা লৈথোক্তনা কন্না শু-নোমদুনা ইশাবু ইশানা মী ওইনবা অমদি ইশাগী ফিভম ফগৎনবা হোৎনজগদবনি হায়বসি পাউরৌ অসিনা উৎপিদুনা তাকপীরি। অসুম্না পাউরৌ অসিনা পাউতাক পীদুনা মীওইবগী বুদ্ধি লৌশিংগী জ্ঞানবু চাউখৎহল্লি।

## ১৭। ইনাক খুনবা মচা ফৌশু তম্মু লায়রবা মচা শগোল তোংবা তম্মু।

শগোল হায়বা শাসি অতাংবা লমদমসিদা লৈবা ইনাক কৈরাক খুনবা মীওইশিংনতা থম্বা ঙম্বা শা মখল অমনি। লায়রবা মীওইশিংনদি শগোলবু লৈদুনা পাক্লা তোংবা ঙম্নদে। মরম অদুনা শগোল লৈদ্রবনিনা লায়রবা মচা অয়াম্বনা শগোল তোংবা হৈতে। লমদমসিগী ওইনা লৌউশিংউবদগী থোকপা চেঙ হায়বসিনা মরুওইবা চিঞ্জাক্লি। অদুনা ইনাক-কৈরাক খুঞ্জদবা লায়রবশিংগীদি ফৌ-শুবা হায়বসি তঙাইফদ্রবা থবক অমা ওইবনিনা অদুম্মক হৈ। অদুগা ইনাক-কৈরাক খুনবা মচা-মশু শিংদি ফৌশু-চেঙশু তৌবগী মহুৎতা কেথোক মৌথোক্লা শগোল তোংদুনা নুংঙাইনা লৈথোকপা য়াই। অদুবু পাউরৌ অসিদা মনুং মপান নাইনা অর্থ অনী য়াউরি। অহানবদা ইচম চম্বা পাউরৌ অসিগী মপাঙ্হোংগী অর্থদি ইনাক খুনবা নুংঙাই য়াইফবা মচা অদুসু ফৌ-শুবা তম্বা ফৈ অদুগা লায়রবা মচা অদুসু শগোল তোংবা তম্বা ফৈ হায়বসিনি। পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি তাইবঙ মপোক্কী পুন্সিসিদা মীওইবা হায়বসিগী লাইবকসি কনানসু তম্বা ঙম্বা নত্তে ইনাক খুল্লে নুংঙাইরে হায়রিবা মহাক্তো লাইবক থীবদগী লায়রনা পুন্সি লেনবা তারক্লবদি ফৌশু-চেঙশুদু হৈহৌরবদি ৱারবসু ৱানা হিংবা ঙমগনি। অমরোমদা লায়ররম্বা অমনা নুংঙাইরকপা তারগসু মহাক্কী ৱাংখৎলক্লিবা ফিভমদুগা চান্নবা শগোল তোংবা হৈহৌবসু ফৈ হায়বনি। তশেংনমক্তি পুন্সি হায়বসি তম্বা ঙম্বা নত্তে অদুনা হিংবদা চঙবা শিনফম খুদিংমক খঙজিনবা হৈজিনবা কান্নে হায়বদু পাউরৌ অসিনা তাক্লি।

## ১৮। ইরোইনা লৈওল্লগা হাওনাদা তৈ।

ইরোই মখোঙ মরী পানবা জীবনি। মহাক অসি শনগুম্না লৌখোইবনচিংবা য়ূমগী থবক ইনখাং কয়াদা শীজিন্নে। অসিগুম্বা জীবা অসি ঈশিং খরা লৈদুনা, লৈখোম অপেৎপা লৈবা কোমদা ওন্দুনা লৈবা য়াম্না পামজে। অদুগুম্বা কোমদুগী মপান্দা হৌরিবা হাওনা (নাপী মখল অমা) শীংদুনদি কোমদুগী লৈখোম্মদুদা ওন্দুনা শান্নরুবা

নৎত্ৰবসু কোমদুগা নক্লনা হৌরুবনা কোমদুদা ওল্লিবা ইরোইনা নুংঙাইনা লৈখোমদুদা ওন্দুনা শান্নরকপদা কোমগী মপান্দা হৌরিবা পীক্লবা নাপীশিং অদুদা ইরাই লাইনা লৈখোমদু তৈহল্লি।

পাউরৌসিগী ৱাখল্লোন্দি অচৌবা ফত্তবা মীনা করিগুম্বা ফত্তবা থবক অমা তৌরকপদা মহাক্কী মনাক্তা লৈবা অপীকপা শোঙবা মীওইশিংদসু অচৌবদুনা তৌরিবা ফত্তবগী মহৈদু মশানা পামজদ্রবসু নৎত্ৰগা মশানা থবক অদুদা য়াওরুদ্রবসু শোইদনমক্কী য়ৌই হায়বদু তাকই।

## ১৯। ঈফুৎ চামদি মেনবা ঙম্মী, মীচিন অমদি মেনবা ৱায়।

চেনথরক্লিবা ঈশিংগী ঈফুৎশিং অসিদি মীওইবনা অহোবা মখুলশিং অদু থিদোক্লগা মেনশিনবদা লায়না থোকই। মাইকৈ ফাংনা মশীং য়াম্না চেন্থজরক্লবসু চেন্থবক্লিবা ঈশিং অদু থিংন্নবগীদমক্তা চেন্থরকফম ওইরিবা মফমশীং অদু মেনশিনদুনা চেনথহন্দবা ঙম্মী। অদুগা মীগী চিন্দি অমখক্তং ওইরবসু মেনবা ঙমদনা ৱায়। হায়বদি মশীং চামগা অমগা হায়বসি মশীং য়াম্না খেন্নে। মশীংশিংসি খেন্নজরবসু মশীং য়াম্বা ঈফুৎপুদি লাইনা মেনবা ঙম্মী অদুগা মশীং য়ামদবা মীওইবগী চীনবুদি মেনবা ঙমদে। পাউরৌসিগী ৱাখল্লোন্দি মীওইবগী লেপ্পা লৈতবা ৱাখলবু ফোঙদোকপনি। মীওইবদি মী অমদা হায়দোকখ্রবা ৱাফম অসি মী অমগী মচিন্দগী মী অমদা অমুক য়ৌখিদুনা মথং মথং শন্দোকখিদুনা মশীং থিঙমদবা মখৈ শন্দোকখি হায়বদু তাকপনি। মরমদুনা মীওইবনা ঙাংথোক-শক্তোরকপা মতমদা মানা ঙাংগদৌরিবা ৱাফমদুগী মরমদা ৱাখল খন্থহন্নবা মচাকপু পাউরৌসিনা পীরি।

## ২০। ঈশিংগা থাউগা তিন্নবা য়াদে।

ঈশিং হায়বা পোৎশক অসিগা থাউ হায়বা পোৎশক অসিগা অনী অসি পুনশীন্নবদা অমত্তা ওইনা পুনশীনবা হায়বসি শুকওই ওইথোক্তে। ঈশিংনা অমদা থাউনা অমদা তোখায় তোখায় তাদুনা পুনশীন্নবগী মশক্তগী লাপথোক্লা লৈ। মতৌ অসুম্না মীওইবগী মরক্তসু মোৎ মান্নদবা মীওই অনীনা কৈদৌঙেদসু মোৎ চাশীন্নদুনা অমত্তা ওইনা পুনশীনবগী মশক অসি ওইবা য়াদে হায়বা ৱাখল্লোনসি পাউরৌ অসিনা তাক্লি। অসিগুম্বা পাউরৌ অসি তিন্নবা য়াদবা মীওই অনীগী মরক্তা প্রমান তৌরগা হায়নৈ।

## ২১। উ লৈতবা লমদা কেগেনা য়ুম্বী ওই।

য়ুম অমা শাবা তারবদি য়ুম্বী মখোঙ চঙই। অসিগুম্বা য়ুম্বী মখোঙ ওইনবগীদমক্তা উ হায়বসি চঙদ্রবা য়াদ্রবনি। মরমদুনা য়ুম অমা শাবা তারবদি য়ুম্বী মখোঙ য়াউদবা য়াদে। অদুগুম্বা য়ুমদু উ লৈত্রবসু শাদবা য়াদ্রদুনা শাবা তারবদি য়ুম্বীদি শোয়দনমক্কী য়াউদবা য়ারোই। কেগে হায়বা পাম্বী অসি য়ান্না পীকপা পাম্বী অমনি হায়বসু য়াদবা অদুগা অচৌবা উনি হায়বসু য়াদবা মরক্তা হাইদুনা লৈবা পাম্বী মখল অমনি। মসি য়ুম্বী ওইবা য়াবা উগুম্বা পাম্বীদি নত্তে। অদুবু য়ুমদি শাদবা য়াদে। মরমদুনা য়ুম্বীসু য়াউদবা য়াদ্রবনিনা অসিগুম্বা পাম্বী অসিবু য়ুম্বী ওইনা শীজিন্নে হায়বনি। পাউরৌসিনা পীরিবা ৱাখল্লোন অসিদি ঐখোয়না করিগুম্বা থবক অমা পাঙথোক্তবা য়াদ্রদুনা পাঙথোকপা তারবা মতমদা থবক্তুগা মতিক-মপা চান্নবা, মগুণ লৈবা মীওই অমনা থৌদাং পুদুনা থবক্তু মায় পাক্না পাঙথোকখিবা অদুবু খঙনৈ। হায়বদি মতিক-মপা চান্নবা নৎত্রবসু কনাগুম্বা মীওই অমনা তৌদবা য়াদবদগী থবক্তুবু পাঙথোকখিবা মতমদা পাউরৌ অসি হায়নৈ। পাউরৌ অসিনা পীরিবা ৱাখল্লোন্দি তৌদবা য়াদ্রবদি মতিক মপা চান্নবা থিদনা অদুম্মক ঙন্ন-ঙন্নবা হেৎনদুনা পাঙথোকই হায়বদু ফোঙদোকপনি।

## ২২। উগী মখা থাবদি পৎ পুম্মী, মীগী মখা থাবদি পৎ পুমদে।

হৌরিবা উজাওশিং অসিগী মখাদা পাম্বী মচাশিংনা হৌবা মতমদা অচৌবা উ অদুদগী কেল্লকপা মনা-মশা কয়ানা ননশিনবীদুনা পাম্বী মচাশিং অদু পৎ-পুমহনবা ওই। পীব্রিবা পাম্বী মচাশিং অদু অহাঙবা মফমদা ওইরবদি ফজনা মকা লান্না হৌজদুনা, পাম্বীশিং অদুনা হৌজবগী মহৈ য়াল্লমগদবনি। অদুবু অচৌবা উজাওদুগী মখাদা হৌরম্বা তারবদি ফজনা মহৈ-মরোং য়ান্দুনা হৌবা ঙম্বগী মহুত্তা হৌজবগী মহৈ য়ানবা ঙমদনা অরেম্বদা অদুম্মক মাঙই। পোত্তুগী হৌজবগী করিসু কান্নবা ওইদে। মরমদুনা উগী মখাদা থারিবা অমদি হৌরীবা পাম্বীশিং অদু করিসু কান্নবা ফংহনবা ঙমদনা অরেম্বদা মাঙখি। অদুগা তাইবঙ মীগী মখা থাবদি থারিবা মীদুদা পৎ-পুমদুনা মাঙবা য়াবা মওংদি করিসু পীদে। মীগী মখা থাই হায়দুনা মীদু মীওইবা ঙমদনা পৎ-পুমদুনা মাঙবা হায়বসিদি শুকওই ওইথোক্তে। মী অমনা মীদুবু হুন্দুনা চৈদুনা ঙাংলবসু মীদুগী করিসু মাঙজবা নৎত্রগা তোংজবা লৈতে। মীদুনা তৌগদবা মথৌ অদু অদুম্মক কায়দনা তৌরবদি মানা মী ওইবা লাইনা ঙম্মী। মীনা মীগী মখা থাদুনা লৈবদা করিসু কায়দে। উগী মখাদা লৈবা পাম্বীশিংনা পৎ-পুমদুনা মাঙবগুম্না মীগী মখাদা লৈবা মীশিংনদি করিসু অমাঙবা ওইদে। মরমদুনা মীওইবনা মীগী মখা থাবদা করিসু কায়দে হায়বা

ৱাখল্লোন্দু পাউরৌসিনা তাকই। মীনা মীগী মীৱা কিদুনা মীওইবগী ৱাখলবু নীংহন্নদনবা মানা মানা তৌরিবা মথৌদুদা পুক্লিং চংশীন্নবা পাউজেল্লি।

## ২৩। উচি কল্লক য়ুম মৈ থাই।

উচি হায়রিবা জীব অসি তাইবঙ মীওইবগী য়ুমদা মখোয়সু মকোন শাদুনা লৈ। মখোয় অসি মীওইবনা লৈরিবা য়ুমগী মপান্দা হায়বদি লমহাংদা, উদা-ৱাদা নৎত্রগা লৈবাক্তা মকোন শাদুনা লৈবা জীবনি। মখোয় অসি মীওইবগা লৈমিন্নবদা নুংঙাইনা থোকপা জীব নত্তে। অসিগুম্বা জীব অসিনা মীওইবগী য়ুমদা লৈদুনা লৈখুন হুৎতোক্তুনা অমদি মীওইবগী থম্লিবা চাননবা চিঞ্জাক্রুচিংবা ময়াম্বু চাথোক্তুনা য়ুমদা মখে লাংদুনা লৈবা তারবদি ইমুংদুগী মীওইশিংনা মখোয়বু মাঙহনবা পাম্মী। মখোয়বু ইচম চন্না হেক্তা তাম্থোকপসু য়াদে। মরমদুনা মখোয়বু তাম্থোকইবনি হায়দুনা য়ুম অদু মৈ থারবদি উচিদি করিসু শোক্তনা চেম্থোকখিনি অদুগা য়ুমদুদি অমাঙবা ওই। মতৌ অসুন্না মীওইবা ঐখোয়না লৈমিন্নবদা নুংঙাইতবা লৈমিন্ননিংদবা মীওইগা লৈমিন্নরগা মখোয়বু তাম্থোকপা পাম্নবসু তাম্থোকপা য়াদবা মওংদা লৈমিন্নবা য়াওই। লৈমিন্নরিবা মখোয়না য়ুম্বুদুগী মাঙনবতা তৌদুনা ফগৎনবা অমতা হোৎনবিদ্রবদি মখোয়বু য়ুম্বু অদুনা লৈহন্নিংদবা পোক্লককনি। অদুবু লৈহন্নিংদে খঙলবসু নমদুনা অদুম্মক লৈনবা হোৎনরিবশিং অদুবু লৈহন্নিংদ্রবনি হায়দুনা ময়ুমগী মাঙনবা য়ুম্বু মশাদুনা তৌরবদি অতৈগীদি করিসু অমাঙবা ওইদে। অদুগা মশাগী ওইনদি অমাঙবা ওই। উচিদি য়ুমনা মৈ চাক্লক্লবা মতমদা মশাদা করিসু অমাঙবা থোক্তনা চেম্থোকখিদুনা অতোপ্পা মফম অমদা ইরায় লায়না লৈবা য়াই অদুগা য়ুম্বু অদুগীদি অমাঙবা ওইদুনা অৱাবা অমা ওই। মশাগী ওইবা পোক্তবু অতোপ্পবু শাউনিংবদগী ৱাখল খম্থদনা মশানা মশা মথনতবু মাঙনবা শীনজবা মতমদা পাউরৌসি শীজিন্নে। অসিগুম্বা পাউরৌসিনা মশাগী মপোৎপু অরেম্বদা মাঙহন্দনবা ৱাখল খনথহন্নবা ৱাখল্লোনবু তাক্লি।

## ২৪। উজাও তুবদা উনাও চেন্নে।

উ অচৌবশিংনা হৌরম্বদগী তুথরকপা মতমদা মনাক্তা হৌরিবা উ পাম্বী মচা মচাশিং অদুসু অচৌবা উজাও অদুগী পাম্লিবা মনা-মশাশিং অদুনা ফৃথরক্তুনা নৎত্রগা পাম্বী অদুগী অচৌবা মউ অদুমক্লসু নম্থরক্তুনা তুজনিংদ্রিবা উ মচা মচাশিং অদুবু নমদুনা নম্থেক্তুনা তুহল্লি। মরমদুনা অচৌবা উদু তুবদা মনাক্তা অপীকপা উ হৌরবদি শোইদনমক্কী চেন্নে হায়বনি। মীওইবা সমাজ অসিদা লৈরিবা মীওইশিং অসিগী মরক্তা

অচৌবা-মচা হায়না খায়দোক্তুনা লৈরি। অদুগুম্বা অচৌবা মীওইশিংগী মপান মচুম চাদুনা মনাক্তা তাংদুনা লৈবা মীওইশিংসু য়াম্না লৈ। অচৌবা মীওইশিং অদুনা মরায়কক থীদুনা মাঙবা তাবা নৎত্রগা ফম চাউনা পায়রম্বদগী হুম্বরকপনচিংবা তৌরকপা মতমদা মনাক্তা লৈরম্বা মঙোন্দা তাংলম্বা মীওই কয়াসু অরাবা নংবা য়াওই হায়বা রাখল্লোন্দু পাউরৌসিনা পাউজেল্লী।

## ২৫। উনা অপুংবদা উচেক তিল্লি।

উচেকশিংনা মনা পুংলবা উ পাম্বীদা মখোয়গী মকোন শাদুনা পুনবা মফম ওই। পুমকোক কোক্লবা মনা পান্দবা অকংবা উদদি উচেকশিংনা তোংলবসু য়াম্না পুনবদি ওইদে। অপুংবা মনানা লৈতেং ওইরিবা পাম্বীশিংদা উচেকশিংনা তিন্দুনা পুল্লি হাযবনি। মসিগী নুংগী ওইবা রাখল্লোন্দি ইনাক-কৈরাক খুনবা অচৌ-অশাং ওইবা মীওইশিংগীদমক্তদি মী য়াম্না লৈ। লাইরবা মীওইশিংগীদমক্তদি মী লৈতে। মপান ফরিবা অচৌ-অশাং ওইরিবা ইনাক-কৈরাক খুল্লিবা মখোয়গীদমক্তদি মী রাত্তনা লৈ হায়বা রাফম্বু পাউরৌ অসিনা তাকই।

## ২৬। উনৌনা উরিবু পুল্লি।

অনৌবা হৌগৎলক্লিবা উশিংনা অরিবা উশিংবু পুল্লি হায়বনি। মীওইবনা তাইবঙদা লৈরকপা মতমদা অঙাং ওইরম্বদগী অহন ওইরকই। অসিগুম্বা অহন ওইরক্লবা মতমদা মখোয়গী মচা-মশু মথং মথং চাদা-নাউদা শন্দোরক্তুনা তাইবঙপান অসিদা লৈরক্লি। অহন ওইরক্লবা মতমদা তাইবঙপান থাদোক্তুনা মীওইবনা ঈশ্বরগী মনাক্তা চংখি। অসুম্না মথং মথং কায়নবা হায়বসি লাকই। মীওইবনা কায়নবা মতমদা রাই। অনৌবা অঙাংশিংনা মালেমদা খোঙদারক্তুনা উন্নবা মতমদা নুংঙাইবা ফাওই। অসুম্না কায়নবা কয়া চৎখ্রবসু উন্নবগী শক্তম ওইনা লাক্লিবা অনৌবা অঙাংশিংনা অহন ওইবা কয়াগী থম্মোইবু নুংশিবগী লিপুন্না পুনশিল্লকই হায়বদু তাকই। কায়নখ্রবা কয়াগী থম্মোইগী মৈচাক কোকহন্দুনা মীওইবগী থম্মোইবু লাক্কদৌরিবা তুংগী পুন্সিগী লম্বীরোমদা পুশিল্লকই হায়বা রাখল্লোন অসি পাউরৌ অসিনা ফোঙদোকই।

## ২৭। উরিনা অনকপা উপালদা য়েৎলি।

মরী চৎপা পাম্বীবু উরি হায়না খঙনরি। অসিগুম্বা পাম্বী অসিনা মরী চৎপনা মনাক্তা হৌবা উ পাম্বীদা হেক্তা মরী য়েত্তুনা হৌই। মসিগী রাখল্লোন্দি মীওইবা সমাজদা

লৈরিবা নুপা নুপী অনীগী মরীবু তাকই। নুপী ওইবীশিংনা মাগা নকশীন্নবা লৈরিবা নুপা ওইবশিংগা নুংশিনবগী মরী লৈরক্তুনা পুনশীনমিন্নরকই। অসুম্না নক্লবদগী পোক্লকপা নুপা নুপী ওইবগী নুংশিনবগী মরীদু তাকপা মতমদা পাউরৌ অসিবু প্রমান তৌনৈ।

## ২৮। করি উনা শাবা তরেংনো শিঙ্গংদেদা শিনগাউরে।

মমাঙঙৈদগী হৌনা লমদম অসিদা লৈরিবা মৈতৈ নুপীশিংগীদি ফিশা-লোনশাগী থবক অসি য়াম্না মরুওইবা শিনফম অমা ওইনা লৈরকই। অসিগুম্বা শিনফম অসিদা শীজিন্নবা চঙদ্রবা য়াদ্রবা খুৎলাই অমদি উনা শাবা তরেং হায়বসিনি। তরেংদা লংচাক চাক্লগা ইয়োংদা ফি শাবগী চৎনবী অসি মৈতৈ নুপীশিংগী মরুওইবা থৌদাং অমনি। অদুবু কনাগুম্বী থবক্তি শুনীংদবী, অতনবী নুপীশিংনা মখোয়না থবক শুনীংদবগী মওং অদুবু মীনা খঙখিনি হায়দুনা লোৎশীল্লগা করিসু মরাল লৈজদবা বেরা তৌবসু নত্তবা ফি শাবগী খুৎলাই ওইনা শীজিন্নরিবা তরেংদা তাইশিন্দুনা মশাগী অতনবদু লোৎশীন্নবা হোৎনবসু য়াওই। করিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা পুক্লিং চঙদ্রবদি তৌরিবা থবক্তু শিন কাদবা, মায় পাক্তবা ওইদুনা মচি ইরেঙ লেঙদনা লৈরিবা থবক্তু মানা শুনীংদবদগীনি হায়বদু ফোঙদোকপদা ইকাইবদগী নৎত্রগা মীঙোন্দা খঙহন্নিংদবদগী শিন থাবদা শীজিন্নরিবা লংচাক চাক্লবা খুৎলাই তরেংদা তাইশিন্দুনা মশাগী থবক শুনীংদবগী অতনবা মওংদু মীনা খঙখিদনবা হোৎনবী নুপীশিংগী মশকপু তাকপদা খুন্নাইসিগী চৎনবী ওইদুনা পাউরৌসিনা ইরায় লায়না ফোঙদোক্তুনা উৎলি। পাউরৌ অসিগী য়াওরিবা ৱাখল্লোনগা 'জগোয় হৈত্রগা শুমাংদা তাইনৈ' হায়বসিগা মান্নবা লৌবা য়াই। পাউরৌ অসিদসু জগোয় হৈতবা অমনা মশানা হৈতবনি হায়বদু ইকাইদুনা শুমাংদা তাইশিনবনি।

## ২৯। কৈ কি চেল্লগা শওম ওক্লে।

কৈ মখোং মরী পানবা য়েংবদা অকিবা ফংবা শাহিং চাবা জীব মখল অমনি। মাবু থেংনবদা কনাসু নুংঙাইনা থোক্তে, য়াম্না কিনা খন্নে। মাবু কিবমক্তনা থেংনদনবা হন্দুনা চেন্নে। শওম হায়বা শা অসিনা অমুক্কা হেন্না কৈদগী শাথিবা হেল্লি। শওম থেংনগদবগী শরুকপুদি কৈ থেংনবনা ফৈ হায়বসি মীওইবনা খন্নে। শওম্বু থেংনরবদি মঙোন্দগী নাম্থোকপা হায়বসি য়াম্না অৱাবগী মশক্লি। কৈ থেংনবদগী কিবনা মরম ওইদুনা মাগা থেংনদনবা থৈদুনা চেল্লক্লগা অমুক মঙোন্দগী হেন্না শাথীবা শওম

অমুক থেংনবগী অৱাবা ফিভমবু পাউরৌ অসিনা তাক্লি। পাউরৌসিনা পীনীংলিবা ৱাখল্লোন্দি মীওইবা ঐখোয়না করিগুম্বা থবক অমা হান্না পায়খৎলন্নগা মদুবু কিরবনি হায়দুনা থাদোক্লগা অমা অমুক হোংবা তারবদি হান্নগী থবক্তুদগী অনৌবা পায়খৎলুরিবা অদুনা অমুক্কা হেন্না খুদোংথিবা ওইবসু য়াওই। থবক নৎত্রবসু কনাগুম্বা মীওই অমবু থেংন্নিংদবদগী থৈদুনা চৎপা মতমদা ঐনা থেংন্নিংদদুনা থৈদুনা লাক্লিবা মীওই অদুদগী হেন্না থেংন্নিংদবা মীওই অমা অমুক থেংনবা মতমদসু পাউরৌসি হায়নৈ। মবমশিং অসিনা মীওইবা ঐখোয়না করিগুম্বা থবক খঙদে মী খঙদে অহানবা থেংনরুবা অদুদি কিববসু, ৱাববসু মায়পাক্লা ঙন্নবা হোৎনবনা থৈদুনা চেল্লকপদগীদি হেন্না ফৈ হায়বদু পাউরৌসিনা তাকই।

## ৩০। কাঙ চাকচা য়াখুন নাইদে, হয়িং চাকচা খোঙ্গুল তাদে।

কাঙ হায়বসি পাইবা ঙম্বা জীব মচা অমনি। মখোয়সি মীওইবা অমদি অতৈ অতোপ্পা জীব কয়াদগী চীক্লগা মখোয়গী মচিঞ্জাক তাল্লি। অদুবু মখোয়না চীক্লম্বা মতমদা মখোযগী যাখুন তাহৌদে। হয়িং হায়বা জীব অসিসু কোইপাই পাইদুনা লৈবা ঙম্বা জীব মখল অমনি। মখোয়দি অমোৎ-অকায় মরক্তসু অদুম লৈ। অদুগা অব্দবা অনানবা মফমদসু অদুম লৈ। মীওইবগী চান-থক্লবগীদমক ফজনা থল্লিবা চাক-যেঞ্ছাং অমদি অথুম-অহাউ কয়াদসু অদুম তোংদুনা মখোয়গী মবুক থনবা ঙম্মী। অসুন্না মখোয়না পাই পাইদুনা তোংলম্বা পোত্তুদা মখোয়গী মখোঙগী মমি করিসু তাহৌদে। মতৌ অসুন্না চাননবা মীদি য়াম্না লৈবা, চাননবা পোৎনা খজিক্তং ওইদুনা থুনা শৎ লোইথোকখিবা মতমদা পাউরৌসি হাযনৈ। হায়বদি তৌরিবা থবক মওংদু তুমিন্না শৎ কনাদসু খঙহন্দনা তৌবা থৌওংবু পাউরৌ অসিনা খঙহল্লি।

## ৩১। কৈ লৈবা মফমদা নুমিৎ তাই।

কৈ হায়বসি তমথিবা শাহিং চাবা জীব মখল অমা ওইবনা মীওইবনা মাবু থেংন্নিংদে। নুমিৎ তাদুনা মমশিল্লকখিবা হায়বা অসিসু মীওইবদদি নুংঙাইনা থোকপা মওং নত্তে। ঙাল্লিঙৈ মতমদদি মীওইবনা মীৎ উদুনা করি কবি কদাইদা লৈবগে হায়বনচিংবদু খঙদুনা ইশানা ইশাবু ঙাকথোক-কম্থোকচবদা লায়না থোকই। নুমিৎ তাদুনা মমথ্রবদি কবিসু তৌফম খঙদনা অৱাবা হাযবদু ওই। মীওইবনা থেংন্নিংদবা তমথিরবা শা, মীবু চাবা ঙম্বা কৈনা লৈবা মফমদা লম্বী লমশাং চৎপদা নুমিৎতু তাথ্রবদি মীওইবদা অকিবা, অৱাবা অমদি নুংঙাইতবা হাযবদু ওই। পাউরৌসিনা তাক্লিবা

ৱাফমদি কনাগুম্বা অমনা অৱাবা খুদোংথিবা নংলিঙৈদা হেন্না খুদোংথিবা অমুক তাশিন্নক্তুনা ঙাকথোকফম খঙদবা অৱাবনা লাঙ্গোই চনববু খঙহল্লি। কৈবু কিদুনা লৈরিবা মীওইবদা অমুক নুমিৎ তাখিদুনা মমশীল্লকপগী অকিবা অমা অমুক হাপচিন্দুনা হেন্না কিনিংঙাই ওইবা ফিভম অমবু পাউরৌ অসিনা খঙহল্লি।

## ৩২। কোঞ্জেং কোকফাইনা নোমখৈ নোম্লগা মনঙ্গলদা মরুম থুই।

কোঞ্জেং কোকফাই হায়বসি ঈশিংদা লৈবা জীব মচা অমনি। অতৈ অতৈ জীবদি মফম অমদা নৎত্রগা অমদা মরুম থুই। অদুগা জীব অসিমদি তোঙানবা মফম অমদা মরুম থুদে, মশাগী মনঙ্গন্দা ওইনা মরুম থুই। নঙ্গলদা পোৎ পুবা হায়বসি ৱাই চিন্ননা থোকপা মওংনি। কনাগুম্বা মীওই অমনা ফনবনি খন্দুনা করিগুম্বা থবক অমা তৌরুবা মতমদা মদুগী কান্নবা মহৈদি ফংদ্রদুনা অৱাবা ওইননবা মচাক্তুম ওইরকপা মতমদা পাউরৌসি হায়নৈ। লমদমসিদা লৈরিবা জীব মচা অসিগী মনাৎকী ওইজবা মওংসিদা য়েংলুরে হায়রগা হায়ন-শক্করল্লিবা পাউরৌ অসিমক্কা ঐখোয়গী অহন-লমনশিং অদুসু মীওইবগা হীংমিন্নরিবা প্রকৃতিগী ওইবা পোৎলমশিংবু নীংথিনা খঙবি হায়বদুগী মশক্তু উৎলি। মখোয়গী অৱাবা মতৌবু মীওইবদা পানশিন্দুনা হায়নরিবা পাউরৌনি।

## ৩৩। কোনুংগী নীংথেম্নুবীনা চফূবুনা মহৈরা কেগাম্বুনা মপাল্লা হংই।

ৱানা লৈরম্বদগী নুংঙাইরকপা মতমদা হান্নগী অৱাবদু তাইবঙ মীওইবনা লায়না কাউথোকখিবা ঙম্মী। অসুম্না কাউথোকখিদুনা মানা ৱারিঙৈ মতমদা খঙলম্বা কয়াসু খঙদবগুম্না তৌখি। পাউরৌসি মণিপুরী সমাজদা লীনরকপা ৱারী অমগা কোন্ননা লৈ। পাউরৌসিগী ৱারীগা কোন্নবা মপাঙ্গোংগী ওইবা ৱাফমদি মণিপুরগী চফূ শাবনা শিনফম ওইবা থৌবান্দোং হায়বা খুন অসিদা মশক মতৌ চঙখোল্লবী নুপী মচা অমা চফূ শাবা য়াওদুনা মীগী মীনাই ওইদুনা লৈরম্মী। অসিগুম্বী নুপীমচা অসিগী মশক মতৌ ফজবসি উবদা লৈবাক নিংথৌনা মাগী তাল্লোই ওইনা লৌদুনা লৈমশিংদা চলহনখি। নোংমা মানা মনাই-মশলশিংগা লোয়ননা সনা কৈথেল কারকপদা চফূ য়োনফল্লোমদা লাকপদা চফূ অমদি হিদাক থকপদা শীজিন্নবা ঙাম্বকপু উরগা মশক ইখঙ খঙদ্রবগুম ঙাম্বক্তুবু চফূগী মপাল্লা হায়না মনাইশিংদা ওনশিন্দুনা হংখি। মাগা লাকমিন্নরিবী মনাইশিং অদুনদি মানা হৌরকপা মপুঙ্গিগী মওংদু খঙবনিনা মচীন খুমদুনা তুমিন তুমিন নুপীদুগী তৌশিন্নবা, খঙজিন্নদবা মওংদুবু করেম্নদুনা নোক্লখি।

অসিগুম্বা পাউরৌসিনা ফুল্লিবা নুংগী ওইবা অর্থসু পীরি। মদুদি মীওইবগী পুন্সি হায়বসি তম্বা ঙমদে। য়াম্না ৱানা হিংদুনা লৈরম্বা মীওইশিংনা নুংঙাইনা অৱাৎ-অপা য়াওদনা মনাই মশন কয়ানা থৌগল তৌদুনা হিংবসু য়াওরকই। নুংঙাইরম্বদগী য়াম্না ৱানা লেল্লকপসু য়াওদবা নত্তে। তাইবঙ মী অয়াম্বনা ৱারম্বদগী নুংঙাইরকপা মতমদা মাগী হান্নগী ৱাবগী মশক্তু লায়না কাউথোকখিদুনা হৌজিক হৌজিক ওইরিবা নুংঙাইবগী মশক অদুদা তাওদুনা লৈথোকপা ঙম্মী। হান্নগী অৱাবগী মশক্তু মপুন্সিদা অমুক্তা থেংনখিদ্রিবগুম ইরায় লায়না কাউথোকখিদুনা, অৱাবা মশক খঙলক্তুবগুম হৌজিক হৌজিক ওইরিবা নুংঙাইবগী মশক্তুদা অদুম্মক মপুন্সিদু হিংদুনা লৈরকপগুম অমদি লৈখিগদৌবগুম খনবা মীওইশিংগী পুক্নিংগী মশকপু তাকপা পাউরৌনি।

## ৩৪। কোৎপু শারবদি ফৌ মরাইনা লাকচনি।

কোৎ হায়বসি মৈতে খুন্নাইগী চৎনবী ওইনা ফৌ হাপ্পনবগীদমক্তা শাবা কাগী মমিংনি। চহি অমগী পোইনুগী ফৌগাবা মতমদা লৌবুক্তগী লোক্লক্লিবা ফৌয়ামশিংদু হাপচিন্নবা শারিবা মফম্নি। লৌবুক্তগী লোকলক্লিবা ফৌশিং অদুবু কোৎতা হাপচিল্লি। অদুগুম্বা কোৎ অদু শাবু শাজিল্লবদি মদুদা হাপ্পবা ফৌ অদুসু মরাইনা লাকচনি হায়বনি। কোৎ শাবা হায়বসি ফৌ কারকদৌরে হায়বগী মমিংদা হান্না শাবনি। ফৌ শুকলৈ লৈতবদা কনানসু কোৎ শান্নদে। মরমদুনা কোৎ শারবদি ফৌদি শোইদনমক্কী হাপলে। অদুনা করিগুম্বা থবক অমা পাঙথোকপা তারবদি পাঙথোক্কদৌরিবা থবক অদুগীদমক্তা হোৎনববু কল্লবদি শোয়দনা মায় পাক্কনি হায়বা পাউজেলসি পাউরৌ অসিনা পী।

## ৩৫। খঙনবা লাকই শেনমাঙ কূপখৎলু।

খঙন-চান্নবা মীওইশিংনা পোৎ লৈবা অসি খঙনরবদি খরা কান্নগদ্রা হায়না চঙনৈ। খঙনদবা মীওইশিংগী মফমদগী লৈরুগদবগী শরুকপুদি খঙনবা মফমদগী লৌরগা কান্নগনি হায়না খল্লি। অদুবু খঙন-চান্নবনি হায়না চঙলুরিবা মফম অদুগী মীওইশিংনা হেন্না খুদোংচাবা লৌদুনা লাব্রিবা খঙনবদুদগী হেন্না লৌশীনহৌবা য়াওই। অতোপ্পদা মাঙখিবা শেনফম ফাওবা কোখত্তুনা লৌহৌই হায়বনি। মীওইবনা মশা মশাগী ওইজবা থীবা মওংদু তাকই। খঙন-চান্নবা মফম ঙাক্তদা কান্নবা ফংবা নত্তে হেন্নদুম মাঙজবসু অদুম ময়াওই হায়বা ৱাখল্লোন তাকপা পাউরৌনি।

### ৩৬। খল্লন-খল্লনগা কোইজোম্বা ওক্নে।

মীওইবা ঐখোয়না থবক অমা তৌবদা য়াম্না খন্দোক-খঞ্জিন তৌদুনা রা য়াম্না পেৎলবদি অফবা ফংবা ঙমদে হায়বদু তাকই। হান্না ফংলিবা অদুনা অফবা ওই। অসুম খল্লবা মতুংদদি হান্নগী অদুদগী হল্লবা ওই হায়বদু তাকই। কোইজোম্বা হায়বসিনা তাক্লিবসিনা অথীবা ফজদবগী রাফম অমা ফোঙদোক্লি। পাউরৌসিগী রাখল্লোনসিনা মীওইবনা কাহেন্না খন্দোক খঞ্জিন তৌবসি অফবা ওইদে হায়বদু খন্থহল্লি। পাউরৌ অসি কনাগুম্বনা পোৎ-চৈ লৈবা মতমদা ফজে ফজদে হায়দুনা রা য়াম্না পেৎপা মতাংদা নৎত্রগা কনাগুম্বা নুপী নুপানা লৌন-লৈননবগী হায়ন-শীংনরকপা মতমদা পাম্মী পামদে হায়দুনা খন্দোক-খঞ্জিন য়াম্না তৌরকপা মতাংদা মথক্কী পাউরৌ অসি হায়দুনা হেন্না অথীবা নৎত্রগা ফত্তবা অমা থেংনরকপা য়াই হায়দুনা থেমজিল্লি।

### ৩৭। খূরক্কী ঈনা লাই শাই।

মীওইবগী পাল্লিবা খূৎশাশিং অসিগী মরক্তা ইথা থাজদনা চেল্লীবা ঈগী ঈচেলশিং অসিনা ফত্তবা ওইরক্লবদি মী মশাদুদা হকচাংগী ফত্তবা হায়বদু ওই। অদুগা পাউরৌ অসিনা পীরিবা নুঙগী ওইবা ফজরবা রাখল্লোন অমসু লৈরি মদুদি মীওইবা ঐখোয়না ঐগীনি হায়না খঞ্জবা খ্বাইদগী ঐগা নক্লবনি, মানা ঐঙোন্দা করিসু মাঙনবা তৌরক্লোই হায়না খঞ্জবা মীশকশিংসু লৈ। অসিগুম্বা মীশকশিং অসিনা ওনশীন্দুনা ঐগী মাঙনবা ফত্তনবা শীনগে হায়রবদি য়াম্না লায়না থোকই। ঐগী মীনি খন্দুনা থমজবা মীশক অদুনা ঐঙোন্দা ওনশীন্দুনা ঐগী মাঙনবা শিল্লকপা মতমদা অসিগুম্বা পাউরৌসি হায়নে।

### ৩৮। খুদোংচাববু ফংলবদি সাধুসু হূরাল্লি।

সাধু হায়বসি মায়াগী সংসারসিগী রাংমা লান্না সমাজগী মীয়াম মরক্তগী নাথেন্না মখোয়না নিংলিবা ঈশ্বরদুদা থরাই লূপ্তুনা লৈত্রবা মী মখল অমনি। অদুবু অসিগুম্বা মী মরক্তগী থাক রাংখৎনা অপাম-পামদা, অহাও-হাওতা, অরা-নুংঙাই পুন্নমক থাদোক্লগা লৈত্রবা মহাকসু খুদোংচাববু ফংলবদি হূরানবগী থবক তৌই হায়বদু পাউরৌসিনা উৎলি। মীওইবা ওইনা তাইবঙদা পোক্লবদি ফনা শেংবসু ওইসনু, ফনা থাক রাংবা মীসু ওইসনু মশা মশাগী কান্নবা য়েংদুনা মশাগী ওইজবা থিবা হায়বসিদি শোয়দ্রবনি হায়বা রাখল্লোন অসি পাউরৌ অসিনা উৎলি।

### ৩৯। খুৎকি খুজিবু মিংশেলগী মথৌ লৈবরা?

নুপী ওইবীশিংগী লৈতেংগীদমক্তা মখূত্তা খুজি শি। খুদাংদা শিরিবা খুজি অদুগীদমক্তদি ঐখোয় মীওইবগী মীৎনা ইরায লাযনা উবা ফংই। মরমদুনা খুজিদা পক্লিবা অমোৎ-অকায় শেংদোক্নবগীদমক্তদি মিংশেলগী দরকার লৈতে। পাউরৌসিগী নুংগী পাউজেলদি ইশানা ঙম্বা থবক্কীদমক্তদি মীগী মতেং লৌবগী কান্নবা লৈতে হায়বদু ফোঙদোকপনি।

### ৪০। খূত্তসু খুবী খুনাউ নাই।

মীওইবগী হকচাংদা পাল্লিবা খূৎকী খূৎশাশিং অসি পীকপা চাউবা চপ মান্নদে। মমিং তোখায় তোখায়দুনা শকফম তোঙান তোঙাল্লি। মতৌ অসিগুম্না মীওইবগী চৎনবী মতুং ইন্না সমাজসিদা লৈরিবা মীওইশিং অসিগী থাক অসি অমগা অমগা চপ মান্নদে হাযবদু তাকই। কনানা ইনাক-কৈবাক খুনবা ওই, কনানা লায়রবা ওই। খরগা হেন্না শন্দোক্না পাউরৌ অসিবু নৈনরুরবদি মীওইবা সমাজদা মখল মখলগী থাক্কী মীওইশিং হিংমিন্নদুনা লৈরি হাযবদু খঙহল্লি। কনাগুম্বনা নিংথৌ অদুগা কনা অমনা অঙম অথৌ নৎত্রগা মীচম প্রজা ওইবা য়াই। হৌজিক্কী মতমদা হায়রগা কনা অমনা অৱাংবা থাক্কী মহৈগী মঙাল ফংদুনা ইং-তপ্না নুংঙাইবা পুন্সি লেল্লি অদুগা লাইরিক লাইশু হৈহৌদবা শুবা-নোম্বা কন্দবা কযানা ৱাবা ওইদুনা ৱানা পুন্সি লেনবসু লৈরি। মীওইবগী খুৎশাসু মশক মওং মান্নদনা খুবী খুনাউবী হাযনা খায়দুনা লৈবগুম সমাজদা লৈবিবা মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সি অসিদসু অমগা অমগা চপ মান্নদে, খেন্নবা নাই হায়বদু পাউরৌ অসিনা প্রমান ওইনা উৎলি।

### ৪১। খুনুনা মথোঙদা কল্লী।

খুনু হায়বা উচেক অসিসু মপাঙ্গল কয়া কনজবা নত্তবা উচেক্লি। অদুবু অসিগুম্বা উচেক অসিসু মাগী মকোন মযাদদি অকনবা ওইদুনা অতৈ মশা কনবা উচেক কয়াগসু মশিংখা ফুদোক্তুনা লাম্বা পাননবা হোৎনৈ। মতৌ অসুম্না ফনা শোনবা মী ওইদুনসু মাগী মাগী কাদা থোরকপা মতমদা মপাঙ্গল ফুদোক্তুনা মানা ঙন্নবা হোৎনদুনা মাইয়োক যাই হায়বসি পাউরৌসিনা উৎলি। অসিগুম্বা প্রমানগী মশক ওইরবা পাউরৌ অসিনা কনাগুম্বা অশোনবা অমনা লৈজবা মতীং ফুদোক্তুনা মাগী অততাই তারক্রবা মতমদা অকনবা অমগসু লাম্বা পাবা ঙম্মী হায়বদু উৎলি। উপাই লৈবক্রবা মতমদা মানা মানা অঙম্বা মওংদা লাম্বা পাবা হায়বসি তাইবঙগী চৎনবী মওংনি হায়বদু পাউরৌ অসিনা প্রমান ওইনা তাক্লি।

## ৪২। খোঙ চোৎলগা চীন চোথলি।

মীওইকগী হকচাং শাগৎপদা খোঙ হায়বসি চঙদবা য়াদে। অদুগা চিন হায়বসিসু য়াওদবা য়াদে। চীন্না চারগা মীওইবনা মী ওইনা হিংনরিবনি। অদুগুম্বা চিন অদু খোঙনা চোৎপা ওইরবা মতমদা মাসু চোৎপা ওই হায়বনি। পাউরৌ অসিগী মনুংগী অর্থদি ৱানা হোৎনরুরগা মীওইবনা নুংঙাইবা ওই হায়বনি। খোঙনা চৎলগা ৱানা নোমদুনা মীওইবনা লন তাল্লুরগা চীন্না চাবা-থকপা ফংদুনা নুংঙাইবা ওই। মীওইবনা শুদ-নোমদনা লৈথোক্লবদি চাবা-থকপা ফংদনা অৱাবা হায়বদু ওই। অদুগা শু-নোমদুনা হোৎনবা কল্লবদি নুংঙাই য়াইফবা ওইদুনা চাবা থকপা ৱাত্তনা তাইবঙপান্দা লৈবা ঙম্মী হায়বদু পাউরৌ অসিগী ৱাখল্লোন্না পীরি।

## ৪৩। খোন্না পুক থনবা য়াদে।

ঐখোয় মীওইবনা পুক থন্নবগীদমক অমদি হিংননবগীদমক্তা চাবা হায়বসি চঙই। মীওইবগী চীন্না চীঞ্জাক কয়া চা-থক্রবা মতুংদা পুক থনবা হায়বদু ওই। চুম্নগী খোনখত্তুনা পুক থনবা হায়বদু ঐখোয় মীওইবদি ওইদে। মীওইবগী মরক্তসু মী অমগা মী অমগা মান্নদে। চীন্দোন লৈতোন য়াম্না ফবা থবক ওইনদি কয়া তৌগন্দবা মীওই কয়াসু লৈ। অদুগুম্বা মীওইশিং অদুগী ফজবা ৱাহৈ ৱাতাশিং অদুনা থবক ওইবা য়াদে হায়বদু তাকই। থবক শুবা য়াওদনা খোন ফজবতনা করিসু কান্নদে হায়বা ৱাখল্লোন অদু পাউরৌ অসিনা তাকই।

## ৪৪। খোম্না মতোয়না নৌরবদি হারুরনু।

মীওইবনা ঙাংথোক-শক্তোরকপা মতমদা য়াম্না ইং-তপ্লবা অমদি মেঙলবদি অদুগুম্বা মীওইশিং অদু অরায়বা, অচম্বা মী নত্তে হায়বদু ফোঙদোকই। মখোয় অদুদি মরৌ লৈবা মীনা হেঞ্জিনবা য়াদবা মীওইশিংনি। ইচম চন্না মখোয়বু খন্দোকপসু য়াদে। মতৌ মান্দনা তৌবা ঙম্বা মীওইনি হায়বদু তাকই। পাউরৌ অসি মী অমগী লমচৎ তাকপা পাউরৌনি। পাউরৌ অসি সমাজগী চমজরবা, পুকচেল শেংনা লৈজরিবা মীওইশিংদা মশাবু ঙাক-শেঞ্জনবা তাকপীবা পাউতাক ওই।

## ৪৫। ঙক য়োন্দনা সেনাপতি ফংবা হৌনদে।

পাউরৌ অসিগী মপাম্বোংগী ওইবা ৱাফমদি নিংথৌগী মনাই সেনাপতি ওইবা তারবদি নিংথৌগী অমদি লৈবাক্কীদমক্তা থৱাই পাম্মুদবা ওই। থৱাই থাবদা চিংনবা

লৈতনা অকিবা য়াওদ্রবা মতমদা সেনাপতিগী ফম ফংই হায়বনি। অদুবু পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়না মীথোই মীহেনবা নৎত্রগা অফ-নুংঙাই য়াইফবা ওইগে হায়রবদি হোৎনবা কনবতা নত্তনা অৱাবা খুদোংথিবা থৌদোক কয়াসু মায়োক্নগদবনি। পাউরৌ অসি কনাগুম্বনা করিগুম্বা অমা অৱাবা কয়া মায়োক্নদুনা হোৎনরকপা মতাংদা হায়ন-শরুদুনা হেন্না থৌনা হাপ্তুনা ৱাবদু মায়োক য়াফম থোকপা অৱাবনি হায়বদু ফোঙদোকই। মীওইবা হায়বসিনা অফবা অচৌবা ওইগে হায়রবদি অৱাবা খুদোংথিবা থৌদোক ৱাথোক কয়া মায়োক্নরবতদা ওইবা ঙম্মী হায়বদু পাউরৌসিনা তাকই।

## ৪৬। ঙসি শিনি পাউজেন্দে হয়েং শিনি পাউতাক্তে।

তাইবঙপান্দা মীওইনা পোক্লবদি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শিবা হায়বসি শোয়দ্রবনি। শিবা হায়বসি কনানসু খঙবা ঙমদে, তম্বা ঙমদে। ঙসি শিনি হায়বগী পাউজেনবসু লৈতে নৎত্রগা হয়েং শিনি হায়বগী মরমদা তাকপসু লৈতে। মীওইবা ওইনা পোকপু পোক্লবদি শিবা হায়বসি শাগোন্নদুনা লাক্লবনি হায়বদু তাকই। অদুগুম্বা মীওইবনা পোকপদগী শাগোন্নদুনা লাক্লবা শিবা হায়বসিগী মতম কনানসু খঙবা ঙম্নদে হায়বদু পাউরৌ অসিনা ফোঙদোকই। অসিগুম্বা পাউরৌ অসি অহল-লমনশিংনা মচা-মশুশিংদা তম্বা ঙমদবা পুন্সিবু খঙননবা তাকপদা হায়না-শক্লে।

## ৪৭। ঙানু মচা ঈশিংদা তাদুনা শিবা হৌনদে।

ঙানু হায়বা জীবসি ঈশিংদা হৈনবা জীবনি। ঈশিংদা ইরোয়দুনা মচিঞ্জাক থিবনা জীবসিগী হৈনবীনি। মরমদুনা ঈশিংদা হৈনবা জীব ওইবনিনা ঈশিংদা তাদুনা শিবা হায়বসি ওইথোক্তে।

পাউরৌ অসিনা নুঙগী পাউজেল ওইনা খঙহল্লিবদি মীওইবনা মাগী মাগী চান্নজবা শিনফমশিংদা নৎত্রগা মফমশিংদা থাজিনখিবা মতমদা অশোয়বা হায়বদু ওইরোই, মফমদুদা চঙখ্রবদি মশা মশাগী মতিক মপা চান্নবা অমমম ওইদুনা ফজনা থোক্লক্কনি। মশাগী অমাঙবা করিসু থোরক্লোই হায়বদু ফোঙদোক্লি। মাগী মাগী হৈনবী, চান্নজবা শিনফমদা থাজিনখ্রবদি শোয়দনমক্কী হীরমদুদা মতিক চাবা মী অমা ওইবা হায়বসি শোয়দ্রবা ৱাফমনি হায়বদু পাউরৌসিনা তাক্লি।

## ৪৮। চফূদি মী মূত্তে উয়ান্দি মী মূথলি।

পাউরৌ অসিদা য়াওরিবা চফূ অমদি উয়ান হায়বসি য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমদা মণিপুরদা চাক-য়েঙ্খাং থোংনরম্বা পাত্রনি। অনীমক লৈপাক্লা শাবা ঙাক্তনি। মতমগী য়াওল মতুংইন্না ঙসিদি লৈপাক্লা শাবা উয়ান্দা য়েঙ্খাং থোংবগী চৎনবীসি অকক্লবা মফম খরদতা লৈখ্রে। লমদমসিগী নাৎকী ওইবা চৎনবীদগী লৌরগা শেম্লকপা পাউরৌসিনা ঙল্লিঙৈ মতমদগী হায়ন-শক্লরকপনি হায়বসিমসু খঙবা ঙম্মী। পাউরৌ অসিনা খঙহল্লিবদি চাক থোংদুনা চারিবা চফূ অদুনদি মী অমবু মূৎহনবা নত্তে হায়বদি, ৱাহনবা, নংহনবা নত্তে। চাক অদুগা চামিন্ননবা মখল মথেল কয়াগী অহাও-অথুম কয়া থোং থাক্লরিবা উয়ান অদুনদি মী অমবু অৱাবা, অনংবো ওইহন্দুনা মূৎহনবা ঙম্মী হায়বনি।

ঐখোয়না চাক চাননবগীদমক্তদি চেঙনা থোংই। চেঙদদি পৈশা যাম্না চঙহনবা য়াদে। অদুগা চাকসু যাম্না চাশিন্দে। য়েঙ্খাংদদি নুংতিগী হোং হোংদুনা পৈশা য়াম্না চঙহল্লগা থোং থাক্তুনা চাবা য়াই। নোংমগী লেপ্তুনা অহাউ-অহাউবতা চাশীল্লক্লবদি শেলগী খরচ য়াম্না হেনগৎকনি। মাগী চঙগদবা শেল-থুমগী মতাঙদসু য়েঙ্খাং মথেল মথেল তৌদুনা অহাউবতা চারবদি থাগী শেল-থুম অদু কোন্নহন্দবা য়াই। অসুন্না চাক্তদি ঐখোয়না হোৎনরুবা তারবসু যেঙ্খাংগুম্না শেল চংহনবা ঙমদে। মরমদুনা য়েঙ্খাংদদি মী অদু শেল পায়হন্দবা মখৈ চাখোক-থঙোকপা য়াই হায়বদু তাকই। পাউরৌসিনা ঐখোয়না শেল-থুম লিক্লা শীজিন্ননবা করম্না চা-থক্কদগে হায়বগী মওং মতৌ অদুবু পাউরৌসিগী ৱাখল্লোনসিনা তাক্লি। অমবোমদা বূপ্লবা মূম্বানলোনবু তাকপা পাউরৌনি হায়বসু য়াই।

## ৪৯। চফূ কায়রগা ক্লাক হরাওই।

লৈপাক্লা শাবা পাত্র চফূ হায়বসিদা থায়নঙৈদদি মণিপুরী সমাজদা লৈরিবা মীওইশিংনা চাক য়েঙ্খাং থোংদুনা চান্নরম্মী। অদুগুম্বা চফূ অদু কায়ববদি থোংলিবা চাক অদু হৈদোক্তুনা মীওইবনা চাবা য়াদনা মাঙলবা মতুংদদি শা-উচেকশিংগী মচিঞ্জাক ওইনবগীদমক্তা হুন্দোক্তুনা মাংই। নোংমগী চাগদবা চাক্তুসু মাঙবগা লোয়ননা ইমুংদুগী চাক থোংনবগীদমক্তা অতোপ্পা চফূ অমা লৈনবগীদমক্তসু দরকার ওইদুনা শেল তিংই। চফূ অদুমা কায়বদা ইমুংদুগীদি অমাঙবা ওই। অদুগা উচেক ৱায়াশিংগীদি কান্নবা ওইদুনা মচীঞ্জাক চাবা ফংজে।

ক্কাক হায়বসি লমদমসিদা মরাং কায়না লৈরম্বা অমুবা মচুগী উচেক অমনি। চাক অসিবু মখোয়না মচীঞ্জাক ওইনা চায়। অদুগা মীওইবগী য়ুমদা থোংলিবা চাক চফুনা কায়দুনা হুন্দোরকপা মতমদা মখোয়গী হরাউবা নুংঙাইবা ওইদুনা মপূক থল্লা চাবা ফংজে। মরমদুনা চফু কায়দুনা চাক্কা কোন্ননা হুন্দোরকপা মতমদা ক্কাক্কা হরাওই হায়বনি। পাউরৌসিগী নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন্দি ইমুং অমদা চান্ন-চিন্ননা নুংশিননা লৈমিন্নরিবা ইমুংগী মীওইশিং অদুনা য়েংথীনরক্কুনা নৎত্রগা লৈকায়গী মীৱা লৌরগা খৎনরক্কুনা কাংখোং চাইরকপা মতমদা, ইমুংদুবু কল্লকপা, ইমুংদুগী অপূনবা শক্তম্বু থুগায়নিংলিবা মীওইশিংগী মফমদদি নুংঙাইবা ফাওই। অদুগা ইমুংদুগী অপূনবা ফজবা শক্তমদুদি অকায়বা ওই। পাউরৌ অসি ইমুং অমগী মীওইশিংনা খৎনরকপা মতমদা নৎত্রগা খৎনগে তৌরকপা মতমদা অহল ওইবশিংনা ৱারক ৱাতেম্বা ওইনা হায়ন-শঙ্কে।

## ৫০। চম্প্রা মশক থীরবসু মগুণ লৈবা হৈনি।

চম্প্রা হাযবসি লমদমসিদা ফংবা হৈ মখল অমনি। কা হেন্না য়েংবদা মশক-মতৌ ফজদ্রবসু মাগী মগুণদি অতোপ্পা য়েংবদা ফজবা হৈ কয়াদগী হেন্না লৈ। হিদাক-লাংথক্কী ওইনসু অদুম্মক শীজিন্নবা হৈনি। য়েংবদা ফজবা ঙাক্তনা গুণ লৈবা নত্তে হাযবদু তাকই। য়েংবদা ফজবদগীদি গুণ লৈবনা হেন্না চন্নে, ময়াম্না পান্নে হায়বদু পাউবৌসিনা তাকই। কনাগুম্বা মীওই-মীতৌ চাদবা মগুণদি যাম্না লৈজবা অমদসু অসিগুম্বা পাউরৌ অসি প্রমান তৌনে।

## ৫১। চরাংনা তা মতোন্দা তোংলগা ক্কাক্কা মথী চীৎলি।

চরাং হাযবসি মশা পানবা পাইবা ঙম্বা অপীকপা জীব মচা অমনি। জীব অসিনা মচীন তুম্বা তাগী মতোন্দা তোংবদা মঙোন্দা কবিসু অকায়বা থোক্তে। ক্কাক হায়বসিদি চরাংদগী য়াম্না চাউবা হেনবা উচেক অমনি। মহাক্তি তাগী মতোন্দা তোংবা য়াবা উচেক নত্তে। তা মতোন্না লেংলগা শিবা য়াবা উচেক্নি। অদুগুম্বা কাক অদুনা করিসু তৌরোইদবা চরাংনা তাগী মতোন্দা তোংলগা পাখৎমন্দুনা কিবদগী মথী চীৎলি হায়বনি।

কনাগুম্বা মীওই অমনা করিসু কান্নদবদা অতোপ্পগীদমক্তা মথৌ লৈবা শাদুনা মীগীদমক্তা ৱাবীবা কান্নদে হায়বদু পাউরৌসিগী ৱাখল্লোনসিনা তাকই।

**৫২। চাক চগ্রিং অমনা চেঙ চেঙকোক অমা মাংই।**

অকংবা চাকপু ঐখোয়না চগ্রিং হায়না কৌরে। অদুগুম্বা চগ্রিং ওল্লবা চাক অদুদি অমাংবা শীংদা চল্লে। চগ্রিং অমখক্তনা থোংদ্রিবা চেঙ চেঙকোক অমদা তাখ্রবদি চেংয়ামদু অমাঙবনি হায়দুনা অশেংবা থৌরমদা শীজিন্নবা য়াদে। শুপ্নগী চাক চগ্রিং অদুনা অয়াম্বা চেঙ চেঙকোক অদুবু মাংহল্লি হায়বনি। অফবা ময়ামগী মরক্তা ফত্তবা অমা য়াউরক্তুনা অফবশিং অদুবু চেঙ্থবা মতমদা পাউরৌসি হায়ন-শক্লে।

**৫৩। চাক্তিন্নববুদি মোনদিন্নবনা হেন্না লুম্মী।**

মীওইবা হায়বসি সমাজ লিংদুনা পাল্লিবনি। সমাজগী মনুংদা অমুক ইমুং-মনুং খায়দোক্তুনা লৈমিন্নৈ। লৈমিন্নরিবা ইমুং মনুংগী মনুংদসু চামিন-থকমিন্নবা, তুমিন-হিপমিন্নবা হায়না অমুক খায়দোকই। অদুগুম্বা চাক তিন্নদুনা চামিন্নরিবা কাংবুদগীদি মোন তিন্নদুনা হিপমিন্নবা কাঙবুনা হেন্না চান্নৈ, নুংশিনৈ হায়বনি। মসিগী নুংগী ওইবা ৱাবোলদি তাইবঙপান্দা লৈরিবা মীওইশিং অসি মমা-মপা, মচিন-মনাওগী নুংশিনবা মবীদগী য়ুম্বানমিন্নবিবা নুপা নুপী অনী হায়বদি মতৈ-মনাও ওইবগী মরীনা ইরূম লুম্মী হায়বনি।

**৫৪। চাকপাউগা লানবাউগা চাকপাউনা কল্লি।**

মীওইবদি চাদ্রবদি হিংবা ঙমদে। মরমদুনা চাবা-থকপা হায়বসি মীওইবগী মকুওইবা তঙাইফদ্রবা থৌদাংনি। চাশিল্লগা মপাঙ্গল কনখৎলবা মতুংদা মীওইবনা থবক-থনা কয়াবু লায়না তৌবা ঙম্মী। মরমদুনা শাবাউ-লানবাউগী পাউ লাকপগা চাক্কী পাউ লাকপগা অনীসিগী মরক্তা কনবসি চাক্কী পাউনা কল্লী। শা-লান থেংনবা হায়বসি লাম্বা তৌদুনা মায়োক্লরুগদৌরিবনি নুংঙাইবা মফমদা চৎপা নত্তে। অদুগা চাক্কী পাউদি ৱারুগদবা নত্তে, চাবা-থকপা তৌগদবনি। মসিনা হায়নিংলিবদি মীওইবা হায়বসি নুংঙাইবনা অৱাবদগী হেন্না পাম্মী হায়বদু তাকই। চাবা হায়বসিনা মীওইবগীদি মরুওইনা খন্নে হায়বা ৱাখল্লোন্দুসু তাকই।

**৫৫। চাকশা চাবা ঙৌ পোকই।**

য়াম্না শাবা চফুদগী থিদোরকপদা ঙায়রিবা অশাবা চাক্তু হেক্তা হুকচিন্দুনা চারবদি ঙৌ পোকই। চারিবা চাক অদুসু ফজনা মহাও খঙনা চাবা হায়বদু ওইদে। পাউরৌসিনা পীরিবা নুঙগী ৱাখল্লোন্দি কনাগুম্বা মীওই অমনা করিগুম্বা থবক অমা হাথু-হাথু

তৌরবদি অফবা থবক ওইদে। অৱাবা খুদোংথিবা নংবা ওই হায়বদু পাউরৌসিনা তাকই। পাউরৌ অসি অহন-লমন্না হাথু-হাথু তৌবা খুদোংথিবা য়াই খনবা মতমদা হায়নৈ।

৫৬। চাগনবা য়াঙ্গংবা শুগনবা লায়রবা।

মীওইবনা য়ান্না চারবদি ময়েক্কীদি য়ান্না নোয়ফম থোকপনি। অদুবু চাবদা মচি ওইবা ঙমদবা মীওইশিংদি য়ান্না চাশিল্লুরবদি চাবদা তুমদদুনা নোয়বগী মহুত্তা হেন্না ময়াং কংবা ওইহল্লি। অদুগা কন্না শু-নোমদুনা হোৎনরবদি লায়রবা কোক্তুনা অৱাবা ফবা ওই অদুবু শিন্থোং খঙদনা পংশুদা শুরবসু শুজবগী কান্নবা মহৈ ফংহন্দনা হেন্না ৱানবগী মচাক ওইবসু য়াওই। কনাগুম্বা মীওই অমনা মানা তৌজরুবা থবক খুদিংমক্তা কান্নবা ওইজবা অমতা ফংদবা, তৌরুবা থবক্কী ওন্ন-তৈনবা মহৈ ঙাক্তা ফংবা মতমদা পাউরৌসি হায়নৈ। ফনবা হোৎনজবদা ফওনবা ওল্লকপা যাওই। অসিগুম্বা ওন্ন-তৈনবা মীওইবগী লাইবক্তা তম্লকপা ঈশ্বরগী থৌওংবু শৈথাদুনা পাউরৌসিনা তাকই।

৫৭। চান্নবগী হূদি লুতোন কাই।

চান্নবা হায়বসি মী অমগা অমগা নুংশি চান্নববুনি। হূ হাযবসি মীওইবগীদি য়েক্লবনি। অসিগুম্বা হূ অসিনা লুতোন কায হাযবগী বাযমদি মীওইবগী লুতোন যৌনা কুপথ্রবদি লোইরবনি। পাউরৌসিনা পীনিংলিবা নুংগী বারোন্দি য়ান্না নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরম্বা মীওইশিংনো যেংথিনবকপা নুংশিনরক্তবা নংএগা শাউনরকপা মতমদদি য়ান্না শাথিবা যেক্লবা ওই, পাক্লা তেশীন্নবা যাবগী ফিভমদা লৈতে হায়বদু তাকই।

৫৮। চানিংবা য়েঙ্খাং হাউই, নুংশিবা শক ফজৈ।

ঐনা চাবু চানিংলবদি মীঙোন্দা হাউবা ওইব্বসু নৎত্রগা হাউৎবা ওইব্রবসু ঐঙোন্দদি হাউনা থোকই। মীনা য়েংবদা মশক মতৌ ফজনা উদ্রবসু নৎত্রগা ফজদ্রবসু ঐনা নুংশিরবদি নুংশিরিবা মীদুগী শকফম অদু ফজনা উগনি। হায়বদি ঐনা য়ানিংলবদি, য়ানিংলিবা মীদুনা তৌথোরকপা খুদিংমক ইফদা ফজৈ, ইনুংদা নুংশি হায়বদু তাকপনি। কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা অমা য়ানিংঙক্তবা মতমদা মীওই অনীদু মরৈ য়েৎনবা মতমদা পাউরৌসি হায়দুনা মাগী মাগী থম্মোইগী অপাম্বদুনা, নুংশিবদুনা ইহেন হেল্লি হায়বদু ফোঙদোক্লে।

### ৫৯। চানিংমল্লগা লেক্কুনা তোকই।

য়াম্না চানিং থক্লিংলবদি চাবা থকপা ফংদনা লেক্লগতা তোকহৌই হায়বনি। খুদম ওইনা হায়রবদা কনাগুম্বা অঙাং অমনা অচাপোৎ অসুম য়েল্লকপদা মমা মপানা মাগী থুংবিরিবা শরুক্তুদগী পেন্দ্রদুনা খরগা হেন্না পীয়ু হায়দুনা নিঙই তৌদুনা লৈরিঙেদো অঁতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা চাথোকখ্রবদি মাদি চাবা ফংহৌদবা হায়বদু ওইহৌই। অসুন্না য়াম্না ফংনিংবদগী খরদং ফংবদুদা পেন্দ্রদুনা হেন্না ফংনবা হোৎনবা অমদি মাগী ওইনিংবদগী হেন্না ওইননবা হোৎনবদা হান্নগী মওংদু ফাওবা ফংদ্রবা মতমদা পাউরৌসি হায়নৈ। কনাগুম্বা মীওই অমনা তৌগদবা লৈরবা থবক্তু নৎত্রগা মীশক্তু হেন্না কন্না ফংনবা তকশীনবদগী ফংদ্রবা নৎত্রগা তৌদ্রবা মতমদা পাউরৌসি হায়নৈ।

### ৬০। চামিন্নবা হাউই পুমিন্নবা য়াংই।

মীওইবা হায়বসি কাঙলুপ নাইবা সমাজ লিংদুনা পূন্না হিংমিন্নবা জীবনি। নাইতোম তানা ইথন্তা হিংদুনা লৈবা ঙম্বা নত্তে। মরমদুনা করিগুম্বা পোৎ অমা লৈবদা ময়াম পূন্না চামিন্নবা হায়বসি হাওবা ওইহল্লি। করিগুম্বা অরূম্বা পোৎ অমা ইথন্তা পুবা হাযবসি অৱাবগী মশক ওই। য়াম্না লুম্মল্লগসু পুবা ঙমদবসু য়াওই। অদুবু অদুগুম্বা অরূম্বা পোৎ ময়াম পূন্না পুমিন্নরবদি ইরায় লায়না ইয়াং য়াংনা ৱাদনা পুমিন্নবা য়াই। পাউরৌসিনা হায়নিংলিবা ফজরবা অর্থ অদুদি অমতা তৌবা থবক্তগীদি ময়াম পূন্না তৌমিন্নবা থবক্তা হেন্না নুংঙাইবা অমদি অফবা ওই হায়বা ৱাখল্লোনসিনি।

### ৬১। চায়াম পোকপনা নোকপা চঙই, পৈশা পায়বনা নোকপা য়াদে।

মচা-মশু য়াম্না পোকপা হায়বসি অৱাবা লায়রবা ওই। ময়ামগী মনিং থুংননবা হোৎনবদা ৱায়দি হায়ববু অমগী মতৌ খরা য়েং, অমগী মতৌ খরা য়েং তৌদুনা মপা ...াবু অমদি মচিন-মনাওবু নুংঙাইহল্লি। অমরোমদা ৱারবসু মী য়াম্বগী নুংঙাইবা ...দি ফংহল্লি হায়বনি। শেল য়াম্না লৈবা মীশিংনা শেলশিংদু পুথোক্লগা নোকপা ...দ। মীনা শেলদু উখিগদরা হায়বগী অকিবা অমা মশাদা লৈহল্লি। অদুনা কিদুনা ...লশিংদু মী উদনবা হোৎনদুনা লোইশিল্লি। শেলশিংদু মাঙদা থল্লগা নোকপা হায়বসি ...থোক্তে। পাউরৌসিগী ৱাখল্লোনসিনা তাক্লিবদি শেল-থুম য়াম্না লৈবতনা নুংঙাইবা ...ত। মীওইনা হিংবা তারবদি নুংশি-চান্ননা, ইচিন-ইনাও অমদি মীওই কয়া হিংমিন্নবা ...ই হায়বদু ফোঙদোকই। মীওইনা হিংবা তারবদি ফন্না লায়ররবসু মচা-মশু কয়াগা ...মিন্নরিবা মীওইশিংনা নুংঙাইবা ওই। শেল-থুম য়াম্না পায়রগা, মচা-মশুদি লৈজদবা

কাণ্ডবুদি নুংঙাইবা ওইদে হায়বদু তাকই। ইনাক-কৈরাক যাম্না খুল্লগা মচা-মশুদি লৈতবদগী অৱাবা মতমদা অমদি চায়াম পোক্তুনা চাবা থকপগী ৱারবা মতমদা মচা অমগী মতৌ য়েংবদা নোক্লিংবা পোক্তুনা অৱাবশিং অদু কাউথোক্তুনা নোকপা মতমদা পাউরৌসি হায়নৈ।

## ৬২। চেকশিল্লগা চেক্কী য়ুম শাই, ফাদোক্লগা ফরা শাই।

চেকশিন্না হোৎনরবদি মমল য়াম্বা চেক্কী য়ুম শাবা ঙম্মী। অদুগা চেকশিন্দনা ফাদোক্তুনা অসুম লৈরবদি করিসু তৌবা ঙমদে হায়বনি। পাউরৌসিগী ৱাখল্লোন অসিদি মী অমনা হিংবা মতমদা য়াম্না চেকশিন্না মফম মতম খঙনা কুপশিন্না হোৎনদুনা পাল্লবদি অফবা অহেনবা ওই। চেকশিন্দনা ইফা ফাদোক্তুনা পং-মাঙদা মাঙহল্লবদি অফবা চাউখৎপা ওইবা ঙমদনা অৱাবা ওই হাযবদু তাকই। চেকশিন্না ফজনা হিংনবগী ৱাখল্লোন্দু পাউরৌসিনা মীওইবা ঐখোয়দা তাক্লি। অহন-লমন ওইবশিংনা মচা-মশু ওইবশিংদা পোৎ মচা-মশু কযাবু ৱাওই-থওইদনা হুন্দোকপদা পাউরৌসিনা লৌশিং জ্ঞান পীদুনা অপিকপা, অকুপ্পা পোৎশিংবু মমল লৈনা শীজিন্ননবগী ৱাখল্লোন্দু তাকই। চেকশিন-খোমজিন্নবা মচা মশুশিংবু ৱারক ৱাতেম্বদা যাম্না তোয়না শীজিন্নবা মণিপুরী পাউরৌ অমনি।

## ৬৩। তম্বদা অহন ওইবা লৈতে।

মীওইবা ঐখোযনা ঐখোযগী পুন্সিদা খঙজিন হৈজিনবগীদমক্তা জ্ঞান লৌশিং তানবদা অহন ওইরে হাযবগী অথিংবা লৈতে হাযবনি। অহন মতম ওইদুনা মহৈ-মশীংগী অমদি বুধি লৌশীংগী মরমদা খঙজিন্নবা থিজিনবদা অহন ওইরে মতম হেল্লে হায়বগী ৱাফম কবিসু লৈতে। অঙাং ওইরিঙৈদগীনা অহল ওইরক্লবা ফাউবদা তম্বগী লোইবা নাইদে। মীওইবগী পুন্সিনা লোইদ্রি ফাউবা তমশিনবদা অকায়বা লৈতে। তানশিনগদবা মহৈসি অসুক্কী মতিক য়ামখ্রে অদুনা মহৈ তম্বদা অহন ওইরে হাযদুনা তোক্কদবা নত্তে।

## ৬৪। তরাগী চৈশুনা লেংথোং ফায়।

মী অমখকনা পাযবা চৈশু অমখক্তংদি অদুম্মক ইবায় লায়না পুবা ঙম্মী। মী অমগী লেংদা থোঙ্গৎতুনা পুদ্রবসু খুৎনা ইরায লায়না যাম্না য়াংনা পুবা যাই। মী তরানা পায়রিবা চৈশু তবানা পুনশীল্লবদি মী অমখক্তনা পুবদা মীদুগী লেংদা থোঙ্গৎলগা

পুবদা মপোৎ অমা ফায়। প্রমানগী মশক ওইরিবা পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা নুঙগী ৱাখল্লোন্দি অপূনবনা পাঙ্গলনি হায়বসিনী। ঐখোয়না থবক থৌরম তৌমিন্নবদা অমমমতা মচোই মচোই তৌরবদি মাইপাকপা ৱাবা অদুগা পূনশীল্লবা, তাথোক-তাশিন তৌদুনা তৌমিন্নরবদি মাইপাকপসু ওই মীনা লাকচবসু ঙমদে।

**৬৫। তৎপু তত্তুবদি লংহীনসু তরেংয়োৎ তুমহল্লি।**

তরেং হায়বসি মণিপুরী খুন্নাইদা ফি শাবদা লংচাক চাক্লবগীদমক্তা শীজিন্নবা. খুৎলাই অমগী মমিংনি। মসিদা য়াওরিবা লংচাক হাপ্পবা শীজিন্নরিবা য়োৎনা শাবা মচাক অদুবু তরেংয়োৎ কৌই। অসিগুম্বা তরেংয়োৎ অসি চুন্নগী লংনা তাদুনা শেম্বা লংহী হায়না খঙনরিবা তরেংদা য়াওরিবা মরী অসিনা তৎপা লৈতনা তরেংয়োৎতা তক্তুনা তরেং লৈদুনা লংচাক চাক্লকপদা লংহীনা তারিবা মফমদু তুমহনবা ফাওবা ঙম্মী হায়বনি। কনথ্রবা য়োৎ অদুদা চুন্নগী লংনো ফাওবা লেপ্পা লৈতনা তক্লবদি তুমহল্লি। পাউরৌ অসিনা পীরিবা পাউজেলদি হোৎনববু লেপত্রবদি খ্বাইদগী অচৌবা, অরুবা থবক অমসু মাইপাকপা ঙম্মী।

**৬৬। তীম্ভোক অশিবনা ঙমু অচঙবা থেম্মী।**

তীম্ভোক হায়বা তীন অসিবু ফারগা খোইদা লেংদুনা ঈশিংদা থাদদুনা থম্লগা ঙা ফায়। ঙাশিংনা খোইদা য়াউবসি খঙদদুনা তীম্ভোক্তু চাবদা খোইদা পন্দুনা অচঙবা ঙমুদু লায়না ফাবা ঙম্মী হায়বসিনা মপাম্ভোংগী ওইবা পাউরৌ অসিগী মশকনি। মতৌ অসুন্না মী অমনা মী অমবু লৌশিং তৌদুনা অপাম্বা পোকহল্লগা মীদুগীদি করিসু কান্নদ্রবসু তৌরিবা মাগীদি কান্নবা ফংনবা হোৎনবদা কান্নবা ফংলোইদবা মীদুনা অশীংবা মশাগী কান্নবা ফংনবা হোৎনরিবা মীনা হায়বা য়াদুনা মশাগী মাঙজবা মতমদা ৱাফমশি হায়নৈ।

**৬৭। তিম্ভাং অমা চঙলবদি তিম্ভাং অমনা হল্লু।**

তিম্ভাং হায়বসি মচিন তুম্বা খোঙ-খুত্তা য়ুবা পোৎ অমনি। অসিগুম্বা তিম্ভাং অসি হন্দুনা লৌথোক্কে হায়রবদি মাগুম্বা তিম্ভাং অমনা হন্দোক্তুনা লৌথোকপা তাই। পাউরৌসিনা হায়নিংলিবা নুঙগী ওইবা ৱাখল্লোন্দি কনাগুম্বা অমনা ঐঙোন্দা ফত্তনবা তৌরক্তুনা অৱাবা খুদোংথিবা তারবদি ঐনসু মঙোন্দা চপ মান্ননা হন্দুনা অৱাবা খুদোংথিবা তাহনবা তাই হায়বনি। মীনা হৌরক্লবদি তুমিন্না লৈথোক্তনা মহাক্না তৌরক্লিবা থৌওং অদুম্মক তৌদুনা মঙোন্দসু হনবা তাই হায়বা ৱাখল্লোনসি পাউরৌসিনা পী।

## ৬৮। তুরেলগী ঈচেন্দিং হঙ্গৎনা চেন্দে।

চেম্থরিবা তুরেলগী ঈশিংগী ঈচেল অসি অসুম্মক ঈচেলগী মতুংইন্না খারোমদা চেম্থখি। চেম্থরিবা ঈচেল অদুদগী কৈদৌঙেদসু থকলোমদা হঙ্গৎনা চেনখৎলক্তে। অসিগুম্বা মওং অসিবু লৌরগা মীওইবা সমাজগী চৎনরিবা মওং অসিদা পুশিল্লক্লিবা ৱাফমদি মমা মপা ওইবশিংনা মচা-মগুবু নুংশিবমুক মচা-মগুশিংনদি মমা-মপা, মপু-মবেনবু নুংশিবা ঙমদে হায়বদু ফোঙদোকই। নুংশিবগী মরিসি মখা থাবা মচা ওইবশিংনা নুংশিবদগীদি মমা মপা ওইবশিংনা মচা ওইবশিংবু নুংশিবনা হেল্লি হায়বনি।

## ৬৯। তোকঙাসু কান্নবা মরাকই।

তোকঙা হায়বসি মী অমগা মী অমগা পূনশীন্দুনা করিগুম্বা ৱাফম অমা অসুম ঙাংনবদগী মথং মথং শন্দোকখিদুনা ৱাফমদু অসুম পাকথোক-চাউথোরকপনি। ওইরিবা ৱাফমদুগী অচুম্বদগী হেনদোক্লা পাকথোক-চাউথোরকপসু য়াওই। অসুন্না শন্দোরকপা অসিনা হান্না খঙলমদবা মীওই কয়াবুসু খঙহল্লকই। খঙবদা কান্নবা ৱাফম কয়া য়াওরক্লুনা শুকখঙ খঙলমদবা মীওই ফাওবদা খঙহন্দুনা কান্নবা ওইহনবসু য়াওই হায়বনি। অসিগুম্বা পাউরৌ অসি য়াম্না তোয়না শীজিন্নবদি নত্তে। তাঞ্জা চারুবদগী মীয়াম্না ঙাংনরকপা পাউদগী কনাগুম্বনা করিগুম্বদা শোয়বদগী নোং-ফাদোক কান্নবা খজিক থেংনরুবদা হায়নবগী ৱানি। তোকঙা হায়বসিদা অফবা হায়বসি তোইনা থোক্লনবা ৱাফমদি নত্তে।

## ৭০। থন্দবা চফূ মখোল হৌই।

ঈশিং থন্না হাপ্লবা চফূদি কোক্তা নৎত্রগা থাংদুনা পুবা মতমদা মখোন থোক্তুনা তুমিন্না লৈ। অদুগা ঈশিং থন্না হাপ্তুবা চফূদি ঈশিংদু থলহৌদবনা মরম ওইদুনা চফূদু পুদুনা চৎপা মতমদা ঈশিংদুনা নীকপগী মখোল থোকই। মরমদুনা ঈশিং থন্না য়াওবা চফূদগীদি ঈশিং থন্না হাপ্তুবা চফূনা মখোল থোক্তুনা ময়ামদা ঈশিং থন্দবা·য়াওরি হায়বদু খঙহল্লি। মতৌ অসিগুম্না মতিক-মগুণ য়াম্না লৈবা মীওইদগীদি মতিক-মগুণ কয়া য়াওদবা মীওইশিংনা য়াম্না মতিক-মগুণ লৈবা শাদুনা অখঙ-অহৈ শাবা হেল্লি। মতিক-মগুণ য়াম্না লৈবা মীদি তুমিন লৈরগা মাগী মতিক-মগুণ অদু মতাং মতাংগী ওইনা মানা তাক্লুদ্রবসু মীয়াম্না অদুম খঙজরকই। অদুগা কয়া হৈফাত্তুবা খরদি হৈবা মীওইশিংদি মশানা মীনা খঙ-হৈ হায়সনু খন্দুনা য়াম্না খঙহৈবা শাদুনা পঙঙাংদা ঙাংদুনা মাগী মতিক-মগুণ উৎলিবনি হায়দুনা হোৎনবা মীওইসু য়াওই। মীওইশিংসিগী মশকসি তাকপদা পাউরৌসি হায়নদুনা মীদু করম্বা মীওইনো হায়বদু ফোঙদোক্লে।

## ৭১। থাউমৈ মখোঙদি মম্বনি।

থাউমৈ হায়বসিনা মৈ চুখৎলগা অমম্বদা মঙাল পী। অমম্বা মায়কৈশিংবু থাউমৈনা মঙাল পীদুনা ঙালহনবা ঙম্নবসু থাউমৈ মশাগী মখোঙবুদি কৈদৌঙৈদসু ঙালহনবা ঙমদে। মতৌ অসুম্না মীওইবা ঐখোয়সু মীগী অশোয়বা ফত্তবা কয়াদি উদুনা হন্দুনা ঙাংনৈ। অদুগা ঐখোয় ইশা ইশাগী ওইনা লৈজরিবা অশোয়বা ফত্তবা কয়াবু ঐখোয় ইশানা খঙবা ঙমদে হায়বা বাখল্লোনসি পাউরৌ অসিনা উৎলি।

## ৭২। থাজদবা ইখ্লোলদা ওইদবা পাম্বী হৌই।

ইথা থাজদবা মফমদা অফবা ফজবা ওইবা য়াওই হায়বসি পাউরৌসিনা তাকই। মপাম্ছোংদা য়াম্না মতৌ মাল্লগা মনুংদদি করিসু য়াওরমদবসু য়াওদবা নত্তে। অদুগা মপাম্ছোংদা মতৌ য়াম্না মান্দ্রবসু মনুংদদি য়াম্না ফজনা লৈরম্বা কয়াসু থেংনদবা নত্তে। অসুন্না মতৌ ইমান মান্দবা মফমদা অফবা ওইদুনা লৈরম্মী হায়বদুবু প্রমান তৌরগা শীজিন্নবা পাউরৌনি।

## ৭৩। থাজবনা লাম্নৈ।

মীওইবনা মাগী থম্মোইনা থাজরবা মীদুনা মাগী মাঙনবা তৌবা ঙম্বা ওই হায়বনি। অতোপ্পা মীতোপ হায়বদি মী অদুনা থাজবা ঙমদবা অমনদি মীদুগী মাঙনবা করিসু তৌবা ঙমদে। মহাকপু থাজবা ঙমদবনিনা মানা মাঙনবা করি তৌরক্কদগে খনবদগী য়াম্না চেকশীন্না লৈবনিনা মীদুনসু করিসু মাঙহনবা ঙমদে। অদুগা থাজরিবা মীদুবুদি মঙোন্দদি থাজরবনিনা মীদুগী অরোন-অথুপ লোইনমক খঙবা ঙম্মী। মরমদুনা থাজবা মীদুনা মাঙহনগে হায়রবদি ইরায় লায়না মাঙহনবা ঙম্মী। অতোপ্পা থাজদবা মীনদি মাবু লায়না মাঙহনবা ঙমদে। অসিগুম্বা পাউরৌ অসিগা "মরুপ্পা মরুপ হাৎপনি" হায়বসিগা মান্নবা অর্থদা লৌবা য়াই। থাজবদগী লানবা হায়বসিসু থাজনরিবা মরুপ মপীজা নৎত্রগা নকুবা মরী মতাশিংগী মরক্তনি। মরুপ্পা মরুপ হাৎপা হায়বসিসু থাজনরিবা মরুপশিংগী মরক্তনি। পাউরৌসিনা পীরিবা পাউজেল্দি মীওইবা হায়সি খোঙথাং খুদিংদা চেকশীনগদবা ওই হায়বসিনি। চেকশীন্দবা শেন্নহৌদবা মীকুপ্তগী অবাবা, খুদোংথিবা তাবনি হায়বদু তাকপনি।

## ৭৪। থাসিবু অদুম ওইগদরা, নোংমসু পুর্ণিমা ওইগনি।

থাসি হায়রগা ঐখোয়না খঙনরিবসিদি থানা পুর্ণিমা ওইরম্বদগী খরা খরা পীকশিল্লক্তুনা শিথরকপা অসিবু খঙনৈ। পুর্ণিমা হায়রগা থানা মপুঙ ফাদুনা ফজবা

মশেক মঙালগা লোয়নবা শকফমবু খঙনৈ। মালেম পৃথিবীগী খোঙচৎতসু থাসি অমুক ওই, অদুদগী পুর্ণিমা অমুক ওইদুনা থাগী অহোংবা শকফম লৈ। মতৌ অসুন্না মীওইবগী পুন্সিদসু থাগী শকফন্না অরেপ্পা লৈতবগুম্না অরেপ্পা লৈতে। য়াম্না ৱানা-নংনা হৌরক্লবসু, যাম্না ইনাক কৈরাক খুনবা মীওই ওইরক্রোই হায়নিংঙাই লৈতে। নোংমা শোইদনা নুংঙাইরকখিগনি ৱাদুনা অদুম লোইখিগদবা নত্তে হায়বদু পাউরৌসিনা তাকই। মীওইবগী পুন্সি হায়বসি অমরোমদা অৱা-নুংঙাই অনীনা পুল্লগা শেম্বনি হায়বসু নীংশিংহল্লী। অদুনা ৱাদুনতা লৈরিবা মীওইদু হোৎনজরবদি হোৎনমন্না নোংমদি নুংঙাইবা শরুক থুংলখিগনি হায়বগী ৱাখল্লোন্দু পাউরৌ অসিনা পীরি।

## ৭৫। থী ফায়বদবু মচি মরুমদা ফায়বনি, ৱা ঙাংবেদবু মচি মরুমদা ঙাংবা হৈনদে।

থী ফায়বা হায়বসি মী উদনবা হোৎনদুনা মচি মরুমদা ফায়। অদুগা ময়াম্না তাননবা ৱা ঙাংগে হায়ববদি মচি মরুমদা লৈরগা ঙাংবদুনদি কান্নদে, মাঙ থোক্তুনা ঙাংগদবনি হায়বদু তাকই। কনাগুম্বা মীওই অমনা অফবা থবক অমা তৌগে হায়রবদি মীমাঙ থোক্না হোৎনগদবনি, য়াম্না কিথি-কিকম তৌদুনা হোৎনগদবা নত্তে। থৌনা যম্না লিংজেল লৈনা মায় পাক্লবগীদমক হোৎনবা তাই হাযবনি। অদুগা অতোপ্পা অমনা মীনা মীৱা ঙাংনদুনা হায়বকপা মতমদা অদুগুম্বা ৱাফমদি লৌদবনা ফৈ হায়বসিনি।

## ৭৬। থিঙেল তাইনবা ঙমদ্রগা নাশিখোংদা তাইনৈ।

থিঙেল হায়বসি তুরেলগী অচৌবা মকওইবা পলবু খঙনৈ। চেন্থরক্লিবা তুরেলগী ঈশিংগী ঈচেলনা কন্না চেন্থবকপদা থিঙেল থিংদুনা থুগায়বা ঙমদ্রবা মতমদা অপিক-অপিকপা ওইনা লৈবিবা নাশিখোংশিংদা তাইনদুনা পলশিং অদু থুগায়। মসিনা পীরিবা ৱাখল্লোন অসিদি কনাগুম্বা মীশক অমনা কনাগুম্বা মীওই অমদা য়াম্না শাউনিংবা মতমদা মীশক্তুদা হকথেংননা লমন খুম্বা ঙমদ্রদুনা অতোপ্পা মানা ঙম্বা অমদা মাগী অশাউবদু তাইনরকপা মতমদা পাউরৌসি হাযনৈ। হায়বদি মানা হেক তৌগদবা মীশক্তুদদি তৌদ্রদুনা ইতোপ তোপ্পা মানা অঙম্বা মফমদা তাইনগনবা মীওইবগী মতৌবু পাউরৌসিনা ফোঙদোক্লি।

## ৭৭। থৌবান্দোং চফুবু কায়নবা য়ৈবরা?

মমাঙঙৈদা মণিপুরদা থৌবান্দোং হায়বিবা খুন অসিদা চফু শাবনা মরুওইবা শিনফম ওইদুনা লৈবম্মী। অসিগুম্বা চফু অসি শাবা মতমদা লৈবাক অদু পেৎলিঙেদগী

হৌনা মওং তাননবা য়ৈ-য়ৈদুনা শাই। চফূ অদুনা মওং তারক্লবা মতুংদা য়ৈরগা শেম্বদু তোকই। মতৌ অসুন্না চফূ অদুবু য়ৈ-য়ৈদুনা শারিবসি চফূদু থুগাইনবগীদমক নত্তে চফূ অদুগী মওং মতৌ ফজনবা শেম্বনি।

অঙাংনা পিক্লিঙৈ মতমদা অঙাংদুগী অফ-ফত্ত দায়িত্ব অসি মমা মপা ওইবশিংনা নথ্রগা ইম্মুং মনুংগী,অহন-লমন ওইবশিংনা লৌই। অদুনা অঙাংশিংবু করিদা শোয়খিগদগে নথ্রগা মাঙখিগদগে হায়না শেন্নরিবা মমা মপা নথ্রগা অহন-লমনশিংনা অঙাংশিং অদুনা খঙনা নথ্রগা খঙদনা মশা মশা মাঙজবা য়াবা লম্বেলদা খোঙ থাংজিনবা হৌরকপা মতমদা মদুবু কন্নবগীদমক্তা থেমদুনা নৌদুনা নথ্রগা ফূ-চৈদুনা য়ারক্লগা অফবা লম্বীদা পুরক্লবা হোৎনৈ। অসুন্না মমা মপা অহন-লমন ওইবশিংনা মচা মশুশিংবু ফূ-চৈদুনা য়ারকপগী মতৌবু মথক্কী পাউরৌ অসিনা প্রমান ওইরগা ফোঙদোক্লে। মরমদি চফূ শাবনা চফূ শাবা মতমদা চৈনা য়ৈ-য়ৈদুনা চফূ অদুবু মওং তাননবা শেম্বগুম লৈপাক্কী মতৌগুন্না থোৎলিবা নৌরিবা অঙাং অদুসু অহন-লমনশিংনা ফূ-চৈদুনা য়ারকপনি অমদি অফবা লম্বীদা পুরক্লবা হোৎনবনি। চফূ শাবনা য়ৈরিবা অদুসু চফূদু কায়ননবা য়ৈবা নত্তে চফূ অদুবু ফজনবা মওং তানবা শেম্বনি। মতৌ অদুগুন্না অহন-লমনশিংনসু অঙাং অদুবু নুংশিদদুনা ফূবা নথ্রগা মাবু মাঙখ্রসনু তাথ্রসনু হায়দুনা ফূবা নত্তে। তুংগী পুন্সিদা অফবা লম্বেলদা চত্নুনা মীথোই-মীহেনবা ওইহৌসনু হায়বগীদমক্তা ফূ-চৈবনি হায়বদু পাউরৌসিনা প্রমান ওইনা উৎলি।

## ৭৮। থৌবুনা মথৌদা পঙই।

করিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা মপুঙ ওইনা চোংথোক্লিবা মী অদু থবক অদুগী মপূনি। য়াম্না হৈশিংবা মীওই ওইরবসু মাগী মথৌ ওইরকপদদি ইপঙ পঙশিল্লি। মীগীদদি ফনা খঙ-হৈরে হায়দুনা অশীন-অরাং ওইরবসু মাগী মাগী মথৌ থোক্লকপদদি ইপঙ পঙবা হায়বসি মীওইবগী হৌনশানি হায়বদু পাউরৌসিনা তাকই।

## ৭৯। দশাগী মতাংদা য়াইরু চংই।

মীওইবনা য়ারিঙৈ মতমদদি অয়াবা হায়বসি হৌনবদৌনা মরি মরি লাক্লুনা হেন্না খুদোংথিনিংঙাই ওই হায়বদু পাউরৌসিনা ফোঙদোকই। অয়াবা অমা তারিঙৈদা মদুদগী হেনবা অয়াবা অমা থোক্লকপা মতাংদা অসিগুম্বা পাউরৌসি হায়ন-শক্লে।

## ৮০। দোলাই তোংবীগীদমক বাইকুপ পুবিনা বায়।

থাইনভেদদি মণিপুরদা ফন্নাইবা অচৌ-অশাং ওইবা অমসু নিংথৌকোনগী লৈম-শিজশিংনা দোলাই তোংদুনা চৎপসি চৎনরম্মী। লায়রবা মীচম প্রজানদি দোলাই তোংবা ঙম্মরমদে। খোঙনা অদুম চৎনরম্মী। অসিগুম্বা দোলাই তোংদুনা চৎলিবী অচৌ-অশাং ইমুংগী মীওইগীদমক খোঙনা চৎলিবী অমনা বাবীরি। খোঙনা মশা ঙাক্তা চৎপসু নত্তবী বাইকুপ পুদুনা বানা চৎলিবী নুপী অমনা দোলাইদা তোংদুনা নুংঙাইনা চৎলিবী মহাক্কীদমক্তা বাবীবা মতৌদু পাউরৌ অসিদা য়াওরি। পাউরৌসিনা উৎলিবা বাফমদি মরম ইরৈ লৈতনা নুংঙাই-য়াইফরিবা মীদুগীদমক্তা মথৌ লৈতনা মশাগী ওইরিবা ফিভমগা কাউথোক্তুনা মথৌমক হেক ওইনা খন্দুনা বাবীবা মওং অদুনি। তশেংনা হায়রবদা থৌ লৈতনা থৌ লৈবা শাদুনা মীগীদমক্তা বাবীবা মীওইশিংগী মওংবু তাকপা পাউরৌনি। অসিগুম্বা করিসু কান্নবা পুরক্তবা, থৌ লৈতনা মীগীদমক্তা বাবীদনবা পাউতাকসু পাউরৌসিনা পী।

## ৮১। নাইতোম তাবা শন কৈনা চায়।

শন হায়বা শা মখল অসি মাগী মাগী কাঙলুপ নাইদুনা পুন্না পুন্না চৎমিন্নবগী মওং অসি লৈ। অদুগুম্বা পুন্না চৎমিন্নরিবা অদুদগী অমা তোখায়না তাদুনা মথন্তা লৈহৌরবদি মখোয়বু ঙম্বা শাহিং চাবা কৈনা মশাগী খুদোংচাবা থিরকপদা নাইতোম তাহৌরবা মঙোন্দা তাদুনা তোকই। ময়াম পুন্না লৈমিন্নরিবা অদুদা কৈনা তানবগী মহুৎতা মথন্তা তোখায়না তরক তবক লৈহৌরবা শন অদুদা তমদুনা কৈনা মচিঞ্জাক ওইনে। পাউরৌসিনা চেন্নিংলিবা পাউজেন্দি মীওইবা ঐখোয়সু সমাজ লিংদুনা কাঙলুপ নাইনা লৈমিন্নবনি। মরমদুনা ময়াম পুন্না হিংমিন্নদুনা লৈমিন্নবদগী তোখায়না তাদুনা লৈবা নৎত্রগা ময়ামদগী তোখাযনা ইথন্তা লৈবা অফবা ওইদে, খুদোংথিবা ওই হায়বদু পাউরৌ অসিনা অমরোমদা প্রমান ওইনা উৎপনি।

## ৮২। নাউফম্না মমা চেম্নে।

নুপী ওইবীশিংনা অঙাং উন্নবা মতমদা লোয়নবী নাউফম হায়বসিসু তঙাইফদনা তাদবা য়াদে। অদুগুম্বা নাউফম্না তারক্তবদি মমা ওইবীশিংগী পুক্নি মাঙবসু য়াওই হায়বসিনা পাউরৌসিগী মপাম্হোংগী ওইবা অর্থনি। নুপীনা অঙাং উন্নবা হায়বসি পুক্নিগী য়াম্না অরুবা মতাংনি। অসিগুম্বা যাম্না লুরবা অঙাং উন্নবা অদুদি লায়না উনরবা মতুংদা মদুদগী খরা লায়থোক্না থোক্লবা তাগদবা নাউফম অদুনা তারক্তবদগী অঙাং উন্নরিবা

নুপীদু নাউফম্না চেন্নদুনা শি হায়বসিদা ফজরবা ৱাখল্লোন অমা লোয়নরি। মদুদি করিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা অরায়বনি হায়দুনা থৌশাদনা লৈথোক্লরগা মদুনা হেন্না শাথিবা অরুম্বা ওইরমদুনা পুক্সিদা অৱাবা নংহল্লকপা অদুনি। মরম অদুনা থবক অমা তৌবা মতমদা অরায়বা অরুম্বা থিদনা হীরম খুদিংমক চেকশীন্না হোৎনগদবনি, ইরায় লায়না খন্দোকফদে হায়বা পাউতাক অদুসু পাউরৌ অসিনা পীরি।

## ৮৩। নাচল মথিনা পাউহোন্মী।

নাচল হায়বসি অপিকপা মখলগী জীব অমনি। মসি মফমসিদা লৈ নৎত্রগা লৈতে হায়বসি মখোয়না ফায়রিবা মথী অদুনা অদুম তাকই। মখোয় লৈরবদি মথীসু অদুম লৈ। কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা থবক অমা নৎত্রগা ৱাফম অমা ময়াম খণ্ডহন্নিংদবদগী তুমিন্না অসুম হোৎনজবদা খণ্ডবা য়াদদুনা কনাগুম্বা অমনা খণ্ডখিদুনা ৱাফম অদু নৎত্রগা থবক অদু হায়দোক্কনু, হায়দোক্কনু হায়রগা মথং মথং য়া য়া লাওদুনা ময়ান্না খণ্ডবা মতমদা পাউরৌসি হায়না শক্লে।

## ৮৪। নিঙাই ফত্তবা অঙাংনা ঙমোক য়াম্না চায়।

অহন-লমনশিংনা অহাও-অথুম লৈরক্তুনা ময়ুমগী অঙাংশিংবু য়েন্নদুনা পীজে। অসুন্না পীজবদা লৈরিবা অঙাংশিং অসি অমগা অমগা চপ মান্নদে। নিঙাই খরা চাউবা কপকনবা অমদি নিঙাই চাউদবা কপকন্দবা অঙাংসু লৈ। অদুগা নিঙাই চাউদবা মবুক ফবা অঙাং অদুদগী নিঙাই ফত্তবা অদুনা হেন্না ঙমোক (অচাপোৎ) চায়। মসিনা পীরিবা ৱাখল্লোন্দি মবুক মপাউ ফবা মীওইশিংদগীদি নিঙাই খরা কনবা মীওইশিংনা হেন্না কান্নবা ফংই হাযবনি। অসুম মবুক ফরিবনি হায়দুনা মশাগী চঙগদবা পোৎচংশিং অদু হাযদনা অদুম লৈথোক্লবদি মাদি ফবনিনা কৈসু হায়রকখিৱোইহায়দুনা অসুম লৈথোকপদগী মাগী শরুক থুংবা ৱাৎলি। অদুগা মশাগী দরকার খিত্তং ওইরকপদা পঙতান্দা তানবা মীওইশিংগীদি পীহৌদবা মতমদা মানা করি হায়রক্কদগে খনবদগী মাগী শরুক্তি থুংই হায়বনি। অসুম ফরিবনি হায়দুনা তুমিন্না লৈথোকপগী মহুত্তা ইশাগী দরকার ওইৰদুদি তানবা ফৈ হায়বদুসু পাউরৌসিনা তাকই। অসিগুম্বা পাউরৌ অসি নিঙাই মরৈ তৌগনবা মশাগী মপোৎ তানশিনগনবা মীওইশিংদা প্রমান তৌরগা হায়ন-শক্লে।

## ৮৫। নিংথৌদসু মৈতাল ৱাৎলি।

নিংথৌ হায়বসি লৈবাক্কী মপী-মপা [illegible] মকোক ওইদুনা নুংঙাই য়াইফম্না পাল্লিবনি। অৱাৎ-অপা লৈত্রবা পুক্কে লনগৈনা চোল্লবা নিংথৌফাও

নোংমা ফাদোক করিসু লৈতবা মৈতাল ৱাৎপসু লৈ। মসিনা তাক্লিবনা মীওইবা ঐখোয়সি ফম্না নুংঙাই য়াইফবা ওইহ্রবসু অৱাৎপা লৈতবা মীশক অমা ওইবা হায়বদুদি ওইথোক্লোই হায়বদু পাউরৌসিনা তাকই। অৱাৎ-অপা লৈত্রবা পুক্কে লনগৈনা চোল্লবা নিংথৌফাও নোংমা ফাদোক অৱাৎপা মচা অমত্তং ওইববসু লৈ। অসিগুম্বা পাউরৌ অসিনা মীওইবগী পুন্সিদা অৱাৎ-অপা হায়বসি থোক্কুনতা লৈরবনি হায়বদু উৎলি। অমরোমদা ইশাগী লৈজবদা পেন্থোক্লবসু নাকোইননা পাউজেনবা পাউরৌ অমনি।

## ৮৬। নুংদা ঈশিং চাইবা পেক্তে।

নুং হায়বসিদা ঈশিং ফম্না চাইরবসু পেখোকপা হায়বসিদি ওইথোক্তে, অসুম্মক কনশীন্দুনা হান্নগী ফিভমদুদা অদুম্মক লেঙদনা লৈ। মতৌ অসুন্না থম্মোই কনবা মীনুংশি য়াওদবা মীওইদদি ফম্না নুংশিনা লৈশি লৈথোল্লবসু হান্নগী কনশীনখ্রবা থম্মোইদুদগী হোংদোবক্তে হায়বগী মতাংদা পাউরৌ অসিবু প্রমান তৌরগা হায়ন-শক্লে। অফ-ফত্ত কনাগুম্বনা ৱাফম অমদা লেপখ্রবা অমসুং মদুদগী হোংঙু য়াদ্রবা মতাংদসু পাউরৌ অসি হায়ন শক্লে।

## ৮৭। নোং তারগা থীগং পোপথোকই।

পাউরৌ অসিগী মপাঙ্গোংগী ওইবা অর্থদি নোং তাববদি হান্না কংশিন্দুনা লৈরম্লবা থীগংশিং অদু পোপথোকই হায়বনি। পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি হৌখ্রবা লোইখ্রবা থবক নৎত্রগা ৱাফমবু করিগুম্বা ৱাহৌ নৎত্রগা থৌদোক অমদগী হৌজিক্তা থোকখিবগুম ইনৌ নৌনা পুথোক্লরকপা অদুনি। হৌখ্রবা লোইখ্রবা থৌদোক থৌরমশিং নৎত্রগা ৱাফম অমবু হন্না হন্না চিংথোক্তনা ইনৌ নৌনা ঙাংনরকপা মতমদা পাউরৌসি হায়ন-শক্লদুনা হৌখ্রবা ৱা অমুক পুথোক্লদুনা কান্নদে হায়বদু পাউরৌ অসিনা উৎলি।

## ৮৮। নোংমদোলদা তিন শীৎলগা ইমায়দা তাই।

অতিয়াবোমদা ওনবা তারবদি মায়সি নোনখৎপা তাই। মায়সি লোংখত্তুনা অতিয়াদা তিন শীৎপা তারবদি শীৎকৎলিবা তিনশিং অদু মখাদা তারকপা মতমদা শীৎলিবা মীদুগী মমাযদা তাই। পাউরৌসিগী নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন্দি কনাগুম্বা মীওই অমনা মশাগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংগী মরমদা ফৈ-ফত্তে হায়না হন্দুনা মীঙোন্দা ঙাংলবদি, ঙাংলিবা মাগী মমায় চোপ্পবা, থীননবা মচাক ওইহল্লি হায়বদুনি। অতোপ্পা তারীবশিংদুগীদি করিসু মাঙজদে অদুগা ঙাংলিবা মাগীদমক্তদি অফবা ওইদে হায়বদু

তাকই। পাউরৌসিগা লোয়নরিবা অতোপ্পা ৱাখল্লোন অমদি ইশা-ইশানা তৌরুবা থবক্কী অফ-ফত্ত মহৈদু ঐখোয়না ফংই হায়বদুনি।

### ৮৯। পুক ফবগী শরুক থুংদে।

সমাজদা লৈরিবা মীওইশিং অসি অমগা অমগা মান্নদে। মীগী মশকসি অফবা-ফত্তবা হায়দুনা খায়দোক্লে। অফবা মীশিংদি মশাগী ওইজবা থোইনা খন্দে ময়ামগী ফননবা খল্লি। মরমদুনা মশাগী কয়া খলহৌদবনা মাগী শরুক্তি কয়া থুংগন্দে। মমা মপা ওইবশিংনসু মচা-মশুশিংগী মরক্তা য়াওবা খরা ফবা মচাদুগীদি করিসু থোইনা হায়রক্লোই হায়বগী ৱাখন্দা অচা-অথক পীবদসু কোন্না পীগে নিঙাই ফত্তবা মচাদুনা হান্না পীগে হোৎনবদা মানা লোয়না চাথোকখিদুনা অফবা মচাদুগী শরুক থুংহৌদবসু য়াওদবা নত্তে। অসুম্না মশাগী কয়া খন্দবা মবুক ফবা মীওইশিংগীদি মশাগী ওইবা শরুক কয়া থুংগন্দে হায়বদু তাকই। অসিদসু নত্তনা মী অমা ওইরবদি কা-হেন্না পুক ফদোকপগীসু কান্নদে, ইশাগী ওইজবা শীৎলি মতম চানা ইশাগী কান্নবসু খরা য়েংগদবনি হায়বদু পাউরৌ অসিনা ফোঙদোকই। পুন্সিদা মতাং চাদনা পুক ফরিবনি হায়দুনা লৈথোক্লবসু ওইজবা শীৎলি হায়বদু পাউরৌ অসিনা উৎলি।

### ৯০। পেনা শেল্লিঙৈ শামুরৌ য়ৌই।

পেনা হায়বসি মৈতৈগী য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লবা য়াম্না মরুওইবা যন্ত্র অমনি। অসিগুম্বা যন্ত্র অসি লাই-তীনগী ওইবা থৌরমশিং মরুওইনা লাই হরাওবনচিংবদা য়াওদবা য়াদবা পোৎচঙ অমদি। অসিদা নত্তনা নিংথৌ পাল্লিঙৈদো লৈবাক্কী নিংথৌশিংগী য়াকাইরোল শকপা অমদি নিংথৌনা সনা খোঙলেংবদা পেনা শকপশিংনা পেনা থৌগল তৌদুনা লমইন পেনা শকপগী চৎনবীসু মমাঙঙৈদা লৈরম্মী। (পেনা হায়রিবা ৱাহৈ অসিনা পেনা হায়রিবা যন্ত্র অমসুং শৈশক অনীমকপু খঙনৈ) অসিগুম্বা পেনা যন্ত্র অদু য়াদ্রদুনা শেল্লিঙৈদা শামুরৌ হায়রিবা লমদু য়ৌই হায়বসিনা পাউরৌ অসিগী মপান্থোংগী ওইবা অর্থনি। অদুগা পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি থবক তৌবদা য়াম্না কেথ-নৌথদুনা অদুম হোৎনদুনা লৈরিঙৈদা মতম্না অসুম থেঙজিল্লক্তুনা থবক্তু তৌহৌদনা মচী লেঙদনা লৈহৌবা অদুনি। অসিগুম্বা পাউরৌ অসি য়াম্না তোয়না হায়ন-শরুবা পাউরৌশিংগী মনুংদা অমনি।

## ৯১। মী অপঙবা লাপ্লোইনৈ, উ অকংবা শীঙ ওইনৈ।

অপঙবা মীওইশিং অসিদি লাপ্লোইনৈ হায়বদি মানা পঙবদগী লাল নংই হায়বনি। অকংবা উদি শীঙ ওইনৈ। শীঙ ওইনবদগী হেন্না করিসু চন্নদে। পাউরৌসিনা তাক্লিবদি থবকসু ৱানা তৌবা মথোঙ মরম খঙনদি তৌদবা মীৱা তাফমদা লৈবা, তৌরুরিবা থবক্তুদি শকখঙবিদবা ৱাবসু ৱাবা থবক্তুগী কান্নবসু ফংদবা মীওইশিংদা পাউরৌসি হায়নৈ।

## ৯২। মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াদে।

মৈ হায়বসি ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াবা নত্তে। মৈদুবু উদনবা হায়দুনা ফিনা কুপশীন্দুনা থম্লুরবদি কুপ্লিবা ফিদু চাকথেক্তুনা মাঙহল্লি। পাউরৌসিনা পীরিবা খুন্নাইসিদা চৎনরিবা ফজরবা ৱাখল্লোন অদুদি ফত্তবা থবক অমা তৌবা হায়বসি ময়াম খঙহন্নিংদে। মরমদুনা কনাগুম্বা মীওই অমনা ফত্তবা থবক অমা তৌরুবা মতমদা কনাসু খঙদনবা হায়দুনা হোৎনৈ। অদুবু ফত্তবা থবক্কী ফলদি মীয়াম্না লাইনা হেক্তা খঙনরকই। মীয়াম্না খঙদনবগীদমক ফনা কন্না হোৎনরবসু ময়াম খঙহন্দবা ঙম্লবসু অকোনবদদি থবক্তু খঙদবা সুকয়া য়ারক্তে। অদুগুম্বা ফিভমবু পাউরৌ অসিনা প্রমান ওইনা ফোঙদোক্লি।

## ৯৩। লনবুদি মহৈনা হেল্লি।

তাইবঙ মীওইবনা নুংঙাইনা লৈননবা লন-থুম য়াম্না তান্নৈ। কনাগুম্বদি মহৈ তম্ববুদি লন্না হেন্না ৱাংনা খনবসু লৈ। অদুবু লন-থুম হাযবসিদি করিগুম্বা মতাংদা খুদোংথিবা অমা থেংনবদা শীজিন্নথোকখিবা নৎত্রগা পৈদুনা লৈবা লনগৈ ওইরবসু নোংম-নোংমগী শীজিন্নবদগী শোয়দনা লোইবা লাক্কনি। অদুম্না লন্দুনা লৈরক্ত্রবা মতমদুদি লনগী মপূ ওইরম্বদু চরা হেনবনচিংবা অৱাবা কযা খাঙবা তারক্কনি। অদুবু মহৈ মতিক চানা হৈরবা মীওই অমনদি হেন্দোক-থোইদোকপা লনগী মপূ ওইরুদ্রবসু হিংলিবমখৈদি মহৈদুগী মপান্না ঙমগনি হায়বদু পাউরৌসিনা উৎলি। অমরোমদা পাউরৌসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি মীওইবনা মহৈ হৈননবা হোৎনগদবনি, মহৈ হৈরবদি পুম্নমক ফংবা ঙম্মী অদুনা লন হায়বসিদি লোয়বা নাইবা পোৎনি। লন্দুনা লোয়খিবা নুমিত্তা মীদু ৱাহৌই হায়বদুসু উৎলি। পাউরৌ অসিনা সমাজগী মীওইশিংবু লন্দা মীহৌবগী ৱাখলবু থাদোকহন্দুনা অফবা অচুম্বা লম্বীদা পুবকপদা চাউরবা থৌদাং লৌরি।

**৯৪। লনশোৎপিনা পাউখুম ৱাৎতে।**

মীগী মরল তোনবা হায়বসি নুংঙাইবা থবক্তি নত্তে। অদুবু মীগী লন্দু তোনশিল্লুরবনিনা শিংবা ঙমদ্রবদি মতম মতমগী ওইনা মানা থোকপা ঙম্ন-ঙম্নবা হোৎনদুনা শেল থৌবা লাক্লিবা অদুগী মবুক্লিং পেন্নবা পাউখুম পী। লাক্লিবা মীশিং অদুদা অরানবা ওইদবা ৱাহৈ কয়া শেমজিন-শাজিন্দুনা পাউখুম ওইনা পী। মতৌ অসুন্না কনাগুম্বা মীওই অমনা থবক অমা তৌবদা অশোয়-অঙাম য়াওরবসু য়াম্না ঙাংবা শকপা হৈদুনা মানা থোকপা ঙম্নবা শীনবা মীওইশিংগী মশকপু তাকপদা শীজিন্নবা পাউরৌ অমনি।

**৯৫। লম্বোইবদা শমজেৎ পীবা কান্নদে।**

লম্বোইবা হায়বসি সংসারগী মীওইবগী চৎনবী অসিদগী তোখায়না তারবনি। মঙোন্দদি কে-মৌবগী ৱাখল য়াওদ্রবনি। অদুগুম্বা মীশক অদুদা শমজেৎকী চন্নফম লৈতে। শমজেৎকী চন্নফম লৈতবা মঙোন্দা শমজেত্তু পীরুবগী করিসু কান্নবা লৈতে। অরেম্বদা শমজেৎকী চন্নফম খঙদনা মাঙদুনা লৈগনি। পাউরৌসিনা হায়নিংলিবা ৱাখল্লোন অদুদি কনাগুম্বা মীওই অমদা মাগী কান্নবনি খন্দুনা মানদি শীজিন্নরোইদবা পোৎ পীরুবা কান্নদে, পীরুবা পোত্তু অমাঙবা ওইদুনা মমল য়াওদে। অদুগী মহূত্তা মীদুদা কান্নগদবা পোৎ ওইনা পীবনা ফৈ। মীদুদা চন্নররোইদবা পোত্তুদি পীদবনা হেন্না ফৈ হায়বদু পাউরৌসিনা তাকই।

**৯৬। লায়রবনা ফিশুবা নোং নংগল্লি।**

লায়রবা ফিরোন অনীশুনা লৈজদবা মীওইশিংনা মফি মরোন্দু শু-চাম্বা মতমদা নোং তাশিন্দুনা অৱাবা ওইবা মতৌবু পাউরৌ অসিনা ফোঙদোক্লি। অমরোমদা পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি কনাগুম্বনা লৈত-লৈত ৱানা হোৎনজদুনা থবক অমা পাঙথোক্লবা হোৎনরুবদা হেন্না অৱাবা অমা থেংনদুনা থবক্তুদা অপনবা থোক্লকপা অদুনি। অসিগুম্বা পাউরৌশিং অসিনা পুন্সিগী তম্বা ঙমদবা মীওইবনা থেংনবা য়াবা অৱাবা কয়াবু শীংথাদুনা মীকুপ নাহূম শীংনা লৈননবা পাউতাকপু পীরি।

**৯৭। লাইরম্বুদি তীল্লম্না কল্লী।**

লাইরম্বুদি তীল্লম্না কল্লী হায়বগী অর্থদি তাইবঙবু শেম্বীবল্লিবা মীওইবদগী ৱাংনা লৈখ্রবা ঈশ্বর মাদি মীওইবনা হায়জরগা, খুরুমজরগা য়াই অদুবু মীওইবদি

হায়জবদা হেক্তা য়ান্নদে। মীওইববু য়াননবা চৎপা হায়বসি অরুবা ৱাফম্নি অদুনা তীল্লমনা কল্লী হায়রিবনি। পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি ঈশ্বর হায়বসিদি মীওইবনা হায়জবদা তাবী, মীগী অৱাববু খঙবী। অদুবু মীওইবা হায়বসিদি কল্লক-কঞ্জাওবা, য়েংথীবা হায়বসি লৈনবনিনা মীগী মাঙন্নবা তৌবদা লায়না ঙম্মী অদুনা মীবু য়াননবা হোৎনবা হায়বসি অরুবনি, অৱাবনি। ঈশ্বর মঙোন্দগীদি তাইবঙ মী হায়বসিনা হেন্না চেকশীনফম থোকই হায়বা ৱাখল্লোনবু পাউরৌ অসিনা উৎলি।

## ৯৮। লিন্না চিক্লিবা মীনা লিনগী মহূ খঙদে।

লিন হায়বসি মহূ পানবা জীব মখল অমনি। অসিগুম্বা মহূ পানবা লিন্না চিকপদগী তাইবঙ মীগী পুন্সি মাঙবসু য়াওরিবনি। করিগুম্বদা লাইবক ফদুনা চিকপগা থেংনদুনা কন্না লায়েংহৌরগা হিংবসু য়াওই। অসুন্না শাথিখ্রবা লিন অসিনা চিক্লিবা মীনদি মাগী মহূদু কয়াম কনবগে খঙবা ঙমদে হায়বদু পাউরৌ অসিনা ফোঙদোক্লি। পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোনদি পুন্সিদা হকথেংননা অৱা-অনা থেংনরুবা মীতনা মদুগী চৈনাখোন্দু খঙই, অৱা-অনা থেংনদ্রিবা মীনদি মদুগী চৈনাখোলদু খঙবা ঙমদে হায়বনি। মরম অদুনা পুন্সিগী তৌগদবা থবক থৌরমশিংদি হকথেংনরগা খঙলকই অদুগা অমুক্তা হকথেংনদ্রিবা মীনা খঙদে হায়বা ৱাফমবু পাউরৌ অসিনা উৎলি।

## ৯৯। লিন্না মখুল চঙলমদাইদা চুম্মী।

লিন হায়বসি মবুক্না শীত্তুনা মথেক মথেক তৌদুনা চৎপা জীব মখল অমনি। মখোয়না থেক্না খোইনা চৎলবসু মখুলদা চঙলমদাইগী মতমদদি মশাদু চুমথোক্লগা চঙই। মতৌ অসুন্না মীওইবা ঐখোয়সু কল্লীগুঙে মতমদদি মানা মানা থোকপা অরানবা থবক কয়া তৌদুনা মশাগী খুদোংচাবা য়েংদুনা চুমদবা, ওইদবা কয়া ঙাংনদুনা পুন্সি লেন্নে। অদুবু অহন মতম ওইরক্লবদদি মানা অরানবা কয়া তৌখ্রবসু লাক্লে খঙজরক্তুনা মথন্তা চুমথোকচরকই। অসিগুম্বা অহন ওইরক্লবশিংগী মতম নকশিল্লক্লবা মতমদদি মীওইবনা অচুম্বগী লম্বেলদা চঙশিন্নবগী ৱাখল লাক্তুনা, ঈশ্বরগী মগুণবু শৈথারক্তুনা মশাগী মরাল কয়াসু মশানা অদুম্মক য়াজরক্তুনা মথন্তা নুংঙাইতবগী অনুতাপ কয়া পোক্লরকই। মানা তৌখিবা অরানবা কয়াবু ঙাকপিয়ু হায়দুনা ঈশ্বরগী মফমদা নিজরকই। লান্না তৌখিবা অরানবা কয়াবু চুমথোক্লবা মথন্তা হোৎনজরকই। অসিগুম্বা মীওইবগী ওইরক্লিবা থম্মোয়গী মশক তাকপা মতমদা পাউরৌসি থাইনগুঙেদগী ঙসি ফাওবদা হায়নদুনা সমাজসিদা লাক্লি। মীওইবনা পুন্সিদা থেক্না খোয়না অরানবা কয়া তৌরুবগা

পুন্সিনা লোয়রমদাইগী মতমদা অচুম্বা চৎলকপবু লিন্না মখুল চঙলমদাইদা চুমই হায়বসিগা য়াম্না চান্নবা মওংদা প্রমান তৌদুনা পাউরৌ অসিনা উৎলি।

## ১০০। লিনসু শিনবা চৈশুসু তেক্কনবা।

চৈশুনা লিনবু হাৎনবা হোৎনবা য়াই। লিন হাৎনবা হোৎনবদা শীজিন্নরিবা চৈশু অদুসু তেক্কনবা হোৎনরবদি চৈশুগী মতেংনা মহূ কনবা লিন্দুবু হাত্নুনা লিন্না চিক্কদবদগী ইশাবু কঞ্জবসু ঙম্নে। অদুগা লিন্দু হাৎপদা চৈশুদু তেকহন্দবা ঙম্লবদি মতুংদসু অমুক শীজিন্নবা য়াদুনা চৈশুদু অরেম্বদা মাঙদদুনা কান্নবা ওইহল্লি। পাউরৌসিনা হায়নিংলিবা রাফমদি কনাগুম্বা মীওই অমনা করিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা নাকল অনীমক্তা য়াননবা হোৎনবা হায়বসিনা অফবা ওই। মাইকৈ অমগী য়ানবা হোৎনরগা অমগী য়ানবা হোৎনদ্রবদি য়াদবা নাকন্দুগী কাঙবুনা নাকল অনীমকপু তাইশিন্ননবা হোৎনরিবা মঙোন্দা নুংঙাইতবগী মীৎয়েং অমা শোয়দনমক্কী লৈগনি। অদু ওইরবদি হোৎনরিবা মঙোন্দা নাকল অমগী য়েক্নবা ওইদুনা মীগা নুংশিনদনবগী মরম ওইহল্লি। মরমদুনা নাকল অনীমকপু য়ান্নহন্দুনা অমনসু অমনসু ইয়া য়াগদবা মওংদা লংদাইনবা ঙম্লবদি অনীমক্কী ওইনসু অদুগা মশাগী ওইনসু অফবা ওই হায়বদু পাউরৌসিনা তাকই।

## ১০১। লুকোকপদা লেন তাই।

শম হৌদবা লুকোকপা মীওইদা লেন তাশিন্দুনা মকোক্তা পাল্লবদি অনাবা ওই। শম হৌবা কোক্তা লেননা পানবদা নাবদগীদি শম হৌদবা লুকোকপদা তাবা লেন্না হেন্না অনাবা ফাওই। পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা রাখল্লোন্দি কনাগুম্বা মীওই অমনা অৱাবা তারিঙৈ মতমদা হেন্না অৱাবা অমমুক নংবা য়াওই। অসিগুম্বা মতম অসিদদি মীদু য়াম্না অৱাবা ওইদুনা খাঙফম খঙদবা ওইহল্লি। মীওইবনা পুন্সিদা অৱাবা অমা মায়োক্নরিঙৈদা অৱাবা অমমুক থংননা মায়োক্নরকপা মতমদা অসিগুম্বা পাউরৌসি হায়না শক্নদুনা অৱাবগী মতৌবু তেংথাই।

## ১০২। লৈগী লৈনমদি নাতোনশুমাংদগী হেন্দে তাইবঙ মীগী মনমদি চীঙ্থাং লাল্লী।

লৈগী মগুণ খঙবা মীওইবনা লৈগী লৈনস্মু নাতোন্না নমদুনা খঙবা ঙম্মী। মরম অদুনা লৈগী মনম মীগী নাতোন শুমাংদগী হেন্দে হায়বনি। অদুগা তাইবঙ মীগী মনমদি চীঙ্থাং লাল্লী। মী অমদগী অমদা শন্দোকখিদুনা অমগা অমগা ইখঙদা খঙনৈ।

হায়বদি মী অমগী মরমদা ফৈ ফত্তে হায়বসি অমনা অমদা শন্দোক্লখিদুনা মফম কয়াদা মীদুগী মরমদা খঙবা ঙম্মী। পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি তাইবঙ মী ঐখোয়না তৌরুবা অফ-ফত্তগী থৌরমশিং মী অয়াম্বনা খঙনবা ঙাক্লি। মরম অদুনা নত্তবা ওইদবা, ফত্তবা থবকশিং থাদোক্তুনা অফবা থবকশিং তৌননবগী পাউতাকসু পাউরৌ অসিনা নাকোইননা পাউজেল্লী।

## ১০৩। লৌরমদাই তেংনা মানবী খাইনরমদাই য়োংমানবী।

পাউরৌ অসিনা ফোঙদোক্লিবদি নুপা নুপী ওইবশিংনা লৌন-লৈনবা মতমদা নুপা অদুনা লৌরিবা নুপী অদু লৌরমদাই মতমদদি য়াম্না ফজবী, নীংথিবী অমনি খল্লগা লৌনৈ। অদুগা করিগুম্বদা শাউনরক্তুনা খৎন-চৈনরকপা থোক্তুনা খাইনবা তারক্লবদি ফজবীনি হায়দুনা লৌখিবদু মশকথিবী যোংমানবী ওই হায়বনি। পাউবৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি নুপা ওইবশিংনা নুপীবু লৌবমদাই মতমদদি থেমদুনা নৌদুনা ফজবীনি খল্লগা লৌববা মতুংদা পাল্লক্তবা মতমদনা তথি তথিনা মশক থিবীনি য়োংমানবীনি হায়না থীনা তৌরকপা অদুনি। সমাজদা লৌন-লৈনদুনা লৈমিন্নবিবা নুপা নুপীশিংগী মরক্তা কনাগুম্বা নুপাশিংদি নুপীশিংবু থেমদুনা নৌদুনা লৌরক্লগা মতম খবা লৈমিন্নরবা মতুংদা মবম খবদগী শাউনবকপা নৎত্রগা খৎন-চৈনবা থোরকপদা শকথীবী য়োংমানবীনি খল্লগা তরাই তরাইনা খাইনবা ঙম্বগী মতৌবু পাউরৌ অসিনা ফোঙদোকপনি।

## ১০৪। ৱাইগনবা শন লুকোকই।

পাউরৌ অসিগী মপাঙ্গোংগী ওইবা অর্থদি যাম্না ৱাইগনবা শনদি ঙাইহাক লৈতনা অমগা অমগা ৱাইনবদগী মচী হৌফম অদু কোক্তুনা লৈ। মসিনা শন্দুগী মশক মতৌ থীহন্দুনা ফজদবা ওইহল্লি। মসিগী শনসিদি জাৎ থীবা ৱাইগনবা শন্নি হায়বদুসু মশক তাকই। পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি ৱাইনগনবা শন্না মরু কোকপগুম তাইবঙ মীওইবা ঐখোযসু য়াম্না খৎনগনবা, শাউনগনবা মীওইশিংদি মরল-মথুম তুঙবা ঙমদবতা নত্তনা চিশিল্লক্লবা মতমদা মাগী মী লৈতবা ওই। মীনসু মাদি মী য়াম্না খৎনগনবা ফত্তবা মীওইনি হায়দুনা নুংশিনদে। মী তোয়না খৎনমল্লবসু মরন-মথুম তিংদুনা অরেম্বদা চৎখিদুনা শেল-থুম তুঙহৌদে। অসিদসু নত্তনা অমরোমদা মীওইবা হায়বসি অমগা অমগা নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নবনা অফবা, অরেম্বা অমদি ফজবা ওই হায়বা পাউতাকসু পাউরৌ অসিনা পী।

## ১০৫। শমোকনা উরোকথোং লানবা উরবসু উদে হায়য়ু।

উরোকথোং হায়বসি ৱা অশাংবা অমনা নৎত্রগা অনীনা ফৈরগা খোঙনেৎফম শেল্লগা খূৎ পায়নবা ৱাশাং অমা মথক্তা হাপ্লগা শেম্বা থোং মখল অমনি। অসিগুম্বা থোং অসিদা শমোকনা লান্দুনা চৎপা হায়বসি ওইথোকপা য়াবা নত্তে। পাউরৌ অসিনা ফোঙদোক্লিবদি অদুগুম্বা ওইথোক্তবা থবক অদুবু করিগুম্বা ওইথোক্লে হায়বা তারবসু নৎত্রগা উরবসু থাজবা তৌরুনু অম্মসুং মীঙোন্দা ৱাফমদু হায়রুনু, মীনা ৱাদু থাজবা ঙম্লোই হায়বনি। পুন্সিগী থবক থৌরমশিংদা পাঙথোকপা ঙমদবা অমসুং ওইথোক্লোইদবা থবক অমবু করিগুম্বদা ওইথোক্লে হায়না হায়বদা কন্নানসু থাজরোই। মরম অসিনা ওইথোকপা ঙম্লরোইদবা থবক কয়ামসু তাইবঙপানসিদা লৈরি হায়বসি পাউরৌ অসিনা উৎলি।

## ১০৬। শারিঙৈদা য়ৈহৌ।

কনখ্রবা য়োৎ ফাওবা শারিঙৈ মতমদদি নূংথংনা য়ৈ-য়ৈদুনা শেন্নিংবা মওং তানবা শেম্বা য়াই। ঈংশিনখ্রবা মতমদদি ফনা কন্না য়ৈরবসু মওং চাননবা শেম্বদা অবাবা অমা ওই। পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা তৌরিবা থবক্তুনা নৌরিঙৈ ফোঙ ফোঙ শারিঙৈদা লোইশিন্নবা তৌহৌবনা অফবা ওই হায়বদুনি। য়োৎনা শারিঙৈদা য়ৈদুনা শানিংবা মওংদা শাবা য়াবগুম ঐখোয়সু থবক অমা তৌবদা ৱাখল খন্দুনা অসুম মতম য়ৈথোক্তুনা লৈবগী মহুত্তা অথুবা মতমদা থবক্তু মায় পাকবা তৌহৌবনা পুন্সিগী অফবা ওই হায়বদু পাউরৌ অসিনা উৎলি। অসিতা নত্তনা নৌরিবা অঙাংশিংগী কোক্লা লিদুনা কনশীন্দ্রিঙৈদা অফবা অচুম্বা লম্বীদা লমজীংবীদুনা সমাজগী অফবা মীকোক অমমম ওইহন্নবা নৌরিঙৈ মতম্না য়ারিঙৈদা শেমহৌ হায়বগী মতাংদসু পাউরৌ অসিবু প্রমান তৌরগা হায়ন-শক্লে।

## ১০৭। শীত্তোকখ্রবা তিন হঞ্জিনফদে।

মীওইবনা য়ানুংদগী তিনসি অমুক্তংবু শীত্তোকখ্রবদি অমুক হঞ্জিনবা হায়বসি যাদে। অসিগুম্বা পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি মীওইবনা চীন্দগী অমুক্তংবু ঙাংথোকখ্রবা ৱা অসিদি অমুক লোৎশিন্দুনা থম্বা য়াবা নত্তে। অদুম্মক ময়াম্না খঙনরক্কনি হায়বনি। ঙাংথোকখ্রবা, হায়দোকখ্রবা ৱাদি হায়খ্রবা লোইখ্রবা ৱানি অদুনা ঙাংথোকখ্রবা ৱাদু ঙাক্লা চৎকদবনি হায়বা ৱাফমসু পাউরৌ অসিনা উৎলি। অমরোমদা ৱাফম অমা

হায়দোক্লিংউদা অফ-ফত্তু মুন্না খল্লগা হায়দোকপা ফৈ হায়বসিসু নাকোয়ননা পাউরৌ অসিনা পাউজেল্লী।

## ১০৮। শীজিন্নবা কোন লংই।

শীজিন্নবা কোন্দি মচু মমেন থোক্কুনা লংনা ফজবা ওই। হায়বদি কোন্দু শীজিন্নরবদি ফেঙবা চাম্বা হায়বসি তঙাইফদনা তৌরবনিনা লংদুনা লৈ। অসিগুম্বা পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি মীওইবগী ৱাখল লৌশিং অসিসু শীজিন্নদুনা অফ- অফবা ৱাখল লৌশিং পুথোক্লবা হোৎনরবদি মী মশাগীতা নত্তনা সমাজগীসু কান্নবা ওই। অদুগা শীজিন্নদনা থম্বা কোন্না ইমক-মকশিন্না মচু মমেন থোক্তনা লৈবগুম মীওইবগী ৱাখল লৌশিংসু শীজিন্নদনা থল্লবদি কান্নবা ওইদে হায়বদু নাকল অমরোমদা পাউরৌ অসিনা ফোঙদোক্লী। মরম অদুনা শীজিন্নবা কোন্না লংবগুম মীওইবগী ৱাখল লৌশিংসু মতম চানা শীজিন্নদুনা অফবা ৱাখল লৌশিং কয়া পুথোকপা য়াই হায়বসি পাউরৌ অসিনা উৎলি।

## ১০৯। হূইনা ঙাওরগা হূইবু থি
## শন্না ঙাওরগা শনবু থি।

হূইনা ঙাওদুনা অফং অফংবা মী নৎত্রগা অতৈ শা-শন্নচিংবা চীকপা নৎত্রগা শোকপনচিংবা তৌরক্তুনা ফত্তবা ওইরক্লবদি হূইদুগী মপূবু শোয়দনমক্কী থিরকই। হূইদুগী অফ-ফত্তগী মরমদা ৱাকৎলি। মপূদুনা হূইদুবু য়েংশিনবা তারকই মতৌ অসুন্না শন্না ঙাওরবসু শনবু অদুবু থিরকপা হায়বসি শোয়দ্রবনি। শন অদুনা মীগী ইখোলদা চঙদুনা য়েঙ্গাং মনা-মশীং চাথোক্লুরবসু নৎত্রগা মী, শানচিংবা ৱাইবনচিংবা তৌরুরবসু শনগী শনবু অদুবু শোয়দনমক্কী থিদুনা ৱাকৎলি। পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি কনাগুম্বগী মচা-মশু ওইবশিং অদুনা ফত্তবা থবক তৌরুরবদি মমা মপা অদুবু শোয়দনমক্কী থিরকই হায়বদুনি। অসিগুম্বা মচা-মশু ওইবশিংনা ফৎত্রবদি মাগী মরী-মতা, মমা মপা নৎত্রগা নক্লবা মীওইশিংদা শোক্লকই। মমা মপাবু অমদি মরী মতাশিংবু মায় খূহল্লি। মচা-মশু ওইবশিংনা ফরগা মমা মপাগী মায় পাকই। মমা মপা ওইবশিংনা মখোয় মখোয়গী মচা-মশুশিংনা ফত্তবা ওইরবদি মখোয় শোক্তনবা লৈথোক্তুনা চেনবা য়াৱোই। হূইনা ঙাওরা হূইবু থিবা নৎত্রগা শন্না ঙাওরগা শনবু থিবগুম মচা-মশু ওইবশিংনা ফৎত্রবদি মমা মপা শোয়দনা থিরক্কনি হায়বদু পাউরৌ অসিনা উৎলি।

## ১১০। হুইনাউ মচা চাল্লুরগা লৈতোন লেকই।

হুইনাউ মচাবু লুনা চান্না তৌদুনা নুংশিবা উৎলুবদগী মশাদা অকি-অখঙ লৈতবদগী য়ারনি হায়দুনা হুই মানা মপুদুগী লৈ মতোন্দু লেক্লকই হায়বনি। পাউৱৌসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি কনাগুম্বা মীওই অমনা মাগী মখা থানা লৈবা মীদা মানা লুনা তৌফম থোকপা চাংদুদগী হেন্না লুনা তৌশিনবদগী য়ারনি হায়দুনা মখা থাবা মীদুনা মপূদা চীনহাই কনখৎলক্তুনা য়াই, য়াদে খঙদনা থওই-উশিত্তবা উৎপা অদুনি। মরম অদুনা মীওইবগী লৌনরিবা মরীশিংগী মরক্তা তৌনফম থোকপা চাংদগী হেনজিন্না মরম চাদনা লুনা তৌশিনবা হায়বসি ফত্তে হায়বদু পাউরৌ অসিনা তাক্লি। অমরোমদা নাকোয়ননা লৈমিন্নরিবশিংগী মরক্তা থকসি-খাসি হায়বসি ঙাক্লগদবনি হায়বসু পাউজেল্লী।

## ১১১। হূদনা হূরবদি লৈমা হূ, কোংদনা কোংলবদি শামু কোংঙু।

নিংথৌকোনগী মচা-মশুশিংবু লৈমা হায়রগা খঙনরি। মশক-মতৌ ফজবদা, মরল-মথুম লৈবদা, লৈবাক্লা ইকায় খুম্নবদা, অৱাংবা মফম কন্দুনা লৈরিবনি। শামু হায়বা শাসিসু শা মরক্তগী ফজবা, অচৌবা অমদি কান্নবা পীবা শা মখন্নি। অসিগুম্বা ফজবা, অচৌবা মখোয় অসিবু ওইনা হূ অমদি কোংঙু হায়বনি। পাউরৌসিনা তাক্লিবনা করিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা, তৌরিবা থবক অদু মকোক থোংবা অহেনবা অথোইবা মওংদা তৌ হায়বদুনি। মরক ময়াদা, মনীংদা তৌবগী মহুত্তা অচৌবা ফজবা অরেম্বা থবক্তা মায়পাক্লা হোৎনৌ হায়বদু পাউরৌসিনা তাকই। হূরানবমক ওইরবসু মকোক ওইবা কান্নফম খঙবা পোৎ হূ অদুগা কোংবমক তারবসু শামু কোংদুনা মতিক লৈবা উখোকউ হায়বনি।

## ১১২। হূরানবগী তরানি মপূগী নোংমা।

সমাজদা লৈরিবা মীওইশিংগী মরক্তা হূরান চীষ্টিদা হৈনবা মীওই কয়াসু লৈতবা নত্তে। অসিগুম্বা থবকসিদা হৈনখ্রবা মীওইশিংনা হৈনখ্রবা চুশীনখ্রবা থবক্তু পাক্লা থাদোকপসু ঙম্নদে। অদুনা হঞ্জিন হঞ্জিন্না হূন্নবা হোৎনৈ। পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি হূরানবা অমনা তরারক মপূ খঙদনা হূরানবা ঙম্বা য়াই অদুবু নোংমা মপূ অদুনা ফারকপা মতমদদি মহাক অদুম্মক অৱাবা নংই হায়বনি। তশেংনা অসিগুম্বা পাউরৌ অসিনা সমাজগী মীওইশিংবু হূরান চীষ্টিগী ফত্তবা থবকশিংবু তৌনিংদনবা অফবা অচুম্বা লম্বীদা লমজিং লমতাক্নবা হোৎনবনি। অমরোমদা লম্মাংনরবা তাইবঙসিদা অচুম্বা করিনো তাক্লিবা পাউরৌ অমনি হায়দবা ঙমদে।

## ১১৩। হূরানবা মতুং মৈরিংই।

হূরানবা চঙবা হায়বসি য়ুম্বদু খঙহন্দনা মানা পাল্লিবা পোত্তু লোন্না পুখিগদৌরিবিনি। লোয়ননা লোন্না হোৎনবনিনা মপূদুনা খঙদ্রিঙৈদা মখোযনা পাল্লিবা পোত্তু পুদুনা চৎখি। হান্ননা খঙহৌদবদগী মপূদুনা চেকশীনহৌদ্রবসু অকোনবা পোৎ-চৈ মাঙখ্রগা মতুংদা খঙলকপা মতমদা অমুক হন্না মাঙদনবা ঙাকশেনবগী মওংসি হেক হেক লৌখৎনৈ। হায়বদি হান্না চেকশীনহৌদ্রবসু অকোনবদা হেক হেক চেকশীল্লকপা অসি মীওইবা ঐখোয়গী হৌনশানি। কবিগুম্বা থবক অমা লোইখ্রবা, হৌখ্রবা মতুংদা কান্নদ্রবদা কোন্না থবক্তুবু করিদা শোয়খিগদগে হায়দুনা চেকশীন্না হোৎনবা মতমদা পাউরৌসি হায়নৈ। থবক অমা হান্না চেকশীন্না শোয়দনা তৌহৌগদবা মতমদদি তৌহৌদদুনা মতম হেনখ্রবা মতুংদা কান্নদ্রবা মতমদা কবিদা শোযখিগদগে হায়না য়াম্না থৱাই য়াওনা চেকশীন্না হোৎনবসি ঐখোযনা হেক হেক তৌই। অসিগুম্বা মীওইবগী চৎনবিবা অমদি খন্নবিবা ৱাখলগী মওং অসিনা অমাঙবা কয়া থোকই হায়বদু পাউবৌসিনা তাকই। অসিদসু নত্তনা মতম হেনদ্রিঙৈদা হান্না মাঙজৌননা ইশাগী অমাঙবা থোক্তনবা চেকশীনহৌবা ফৈ হাযবদুসু ফোঙদোকই।

## ১১৪। হৈ-শিংবা শন চৈবুল চায়।

শন হাযবসি য়ুমদা যোকপা শানি। মখোযগী মথক্তা মখোয়বু য়েংসিন্নবগীদমক্তা য়ুম্বু মপূ অমা লৈরিবনি। শন্না মনিং তন্না হৈ শিংলবনি হায়দুনা মানা থোকপা অমা তৌরবদি মপূ অদুগী শাজৈদি চাবা শোযদ্রবনি। হাযবদি মপূদুগী অনিংবদা শন্দু চৎপা তাই। মপূদুনা পীজবদু চাবা তাই। মপূনা তৌহন্নিংবদু মানা তৌবা তাই। নৎত্রদুনা মশাগী অনিংবা অপাম্বনি হায়দুনা ফজনা থারিবা মীগী য়েঙ্গাং মনা-মশীং চানিংবদগী মীগী ইম্খোলদা চঙলুবা নৎত্রগা লাক্তুনা চারূরবদি মপূশিং অদুনা মাবু ফু চৈদুনা তাল্লকপা হায়বসি শোয়দ্রবনি। পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন্দি কনাগুম্বা অমনা থবক অমা তৌবা মতমদা হৈমন-শীংমন্দুনা মীনা মঙোন্দা ফননবা ঙাংবা, তাকপীরকপনচিংবা কয়াবু লৌদদুনা মানা নিংলিবা অদুদা তৌবা য়াওই। অসুন্না মানা তৌরিবা থবক অদুনা অফবা ওইদদুনা মযামগী খোম্থি অমদি মীচৈ তাবসু য়াওই। কা-হেন্না মনুং মতম চাদনা হৈমন-শীংমল্লবসু অফবা ওইদে অমাঙবদুম ওই হায়বদু পাউরৌসিনা তাকই।

## ১১৫। হৌদোং তুমিন লৈবনা চফূ ঙম্মী।

হৌদোং হায়বসি মী উরগা ফুরক্কনি চৈরক্কনি খন্দুনা তুমিন্না য়েশীন্দুনা লৈরগা খ্মী উদবা মতমদা মানা তৌনিংলিবা থবক্তু অদুম্মক মনিং তৌনা চখবা শানি। মহাকসি থাজবা য়াবা শা নত্তে। হৌদোংনা তুমিন্না মতৌ ইমান মান্দনা, ইমুংদুগী চাকথোং চফূদগী চাক চাদুনা অরৈবা ঙা-চাক্কচিংবা চাথোকপগী থবকসি হেক হেক তৌই। পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি মতৌদি ইমান মান্দবা করিগুম্বা থবক অমা তৌরমগনি থাজদবা মীওইশিংনা ইথা থাজদনা ইৱায় লায়নাতৌরকপা অদুনি। হৌদোংনা তুমিন্না লৈশিন্নরগা ইমুং মনুংগী চান-থক্নবা কয়া লোন্না হুরাল্লগা চাথোকপা ঙম্বা অদুগুম কনাগুম্বা মীওইশিংনা মতৌদি ইমান মান্দনা মপান্দনা সাধুগুন্না উরগা অদুগা মনুংদনা নত্তবা থবক কয়া লায়না তৌথোরকপা মতাংদা অসিগুম্বা পাউরৌসি হায়নৈ। মতৌ মান্দবা মীওইশিংনা হেন্না তৌবা ঙম্মী হায়বদু পাউরৌ অসিনা উৎলি।

## ১১৬। হৌদোংনা ঙাওরা চৈতুপ চায়, হূইনা ঙাওরা য়োৎখোক চায়।

হৌদোং অমদি হূই অনী অসি পান্নবা য়াবা জীব নত্তে। হৌদোংনা অপীকপা মখোঙ মরী পানবা জীবনি। হূইসু মখোঙ মরী পানবা জীবনি অদুবু মানা হৌদোংদগীদি চাউবা হেল্লি। চাউবা হেনবতা নত্তনা শাথীবসু হেল্লি। হূইনা অঙাওবা ওইরক্লবদি তমথীবা ওইদুনা অৱাবা ওই। মরমদুনা অঙাওবা হূইদি অয়াম্বনা হাৎতৌক্নৈ। অসিগুম্বা হূই অঙাওবশিং অসি হাৎতোক্লবগীদমক্তা নৎত্রগা ফূনবগীদমক্তা শীজিন্নরিবা পোৎশক অদু অচৌবা য়োৎখোক্কুম্বা চৈ শীজিন্নৈ। অদুগা হৌদোংদি হূইদগী পীকপা মরম্না হূইদা শীজিন্নরিবা য়োৎখোক অদুওম্বা নওবা খরা পীকপা চৈতুপকুম্বা অমনা হাৎনবা নৎত্রগা ফূ-চৈনবা শীজিননৈ। পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি অচৌবগীনা চাউনা অপীকপগীনা পীক্কা মশা মশাগা চান্নবা য়েংদুনা বারকফম থোকই হায়বনি। অচৌবনা পীক্কা, অপীকপদুনা চাউনা তৌবা য়াবা নত্তে মাগী মাগী চান্নবা মওং পোৎ খুদিংমক শীজিন্নৈ হায়বদু তাকই। মশা মশাগা চান্ন-চান্নবা য়েংদুনা মরাল চাউবা মীনা দন্দি চাউনা, অপীকপনা পীক্কা ফংফম থোকপগী মতৌবু পাউরৌ অসিনা ফোঙদোক্লি।

## ১১৭। য়ুম্নদাংবনা কৈনায়।

ময়ুম-মকৈ অমদি ইঙ্খোলনচিংবা লৈজদবা মীওইনা ময়ুম-ইঙ্খোল লৈবা মীওই অমদা হায়জদুনা তাংদুনা লৈরগা তাংলরিবা মানা হেন্না ইনাক খুন্না নুংঙাইনা ফৌ হাপ্পবা কৈ নচিংবা শাদুনা লৈরকই। হান্নগী মপূ অদুনা অতাংবদৌনা কৈ নচিংবা

শাদনা মফৌ-মচেঙ লৈজদনা মপুন্সিদু ৱানা লেল্লকই। পাউরৌ অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোন্দি ময়ূম-মকৈ লৈজদবা অমনা মীগী ময়ূম অমদা যূমদাংদুনা লৈরগা মপূ শাগৎলকপা অদুনি। যূম্মুসু নত্তনা মানা মীগী ময়ূম অমদা যূমদাংদুনা লৈরগা যুম্মু শাগৎলক্তুনা যূম্মু অদুবু তাম্লেক্লগা লৈহৌবা মতমদা অসিগুম্বা পাউবৌসি হায়ন-শক্লে।

## ১১৮। য়োংদসু নহা ওইরিঙৈ ফজে।

য়োং হায়বসি ফজৈ হায়না লৌনবা জীব নত্তে। অদুবু অথীবা জীব অসিসু নহা ওইরিঙৈ মতমদদি ফজবা শক্তম অমা লৈজে হায়বনি। মীওইবসু নহা ওইরিঙৈ মতম হায়বসিনা অহন ওইরক্লবা মতম হায়বসিগা মান্নবা য়াদে। নহা ওইরিঙৈ মতমদদি হীরম খুদিংমক্তা হেনবা ওই হায়বদু ফোংদোকই। নহা ওইরিঙৈ মতমদদি মীওইবা হায়বসি ফনা থীরবসু ফজবা ওই হায়বা তাকপা মতমদা পাউরৌসি হায়নৈ। অহন ওইরক্লবা মতমদগীদি নহা ওইরিঙৈ মতমনা যেংবদা হেন্না ফজবা ওই। নহা ওইরিঙৈ মতমগী মশক্তু লাকউ হায়বা য়াবোই হায়বদু ফোংদোকপা পাউরৌনি।

মথক্তা নৈনখ্রিবা মণিপুরী পাউরৌগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোনশিং অসিদা সমাজ অসিগী চৎনরোল কয়া উবা ফংই। অমরোমদা পাউরৌশিং অসিগী হায়ন-শক্লরিবা মফম মতমগী অকুপ্পা মশকসু খঙবা ঙম্মী। করম্বা পাউরৌনা করম্বা মতাংদা অমদি কনানা কনাদা হায়ন-শক্লবগে হায়বসু খঙবা ঙম্মী। ৱাফমশিং অসিগী মথক্তা পাউরৌশিং অসিদা ঐখোয়গী সমাজ অসিগী কুপ্লবা চৎনরোল অমদি নিংথিরবা তমজনিংঙাই ওইরবা অফবা সমাজ অমগী মতিক চাবা মীওই অমমম ওইননবা লমজিং লমতাকপগী ৱাখল্লোন অমসু ৱাংনা য়াওরি হায়বসি পাউরৌশিং অসিগা লোয়নরিবা ৱাখল্লোনবু কুপ্না নৈনবসিদগী খঙবা ঙম্মী।

# মণিপুরী লোক সাহিত্য অমসুং পাউরৌ

ফোকলোরগী সংজ্ঞাগী মরমদা তশেং তশেংবা ময়াম্না য়ানরবা অমতা ঙাইবা অরেপ্পা অমা পীবদা লুরক্লবা মতাংদা আর, এম দোরসনগুম্বা মমিং লৈরবা ফোকলোরিষ্ট অসিনা ইং ১৯৭২ দা সম্পাদক তৌরগা পুথোকখিবা Folklore and Folk life. An Introduction হায়বা লাইরিকসিদা মহাক মশানা পীবা ব্রাহৌদোক্তা য়াম্না ময়েক শেংনা ফোকলোর নৈনবদা মীওই পুন্সিগা শাগোন্নরিবা শক্লোন পুন্নমকপু কোনশিনবা য়াননবা মওংদা শেন্নকখি। Folklore and Folklife Studies হায়বা মিংথোল অসিগী মখাদা মহাক্না মরীথোক্না খায়দোক্লি। মখোয় অদুদি —

(১) ফোক নৎত্রগা ওরেল লিতরেচর

(২) মেতেরিয়েল কলচর

(৩) সোসিয়েল ফোক কস্তম

(৪) পাফোর্মিং ফোক আর্তস হায়রিবশিং অসিনি।[১]

ফোক নৎত্রগা ওরেল লিটরেচর হায়রিবা ফোকলোরগী শরুক অসি লোক সাহিত্য হায়রগা ঐখোয়না খঙনরিবসিনি।

লোক সাহিত্য হায়বসি খুন্নাই জাতি অমগী য়েলহৌঙেদগী শাগোন্নদুনা লাক্লবা জাতিদুগী মীওইশিংনা চীনবুংদা থংথদুনা লাক্লিবা ফোকলোরগী মশকশিং অদুনি। মসিবু ইংরাজীদা ওরেল লিটরেচর নৎত্রগা ফোক লিটরেচর হায়না কৌনরম্মী। ৱিলিয়ম, আর, বেসকম (William R. Bascom) নসু লোক সাহিত্যবু ভার্বেল আর্ত (verbal art) হায়না কৌরম্মী।[২]

---

[১] R.M. Dorson (ed.) *Folklore and Folklife : An Introduction* (Chicago : University of Chicago Press, 1972) pp. 2 - 4.

[২] Willam R. Bascom, *Contributions to Folkloristics* (Meerut Archana Publications, 1981) p. 215.

অসিদসু নত্তনা আর, এম দোরসনগী মতুংইন্নসু ভার্বেল আর্ত নৎত্রগা এক্সপ্রেসিব লিটরেচর হায়বগাসু খণ্ডনৈ।[৩] অসিগুম্বা লোক সাহিত্য হায়বিবা ফোকলোরগী শক্লোনশিং অসি জাতি অমগী যেলহৌঙেদগী হৌনা চীনবুংদা মীবোল অমদগী মীরোল অমদা থংথবকপা মচাকশিং অদুবুনি। মসিদি লাইবিক লাইশুগী মঙাল ফংদুনা ইশিল্লবা য়াম্না শেমদোক শাদোক্লবা সাহিত্যগী মশক অসি নত্তে। লোক সাহিত্যবু মশক তাকপদা রিচাদ এম, দোরসুন্না অসুম্না হায়রম্মী —

> Under this rubric fall spoken, sung, and voiced forms of traditional utterance that show repetitive patterns [৪]

লোক সাহিত্যগী মনুং চন্না চীনবুংদা হায়ন-শরুবা অমদি ঈশৈ নোংমাইনচিংবগী মশক কয়া য়াওরি। হায়বিবশিং অদুদি ফোক নৎত্রগা ওবেল নেরেটিভ, ফোক পোইট্রি, পাউরৌ, পাউখোং, ফোক স্পিচ অমসুং অপীকপা মচল ওইনা মন্ত্র-যন্ত্র, অমদি তেংথাবনচিংবনি।[৫] ফোক নেরেটিভ হায়বসিনা ৱাবেংগী মওংদা চীনবুংদা লীনবকপা ৱারীশিং অদুবুনি। মখল অসিদা মিথ, লেজেন্দ অমসুং ফুঙ্গা ৱাবীনা চাউনা কোল্লি। লোক সাহিত্যগী মনুংদা চাউনা কোল্লিবা ঙমখৈ অমনা ফোক পোইট্রিনি। ফোক পোইট্রিসু চীনবুংদা শৈরেংগী মওংদা থংখদুনা লাকপা মশকশিং অদুনি। ফোক পোইট্রিদসু অমুক মখল কয়া লৈরি। মখোয় অদুদি ; ফোক এপিক, বেলেদ অমসুং খুনুং ঈশৈনচিংবনি। মথক্কী তনী অসিগী মতাংদা লোক সাহিত্যগী মরু ওইবা শরুক অমদি পাউরৌ অমসুং পাউখোংনি। লোয়ন লোয়ননা লম লমগী ওইবা ঙাংন-শকবগী লোন্দা পুদাগী মথক্তা ফোক স্পিচ হায়বসিমসু যাওবি। অসিগুম্বা অচৌবা শক্লেনশিং অসিগা লোয়ননা খবা পিক্লা কোনবদা মন্ত্র-যন্ত্র, লাইশোন তীনশোন অমদি তেংথাবনচিংবা অসিসু ফোক লিতবেচবগী মনুংদা লৈবি। অসুম্না খুন্নাই কাওলুপ অমগী মনুংদা চীনবুংদা থংথদুনা অমদি ঙাংন শরুরক্লিবশিং অসি লোক সাহিত্যগী মবল ঙাক্তনি হায়বা য়াই। মতাংসিদা মরুওইনা লোক সাহিত্যগী মনুং চনবা মচাক খরা লৌখৎলগা মদুদা পাউরৌগা লোয়নবিবা ৱাখল্লোনশিং অমদি লৈনরিবা মরীগী মতাংদা মণিপুরী লোক সাহিত্যদগী খুদম ওইনা লৌরগা নৈনরি।

---

[৩] *Ibid*, P 2

[৪] *Ibid*

[৫] J Handoo, *Folklore and Folklife An Introduction*, Soumen Sen (ed ) Folklore in North East India (New Delhi Omsons Publications 1985) pp 7 - 8

অহানবদা লোক সাহিত্যগী মরু ওইবা মচাক অমা ওইরিবা ওরেল নৎত্রগা ফোক নেরেটিভকী মনুং চল্লিবা মিথকা পাউরৌগা লৈনরিবা মরীগী মতাংদা হান্না লৌখৎচরি। মিথ হায়বসি করিনো হায়বগী মতাংদা অখণ্ড-অহৈশিংনা মাগী মাগী ওইবা মত কয়ামরুম পীনৈ। মখোয়শিং অদুগী মরক্তগী *ষ্টেনদর্দ দিকসনারী ওফ ফোকলোর, মিথোলোজি এন্দ লেজেন্দ* হায়বা লাইরিক্তা য়াওরিবা মিথকী মরমদা পীবা ৱাফমবু লৌখৎলি —

> A story, presented as having actually occurred in a previous age, explaining the cosmological and supernatural traditions of a people, their Gods, heroes, cultural traits, religious beliefs, etc. ... Thus myths a tell of ... why or how certain natural phenomena came to be, how and why rituals and ceremonies began and why they continue. [৬]

অসিগুম্বা ৱাফমশিং হায়বদি মিথকী ৱারী অমা হায়বসি থাঙ্গৈশেংনা থোকখি হায়না থাজনবা অমদি মীওই কাঙলুপ অমগী মীচমগী ওইবা থাক্তগী ৱাংখৎনা লৈবা লাই-তীনগী ওইবা নৎত্রগা কলচর হেরোগী নৎত্রগা ধর্ম্মগী ওইবা মশক য়াওবা ৱারীশিং অদুনি। মিথকী ৱারী অমনা পোৎশক অমা হৌরকখিবা ওইরকখিবগী মরমদা তাকই। করম্না লাইথৌ তীষ্টৌগী ওইবা থৌরম অমা করম্না হৌরকখিবগে অমদি করিগীদমক চখরিবগে হায়বনচিংবদু য়াওরি। ৱাফমশিং অসিগা মরী লৈননা য়েংলুরবদি নুমিৎ কাপ্পগী ৱারী মিথ অমনি হায়বা য়াই। ৱারী অসিমক মণিপুরী খুন্নাইদা সেক্রেদ ওইবা মওংদা লাইথৌ তীষ্টৌগী থৌরমদতা শক্লা শোন্নরি। চুম্নগী ফুঙ্গাৱারী অমা লীরগা তানবদৌনদি তানদে। নুমিৎ কাপ্পগী ৱারীবু লাইরোন ওইনা শক শোন্নৈ হায়বগী মতাংদা পন্দিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রনা অসুম্না হায়রি —

> থায়না মমাঙঙৈদগী হৌদুনা হৌজিক ফাওবদা
> মৈতৈগী অমাইবশিংনা চুপ শাবদা, নুমিৎ কাপ্পদা
> ইরিবা ৱারী অসি লায়রোন ওইনা শক শোন্নৈ। [৭]

---

[৬] Maria Leach (ed.) *Standard Dictinary of Folklore, Mythology and Legend*. (London : Harper & Row paper back ed. 1984), p. 778.

[৭] শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, *অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস* (ইম্ফালঃ ডিভাইন বুক মার্ট, অনীশুবা খুৎনম), লা: ৩২।

অসুন্না লাইরোল ওইনা শক শোন্নরিবা মিথকী ৱারী ওইরিবা নুমিৎ কাপ্পগী ৱারী অসি পাউরৌগসু শাগোন্নদুনা চৎমিন্নে। খুদম ওইনা "পেনা শেল্লিঙৈদা শামুরৌ য়ৌই" হায়রিবা পাউরৌ অসি নুমিৎ কাপ্পগী ৱাবীদগী থোকখিবনি হায়না লৌনরি। নুমিৎ কাপ্পগী ৱারীদি —

থাইনা মমাঙঙৈদা কংলাদা নিংথৌ অনী পাল্লম্মী। তাউহূইরেং অহনবা অমসুং নুমিৎ সনা খোমদোন মখোয় অনী অসিনি। খ্বাই নোংজেং পিবানা মখোয় অনীগী মনাই ওইনা লৈরম্মী। নিংথৌ অনীনা অয়ুক নুমিদাং পূন্দুনা পানবদা মনাই ওইবা নোংজেং পিবা মখোয় অনীগী পেন্নবা হোৎনবদা অৱাবা ওইরম্মী। মরম অসিদগী খ্বাই নোংজেং পিবানা নিংথৌ ওইরিবা তাউহূইরেং অহনববু তেন্না কাপ্পুনা হাৎলম্মী। থৌদৌ অসিদা নুমিৎ সনা খোমদোন্দি কিদুনা মোইরাংদা লোৎখিরম্মী। লৈবাক নিংথৌ লৈত্রবদা লৈবাক্কী অঙম অথৌশিংনা কৌখৎপদা সনা খোমদোন্দি থোরকউ য়াদ্রবদা পাম্বোইবীবু থাদুনা থেমহল্লগা পেনা চৈজিং পায়দুনা য়াকাইরোল শক্লগা নুমিৎ সনা খোমদোনবু মোইরাংদগী পুখৎলকখি। লম্বীদা পেনা তেংখন নাম্বোক্তুনা শেল্লিঙৈদা সোমদা সনা খোমদোনগা অঙম অথৌ খরদি শামুরৌ য়ৌথোকখ্রে। মতৌ অসুন্না পেনা শেম্না শেম্না শামুরৌ য়ৌই হায়বদগী "পেনা শেল্লিঙৈদা শামুরৌ য়ৌই" হায়বা পাউরৌ অসি থোকখি। মতৌ অসুন্না মিথকী ৱারীশিংগসু পাউরৌগা নক্নবা মরী লৈনবা অসি মণিপুরী লোক সাহিত্যদা উবা ফংই।

মণিপুরী লোক সাহিত্যগী অচৌবা মচাক অমসু ওইরিবা ফুঙ্গাৱারীগা পাউরৌগা লোয়ননা চৎমিন্নবা, ফুঙ্গাৱারীশিংদা মতাং মতাংদা পাউরৌ কয়া থেৎচিন্দুনা কান্নরবা ৱাহৈশিং ওইহনবা অমদি ফুঙ্গাৱারীনা পীরিবা পাউজেলবু ৱারীগী পোলোইদা পাউৱৌনা উথোকপসু লৈ। অসিগুম্বা ফুঙ্গা ৱারীবু ফোকলোরগী লমদা মমিং লৈরবা স্টিথ তামসননা মখাগী অসুন্না মশক তাক্লম্মী।

> Although the term "folktale" is often used in English to refer to the "household tale" or "fairy tale", such as "Cinderella" or "Snow White",, it is also legitimately employed in a much broader sense to include all forms of prose narrative, written or oral, which have came to be handed down through the

years. In the usage the important fact is the traditional nature of the material. ৮

ফুঙ্গা ৱারী হায়বসি খুন্নাই কাঙলুপ অমগী মীরোন অমদগী মীরোন অমদা নৎত্রগা মী অমদগী মী অমদা থংথদুনা মথং মথং খুৎথাং য়ৈনা চত্থরকপা ৱারীনি। ৱারীসি কনানা করম্বা মতমদা লীখি হায়বনচিংবগী অকক্লবা ৱাফম লৈতে। অমনা পুথোকখিবা ওইবা তারবসু খুন্নাইদুগী মীয়ামগী মরন ওইদুনা লৈগনি। ৱারেংগী মওংদা লীনদুনা খুন্নাই কাঙলুপ্তুগী চৎনবীগা ঈরোইননা ফুঙ্গা ৱারীনা লৈ। ফুঙ্গা ৱারীশিং অসি অয়াম্বনা কল্পনাগী জগত্তগী শাগৎপনি। অসিগুম্বা ফুঙ্গা ৱারীশিং অসিদসু পাউরৌগী চাউরবা মফম লৈ হায়বা য়াই। হায়বদি চুন্নগী ৱারীদু তাহনবতা নত্তুনা পাউরৌ য়াওদুনা অতাবশিংদা নুংঙাইবা মহাউ পীবা হেনগৎহন্দুনা লৌশিং জ্ঞানগী মঙালসু পী। অফ-ফত্তগী ৱাখল লৌশিং কয়াসু পোকহল্লি। অসিগুম্বা লোক সাহিত্যগী অচৌবা মচাক অমা ওইরিবা ফুঙ্গা ৱারীশিং অসিদা পাউরৌগা শাগোন্নদুনা লৈবা মণিপুরী ফুঙ্গাৱারী কয়ামরুম লৈ। খুদম অমতং পীজরবদা - অপঙবনা মতৃ ফুবা অশীংবনা মোন ফুবা।

থাইনা মমাঙঙৈদা খুন অমদা নুপা অনীথক মতাউ শান্নদুনা লৈরম্মী। হায়রিবা নুপা অনীসি য়াম্না লুনা তিন্নদুনা লৈরম্বোইরে। নুপা অনী অসি লুনা তিন্নবনা মরম ওইদুনা থবক থৌরম খুদিংমক অসি অমগা অমগা তাথোক-তাশিন তৌদুনা লৈরম্মী। হায়রিবা নুপা অনী অসি ময়ূম ময়ূমদা মাগী মাগী নুপী লৈনরবা ঙাক্তা ওইরম্মী। নোংমদি নুপা অনী অসিনা অসুম্না ঙাংনরম্মী, মখোয়গী ময়ূম ময়ূমগী নুপীশিং অদু ওকমন্দে, হৈথোই-শীংথোইদে অদুনা ফুরগা ৱারকসি হায়নরম্মী। অসুম্না হায়নদুনা মখোয় অনী অসি ময়ূম ময়ূমদা হন্নখিরম্মী। ময়ূমদা হল্লকপগী লম্বৈলসিদা চৎনা চৎনা নুপা অনীদুগী মরক্তগী খরা শীংবা নুপাদুনা মবুক্তিংদা খল্লি — "ঐগী নুপীসি হৌজিক ঐনা হঞ্জিনখিবসিদা ৱা-লান অমতা হায়দনা, মরম চাই-চাদে খঙদনা ঐনা ফুরুরবদি শাউখিদুনা ময়ুম চৎখিদুনা য়ুম কায়বা শোইরোয়সে। অদুনদি ঐনা মাবু ফুরুবা য়াদে হায়না খল্লম্মী।" অদুগা হায়নখিবা ৱাফমদুগী মতুং ইন্নসু ফুবগী চৈখোলদি থোকহন্দবা য়াদে, মরমদি মমানবা নুপা অমদুগা মখোয় অনীগী য়ুমদি নক্সবনিনা মখোল তানবগীদমক তৌদবা য়াদে খল্লেদো। অদুনদি মোন্দা ফুরগা চৈখোল হেক্তা থোকহল্লগা লোইরে, মানসু উগদবা নত্তে খল্লেদো। মতৌ অসুমনা ৱাখল খন্না খন্না লাক্লিবা অশীংবা নুপা অসিগা ইপঙ পঙনা লাক্লিবা অপঙবা নুপা অসিগা অনী অসি

৮ Stith Thompson · The Folktale (Berkeley . University of California Press, rpt. 1977), P. 4.

অসুম লাকপনা মাগী মাগী থোঙ্গাল য়ৌশিল্লক্লেদো। ময়ূমগী থোঙ্গাল য়ৌরক্লবনিনা নুপাশিংদু মাগী মাগী ময়ূম ময়ূমদা চঙনরেদো। ঙসাইগী খরা পঙবা নুপা অদুমদি ঐগী নুপীসি চৎখিনি, চৎলোইকা হায়বসি কবিসু খন্দনা হেক য়ৌবগা মফিগা হোংদনা দম, দম হেক্তা ফূথরম্মী। মাগী নুপাদুনা চৎঙৈ চখোক্লবগা হঞ্জিল্লকপদা ব্বা মরোল অমত্তা হায়দনা দম, দম হেক্তা ফূথরবা অদুদদি শাউনিংঙ্গখ্রদুনা ময়ূমদা চৎলগে হায়না লেপ্লম্মী। কন্না হেক্তা মফূরবদুদা মরমসু করিগীনো হায়বসু খঙদবনা নুপীদু য়াম্না শাউরদুনা ঙাওবু ঙাওবরা করিনো খন্দুনা ময়ূম থাদোক্তুনা মপামদা চৎখি। অপঙবা নুপাদুগী ময়ূমদু মতৌ অসুম্না কায়খিদো। অসোমদদি অশীংবা নুপাদুদি মাগী নুপীদুদদি ফূদদুনা মোনদা দম দম ফূদুনা মাগী অপঙবা মরুপ্তুনা তাবদা মতৌ মান্নবা হোৎনরম্মী। মতৌ অসুম্না তৌহৌবনিনা মাগীদি ময়ূম কায়নদনা পুকচেল-খোয়জেল মান্ননা পানমিন্নখি। অসুমনা অমনা ব্বাখল খন্থবা ব্বাৎপদগী য়ূমগী নুপীগা কায়নদুনা ময়ূম কায়বা ওইখিদো। অদুগা অশীংবা নুপাদুনা ব্বাখল খন্থহৌবদগী ময়ূম মকৈ ফজনা পান্দুনা নুংঙাই য়াইফনা লৈখি।[১]

অসুন্না ব্বারীসিদা থবক অমা তৌবা তারবদি থবক্তু তৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা অফ-ফত্ত থোক্লক্কদবা ফল অদুগী মরমদা হান্ননা খন্থবা তঙাইফদে হায়বা পাউতাক্তু ব্বারী পাউরৌসিনা পীরি। মতৌ অসুম্না ফুঙ্গাব্বারীশিংদা পাউজেল অমা হাপ্লকপা মতমদা পাউরৌ হায়বসি তত্তনা শীজিন্নে। খুদম খরদংগা পীজরবদা "লৌশিংনা শামু ফায়" হায়রিবা পাউরৌসি "ইতা থাউমৈ" গী ব্বারীনা মমিং ওইরগা ব্বারী লীবদা খুদম ওইনা পীনৈ। ব্বারী অসিদা হনুবী অমনা মাগী মব্রৌশিংতনা হূরানবা অমবু ফাখি। ব্বারী লীরিবনা ব্বারীগী লোইরকপদা ইশুশা লৌশিংনা শামু ফায় হায়বদুনি নখোয়সু শিংগদবনিকো হায়রগা ব্বারী লোইশিল্লী। অসিগুম্বা মখলগী পাউরৌগা লোয়ননা লীবা ব্বারী কয়াসু মণিপুরী ফুঙ্গাব্বারীদা উবা ফংই। মখা তানা খুদম খরদংগা পীজরবদা - 'পেবেৎনা মচা চাউবা ঙাই' হায়বা পাউরৌ অসিবু 'হৌদোং লম্বোইবা অমসুং পেবেৎ' নৎত্রগা 'পেবেৎকী ব্বারী' নৎত্রগা 'হৌদোং লম্বোইবা' হায়নসু লীনৈ। ব্বারীসিদা পেবেৎনা লৌশিং তৌদুনা পীক্লিবা মচাশিং অদুনা পাইবা ঙম্বা ফাউবা হৌদোং লম্বোইববু মোইথেম তৌদুনা শাউহন্দনা থেল্লদুনা থমখি। মচাশিং অদুনা পাইবা ঙল্লবা মতমদদি মহাক্না য়ানিংদবা নুংশিদ্রবা হৌদোং লম্বোইববু থীনা হায়দুনা চৈখি। অদুগা হৌদোংনা চাগে তৌরকপা

---

[১] **খুমুকচম** খোনো সিংহ (চহী ৭৫), ককচিং খুন্নৌ, চেকসা পাৎ, খোমলুবা নুমিৎ তাং ৬/৭/১৯৮৭ ইং।

মতমদদি মচাশিংগা লোয়ননা মকোন্দগী পাইথোক্লগা চৎখি। অসুম্না ৱারীসি লীনদুনা মশাগী খুদোংচাবা য়েংদুনা য়ান-য়ানবা মতম মতমগী চান্নবা হোৎনবা, মশাগী খুদোংচাবা য়েংলগা মশা কঞ্জনবা হোৎনদুনা মতম ঙাইবা মওংদুবু তাক্লুনা "পেবেৎনা মচা চাউবা ঙাই" হায়বদুনি অঙাংশা হায়দুনা ৱারীসি লোইশিল্লকপদা অহনশিংনা হেক হেক হায়নৈ। অদুগা অমনা "শন্দ্রেম্বী চাইশ্রা" গী ৱারীদগীসু "অচুম্বনা মমৈদা জয় ওই" হায়বা পাউরৌসিবু তাকই। ৱারীসিদা লাঞ্জব্রবী শন্দ্রেম্বীনা শিরুরবা মতুংদা অমুক হিঙ্গৎলক্তুনা চাইশ্রাগা থাঙ অমমম পায়নদুনা হাত্তোক্লবা মতমদা শন্দ্রেম্বীনা ঙমখিবা অসিনা 'অচুম্বনা মমৈদা জয় ওই' হায়বদু তাকই। 'থৌবান্দোং খুৎনাইবীনা ঙাম্বকপু চফূ মপাল্লা হংই' হায়বা পাউরৌ অসি থোকখিবগী ৱারীসু লৈ। ৱারী অসিদা ৱারম্বদগী নুংঙাইরকপদা মী উদে হায়বদু থৌবান্দোং খুন্দগী চফূ শাবনা শিনফম ওইদুনা হিংখিবী নুপী মচা অমনা নিংথৌগী রানী ওইরবা মতমদা মাগী হৌরকফম কাউদুনা ঙাম্বকপু চফূগী মপাল্লা হায়না হংখিবা অসিনা তাকই। পাউরৌ অসি য়াওবা ৱারী অসিনা তাক্লিবনা মীওইবগী অচাউরম পাম্বা থম্মোইগী ৱাখলবু উৎলি।

ওরেল নৎত্রগা ফোক নেরেতিভকী মনুং চল্লিবা লোক সাহিত্যগীসু মচাক অমা ওইরিবা লেজেন্দগা পাউরৌগসু মরী লৈনৈ। লেজেন্দ হায়বসি কদাইবু কৌবগে হায়বগী মশক তাকপদা পীরম্বা মত অমতং লৌখৎচরি —

> Hence, the legend is extremely variable, reacting sensitively to local and immediate needs that modify and reformulate both the narratives and the messages they communicate. The legend, above all, is more local than the tale, more likely to develop local patterns in spite of its tendency to migrate and spread cross - culturally. [১০]

অসুম্না লেজেন্দবু মশক তাক্লম্মী।

অনীশুবদা *স্টেন্দর্দ দিকসনারী ওফ ফোকলোর, মিথোলোজি এন্দ লেজেন্দ* দগী লৌখৎলগা মখাদা পীজরি —

> Legend has since came to be used for a narrative supposedly based on fact, with an intermixture of

[১০] Linda Dégh, "Folk Narrative", *Folklore and Folklife*, (The University of Chicago Press, Ltd., London), 1972, p. 73.

traditional materials, told about a person, place, or incident. [১১]

লেজেন্দ হায়বসি অচুম্বদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎলকপা ৱারীনি। মসিদা খুন্নাইদুগী চৎনবীগী মশক, পোৎশক য়াওদুনা, খুন্নাইদুগী মীগী, মফমগী অমদি থৌদোক্কী মরমশিংদগী শাগৎলকপা ওইগনি।

খুদম ওইনা মণিপুরী লোক সাহিত্যদা য়াওরিবা মণিপুরী লেজেন্দগী মশক ওইবা ৱারী অমতং লৌখৎলগা থমজরি - 'নুংপান পোম্পী লুৱাউপা' হায়বা লেজেন্দ অসিদা পোম্পী লুৱাউপনা মশানৌ কৌপরোন নামোইনুগা য়ুম্বানমিন্নদুনা য়াম্না নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নরম্মী। লৈনুং থোংঙারেন্না মাগী তালোই কৌপরোন নামোইনুনা নুংপান পোম্পী লুৱাউপদা ময়ূম পানবগীদমক্তা শাউরম্মী। মনাই লৈনুং মাকপা লৌওনপবু মশানৌ নামোইনুবু মাগী মনাক্তা পুরক্নবগীদমক্তা থারক্নম্মী। মরমদুনা কৌবরোন নামোইনু অনা লাইওং খঙদনা কন্না নারম্মী। মাগী নুপীনা লাইওং খঙদনা কন্না নারবদা নুংপানপোম্পী লুৱাউপনা মাইবা কৌদুনা লায়কন্নরম্মী। অদুবু লাইকন্নবা ঙমদদুনা শিরম্মী। পোম্পী লুৱাউপনা অশিবা থৱাই লৌবা লাকপা থোংঙারেন্দা হায়জদুনা কৌপরোন নামোইনুগী থৱাইবু হনবীরম্মু নীজরম্মী। থোংঙারেন্না পেনবীদুনা কৌপরোন নামোইনুগী থৱাইবু হনবিরম্মী। অসুন্না লাইগা মীগা শন্নরিঙৈগী ৱারী ওইদুনা মণিপুরী লোক সাহিত্যদা মফম চাউনা কন্দুনা লৈরি। কৌপরোন নামোইনুনা লাইওং খঙদনা নারক্নবা মতমদা নুংপান পোম্পী লুৱাউপনা অনা লায়কন্নবদা কান্নদবা মওংদুবু থাবদা পাউরৌ শীজিন্নদুনা হায়রিবা ৱাফমসি য়েংসি —

পোম্পী লুৱাউপনা মাইবা মাইবী কৌদুনা
মাগী তালোয়বু য়েংহল্লম্মী। অদুবু নারিবদু
ফবা কৌবদি লৈরমদে। মাগী মবাই লৈশং
খেকৱাইবা ফাওবা কৌদুনা অনাবা অদু ফন্নবগী
লায়কন্নরম্মী। হোৎনরিবা পুন্নমকশিং অসি
উৎতা ঘী হৈবগুন্না থোকখিরম্মী। মমৈথংদা
কৌপরোন নামোইনু অদু অনাবগী লাইওং
খঙদনা শিখিরমই। [১২]

[১১] Maria Leach, (ed ) *Standard Dictionary of Folklore Mythology and Legend* (London Harper & Row paperback, 1984), p. 612

[১২] য়ুমনাম ইবেহায়বী দেবী, *মণিপুরী (মৈতৈ) লেজেন্দ নৈনবা,* পিএচ, দি, ১৯৯৬ ইং, লা: ৫০।

লোক সাহিত্যগী মনুং চনবা শরুক অমদি ওরেল নৎত্রগা ফোক পোইট্রি হায়বসিনি। ফোক পোইট্রিগী মনুংদা অমুক ফোক এপিক্লা চাউনা কোল্লি। মণিপুরী ফোক এপিক্কী মরমদা পীজদ্রিঙৈ মাঙজৌননা ফোক এপিকপু হান্ননা মশক তাক্লি। ফোক এপিক হায়বসি মীওই কাঙলুপশিংগী মনুংদা অকন অথৌশিংগী মরমদা অৱাংবা থাক্তা লৈশি লৈথোন্দুনা, অচৌবা শৈরেং ওইদুনা, ফোরমুলা কয়া য়াওবা অমসুং লৈশি লৈথোনবা ৱাহৈশিংনা লৈতেং ওইরগা চীনবুংদা খুন্নাই কাঙলুপ অদুগী মনুংদা শরুদুনা লাক্লবা অদুনি। ৱারী অদুদা অকন অথৌশিংগী মরমদা অমদি নাৎকী মশক তাক্তুনা শৈথাবা ওই। থোইদোক হেন্দোক্লা ফোক এপিকপু মমুদ ভানা অমদি পাক শন্না নৈনখ্রবা ফেলিক্স জে, ওইনাসনা ফোক এপিকপু অসুন্না তাক্লি —

> Folk (or oral) epic songs are narrative poems in formulaic and ornamental style dealing with the adventures of extraordinary people. [১৩]

মণিপুরী লোক সাহিত্যদসু খম্বা থোইবীগী ৱারীনা ফোক এপিক অমগী থাক্তা লৈদুনা লমদম অসিগী নাৎকী নীংথিবা মশকপু উৎলি। চহি চাতরেৎলোমগী মমাঙদগী লৈরক্লবনি হায়না থাজনরিবা ৱারী অসি ঐখোয়গী কলচরগী পাকথোক চাউথোরকপগা লোয়ননা চৎথমিন্নরক্লবা ওইবনা মতম মতমগী সমাজগী চৎনরোলশিং খম্ব থোইবীগী ৱারীদা য়াওরি। ৱারী অসি ঙসিসু পেনা অমদি খোংজোম পর্ব্বগী থুলোক পায়দুনা শকপা শৈশক অনীদা শক্লরি। চাউখ্রবা শাংখ্রবা খম্ব থোইবীগী ৱারী অসি অশৈবশিংনা শকপা মতমদা ৱাহৈগী নীংথিবা লৈচল, শেম্লকপা মতমদা ফজরবা প্রমান পাম্থে অমদি পাউরৌ কয়া মতাং মতাংগী ওইনা তত্তনা শীজিন্নরি। মসিমক পাউরৌ মশাগী ওইবা ফজরবা সাহিত্যিক ওইবা লোন লৈজবননি। খম্ব থোইবীগী ৱারীদা থোইদোক হেন্দোক্লা হৈশীংলবা চাউবা, নোংথোনগী হৈশীংববু 'লুদগীনা ঙানপ লু' 'খাওদগীনা ঙবোং খাও', লৌশীং চাউবা, চাউবা হায়না পাউরৌ অসিনা চাউববু মশক তাক্তুনা লৈরি। অসিতা নত্তনা যুবরাজগী তম্পাক য়ুমদা হৌরিবা কেলি পাম্বীনা মমা মপা লৈতবনা তাকপী তম্বীনবা লৈতবদগী খম্ববু খমনুনা অহন শাদুনা তাকপী তম্বীরিবা মওংসি মপা চান্নদে, মফম্না মতম্না তৌদবা য়াদবদগী কনাসু লৈজদবদগী খমনুনা অহন শাদুনা মমা মপাগী মহুৎ শিন্দুনা তাকপি তম্বীবনি মাসু অঙাং ওইরিবনি হায়বদু ফোঙদোক্তুনা হায়রকপা ৱাফমদা শীজিন্নরিবা পাউরৌগী মশক - "পামেন লৈত-

---

[১৩] Felix J. Oinas, 'Folk Epic', in R.M. Dorson (ed.) *Folklore and Folklife : An Introduction*, (Chicago, University of Chicago Press, 1972), p. 99.

লমদুদা কেগেনা য়ুম্বী ওইবগুম", হায়বসিনা খমনুগী অঙাং ওইবগী মশকপু ফোঙদোকই। পাউরৌসি শীজিন্নরকপনা চুন্নগী হায়বা ৱাফমদগী কনশীনবতা নত্তনা ফজবসু হেলহল্লি।

'উকায় কাপ্পা' গী মতাংদা য়ুবরাজ চীংখুবনা মজা ইবেম্মা থোইবীনা শাবা ফিবু খম্বনা ফুরিৎ ওইনা লীৎলকপা উবদগী মজা ইবেম্মা থোইবীদদি তাইনবা ঙমদ্রদুনা খম্বদা তাইনরম্মী। খম্ববু তেন্না কাপ্পুনা হাৎলগে খন্দুনা তেন তন্নকপদদি পালহৌদ্রে। চীংখুবগী মতৌ অদুদা মচাদদি তাইনদনা খম্বদা তাইনবা মওংদুবু ফোঙদোক্তুনা থোংলেন্না শাউদুনা য়ুবরাজদা হায়খিবা ৱাহৈশিং অসিবু পাউরৌ ওইনা ফোঙদোক্রি - "শগোন্না লৌ চারগা ইরোই ফুবা শাই হায়ো।" অসুন্না থোংলেন্না মজাইবেম্মা থোইবীবু ৱারকপা ঙমদবা য়ুবরাজ চিংখুববু থীনা চৈবসি মথক্কী পাউরৌসি শীজিন্নদুনা ফোঙদোকই। মোইরাং নিংথৌদা ৱাফমসি য়ৌনরক্লবদা নিংথৌনা মনাওবু চৈদুনা চাউবা থোংলেন্নচিংবা অঙম্বশিংদা হায়জরকপা য়ুবরাজ শোকপা তারবদি মাগীদি মনাওনিপা ওইবা মরম্না মঙেন্দসু শোক্লকই হায়বদু ফোঙদোকই। মখা থাবা মচিন মনাওশিংনা অশোয়বা ওইব্লবদি মাগী মরী মতা মথক থোংবশিংদা নৎত্রগা মমা মপানচিংবদা শোক্লরকই হায়বসি মতাং চানা শীজিন্নরকপা "হুইন ঙাওর হুইবু থি, শন্ন ঙাওর শনবু থি" পাউরৌনা তাক্লি।

অসুন্না মথক্তা পীরিবা তাক্কশিং অসিদা য়াওরিবা পাউরৌশিং অসিনা ফোঙদোক্লিবা ৱাহৈশিংবু হেন্না অর্থ চেলহল্লি অমদি হায়নিংলিবা ৱাফম অদু হেন্না ময়েক শেংহল্লি।

ফোক পোইট্রিগী মনুংচন্না লৈবা বেলেদকী মনুংদসু পাউরৌনা চাউরবা শরুক অমা ওইদুনা ঈশৈগী মতাং মতাংদা, য়াওরিবা পাত্রশিং অমদি দৃশ্যনচিংবা থাবদা ফজহল্লি। বেলেদসু খুন্নাই কাঙলুপ অদুগী চীনবুংদা লৈদুনা মীরোন অমদগী মীরোন অমদা থংথদুনা লাকপা পরিং নাইবা ৱারীনি। মসিবু ফোক বেলেদ, ট্রেডিসনেল বেলেদ নৎত্রগা পোপুলর বেলেদ হায়রগসু খঙনৈ। ফোক বেলেদপু মশক তাকপদা Alexander Haggerty Krappe না হায়রম্মী —

> The popular ballad is a single narrative poem relating epic events as seen through the medium of a lyrical temperament, popular in origion or by transmission, and fitted for oral circulation. [১৪]

[১৪] Alexander Haggerty Krappe, *The Science of Folklore* (London : Metheun, 1930), p. 173.

মণিপুরী বেলেদশিং অসিদা পাউরৌনা ফজনা মফম কল্লি। লমদমসিগী ওইনা মমিং চৎলবা মোইরাং শাইওনগী ৱারীশিং অসি পেনাদা নৎত্রগা খোংজোম পর্ব্বগী শৈশক্তা শৈথাদুনা ঙসি ফাওবদা শক্লদুনা লাক্লি। চন্দ্রকৃর্ত্তি জীলা চংবগী ৱারী অমদি খোংজোম লানগী ৱারীনচিংবসু ৱারী ঈশৈ ওইনা শৈশক্লে। লৈশিংগী মরমদা থাদুনা 'লৈরোন'দা শক্লে। 'চায়নরোল' দসু অকন-অথৌশিংগী মওং-মতৌ অমদি মথৌনা-মরিংজেনচিংবা থারগা শকপা শৈশক কয়াসু লৈরি। মোইরাং শাইওনগী মরক্তগী শাইওন অমা ওইরিবা হাউবা কোনুগী ৱারীবু শৈথাদুনা শক্লকপদা ঈশৈগী মতাং কয়াদা ফংলিবা পাউরৌ কয়া থেৎচিন্দুনা শক্লরি। মতাংসিদা পুখত্তুনা থমজরিবসি হাউবগা কোনুগা অনীগী নুংশি মরীবু ফোঙদোক্লগা থাবগী মতাংগীনি। কোনুনা হাওববু কয়াম্না নুংশিজবগে হায়বদু তাকপা শৈশক অমতং মতাংসিদা লৌখৎচরি —

> *লাইরবা মপান থাদেনা*
> *ইনাক খুনবা মউ লীংদেদা।*
> লাইরবগী মথৌ পুজগে
> ননাওনা পুক্লিং হকচাং পুন্নমক
> ঙসিদগী হৌদুনা
> হৈনা নতুং ইঞ্জগে।[১৫]

লোক সাহিত্যবু শাগৎপদা শক্লোন অমা ওইরিবা ওরেল নৎত্রগা ফোক পোইত্রিগী মনুং চল্লিবা খুন্নুং ঈশৈদসু পাউরৌ মরাং কায়না ফংই। মসিগী মতাংদা মণিপুরী সমাজগী য়েলহৌঙৈদগী চৎনবী ওইনা লৈরক্লবা মৈতৈগী লাই হরাওবা থৌরমদা লাইরোন ওইনা শক্লবা শৈশক অমা লৌখত্তুনা য়েংবা য়াই। লাই হরাওবদা য়াওরিবা নোংপোক নিংথৌ অমদি পান্থোইবী অনীনা তাংখুল শারম পাখং অমদি নুরাবীগী শক্তম লৌদুনা পাম য়ানবগী মতাংসি উমং লাই হরাওবগী লাইরোই নুমিত্তা 'মৈ চুন্নবা' লোইরবা মতুংদা পাঙথোকই। থৌরম অসিদা লাইরোন ওইনা লাই হরাওবদা নোংপোক পান্থোইবী অনীনা অৱাই অখুম তৌদুনা শক্লখিবা পাউশা ঈশৈবু য়েংসি—

> নোংপোক - হল্লরোইনে নুরাবী,
> *নুংশিৎপু লাংদা থুবরা ?*

---

[১৫] লোংজম চন্দ্রীকা দেবী, '*হাওবা কোনু খোংজোম পার্ব্ব : বেলেদকী মশক্তা নৈনবা*', (১৯৮৯) লা: ৫৬।

*লিনবু শৌনা যুববা ?*
*তুমিংপু লমকুনা থিনববা ?*
*কৌজেংবু তেন্না পানববা ?*
*ঈশিংবু শাইদনা যোৎপবা ?*
ও হল্লবোই।[১৬]

খুন্নুং ঈশৈ অসি নোংপোক নিংথৌ অমদি পান্থোইবী অনীগী নুংশিনবগী মশকপু ফোঙদোক্লুনা শকপা শৈশক্নি। শৈশক অসিদা যাওবিবা নোংপোক নিংথৌনা শকপা শৈশক্কী মতাংদা শীজিন্নবিবা পাউবৌ যাওববা ৱাহৈশিং অসিগী ফজবা ৱাফম অমদি অর্থদু যেংবা য়াই। হাযবদি ৱাহৈশিং অসিগী মনুংদা ফুমজিন্দুনা থম্লিবা অচুম্বগী মশক ওইবা ৱাবোলশিং অদুদি শীৎলিবা নুংশিৎপু পন্না ঙাক্লুনা থিংবা ওইথোক্তে। লিন মবুক্না শীৎতুনা চৎপা জীবা ওইবনিনা মচিন তুম্বা শৌনা যুদুনা অনাবা পীবা হাযবদু ওইথোক্তে। কৌজেং হায়বা চোংথোক চোংশিন তৌবা জীবা মচা অসিবু তেন্না কাপ্পদা পানবা হাযবসিসু ওইবোই। তুমিং হাযবা অপীকপা, অপাইবা তীন মচা অসিবুসু লম্থুনা থিনবা হাযবসি ওইববোইদবনি হাযবদু মথক্কী পাউবৌ ওইববা ৱাহৈশিং অসিনা ফোঙদোকই। অসুন্না নোংপোক নিংথৌনা পান্থোইবীগী মফমদা লৈবিবা নুংশিবগী মশক্তি লেংলবোইদবা, থিংবা ঙম্লবোইদবা নুংশিবনি হাযবদু তাকই। ইচম চন্না নুংশি হাযনা ফোঙদোকপগী মহুত্তা ফজববা পাউবৌ কযাগা লোযননা হাযবক্লিবা ৱাফম অসিনা কযাগী মতিক ফজবগে অমদি নোংপোক নিংথৌগী থম্মোইদা লৈবিবা পান্থোইবীবু নুংশিবগী মমল অদুবু কাউখৎহন্দুনা অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎলি।

নুংশি নুংওনগী ওইবা অৱাই অখুম তৌনদুনা শকপা ঈশৈ কযাসু ঐখোযগী চীনবুংদা লৈবিবা লোক সাহিত্যদসু মবাং কাইনা লৈ। মদুদা পাউবৌ শীজিন্নদুনা প্রেমিক প্রেমিকা কযানা থম্মোইগী অনীংবা অপাম্ববু ফোঙদোক্লে। মতম অসিদা কনাগুম্বী নুজা অমনা থম্মোইগী অপাম্বা অনীংববু ফোঙদোক্লুনা মাগী নুংশিজবা কনাগুম্বা অমদা হাযজবা শৈশক অমতং লৌখৎচবি —

নুপী - কৌক্রু লোক্তা নোংজুবে
লমলেন নমবুল তুবেল ঈহৌবে,
অৱাং তুরেল ঈচাউবে,

[১৬] খাঙেম্বম মঙ্গী সিংহ, চহি ৭০, জে, এন, দান্স একাদেমী লাই হবাউবা সেকসন, পেনা খোংবা, থাংমৈবন্দ পোলেম লৈকাই, মতম অয়ুক পুং ৮-৯ তাং ১৫/১১/১৯৯৪, ইং।

*লুপলোইদৌবা শীনৌগী মোইথাপ মহাক্না*
*লাইজা ঈরোননুংদা লুপখরে,*
*তাউরোইদবা থৌদু নুং মহাক্না,*
*লাইজা ঈপাল লাংনা তাউরকলেনে পাম্মুবা,*
নিঙোল নোংদম ওইবীনা,
পাম্মু নগুংলাংগীদমক্তা,
লাংবনগী খুলাপ লেংঙালখাদা
লবুক্কী লৈরাং লৈরী মহাক্না
পৎতনা মাংবগুম পাম্মুবা নগাইকাদা,
লোইদাম থাবুম কয়ামরূম,
নুমিৎ শিংবুম কয়ানিমরূম,
ননাউনা পৎতনা লৈখো হায়বগেনে পাম্মুবা,
চিঙ্গোই নপাউ শেংবীরমউনে ইবুংঙো।।

নুপা নুপী অনীনা অৱাই-অখুম তৌদুনা শৈশকপগী মতাং অমগা লৌখত্তুনা য়েংসি —

নুপী - হা ইবুংঙো নুংশি কৈদা হায়সিগেনে ইবুংঙো
নুংশিবগী মৈচাক্তিনে পাম্মুবা
চৎমিন্নবনসু খঙদেদো, লৈমিন্নবনসু উদেদো
মৈচাক মাগী মতিক্তি প্রলয়দগী হেল্লিদো
মৈচাক অসিবু খঙবদি
মৈচাক অসিনা পনথুং ওইরূবা
মীদুতনা খঙগনিনে পাম্মুবা
*তাংজা লিননা চিক্লগা*
*চিক্লিবা মীদুতনা মৈচাক খঙগনি*
*তাংজনা চিক্লিবা মীদুনা*
*তাংজগী মগুণ খঙদবগুম*
নুংশিবগী মৈচাক্তিনে পাম্মুবা
মৈচাক ফংদবা মীনা কৈদৌনুংদসু খঙবীরোই
খাঙঙমদবা মৈচাক্লিনে পাম্মুবা ...

নুপা - মীগী মচা ওইনা পোক্লবী
নুরা নহাক্তি খঙলিরোই
পাখং ওইবা ঐহাক্কী থম্মোইনুংদা ৱারিবা
কনা মশুং লাংগীনো,
ঐদি কনাগীসু নৎচদে
নুজা নহাক্কী ৱাখলদা চাকপা মৈচাক্লি
মীওইবগী পুনসিদা অসুক ৱানা নংগী ৱাখন্দা ৱারিবা
নুজা ওইবী নহাক্তি খঙমল্লোইদরা ইনেম্মচা
নুপী ওইবীগী হৌনশা
নুপী ওইবীগী মরমচৎ
*তাংজ লিনগী ময়েক্কা*
*পোম্বী চেক্লাগী কাইদোংগা*
*নুরা ওইবীগী থম্মোইগী ৱাখলগা*
*প্রমান তৌনৈ ইবেম্মা*
তাংজ লিনগী প্রমান্দি
লৈমাইথক্তা চৎপদা
কোন্দ্রিমখৈ থেক্ত্রিমখৈ চৎপা ঙমদে
চেক্লাগী প্রমান্দি নুংতিগী কাইদোং হোংবনি ...

নুপী - নুপী ওইবীগী থম্মোইনা
পুক্লিংগী অতেংবা হায়দোক্লুরগা
খ্বাই তরা মমাংদা
*খোংবান লান্নবা হীরেলবু*
*পনথুং য়ৌরবা মতমদা*
*হন্না হন্না য়েংলমদা*
*তুংলোমদা কাউরম্বা হীরেলগুম*
*কাওথোকপীরক্লবদি* নুপী ওইবী থম্মোইনা
অৱা মৈশা লাংদুনা হায়দোকচবা ঙমজদে
মরম অসি লৈবনা, থংলেন নাক্তা য়ৌদ্রিফাও

নিংঙোম্না ঝারিবা পুকচেলশে,
ফোংদোকচবা ঙমখিরোইনে লোইয়ুম্বা।[১৭]

পাউরৌ ঙাক্তনা শেন্নগা মীগী মওং-মতৌ, লমচৎ-শাজৎ তাকপা শৈশকসু ঐখোয়গী সমাজদা লৈ —

*হৈনিংলগা কৈমাং হিপ্পী,*
*হৈনিংদ্রগা কৈনিং হিপ্পী,*
*তানথুপ ফুব্বী, তানকাই চাবী,*
*নুংশিং মাইরম লশিং কাপ্পী*
*শগোল মমাং পুনজাও পুবী*
*য়ৈন কাংদ্রম মফোনথোক*
*খৈন য়াংকোক শেগাইবী।*[১৮]

মথক্কী অসি শিল্লোং খঙদনা শিল্লাবা নুপীশিংবু থাদুনা শকপা শৈশক্নি।

মথক্তা নৈনখ্রিবশিং অসিদগী খঙবদি পাক চাউরবা মণিপুরী লোক সাহিত্যগী লনগৈদা পাউরৌ হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা মচল অমা ওইরী। অমরোমদা পাউরৌগা মণিপুরী লোক সাহিত্যগী লৈরিবা মচলশিং মিথ, লেজেন্দ, ফুঙ্গাৱারী, ফোক এপিক, বেলেদ অমদি খুন্নুং ঈশৈনচিংবগসু ইরোয়তা লোয়নদুনা লৈবা, পাউরৌ থেৎচিন্দুনা হায়দোরকপা ৱাহৈ ৱাতানা হেন্না ফজবা, চেৎশিনহনবা ৱাফম ওইহনবা উবা ফংই। মরম অসিদগী মণিপুরী লোক সাহিত্যদা পাউরৌগী চাউরবা মফম অমা লৈ হায়না লৌবা য়াই।

[১৭] হঞ্জবম প্রেমলতা দেবী, "*মণিপুরী (মৈতৈ) খুৎলং ঈশৈ নৈনবা*', এম, ফিল (জুলাই ১৯৯১), লা: ৩৪,৩৫,৪৭,৪৮।

[১৮] হঞ্জবম গৌরচন্দ্র শর্ম্মা, "মৈতৈ খুন্নক ঈশৈ" লা: ২৯।

# সমাজদা মণিপুরী পাউরৌগী থৌদাং

মীওই কাঙলুপশিংগী মনুংদা হায়ন-শক্লদুনা পাউরৌ কয়া মীরোল অমদগী অমদা মথং মথং থঙথদুনা লাক্লি। অসুন্না সমাজগী মনুংদা হায়ন-শক্লরিবা পাউরৌশিং অসিনা সমাজ অমগী করি করম্বা থৌদাং অমা লৌদুনা লাক্লিবগে হায়বসি ঙসিগী ফোকলোর নৈনবগী খোঙথাংনা খুমাং চাউশিল্লকপগা লোয়ননা নৈননিংঙাই ওইবা মচাক অমা ওইরক্লি। পাউরৌনা মণিপুরী সমাজদা লৌরিবা থৌদাংশিং অসি নৈনদ্রিঙৈ মমাঙদা ফোকলোরগী অপুনবা মশক্লা লৌরিবা থৌদাংশিং য়েংবা তঙাইফদে।

খুন্নাই কাঙলুপ অমদা লৈরিবা ফোকলোরগী মচাকশিং হায়বদি মিথ, লেজেন্দ, ফোকটেল, ফোকশোং, বেলেদ, প্রোর্বব, রিদল, সেয়িংস অমদি রিচুয়েলগী ওইবা শক্লোন কয়া অসিনা খুন্নাই কাঙলুপ অমবু মশক খঙবদা মরুওইবা থৌদাং কয়া য়ারি। মপুঙ ওইনা ফোকলোরনা খুন্নাই কাঙলুপ অমগী লৈজরিবা জাতিগী চৎনলোনচৎ কয়াবু মশক তাকপদা অমদি য়োকখৎপদা অচৌবা থৌদাং কয়া য়ারি। লাইরিক লাইশুগী মঙাল ফংদ্রিঙৈদগী হৌনা ফোকলোরনা সমাজদা লৈরিবা মীওইশিংদা লৌশিং জ্ঞান পীদুনা লাক্লি। অসিদসু নত্তনা ফোকলোরনা খুন্নাই কাঙলুপ অদুগী লৈজরিবা চৎন-লোনচৎ, লাইনিং-লাইশোনগী চৎনবী থাজনবী কয়াবু মপুঙ ফানা য়োকখত্তুনা থম্লক্লী। অমরোমদা মতম মতমগী ওইনা সমাজগী অমদি রাজনিতিগী অহোংবা পুরকপদসু ফোকলোরগী মচাক ওইরিবা ফোকশোং, লেজেন্দ অমদি মিথনা চাউরবা থৌদাং লৌরি।

ফোকলোরগী তোঙান তোঙানবা মচাকশিং মিথ, লেজেন্দ, ফোকটেল, ফোকশোং, বেলেদ, প্রোর্বব অমদি রিদলনচিংবশিং অসিনা অমত্তা ওইবা মান্নবা মওংগী থৌদাংসু খুন্নাই কাঙলুপ অমদা পীরি। মসিগী মতাংদা ফোকলোরগী লমদা মমিং লৈরবা ফোকলোরিষ্ট এলান দনদিজনা মহাক্কী লাইরিক The Study of Folklore দা অসুন্না পীরী —

> Different types of folklore can share similar, if not identical, functions ... The function is the same; the form is different. It is equally important to realise that any one item of folklore may have several different functions.[১]

ব্বাফমশিং অসিদা তোঙান তোঙানবা ফোকলোরগী মচাকশিংনা মান্নবা মওংগী থৌদাং য়াবসু লৈরি। অদুবু চপমান্নবা থৌদাং য়ারবসু মশক মওংদি অমুক তোঙাল্লি। অমরোমদা ফোকলোরগী মচাক অমতনা থৌদাং কয়ামরুম পাঙথোকপা অসিসু মরুওই। ফোকলোরগী থৌদাংগী মরমদা য়াম্না কুপথনা নৈনরম্বা William R. Bascom মশামরুসু ফোকলোরগী থৌদাং অসি মখল মরীনি হায়না নৈনরম্বদগী অমুক মঙাশুবা থৌদাং অমগা হাপচিন্দুনা মাগী contributions to Folkloristics (১৯৮১) হাযবা লাইরিক্তা পুথোরকখি। ফোকলোরগী থৌদাং মঙা অদুগী মরমদা মখাদা শমলপ্না নৈনরি।

ফোকলোবগী অহানবা থৌদাংদি হরাও-তয়ামহনবা অমদি নুংঙাইবা পীবনি হায়বগী মতাংদা বেসকোম্না অসুম্না ফোঙদোক্লি ঃ

> "Amusement is obviously, one of the functions of folklore, and an important one ...."[২]

হরাও তয়ামহনবা নুংঙাইবা পীবা হায়বসি ফোকলোরগী মচাক অয়াম্বদা য়াওবা থৌদাং অমনি। ইশম-শম্না খঙবা য়াবদি ফোকলোরগী মচাক ওইরিবা ঈশৈ, জগোই নৎত্রগা ব্বারী অমা তারুরবসু অদুমক নুংঙাইবা পী হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। খুদম ওইনা মৈতৈগী খুনুং ঈশৈশিং অসিদা তাবদা নুংঙাইবা ফাওহনবা অমদি নোক্লিংঙাই মওং ওইবা কয়াসু য়াওরি। য়ুমগী নুপী অমনা মপুরোইববু য়াম্না নুংশিনা লূনা নাম্না ফজহন্নিংবা ব্বাফম্বু খুনুং ঈশৈদা ফোঙদোক্কুনা হায়রকপা তাবদা নুংঙাইবা অমদি নোক্লিংবা ফাওহল্লি। মাগী নুপানসু লূ-নান্না লৈনিংই অদুবু পায়রিবা শিনফম্না য়াদবননি হায়না খুম্লকপা মওং অদুবু তাকপা অব্বাই-অখুম তৌদুনা শরুবা ঈশৈ অমতং খুদম ওইনা লৌখৎচরি —

[১] Alan Dundes, *The Study of Folklore* (London . prentice Hall, Inc Engle wood cliffs, 1965), p 279

[২] William R. Bascom, *Contributions to Folkloristics*, (Meerut Archama, Publications, 1981), p 55

শাবী থংলেন লুব্রাওবা
মানজ চম্প্রা তৈখোলাউ।
ঐনা ব্রাউগে ব্রাউবরা?
লাইমতোন ফৌরুংবগী চীংদোন্দা
উতোংঙা লেংকোৎ পুবদা
খোয়দৌদা নুংশিৎ য়ৈদুনা
ব্রাউখরবা হকচাংনি।[৩]

অসুন্না সমাজসিগী ওইবা য়ুম্বানমীন্নরিবা নুপা নুপী অনীগী চান্ন-চিন্নবগী মরী অদু উৎপগা লোয়ননা নুপা ওইবশিংনা করম করম্বা শিনফমদা শেন্দান লম্বেল ওইনরম্বগে হায়বনচিংবদু ফোঙদোক্লুনসু খঙহল্লি। শক্লিবা ঈশৈ অসিগী অব্রাই-অখুমদা চুম্না নুংঙাইবা পীবতা নত্তুনা লমদমসিগী সমাজগী চৎনবীগী মশক অদুসু ময়েক শেংনা ফোঙদোকপা ঙম্মী। অসুন্না খুনুং ঈশৈদগীতা নত্তুনা তোঙান তোঙানবা ফোকলোরগী মচাক অতৈনসু হরাও-তয়ামহনবা অব্রা পোথাবা হায়বসিদি মণিপুরী ফোকলোরগী মচাকশিংনসু সমাজ অসিদা পীরি। খুদম ওইনা হায়রবদা ইচম চম্না পাউখোং চনবী শান্নবদগী হৌরগা ফুঙ্গাব্রারী তাবা, ঈশৈ নোংমাই তাবা অমদি হরাও কুম্মৈ কয়ানসু হরাও-তয়ামহনবা, নুংঙাইবা পীবা হায়বা ফোকলোরগী থৌদাং অসি মপুঙ ফানা পাঙথোক্লি।

অনীশুবা ফোকলোরগী থৌদাং অসিনা খুন্নাই কাঙলুপ অমগী লৈজরিবা চৎনবী লাইনিং-লাইশোনগা লোয়ননা পাঙথোক্লিবা লাইগী ওইবা থৌরম থৌদা কয়ানা চৎনবী থাজনবী কয়াবু য়োকখত্তুনা মাঙহন্দনা থম্বনি। ব্রাফমশিং অসিবু বেসকোম্না অসুন্না পীরি —

> A second function of folklore is that which it plays in validating culture, in justifying its rituals and institutions to those who perform and observe them.[৪]

খুন্নাই অমগী কলচরবু ফোকলোরনা য়োক্লুনা থম্বনা খুন্নাই অদুবু মথং মথং চথরকপা ঙমহল্লি। খুদম ওইনা পল্লবদা মৈতৈ জাতিগী থায়নঙৈদগী চৎনদুনা লাক্লবা

---

[৩] রাজকুমারী তম্ফাসনা দেবী, *মণিপুরী লোকসাহিত্য,* (ডি মণিপুর গীতা প্রেস শিংজমৈ, ইম্ফাল, অহানবা ফোংবা ১৯৭৪ ইং), লা: ১১১।

[৪] William R. Bascom, *Op cit*, p. 57

লাই হরাওবা হায়বা থৌরম অসি মীরোন কয়াদগী মথং মথং চত্থরক্তুনা ঙসি ফাওবদা খুন্নাই অসিনা অচৌবা থৌরম অমা ওইনা পাঙথোক্লরি। লাই হরাওবগী থৌরম অসিনা মৈতৈ জাতি অসিবু মশক তাকপা ঙম্মী। খুন্নাইসিগী ওইবা অবিবা লাইনিং লাইশোনগী মশকসু থৌরমসিনা ফোঙদোকই। অসিগুম্বা লাই হরাওবা অসিদা তৌদবা য়াদ্রবা থৌরম কয়া য়াওরি। থৌরমশিং অসি মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনবী-থাজনবী অমগা লোয়ননা পাঙথোক্লরকপনা ঙসি ফাওবদসু চত্থদুনা লৈরি। লাই হরাওবদা পাঙথোক্লিবা থৌরমশিংগী মনুংদগী লাইরোই নুমিত্তা পাঙথোকপা থৌরম অমবু মতাংসিদা পঞ্জরি। লাইরোই নুমিত্তা পাঙথোক্লিবা শরোই খাংবা হায়বা থৌরম অসি তঙাইফদনা থাইনঙৈদগী অদুম্মক পাঙথোক্তুনা লাক্লি অদুগা ঙসি ফাওবদসু অদুম কায়দনা পাঙথোক্লরি। মসি ফোকলোরনা মমাঙঙৈদগী য়োকখত্তুনা থম্লকপা অমদি ঙসি ফাওবদসু থম্লিবা লমদমসিগী চৎনবী অমদি থাজনবীগী মশক অমনি। থৌরম অসিবু লাইরোই নুমিত্তা পাঙথোক্রবদি লৈকাইদুগী খুলদুগী অফবা ওইদে, লাইশিংগী চানবা চিঞ্জাক পীদবনিনা অফবা ওইদে হায়বগী চৎনবী থাজনবী অমা লৈবনিনা থৌরম অসি পাঙথোক্রবা য়াদবা অমা ওইনা লৌনৈ। থৌরম অসি মমাঙঙৈদগীনা হৌজিক ফাওবদা য়াম্না কিনা-লুনা মাইবা মাইবীশিংনা লাই হরাওবা মতমদা কায়দনবা হোৎনরি। অসিগুম্বা চৎনবী থাজনবী কয়া য়োকখত্তুনা অসুম মথং মথং চত্থদুনা লাক্লিবসি ফোকলোরনা পীবা থৌদাং অমনি। অহুমশুবা থৌদাংগী মরমদনা অসুন্না পীরম্মী —

> "A third functıon of floklore is that whıch it plays in education, particularly, but not exclusively, in non-literate societies [৫]

লাইরিক লাইশু হৈজদবা মীওইশিংদা ফোকলোরনা মহৈ-মশিংগী ওইবা লৌশীং জ্ঞান ফংহল্লি। বুদ্ধি লৌশীং চাউখৎহন্দুনা সমাজগী অফবা মীওই অমা ওইহনবদা ফোকলোরনা অচৌবা থৌদাং য়াই। ফোকলোরগী অয়াম্বা মচাকশিংনা ওইবা লাইরিক লাইশু তম্বগী খুদোংচাবা ফংবা ঙমজদবা মীওইশিংদা লাইরিক-লাইশুগী জ্ঞান পী। ফোকলোরগী অচৌবা মচাক ওইরিবা ফুঙ্গা ৱারীদা, পাউখোংদা অমদি পাউরৌনচিংবদগী লৌশীংগী মঙাল পীদুনা লৌশীং চাউখৎহনবা ওইহল্লি। খুদম খরা লৌখৎলগা মখাদা পীরি —

---

[৫] *Ibıd* p.58.

## অহানবদা লমদমসিদা লীনরিবা ফুঙ্গা ৱারীদগী অমতং লৌখৎচরি ঃ

### লৌশীংনা হূরানবা ফাবা

থায়না মমাঙঙৈদা ইনাক খুল্লবী লুখ্রাবী অমা লৈরম্মী, লুখ্রাবী অদুনা মচা-মশু অমত্তা লৈতবনা মীগী মচা কয়া য়োকই। অদুবু মীগী মচা য়োকপা হায়বা অসিনা লুখ্রাবী অদুগী মরল-মথুম হূরাল্লগা হেক্তা চেনখি। মরম অদুনা মীচাবোক য়োকপা হায়বা অসি হূমুক খাদুনা মতুংদা অমুক মীচাবোক অমত্তা য়োকখিদ্রে। লুখ্রাবী অদু মরল-মথুম ফনা য়ামনা লৈরবসু পোত্থাদুনা লৈবা হৈতে, মহৌশাগী হৈনরকপা থবক খক থাদোক্তে। মোইথাপ নায়বা, ফিশা-লোনশাবা তৌদুনা লৈ। অসুম তৌনা পুন্সি লেন্দুনা অহিং অথেঙবা ফাওবা মোইথাপ নায়দুনা ফিশা-লোনশা তৌদুনা থেঙনা থেঙনা তুম্মী। থেঙনা তুম্লগা থেঙনা হৌগৎপা লৈতে, মাগী নুংতিগী মতম কায়দনা য়াহৌই। লুখ্রাবী অদুগী মতৌবু নুপী পুম্নমক্কা তমজনিংঙাই ওই।

মীওইবা খুন্নাই অসিগী তমজনিংঙাই ওইবী লুখ্রাবী অসিবু মীপুম কয়ানা থাগৎনৈ। মচা-মশু ৱারকপদা মাগী মতৌ তম্মু হায়নৈ। অদুবু মীওইবা খুন্নাই অসিদি মী মখল কয়ামুক্কা ওইবনিনা তমজনিংঙাই ওইরবী লুখ্রাবী অদুগী মরল-মথুম হূরানগদৌবগী হোৎনবসু কোঙ্গাই অমনি। পুকচেল থীরবা তমথীরবা হূরানবা নুপা অমনা লুখ্রাবী অদুগী মরল-মথুম হূরানগদৌবগী মতাং চাবা য়েংদুনা লুমদুনা লৈ। অসুম্না হূরানবা অদুনা নুমিৎ খুদিংগী লুমদুনা লৈবসিদা, লুখ্রাবী অদুনা মাগী অরোনবা নুপা অমা লৈবগী মওংদা নুতি খুদিংগী হিপ্লমদাইদা হায় - "ইবুংঙো। মীৎ খরা শিংবীয়ু হূরান চীম্থি লাক্কনি, ননায় ওইবীসু হিপচরগে" হায়বা ৱাহৈ অসি হূরানবা অদুনা নুমিৎ খুদিংগী তাবা অদুদা নুপা অমা অহিংদা লেকপা হেক-হেক লাকপোইরে হায়না খন্দুনা হূরানবা চঙবা শুকঙম ঙমদদুনা লৈ। থাঙ্গৈশেংবদি লুখ্রাবী অদুগী অরোনবা নুপা অমা লৈবা নত্তে, হূরাল চীম্থি কয়াদগী ঙাকথোক্লবা হায়বনি।

নোংমদি হূরানবা অদুনা লুখ্রাবী অদুগী অরোনবা নুপা অদুদদি মশক খঙলগে হায়দুনা নুমিৎ তাদ্রিঙৈদগী হৌনা লুখ্রাবী অদুগী ইখোল অশোঙবা নারক অমদা লুমদুনা লৈরে, লুখ্রাবী অদুগী লৌশিংদা নুপা অমা লৈবা মানহনবনিনা কনাসু লাকপা উদ্রে। লুখ্রাবী অদু নুমিদাংগী চাক তোক্তুনা মোয়থাপ নায়দুনা লৈ, হূরানবা অদুনা অরোনবা নুপা অদু থেঙনা লাক্কদ্রা হায়না লুমদুনা লৈরি। নুমিদাংগী পুং ১১ রোম তারকপা ফাওবা কনা অমত্তা লাক্তবদা লুখ্রাবী অদুগী য়েনখাদা সগুণ তৌদুনা চঙলগা

য়ুমগী কাচিন অমদা লোত্তুনা লৈরে। অসুম্না হূরানবা অদুনা কাচিন্দা লুমদুনা লৈবা অদু লুখ্রাবী অদুনা হেক হিপথরকপদা উরে। মরম অদুনা লুখ্রাবী অদুনা পাইরক্কী লৌশিং অমা তৌগে খল্লক্লে। লুখ্রাবী অদুনা থাওমৈরোমদা ওনশীন্দুনা হায়রকই - "ইতা থাওমৈ।" হায়না কৌরকই। থাওমৈদি খুম্বা হৌনদবনিনা খুল্লক্লে, অদুদা লুখ্রাবীনা হায়রকই - "ইতা থাওমৈ। নুংতিগীদি ঐনা কৌবদা খুম্মী ঙসিদি কৈদৌরবগে?"

ৱাফম অসি তাবদা হূরানবা অদুনা খল্লি মাগী থাওমৈ অসি নুংতিগী খুম্বা তাই। অদুনদি ঐ খুল্লগে হায়না খন্দুনা খুল্লকই - "ইতা ইবেম্মা করি তাকপীগদগে? লুখ্রাবীনা হায়রকই - "ইতা থাওমৈ। ঐ ৱারী লীগে তাওকো।" হূরানবনা খুল্লকই - "ইতা ইবেম্মা লীবিরো তারগে"। লুখ্রাবীনা ৱারী লীরকই - "থাইনা নঙগী তাদগা ঐগা নহা ওইরিঙৈদা য়াম্না নুংশিন্না পাল্লকই, নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অমত্তবু খৎন-চৈনবা হায়বা অদু লৈতে। অদুবুনে ইতা। নোংমদি নঙগী তাদদো লৱায় অথাপ্পদা লৌশান থৌবা ১৫লুবা অদুদা চাক য়াম্না লাল্লমাল্লে, ঐসু মানা অথাপ্পদা চৎখিবা অদুদা চাক চারকপসু য়াই হায়না খন্দুনা ফি খরা থেঙনা শাদুনা লৈরুবদগী খরা থেঙনা থোংলগে হায়না তৌরিঙৈদা কোক হেক থুংলরে। অদুদা মাদি চাক লাল্লবদুদা হৌজিক ফাওবা চাক থোংলমদে হায়দুনা য়াম্না শাউরে, অদুদা ঐনা খুম্মী-করিগুম্বা অথাপ্পদা লেঙখিবা অদুদা চাক চারক্কদ্রা খন্দুনা খরা থেঙনা থোংগে হায়দুনা, খরা থেঙখ্রে থোংজরুবগে হায়না চাক থোংনবা হোৎনরে। অদুদগী নুপা ওইবগী হৌনবী চৈ অমা পায়দুনা ঐবু ফুগে তৌরকপদুদা অমুক্তা খৎনজরক্তবনিনা কিদুনা "হো লৈকাই-লৈকাইশা। হাৎলে-হাৎলে" হায়দুনা লাওইদো ইতা। অসুম্না লাওবা অদুদা লৈকাই ময়াম চঙলক্তুনা হূরানবা অদু ফাখি।[৬]

অসুম্না ফুঙ্গাৱারী অসিদা বুদ্ধি লৌশিংগী জ্ঞান পীদুনা অহন ওইবশিংনা মচা-মশুশিংদা লীবিদুনা ঙসি ফাওবদা চৎথরক্লি। লাইরিক-লাইশু হৈজদ্রবসু, লৌশিং জ্ঞানদি অহন ওইবশিংনা পীবিদুনা থম্বীরম্মী। ফুঙ্গাৱারীশিংদগীতা নত্তনা অতোপ্পা পাউরৌ অমদি পাউখোংশিংদগীসু লৌশিং জ্ঞান কয়া ফংবা ঙম্মী হায়বগী মতাংদা মখাগী ৱাফমশিং অসি নীংশিংবা য়াই —

... পাউখোংশিংনা মাগী মাগী সমাজগী কাঙলুপকী ওইবা পোৎশক কয়া শক্তাকপদা নত্তনা কলচরগী চৎনরিবা উপমেয়, অমদি সিম্বোল কয়াসু তাকই।

[৬] ৱাই, তম্ফাজাও, *ঈপুরোককী পাওতাক ৱারী,* (স্বরাজ প্রিন্তিং প্রেস, ইম্ফাল, অহানবা নম্বা ১৯৮২), লা: ৩৮।

.... পাউখোংদগীতা নত্তনা পাউরৌদগীসু লেঙদ্রবা চুম্লবা পাউতাক কয়াগী লৌশিং ফংবা ঙম্মী।[৭]

অসুম্না ফোকলোরগী তোঙান তোঙানবা মচাকশিংদগী মীওইবা সমাজনা মমাঙঙৈদগী হৌনা ঙসি ফাওবা কান্নরবা লৌশিং জ্ঞান কয়া ফংদুনা লাক্লি। মরীশুবা ফোকলোরগী থৌদাংবু অসুম্না হায়রম্মী —

> In the fourth place, folklore fulfills the important but often overlooked function of maintaining conformity to the accepted patterns of behavior .... More than simply serving to validate or justify institutions, beliefs and attitudes, some forms of floklore are important as means of applying social pressure and exercising social control.[৮]

খুন্নাই কাঙলুপ অমগী মনুংদা লৈরিবা চৎনবী থাজনবী কয়া অসিবু ফোকলোরনা মপুঙ ফানা চাউখৎহন্দুনা খুন্নাই কাঙলুপ অদুদা মাঙহন্দনা থম্মী। অসিগীসু মথক্তা ফোকলোরগী মচাক খরদি সমাজগী খোল্লাও ওইনা ফোঙদোক্লফম ওইবা অমসুং সমাজগী মীওইশিংবু ফাজিন পুনশীনবগী থৌদাংসু লৌরি। ভারতকী ফাওরবা হিন্দু ধর্ম্মগী ওইবা পুরান ওইনা লৌনরিবা লাইরিক মহাভারত, মমিং পনবা য়াই। 'মহাভারত' কী ৱারী অসিদা সমাজগী ওইবা খোল্লাউ কয়াগী ৱাফমশিং মরাং কায়না য়াওরি। মসিদা য়াওরিবা চরিত্রশিং অসিনা মখোয় মখোয়গী মপুন্সিদা ফংলিবা মওং কয়াবু তারুরগা নৎত্রগা পারুরে হায়রগা ঙসিগী সমাজদা লৈরিবা মীওইশিংদা ৱাখল খল্লহল্লি। সমাজসিদা লৈরিবা মীওইশিং অসিনা তৌগদবা অমদি তৌরোইদবা থবক্লচিংবগী মওং মতৌসু ফোঙদোকই। খুদম ওইনা পল্লবদা মচিন-মনাও চান্মগী অহল হস্তিনাপুরগী নিংথৌ ওইরিবা দুর্যোধণনা মবুক ফত্তদুনা পাণ্ডব মচিন-মনাওদা লাল্লুবদগী লোয়শিল্লকপা পুন্সিদা অৱাবা ওইখি। লাঞ্জদবা মরম্না পাণ্ডব মচিন মনাওনা মহাভারতকী লানফমদা দুর্যোধণবু মায়থিবা পীদুনা লান জয় ওইদুনা হস্তিনাপুবগী নিংথৌরেল ওইদুনা মরৈবাক ঙাক্তুনা মিংচৎ চাউনা থনম্লগা চঙনা স্বর্গ কাখি। অসিগুম্বা মওং অসিবু উরুরগা ঐখোয়গী থম্মোইদা ফত্তবা দুর্যোধণ ওইনিংদবগী অমদি মানা অৱাবা

---

[৭] এস, সনাতোম্বী *"ফোকলোরগী থৌদাং ঃ অকুপ্পা মীৎয়েং অমা"* সাহিত্য লৈচল, ৫/৬ শুবা মশীং ১৯৮৯, ১৯৯০ লা: ৬৮।

[৮] William R. Bascom, *op cit* p. 60.

তাবগুম্না থোকনি খনবদগী মীঙোন্দা ফত্তবা তৌনিংদবগী ৱাখল পোকহল্লি। মণিপুরগী ওইনা য়েংলুরবসু খম্বা থোইবীগী ৱারীদা ফত্তবা নোংবানবু কনানসু নুংশিবা ফাওদে। লানজদবা খম্ববু ময়াম্না নুংশিবা পোকহল্লি। ধর্ম্মনা মমৈদা জয় ওই হায়বা মওং অদুসু নোংবান্না কৈগী খয়াত্তা তাদুনা মথৱাই মাঙখিবা অমদি লায়র-মচা খম্বনা মজাইবেম্মা থোইবীবু ফংখিবা অসিনা উৎলি। মীওই কাঙলুপ অমগী মীওইশিংগী পাপ-পুন্যগী, অফ-ফত্তগী ৱাখলশিং অসি মিথ, লেজেন্দগী ৱারীশিংদা য়াওরিবা লাইগী শক্তম চেল্লবশিংগী লমচৎনা ফাজিন-পুনশিল্লি। অমরোমদা সমাজগী মনুংদা হায়ন-শক্করিবা পাউরৌশিং অসিনসু কাঙলুপকী শক্তম ঙাক্কুনা থম্বতা নত্তনা পাউরৌদা য়াওরিবা অফবা পাউতাক কয়া অদুনা সমাজ অমদা লৈরিবা মীওইশিংদুগী লমচৎ শাজৎপু ঙাকশেন্দুনা ফাজিন পুনশিল্লী। অসুম্না ফোকলোরনা সমাজবু মথং মথং চত্থহল্লকপদা নত্তনা সমাজগী মীওইশিংবুসু অফবা লম্বীদা লমজিংদুনা ঙাক শেল্লি।

অসিদসু নত্তনা মঙাশুবা ফোকলোরগী থৌদাংগী মতাংদসু বেসকোম্না ৱাফম খরা অসুম্না পীরি —

> Nevertheless, I did not at that time appreciate the function of verbal art as an instrument of social and political change. This is particularly true of song texts, but also of jokes, legends, and myths. This important function of verbal art was apparently not discovered by American scholars until 1961 .... [১]

ভরবেল আর্তনা সমাজনীতি অমদি রাজনীতিগী লমদা অহোংবা পুরকপা ঙম্মী হায়বসি আমেরিকাগী স্কোলারশিংনা ইং ১৯৬১ দগী ৱাফম অসিবু নৈনরকপদগী বেসকোমসু মাগী মীৎয়েং হোংলকখি। মরুওইনা ঈশৈ নোংমাই, ফাগী-জুগাই, লেজেন্দ অমদি মিথকী ৱারীনচিংবশিংনা সমাজ অমগী সামাজিক অমদি রাজনীতিগী লমদা অহোংবা পুরকপা ঙমহল্লি।

মথক্তা নৈনজরিবশিং অসি ফোকলোরনা সমাজদা লৌরিবা থৌদাংগী মতাংদা অপুনবা মীৎয়েংদা য়েংবা বেসকোমগী মতকী শমলপ্পা ৱাফম খরনি। হৌজিক ফোকলোরগী শক্রোন অমা ওইরিবা পাউরৌনা মণিপুরী সমাজদা লৌরিবা থৌদাংগী মরমদা মখাদা নৈনজরি।

---

[১] William R.Bascom, *op cit.*, p. 213.

অহানবগী হরাও তয়ামহনবা নুংঙাইহনবা হায়বসিগী মতাংদা ফোকলোরগী মচাক অতৈদগী হায়বদি ফুঙ্গাৱারী তাবা নৎত্রগা ঈশৈ অমা তারুবগী নুংঙাইবা অদুক নৎত্রগসু মণিপুরী পাউরৌনসু সমাজসিদা থৌদাং অসি পীরি হায়বা য়াই। ঐখোয়গী সমাজদা পাউরৌ শীজিন্নদুনা প্রমান পাঙ্থে য়াম্না হৈবা মীওইনা ঙাংবা ৱাঙাংবু য়াম্না পাম্না তানরি অমদি মী অদুবু ৱা-ঙাংবা হৈখ্রেদা হায়না থাগৎনরি। মীওই অমগা অমগগী মরক্তা ৱারী ৱাতাই শাবদা মতাং চানা পাউরৌ থেৎচিন্দুনা তাবদা নুংঙাইহল্লি। অসুম্না হায়ন-শরুবদগী হেন্দোক্লুনা অইবা সাহিত্যফাও পাউরৌ মফম চানা শীজিন্নদুনা নিংথিবা ফজবা ৱাহে ৱাতা ওইহন্দুনা অইবশিংনা অপাবশিংবু নুংঙাইবা পীরি। পাউখোং চনবী শান্নবগী হরাওবা নুংঙাইবমক নৎত্রবসু মাইকৈ অমরোমদা য়েংলগা পাউরৌনসু হরাও তয়ামহনবা নুংঙাইবা পী হায়বা য়াই। মতৌ অসিগুম্না আফ্রিকাগী সমাজদসু পাউরৌনা এম্যুজমেন্ত পী হায়বগী মতাংদা জোন, সি, মেসেনজরনা অসুম্না হায়রি—

> Proverbs are by far the most numerous and the most frequently employed of these forms of verbal art, and are used in all manner of situations as a means of amusement .... [১০]

আফ্রিকাগী সমাজদসু পাউরৌ হায়বসি মতম তাঞ্জা অয়াম্বদা শীজিন্নবতা নত্তনা এম্যুজমেন্টসু পী হায়বসি ৱাফমশিং অসিনা তশেং তশেংনা ফোঙদোক্লী। তশেংবমকসু মহাক্কী ৱাফমশিং অসি মণিপুরী পাউরৌনা ঐখোয়গী সমাজদা লৌরিবা থৌদাংগা মান্নে হায়বা য়াই। ঐখোয়গী সমাজদসু পাউরৌ হায়বসি মফম মতম অয়াম্বদা শীজিন্নে। মরুওইনা চহী খরা য়াম্লক্লবা মীমাংদা ঙাংবা শকপা হৈরক্লবশিংনদি মমান্নবা মশেন ৱারী ৱাতাই শাবদসু শীজিন্নে। অদুগা অহন ওইবশিংনদি মচা-মশুশিংবু ৱারক ৱাতেম্বদা অয়ুক নুমিদাংগী পুন্সিদা য়াম্না তোয়না শীজিন্নে। য়াম্না তোয়না হায়নরিবা অমদি খজিক্তুং লায়থোক্লা নুংঙাইনা থোকহনবা মণিপুরী পাউরৌ খরা খুদম ওইনা পীরবদা—

১। অপঙবনা মতু ফূই অশীংবনা মোন ফূই।

২। ইকাই খঙদরগা মহৈ চায়।

৩। ইকাই খাঙদগী কং কোৎলি।

---

[১০] John C Messenger, Jr. "The Role of proverbs in a Nigerian Judicial System" in Dundes *The Study of Folklore* (N J prentic-Hall, Inc Englewood Cliffs, 1965) p 299

৪। ইন্দোন্দা য়েরগা ইতোন্দা পাল্লি।

৫। ইরোই লৈদ্রিঙৈদা হৌদোং হাৎলি।

৬। ইরোই বাইনবা, মতৈ মনাও খৎনবা খাম্নু।

৭। কাক্লি কোকিলনি বসন্ত য়ৌরগা খঙগনি।

৮। কীর্ত্তন মপূ মাঙজোং চোংবা।

৯। কৈসু কি মথীসু কি।

১০। কোনুংগী নীংথেম্নুবীনা চফূবুনা মহৈরো
কেগাম্বুনা মপাল্লা হংই।

১১। খঙনবা লাইকই শেনমাং ফুক্কৎলু।

১২। খূত্তা পায়বা ইতাওগী য়াদা হূকপা ইচাগী কুৎ লাওবা ঐগী।

১৩। চাক চাদ্রিমখৈ অয়ুক্লি, নুপী থিদ্রিমখৈ পাখংনি।

১৪। চাকপাউগা লানবাউগা চাকপাউনা কল্লী।

১৫। চাকশা চাবা ঙৌ পোকই।

১৬। চাদশিন্না চখোমজাউ য়েংদশিন্না মীৎলাউবী।

১৭। চানিংবা য়েঙ্খাং হাউই, নুংশিবা শক ফজে।

১৮। চানিংমল্লগা লেক্তুনা তোকই।

১৯। চামিন্নবা হাউই, পুমিন্নবা য়াংই।

২০। জগোই শাবা হৈত্রগা শুমাংদা তাইনৈ।

২১। তান চারগা ফোলা চায়।

২২। থম্বৌ চারিঙৈ তাদবা লফোই চারগা তাই।

২৩। নোংজু পাম্বাদা পাঞ্জি কনা ছাতিন পুদবা লৈবগে?

২৪। পাঙল ইনাকখুনবগী তুপি লংবদি শেন্দ্রাং উপ্লি
লায়রবগী তুপি লংবদি থীগং উপ্লি।

২৫। মমীৎ তাওবগা মনা পঙবগা জগোয় য়েংমিন্নবগুম্বনি।

অসুন্না মথক্তা পীরিবা পাউরৌশিং অসিবু শীজিন্নদুনা হায়দোরকপা মতমদা তাবদা হাইফেৎ নুংঙাইবা পোকহন্দুনা নোকনিংবা ফাওহল্লি। মফম মতম চানা শীজিন্নরক্লবদি উংখৎনদুনা শাওনগদবা ফীভমবু ফাগী ওইনা তাথোক্তুনা অমরোমদা

নাকোইননা বুদ্ধি লৌশিংগী জ্ঞান পীবগা লোয়ননা পুক্লিংদা নোক্লিংবসু ফাওহল্লি। মথক্কী পাউরৌশিং অসিদগী খুদম ওইনা খবদং পল্লবদা - অহানবদা পীরিবা পাউরৌ অসিনা অপঙবা হায়বসি কান্নদে মশাগী ওইনা লৈজবা মরন-মথুম ফাওবা লায়না কৈসু নত্তবদা মশানা অদুম মাঙহঞ্জে। অশীংবা কাঙবুনা অপঙবশিংবুদি লায়না খুদুম চনবা ঙম্মী। অপঙবা মীশিংদি মশাগী ওইজবা কয়া লাযনা শীৎলি হায়বদু তাকই। মরীশুবদা পীরিবা পাউরৌ অসিনা তাইবঙগী চৎনবী নুপা নুপীগী লৈনরিবা মরীদু উৎলি। মতৈ-মনাও ওইবা অনীগী অমনা অমবু হাকন চঙনবা মওংদুবু তাক্তুনা তাবদা নুংঙাইবা ফাওহল্লি। হায়বনা অমদা হায়রগা নুংঙাইতবা পীবনা অমদা ওইবা হায়বসি তাইবঙগী চৎনরিবা মতৈ-মনাওগী নুংশিনবগী মশকপু উত্তুনা নুংঙাইবা পীরি। তরেত্তা পীরিবা পাউরৌ অসিনা কনাগুম্বা অমনা মতিক মপা চান্নদবা মগুণ য়াওদবা মানা অফবা মগুণ লৈবা শাদুনা মপাম্থোংগী শক্তমতবু মান্নবা শাবদুনদি অশেংবা মীদুগী মগুণ ওইবা যাবোই, মাগী মাগী মতমদু যৌবগা লোৎশিন্দুনা থল্লিবা মশাগী অশেংবা শক্তমদু শোয়দনমক্কী চোংথোরক্কনি হাযবদু তাকপা পাউরৌনি। তাৎ তৌশিন্নবা মীওইশিংগী মশকপু উথোক্তুনা তাকপিবা অসিনা তাবদা নুংঙাইবা পোকহল্লি। মাপনশুবদা পীবিবা পাউরৌ অসিনা য়াম্না পাঙদবা মীকিথি ওইবা মীওইশিংগী মশকপু তাক্তুনা খঙহল্লি। তরানিথোইগী পাউবৌ অসিনা তাক্লিবদি ঐগীনি হায়বা লেঙদবসিদি পাক হেক ওইবা যাবা নত্তে। তং তানা ঐগীনি হায়বসি ঐঙোন্দগী মীঙোন্দা খায়দোকপা য়াদ্রবা মতমদুদতা ওইবা য়াই। খুত্তা পাযবা নৎত্রগা য়াদা হুকচিনবা অদুতনা ঐগী ওইরে হায়বা য়াদে। যোৎশিন্দুনা য়ানুংদগী পুক্লুংদা চঙখ্রবা অমুক কোখোক্তুনা লৌথোকপা য়াদ্রবা মতমদতা ঐ ইশাগী ওই হায়বদু তাকই। তবাহুমদোইগী পাউরৌ অসিনা ফনা থেঙলবসু চাক চাদ্রবদি অয়ুক্কী মতম ওই হায়বনি। নুপী থিদ্রিবা নুপাদি ফনা অহন ওইরবসু পাখংগী শীংদা চন্নবা মওংদুবু পাউবৌসিনা ফোঙদোক্তুনা তাক্লি। মসিনা অতাবশিংদা ফাগী হাইরপ মান্দুনা নোক্লিংহল্লি। তবানিপালগী পাউরৌ অসিনা য়াম্না চাজ-থকচনিংবা মীশিংদি চাবা থকপা কযা ফংগন্দে হাযবদু তাক্তুনা পাউরৌসিনা উৎলি। পাউরৌ অসিবু মফম মতম চানা হায়ন-শক্লরকপা মতমদা অতাবশিংদা নোক্লিংবা ফাওহল্লি।

অনীশুবা ফোকলোবগী থৌদাংনা খুন্নাই অমগী ওইবা চৎনবী থাজনবী কয়াবু য়োকখৎতুনা খুন্নাই অদুবু মথং মথং চত্থহল্লকপা অদুবুনি। হায়রিবা থৌদাং অসি মণিপুরী পাউরৌনসু সমাজ অসিদা পীবি হায়বা য়াই। ঐখোয়গী ওইবা চৎনবী থাজনবী অমদি হরাও কুম্মৈগী ওইবা মশক কয়া পাউরৌদা হায়ন-শক্লদুনা লৈরিবা অসিনা

সমাজ অসিগী চৎনরোল কয়াবু মথং মথং থংথদুনা লাকপদা পাউরৌসু থৌদাং য়ারি হায়বদা হায়মননবা থোক্লোই। খুদম ওইনা পাউরৌ খরদং পল্লবদা —

১। মোইরাং হরাওরিঙেদা কুমগাংই।

২। য়াওশং মতম নহা ওন্নিংবা তর্পন মতম অহন ওইনিংবা।

৩। য়াওশং মতুং আবের থুংবা।

৪। হিয়াং তান্নরিঙেদা তুম্বাগী শেল থৌই।

৫। অনম কল্লগা মাইবী চঙই।

৬। নহানা মাইবা শারগা মং থল্লি।

৭। কীর্ত্তন মপূ মাঙজোং চোংবা।

৮। ঙারুংবনা ঙাশক খঙই, উরুংবনা উশক খঙই।

মথক্কী পাউরৌশিং অসিদা লমদমসিগী মমাঙঙৈদগী চৎনরক্লবা হরাও কুম্মৈ কয়াবু পুখত্তুনা হান্নদগী চৎনরকপগী মশক উৎপতা নত্তনা মৈতৈগী ওইবা চৎনরোল কয়াবুসু য়োকখৎতুনা থম্বগী মশক অমা য়াওরি। খুদম ওইনা মখা তানা নৈনরবদা মোইরাং হরাওরিঙেদা কুমগাংই হায়বসিগী পাউরৌগী ওইবা অর্থদি অমা ওইজরগসু মোইরাং হরাওবা হায়বসি মণিপুরগী মমাঙঙৈদগী চৎনদুনা লাক্লবা হরাও কুম্মৈ অমা ওইবতা নত্তনা হৌজিকসু অদুম্মক পাঙথোক্লি। অসুন্না পাউরৌশিং অসিদা লমদমসিগী ওইবা চৎনবী কয়াবু মথং মথং চৎথহল্লকপগী মশক্তা নত্তনা য়োকখৎতুনা থম্বগী মশকসু য়াওরি। অনীশুবদা পীরিবা পাউরৌ অসিনা লমদমসিদা চৎনরিবা য়াওশং কুম্মৈদা লমদমসিগী মীয়ান্না হায়বদি অহন-নহা খাক্তনা পান্নবা মওংদা উৎলি। নহা ওইবশিংনা হেন্না নুংঙাইনা শরুক য়াননবা মওংদুবু উৎলি। তর্পন হায়বসিদনা অহন ওইবশিংনা হেন্না চাউনা থৌদাং য়াবা উসব-মেলাগী শরুক য়াবা মওংদু পাউরৌসিনা তাক্তুনা উৎলি। অহুমশুবগী পাউরৌসিনা লমদমসিগী চৎনরিবা ধর্ম্মগী ওইবা লাইনিং লাইশোনগী অমদি কুম্মৈ ফিয়োংগী মশক্তু উৎলি। মরীশুবগী পাউরৌ অসিনা মণিপুরদা থাইনঙৈদগী চৎনরিবা হিয়াং তান্নবা হায়বা ধর্ম্মগা মরী লৈনরিবা হরাও কুম্মৈগী ফজবা মশক্তু উৎলি। হিয়াং তান্নবগী কুম্মৈদদি মণিপুরগী মীয়াম খুদিংমক্না থরাই য়াওনা নুংঙাইনা শরুক য়াই হায়বদু ফোঙদোকই। মঙাশুবগী পাউরৌ অসিনা লমদমসিগী ধর্ম্মগী ওইবা লাইগী থৌরম থৌদাদা চঙদবা য়াদ্রবা অদুগুম্বা মাইবীগী শিনফম্নি। অসিগুম্বা শিনফম অসি থায়নঙৈদগীনা হৌজিক ফাওবদা মণিপুরগী ওইনা লমদমসিদা মফম চাউনা কন্দুনা লৈরি। তরুকশুবগী পাউরৌ অসিনা লমদমসিদা থাইনঙৈদগী

লৈরক্লবা শিনফম মাইবা হায়বসি অদুমক খুন্নাইশিদা লৈরক্লবনি। অসিগুম্বা মাইবগী শিনফম অসি থাইনদগীনা হৌজিক ফাওবদসু লমদমসিদা লৈদুনা লমদমসিবু মশক তাক্লি। তরেৎশুবা পাউরৌ অসিনা লমদমসিদা পাঙথোক্লিবা চৎনবী থৌরম কীর্ত্তনগী মশকপু পাউরৌসিনা তাক্লি। নীপালশুবগী পাউবৌ অসিনা ঙারুংবা অমদি উরুংবা হায়বা শিনফম অনীগী মশক্তু পাউবৌ অসিনা তাকই। অসুন্না মথক্তা পীরিবা মণিপুরী পাউরৌশিং অসিনা লমদমসিগী চৎনরিবা থৌরম-থৌদা লাইনিং-লাইশোন অমদি ময়েক শেংনা ফোঙদোক্কুনা খঙহল্লি।

অহুমশুবদা পিবিবা ফোকলোরগী থৌদাং অসি লাইরিক লাইশু হৈহৌদ্রবা খুন্নাই জাতিগী মীওইশিংদা লাইরিক লাইশুগী মঙাল ফংহন্দুনা লৌশিং জ্ঞ্যান পীবনি। অসিগুম্বা লৌশিং জ্ঞ্যান পীবগী মওংসি পাউবৌনসু থৌদাং যাই। অহন ওইবশিংনা মচা-মশু ওইবশিংদা নৎত্রগা মখা থাবশিংদা ৱারক ৱাতেম্বগী মওংদা পাউবৌ হায়বগা শীজিন্নরকপা মতমদা লৌশিং জ্ঞ্যান কয়া পীদুনা ৱাখল খন্থহল্লি। পাউরৌশিং অসিগী মপাম্থোংদা উরিবা শক্তম অমদি শীজিন্নরিবা ৱাহৈশিং অসিগী অর্থদা নত্তনা নুংদা অতোপ্পা ৱাখল লৌশিং কয়া পীবা মওং কয়াসু য়াওরি। হৌজিক্কী মতমগী ওইরিবা অইবা লাইরিক-লাইশু কয়াদগী ফংবা বুদ্ধি লৌশিংগী জ্ঞ্যান কয়া অসি ফংদ্রিঙৈ মমাঙদগী হৌনা ফোকলোরগী মচাক ওইরিবা পাউরৌনা বুদ্ধি লৌশীং পীদুনা মমাঙঙৈদগী হৌনা খুন্নাইদুদা থৌদাং য়াদুনা লাক্লি। অইবা সাহিত্যনা চাউখৎলবা হৌজিক্কী মতম ফাওবদসু লৌশিং জ্ঞ্যান পীবগী মতাংদদি পাউরৌনা চাউরবা থৌদাং য়ারি। অসিগুম্বা লাইবিক-লাইশুগী মঙাল পীদুনা বুদ্ধি লৌশিং জ্ঞ্যান চাউখৎহনবগী মতাংদা মণিপুরী পাউরৌ খরদংবু লৌখৎলগা মখাদা থমজরি —

১। অকনববুদি অশীংবনা ঙম্মী।

২। অঙাং ওইবিঙৈদা নহৈ তম্মু নহা ওইবিঙৈদা লন তালহৌ।

৩। অঙাং লক্লবা চোপ্পা ফংই, অহন লক্লবা কপ্পা ফংই।

৪। অচৌবা তীম্থোক অদু লিংজেল মান্নবা ককচেংনা
তরাইনা পুদুনা চৎলি।

৫। অপঙবা তরাগা মরুপ ওইববুদি অশীংবা অমগা য়েক্লবনা ফৈ।

৬। অথৌবা শঙ্গাই মখোক ঈৎপা ঙমদে।

৭। ইপোৎ হুন্দোক্লগা মীপোৎ পাম্বা হৌনদে।

৮। ঈশিং মরিক-মরিক্না পাক্লবা সমুদ্রা ওইখিবনি।

৯। উ লৈতবা লমদা কেগেনা য়ূম্বী ওই।

১০। উগী মখা থাবদি পৎ পুম্মী, মীগী মখা থাবদি পৎ পুমদে।

১১। উচি কল্লক য়ূম মৈ থায়।

১২। উচেক অচৌবনা মহূম চাউনা শাবনি,
উচেক মচানা মহূম পীক্না শাবনি।

১৩। কৈগী মপাল নাপিনা তাং, নাপিগী মপাল কৈনা তাং।

১৪। খুজিন্দা তুম য়ুবা, কাম্খদা লিন চঙবা।

১৫। খূৎ হৈবনা খূৎনা, চীন হৈবনা চীন্না চায়।

১৬। খেরাই হৌরবদি খেনম নম্মী।

১৭। খোঙগ্রায় শৎলিঙৈদা শন্না ৱাই।

১৮। খোন্না পুক থনবা য়াদে।

১৯। খোমজিন চাম্মদি মেনবা ঙম্মী, মীচিন অমদি মেনবা ঙমদে।

২০। চফূ অকায়বা মখোল থোক্তে।

২১। চফূ কায়রগা ক্বাকনা হরাওই।

২২। চফূদি মী মূত্তে উয়ান্দি মী মূৎলি।

২৩। চম্প্রা মশক থীরবসু মগুণ লৈবা হৈনি।

২৪। চামিন্নবা হাউই, পুমিন্নবা য়াংই।

২৫। চেকশীল্লগা চেক য়ুম শাই, ফাদোক্লগা ফরা শাই।

২৬। চেঙ পুরগা চেঙ শিং, ফৌ পুরগা ফৌ শিং।

২৭। থিঙেল তাইনবা ঙমদ্রগা নাশিখোংদা তাইনৈ।

২৮। থৌবান্দোং চফূবু কায়নবা য়েবরা?

২৯। নোংশা মখোঙ মরী পানবদসু হোরৎলি।

৩০। পানা মতপ অমনা চীন পৈ।

৩১। পাৎলিঙৈদা হয়িংদসু নোল্লু।

৩২। পীথোক্কখিবা পোত্তা ময়েং তাদবা পোৎসি মহৈ লন্নি।

৩৩। মী য়াম্লগা ৱা য়াম্মী।

৩৪। লায়রা মচা শগোল তোংবা তম্মু ইনাক খুনবা মচা চেঙ্গৈ ফৌশু তম্মু।

৩৫। লৈবুংনা শন শাব্বু মো খোঙবরা?

৩৬। লৌশিংনা শামু ফায়।

৩৭। হি অনী তোংবা করাং শেগায়।

৩৮। হুরানবগী তরানি মপুগী নোংমা।

অহানবগী পাউরৌ অসিনা লৌশিং লৈবা হায়বসিনা পাঙ্গল কনবদগীসু হেন্না ফবা ওই হায়বদু তাকই। অনীশুবগী পাউরৌনা; অঙাং ওইরিঙৈ মতমদদি মহৈ-মশীং তমশিনহৌদুনা অমদি নহা ওইরিঙৈ, শুবা নোম্বা ডল্লিঙৈ মতমদা লন-থুম তানশিনহৌরগা হয়েং অহন ওইরবা মতমদা নুংঙাই-য়াইফনা লৈবা ঙম্মী হায়বা ৱাখল্লোনসি পী। অহুমশুবগী পাউবৌ অসিনা অঙাং ওইবশিংবু থওই ৱাওইদনা লক্লরুরবদি চোপ্পা ইকাইবা নংই। মথক্কী অহন ওইবশিংবু মখা থাবা অঙাংশিংনা থওই উশিত্তনা লক্লববদি অঙম্বনিনা অঙাংশিং অদু কপ্পা ফংই হায়বনি। মবীশুবগী পাউবৌ অসিনা লিংজেল মান্নবা হায়বসি অকুবা থবক কযাবু ইবায় লাযনা পাঙথোকপা ঙম্মী হাযবদু তাকই। মঙাশুবদা পীবিবা পাউবৌ অসিনা মী অপঙবশিংগা মকুপ ওইনা নুংশিন্না লৈববুদি অশীংবা অমগা যেরুবনা ফৈ হাযবনি। অপঙবা হায়বসি মফম খুদিংদা চন্নদে হাযবদু পাউবৌসিনা তাকই। তরুক্কী পাউবৌনা ফনা হে-শীংবা মীওই ওইববসু মশা মশাগী অশোয়বদুদি খঙবা ঙমজদে। তবেৎশুবগী পাউবৌ অসিনা ইশাগী ইপোৎ ইবল অসিদি যাম্না চেকশিন্না থমগদবনি হায়বদু তাকই। নিপালশুবগী পাউবৌ অসিনা অপীকপা অকুপ্পা পোৎশিংবু লাযগনু হায়বা ফোঙদোকই। মাপনশুবগী পাউবৌনা তৌদ্রবা য়াদ্রবদি মতিক মপা চান্নবা চান্নদবা থিদনা থবক অদু পাঙথোক্লে হাযবদু তাকই। তরাশুবগী পাউরৌ অসিনা মীগী মখা থাদুনা লৈবদা করিসু ৱানিংঙাই ওইদে। মীনা ঙাংনিংবা ঙাংজসনু করিসু কাযদে হাযবদু তাকই। তরামাথোইশুবগী পাউরৌ অসিনা মশানা মশাগী মাঙনবা ওইহনবা মওংদু তাকই। তরানীথোইশুবগী পাউরৌনা অচৌবনা চাউনা, মচানা মচা ওইনা মাগী মাগী মতিক মপা চান্ননা হোৎনবা তাই হায়বদু ফোঙদোকই। তরাহুমদোইগী পাউরৌনা তাক্লিবসিনা মীওইবা হায়বসিদি অচৌবসু মচাসু অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা তাথোক-তাশিন তৌনগদবনি হাযবদু তাকই। তরামরীশুবদা পীরিবা পাউরৌ অসিনা ইশাদা ৱাই ইচিন্দা চিনবা নুংঙাইফম খঙদবা মওংদা লৈবদু ফোঙদোকপনি। তরামঙাগী পাউরৌনা মীওইবা হায়বসি মানা মানা হৈনবা শিনফম

অমদি ঈশ্বরনা মখোয়গীদমক্তা পীবিরকই হায়বদু ফোঙদোকই। তরাতরুকশুবগী পাউরৌ অসিনা য়াম্না কন্না লাংমল্লবদি অৱাবা নংই হায়বদু তাকই। তরাতরেৎকী অসিনা নুংঙাইনা লৈথোকমল্লবদি অৱাবা তাই হায়বা পাউতাকসি পী। তরানিপালশুবদা পীরিবা পাউরৌ অসিনা মপাম্থোংদা চৎলিবা ফজনা ঙাং-শকপদনা মীওইনা হিংবা য়াদে হায়বদু তাকই। তরামাপলগী অসিনা মীওইবগী চীন হায়বসি য়াম্না লুই হায়বদু ফোঙদোকই। ঙাঙথোকখিবা ৱাদি অমুক হঞ্জিনবা য়াদে হায়বদু তাকই। কুনগী পাউরৌনা মতিক মগুণ লৈতবা মীদি কান্নদে হায়বদু ফোঙদোকই। কুনমাথোইগী পাউরৌ অসিনা ইমুং মনুং য়েংথীনরগা লৈকাইনা নুংঙাইদুনা কুম্মে ওইনা য়েংই হায়বদু তাকই। কুন্নিথোইগী পাউরৌ অসিনা য়েঙ্খাংদদি মখল মথেল কয়া থোংদুনা শেল চঙহল্লিমখে য়াই। নুংঙাইনা পানগে হায়রবদি অহাউবা মথেল লুকোই চাবতা তৌগনু হায়বদু তাকই। কুনহুমদোইগী অসিনা গুণ লৈবা হায়বসিনা শক্তগী হেন্না মরুওই হায়বদু তাকই। কুনমরীগী পাউরৌ অসিনা ময়াম পুন্না চামিন-থকমিন্নবা হায়বসি অহাউবা ওই। পুন্না থবক থৌরম পাঙথোকমিন্নবা হায়বসিসু নুংঙাইবা ওই হায়বদু তাকই। কুনমঙাশুবগী পাউরৌনা চেকশীনবা হায়বসিনা ফাদোকপদগী হেন্না অফবা ওই হায়বদু তাকই। কুন্তরুকশুবগী পাউরৌনা মানা মানা তৌরুবা থবক্তু মীনসু অদুম্মক মঙোন্দা হল্লকই হাযবদু ফোঙদোকই। কুন্তরেৎকী পাউরৌ অসিনা মীওইবনা মরাল লৈজদ্রবসু তাইনফম থোক্তবা মফমদা অঙম্বনি হায়দুনা মরাল তাইশিনবা মওংদু পাউরৌসিনা উৎলি। কুন্নিপালগী পাউরৌনা মমা মপানা মচা ওইবশিংবু ফূ-চৈদুনা ৱারকইবসি হৈসনু-শীংসনু ৱারকপনি। মাঙখ্রসনু হায়দুনা ৱারকপা নত্তে হায়বদু তাকই। কুনমাপলগী অসিনা ফনা কন-থৌবা মতিক মগুণ লৈবা মী ওইরবসু মশাগী অশোয়বা অমদি য়াওই হায়বদু তাকই। মীওইবা হায়বসি কনাসু মপুঙ ফাবা ওইদুনা অশোয়বা য়াওদবা নত্তে হায়বদু ফোঙদোকই। কুন্থ্রাশুবগী পাউরৌ অসিনা মতম চানা করিগুম্বা থবক অমা তৌবিরকপদা অয়াম্বা নৎত্রগসু তান চান্নরুরবদি মীদুগী থম্মোইদা অপেনবা ওই হায়বদু তাকই। য়াম্না থোক-মোক তৌবা নত্তনা নুংশিনা তান চান্ননা খজিক্তং তৌরকপা অদুনা হেক্তা অপেনবা ওইবা মওংদুবু ফোঙদোকপনি। কুন্থ্রামথোইগী অসিনা খূদোংথিবা অৱাবা তারিঙৈ মতমদদি করিসু লৈতবা মী ফাত্তবদা কিনা নোন্না চত্নুনা ইশাগী কান্ননবা তৌহৌ হায়বদু তাকই। কুন্থ্রানিথোইগী অসিনা মহৈ হৈহৌবা হায়বসিনা লন খূদিংমক্তগী অহেনবনি মীঙোন্দা পীথোকখ্রবসু ইশাদা ময়েং তাদনা অদুম্মক লেঙদনা লৈহৌই হায়বদু ফোঙদোকই। কুন্থ্রাহুমদোইগী পাউরৌনা মী য়াম্লবদি ৱা য়াম্না থোক্লক্তুনা অৱাবা ওই হায়বদু তাকই। কুন্থ্রামরীগী অসিনা মীওইবগী পুন্সিদি

অসিনি হায়বা অরেপ্পা অমা লৈতে হায়বদু ফোঙদোকই। পুন্সিদা থেংনরিবা থৌদোক ৱাথোক খুদিংমক অহোংবা নাই। লায়ববা মীনা অসুম লাযরদুনা লৈগদবা নত্তে। ইনাকখুনবা মীনা ইনাক অসুম খুন্দুনা লৈগদবা নত্তে। লাযববল্লবসু ইনাক খুল্লকপা য়াই, ইনাকখুল্লল্লবসু লাযবরকপা যাই। মীওইবগী পুন্সিসি তম্বা ঙম্বা নত্তে, মবমদুনা লায়রবসু ইনাকখুনবগী থবক, ইনাক খুনবনসু লাযববগী থবক খুদিংমক হৈজিনগদবনি হায়বদু তাকই। কুন্থ্রামঙাগী পাউরৌসিনা ওইদবা, তৌশিন্নবা, নত্তবনা অওইবা শাবা ওইথোকপা য়ারোই হাযবদু তাকই। কুন্থাতকক্কী অসিনা লৌশিংনা পাঙ্গলদগী হেন্না লাকচরকই হায়বদু ফোঙদোকই। কুন্থাতবেৎশুবগী পাউবৌ অসিনা ৱাখল মফাং মফাং ফাংদুনা অইনবা অমদা ইন্দনা অনীথোক্লা হোৎনববদি অমসু কান্নদা অমসু কান্নদা অরেম্বদা মাঙদুনা তোকই হাযবদু তাকই। কুন্থানিপালগী পাউরৌনা হূবানবা, অবানবা তৌবা হায়বসি অমুক্তা ফাবা ঙমদ্রবসু কুইশিল্লক্লগদি শোয়দনমক্কী মপূদুনা ফায হায়বদু ফোঙদোকই।

অসুম্না মথক্তা পীরিবা মণিপুরী পাউবৌশিং অসিনা মসি ফৈ ফত্তে, তৌ-তৌগনুনচিংবা অফ-ফত্তগী ৱাখল লৌশিংশিং অসি পীদুনা যেলহৌঙেদগী হৌনা খুন্নাই জাতি অসিদা লাইরিক লাইশু তম্লগা ফংবা জ্ঞান লৌশিংগী মঙাল অদুবু ফংহন্দুনা লাক্নি।

মরীশুবা ফোকলোরগী থৌদাং অসি সমাজগী খোল্লাউ ওইনা শীজিন্নদুনা সমাজদুগী মীশিংবু ফাজিন-পুনশিন্দুনা অফ-ফত্তগী ৱাখল খলহনবনি। খুন্নাই কাঙলুপ অমগী মনুংদা লৈব্বিা চৎনবী-থাজনবী কযাবু ফোকলোবনা চাউখৎহন্দুনা মফম কনবতা নত্তনা খুন্নাই কাঙলুপ্তুগী লৈরিবা সমাজদুগী খোল্লাউ ওইদুনা খুন্নাই কাঙলুপ্তুগী মীওইশিংবু ফাজিন-পুনশিনবগী থৌদাংসু যাবি। ফোকলোবগী মচাক অমা ওইরিবা পাউরৌনসু অসিগুম্বা থৌদাং অসি যাই হাযবা যাই। খুন্নাই কাঙলুপ অদুগী য়েলহৌঙেদগী চৎনদুনা লাক্লবা চৎনবী কযাবু মাঙহন্দনা ফজনা মফম কন্দুনা থম্বগী থৌদাংসিসু পাউবৌনা যাবি। সমাজদুদা চৎনবিবা ৱাখল্লোন কয়ানা খোল্লাউ ওইনা পীরিবা মসি তৌবা ফৈ ফত্তে হায়বনচিংবগী মওংবু তাক্লুনা খঙহনবদসু পাউরৌনা চাউরবা থৌদাং লৌবি। অসিগুম্বা সমাজদুগী লৈবিবা চৎনবী লিপুন্দা সমাজদুগী মীওইশিংবু ফাজিন-পুনশিনবগী থৌদাংসু পাউবৌনা লৌরি। মসিগী খুদম ওইনা মণিপুরী পাউরৌশিংদগী খবদং লৌখৎলগা মখাদা পীবি —

১। অচঙবা মীগী ৱা ভাঙ্গনগনু।

২। অশিবা শেল চাউ অচঙবা শেল চাগনু।

৩। ইনাকখুনবা তরানা লায়রবা অমা শৌগৎপা ঙমদে।

৪। ইনাকখুনবা মউ লিংদে লায়রবা মপাল থাদে।

৫। ইনাকখুনবগী মীদি লৈরিক লৈরাক থনবনি।

৬। ঈথক থোংবা তিন্নৌ ইখা থাবা তিন্নগনু।

৭। কৈন্না তোকপা পোকপা হৌনদে।

৮। চনিঙ য়েংলগা চখোঙ তানশিল্লু।

৯। চাগা য়েংনা চাদিং তৌ।

১০। তুরেলগী ঈচেলদি হঙ্গৎনা চেন্দে।

১১। নশুমাং শীত্তনা মীগী শুমাং শীৎকনু।

১২। নিংথৌ শেম্বা য়াওগনু, নিংথৌ শেনবা য়াও।

১৩। নোংদোন্দ তিন শীৎলগা ইমায়দা তাই।

১৪। মীচা শিসনু নীংলগা ইচা শি।

১৫। রাজনীতি য়াওবা হায়বসি কৈ তোংবগা অন্নানি।

অহানবগী পাউরৌ অসিনা তাক্লিবনা মীগী মীরা ঙাংনেগনু, ফত্তবা কান্নদবা ওই হায়বদু তাকই। অনীশুবগী অসিনা মীগীসু ফনবা ওইখিবা, ঐঙোন্দসু কায়রোইদবা ওইগদবা মওংদা য়েংলগা থবক তৌ হায়বনি। অহুমগী পাউরৌ অসিনা মী অমবু ময়ান্না শৌগৎপিরবসু মা মশানা শু-নোমদুনা মশাগী অরাৎপদু তানশিন্দ্রবদি অরাৎপদু মেনখৎপা ঙমদে হায়বদু তাকপা পাউরৌনি। মরীদা পীরিবা অসিনা মীওইবগী পুন্সিদা থেংনরিবা থৌদোক-রাথোক খুদিংমক অসি অহোংবা নাই হায়বদু ফোঙদোকই। ইনাকখুনবা মীনা অসুম ইনাক খুন্দুনা লৈগদবা নত্তে, লায়রবা মীনা লায়রদুনা অসুম লেনগদবা নত্তে হায়বদু ফোঙদোকই। অহোংবা নাইবা মীওইবগী পুন্সিনি হায়বদু তাকই। মঙাগী পাউরৌ অসিনা তাইবঙ পানবা অসিদা ইনাক-কৈরাক খুন্না পান্দুনা লৈরিবা মীওইশিংগীদমক্তদি মী অমদি সঙ্গ অসি রাত্তনা লৈ হায়বদু ফোঙদোকই। তরুক্কী পাউরৌ অসিনা অহল ওইবশিংগা তিন্নদুনা রাখল লৌশিং চাউখৎহল্লু, ইখা থাবা তিন্নদুনা হল্বা ওইহনগনু তাকপনি। তরেৎকী পাউরৌ অসিনা মাগী মাগী মপা মপুগী মতুংইন্না মচা মশু ওইবশিংসু চৎলি হায়বদু তাকই। নিপালগী পাউরৌ অসিনা ঐগী ঐগী লৈজরিবা মওংদুগা চান্নলা লন-থুম তানশিনগে হায়রবসু ঐগী হান্না লৈজরিবা মওংদু য়েংলগা তানশিনবা ফৈ। পাল্লিবনি হায়দুনা কা-হেন্না মিকারুবগী থোইনা কান্ননিংঙাই ওইদে হায়বা রাখল্লোন্দু তাকই। মাপলগী পাউরৌ অসিনা ঐনা ইশাগী লৈজরিবা

লন-থুম্বু শীজিন্নবা মতমদা য়াম্না কা-হেন্না শীজিন্নথোক্তবা ফৈ হায়বদু পাউরৌসিনা তাকই। তরাগী পাউরৌ অসিনা মমা মপা ওইবশিংনা মচা-মশুবু নুংশিবগী চাংসিনা মচা-মশু ওইবশিংনা মমা মপাবু নুংশিবগী চাংদগী হেল্লি হায়বদু ফোঙদোকই। তরামাথোইগী অসিনা মশাগী মথৌ হুন্দোক্লগা মীগী মথৌদা মথৌ শাদুনা ঙাং-শক্নু হায়বদু তাকই। তরানিথোইগী অসিনা লৈবাক্কী কান্নবগীদমক্তা হোৎনৌ মাঙনবদি য়াওরুনু অৱাবা তাগনি হায়বদু ফোঙদোকই। তরাহুমদোইগী অসিনা ইশানা ইশাগী ইমুং মনুংগী ফত্তবা মযামদু মীঙোন্দা হুন্দুনা ঙাংবনা অফবা ওইদে। হেন্নদুম ইশাগী ইকাইবা নংনবা মচাক ওইদুনা ফত্তবা ওইরকই হাযবদু ফোঙদোকই। তরামরীগী পাউরৌ অসিনা মীগী মাঙনবা খল্লগা ঐগী অমাঙবা ওই হায়বদু ফোঙদোকই। তরামঙাগী পাউরৌ অসিনা লৈবাক্কী ওইবা লৈঙাক শাসন্দা য়াওবা হাযবসি অরায়বা থবক নত্তে অরুবনি হায়বদু ফোঙদোকপনি।

অসুম্না মথক্তা পীরিবা মণিপুরী পাউরৌশিং অসিনা লমদমসিগী মীওইশিংগী খোল্লাউ ওইদুনা সমাজ অসিদা লৈরিবা মীওইশিংগী থম্মোইদা অফ-ফত্তগী ৱাখল খন্থহন্দুনা তৌবা য়াবা য়াদবনচিংবগী ৱাফম কয়া খঙহন্দুনা ৱাখল খন্থহল্লি। অমরোমদা ফত্তবা থবক কয়াদা খূৎথাগদবদগী ঙাকশেন্দুনা সমাজগী অফবা মীওই অমমম ওইহন্নবগী লম্বীদা অচৌবা থৌদাং যারি হাযবদা হায়মনবা থোক্লোই। অসুম্না পাউরৌনা সমাজ অমগী চৎনরোল কযাগী ৱাখল্লোন ফোঙদোকপদা নত্তনা কান্নরবা থৌদাং কয়াসু য়ারি হায়বসি মথক্তা নৈনবীবশিং অসিদগী খঙবা ঙম্মী। তশেংনমকসু ফোকলোরগী শক্লোন অমা ওইরিবা পাউরৌশিং অসিনা মীওই কাঙলুপ অমগী সমাজদা চীনবুংদা লাকপা অতৈ ফোকলোরগী শক্লোনশিংগা লোয়ননা সমাজ অমবু শেমগৎ-শাগৎপদা হেন্না ফগৎহনবনি। ৱাফম অসি মমিং লৈরবী ফোকলোরিষ্ট হেদা জেসন্না মাগী "Proverbs in Society" হায়বা আর্টিকল অমদা অসুম্না ফোঙদোক্লি—

> In the day by day social context the Proverb seems to be used to oil the wheels of the social machine, along with other traditional oral and kinetic expressions.[১১]

নোংম-নোংমগী চখবিবা পুন্সিগী খোঙজেন্দা সমাজ অমবু চহ্থহনবগী লম্বীদা থাও থাক্লবা মেছিনগুম্না নীংথিনা পাউরৌশিংনা সমাজবু হেন্না মরেক মহাউ থাংহন্নবা কান্নরবা মওংদা অতৈ চীনবুংগী ওইবা ফোকলোরগী শক্লোনগা চখমিন্নরি।

[১১] Heda Jason, "Proverbs in Society" in *Folklore*, vol XXVII-9, 1986, p 180

অমরোমদা পাউরৌ হায়বসি সমাজ অমগী মীয়াম্না য়ানরবা অমদি চৎনবী নাত্তা চুমদুনা লৈরবা ৱাফমশিংদা শেমগৎ-শাগৎলকপনিনা সমাজগী মীওইশিংবু লমজিং লমতাক্নবা থিন্দুনা তাকপা য়াবা ৱাহৈশিংনি। অহল-লমনশিংনা য়াম্না তোয়না মচা-মশুশিংবু ৱারক ৱাতেম্বদা চুম্না চৈ থাংদুনা ভাঙবগী মহুত্তা পাউরৌশিংবু শীজিন্নদুনা খুদম উৎলগা হেন্না স্ত্যান তাহন্নবা হোৎনরিবনি। পুন্সিগী লিচৎ শাজৎ কয়াবুসু তাকপি-তম্বীবদা পাউরৌ হায়বসি অদুম্মক শীজিন্নদুনা লৈরিবনি। মতাং অসিদা হন্সরাজ দুৱানা পাউরৌবু লমজিং লমতাক্নবা অমদি পুন্সিগী চৎনরোল তাকপদা কান্নহল্লি হায়বগী মরমদা পীরম্বা ৱাফম খরা অমুক য়েংবা য়াই —

> As the proverbs express conventionally acceptable and culturally appropriate trust about human nature, man's relation to man; and environment they may be used for the purposes of instruction guidence, and regulation of the conduct of life.[১২]

মতৌ অসুম্না পাউরৌনা মীওই কাঙলুপ অমগী য়ানদুনা লাক্নবা অমদি চৎনবী নাত্তা মীওইশিংগী মরমদা চুমদুনা লৈরবা, মী অমগা অমগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অমদি সমাজগী অকোয়বগী ফিভম্বু ফোঙদোকপদা নত্তনা অমরোমদা পাউরৌবু লমজিং লমতাক্নবা অমদি পুন্সিগী চৎকদবা শাজৎ লিচৎ কয়াসু তম্বীননবা শীজিন্নবা য়াই।

তোঙান তোঙানবা কলচরগী মাগী মাগী চৎনবী নাৎকী মতুংইন্না পাউরৌনা লৌরিবা থৌদাংগী মতাংদসু খেন্নবা কয়া লৈ। আফ্রিকাগুম্বা লমদদি পাউরৌনা ৱায়েল বিচার ফাওবা তৌনৈ হায়বসি জোন, সি, মেসেনজরনা মাগী "The Role of proverbs in a Nigerian Judicial system" হায়বা আর্টিকল অমদা কুপ্না নৈনরি। মহাক্কী ৱাফম —

> Proverbs are by for the most numerous and the most frequently employed of these forms of verbal art ... as a method of gaining favour in court .... [১৩]

---

[১২] Hans Raj Dua, "*Ethnography of proverbs and Folklore*," in *Folklore*, vol. XVII-3, 1975, p. 310.

[১৩] John C. Messenger, Jr. "The Role of Proverbs in a Nigerian Judicial system" in Dundes *The Study of Folklore* (N.J: prentic-Hall, Inc. Englewood Cliffs, 9. 1965) p. 299.

মখোয়গী সমাজদসু পাউরৌবু য়াম্না মরাঙ কায়না শীজিন্নবতা নত্তনা হীরম কয়াদা কান্নহনবগী ৱাফম পুখৎপগা লোয়ননা হেন্দোক থোইদোক্লা কোর্ট ৱায়েন বিচার তৌবা মতমদসু পাউরৌবু শীজিন্নে। পাউরৌশিংনা বিচাবগী অরোইবা ৱারেপকী বায় লেপ্পী।

অসুম্না তোঙান তোঙানবা মীওই কাঙলুপশিংগী মাগী মাগী চৎনবী নাৎকা লোয়নদুনা লৈবিবা ফোকলোরগী মচাকশিংনা মাগী মাগী সমাজগা মরী লৈনবা থৌদাংশিং পাঙথোকই হায়বসিসু মথক্কী ৱাফমশিং অসিনা উৎলি। থাঙ্গৈশেংবসু পাউবৌতা নত্তনা ফোকলোরগী তোঙান তোঙানবা শক্লোনশিংনা মাগী মাগী খুন্নাইদুদা লৌরিবা থৌদাংশিং নৈনবকপা মতমদা খুন্নাই অদুগা মবী লৈননা নৈনফম থোকই হায়বসি ফোকলোবগী থৌদাংবু নৈনরম্বা বেসকোম মশানা অসুম্না হায়রম্মী —

> To fully understand folklore and its role in man's life, we must have more knowledge of the specific functions of each of these forms in various societies, literate, non literate, and more of the tedious but extremely rewarding comparisons of the details of folklore texts with those of culture and actual behaviour [১৪]

মথক্তা নৈনরিবশিং অসিদগী মণিপুরী সমাজদা পাউরৌনা লৌরিবা থৌদাংশিং অসি মখল কয়ানি হায়বা খঙবা ঙম্মী। সমাজ অসিগী মীওইশিংবু অমগা অমগা ৱারী শান্নবদা পাউরৌশিং থেৎচিন্দুনা তাবদা নুংঙাইহনবা অমদি খুন্নাই অসিগী চৎনরোল কয়াবু য়োকখৎতুনা থম্বতা নত্তনা চৎনবী থাজনবী কয়াবু মথং মথং চত্থহনবদসু মণিপুরী পাউরৌনা অচৌবা থৌদাং লৌবি। অসিতা নত্তনা পাউরৌশিং অসিনা মমাঙঙৈদগী হৌনা মীরোল কয়াসিদা মহৈ-মশীংগী ওইবা ৱাখল লৌশিং পীদুনা লাক্লি। অমরোমদা পাউবৌশিং অসিনা সমাজ অসিগী চৎনরোল কয়াবু চুম্নতা চত্থহনবতা নত্তনা সমাজগী মীওইশিংবু ফাজিন-পুনশিন্দুনা অফবা লম্বীদা লমজিং লমতাকপগী থৌদাং অমসু চাউনা লৌবি। খুদম ওইনা 'মীচা শিসনু নীংলগা ইচা শি' হায়বিবা পাউরৌসিনা মীগী মচাগী ফত্তনবা তৌরুরবদি ঐগী ইচাগী ফত্তবা থোক্রক্কনি হায়বসিগী ৱাখন্না ফত্তবদা খুথাবা ঙমহন্দে। অসুম্না পাউবৌনা সমাজগী মীওইশিংবু ফাজিন-পুনশিন্দুনা অফবা লম্বীদা লমজিংদুনা অফবা সমাজ অমা পুরকপদা চাউরবা থৌদাং য়ারি হায়বদা হায়মনবা থোক্রোই।

---

[১৪] William R Bascom, "Four Functions of Folklore" in Dundes, *The Study of Folklore*, (N J Prentice-Hall, Inc Englewood Cliffs, 1965) p 295

# মণিপুরী সাহিত্যদা পাউরৌ

মীওইবা সমাজগী খোঙজেন্দা অইবা সাহিত্যগী মমাঙদা চীনবুংগী সাহিত্য হায়বদি লোক সাহিত্য (Folk literature) হায়বসি হান্ননা লৈরক্লবনি। অদুনা সমাজ অমদা লৈরিবা মীওইশিংগা ফোকলোরগা লৈনরিবা মরী অসি য়াম্না চাউই অমসুং ফোকলোরনা কোন্নথংদা অইবা সাহিত্যদা পীরিবসি অচৌবা দাননি। ফোকলোরগা অইবা সাহিত্যগা লৈনরিবা মরীগী মতাংদা মমিং লৈরবা ফোকলোরিষ্ট অরচর তেলরনা হায়খিবা ৱাফমবু থোইদোক্লা নীংশিংনিঙাই ওই ঃ

> .... (1) Folklore is, in many cultures, indistinguishable from literature; (2) literature contains elements borrowed from folklore; and (3) writers have imitated folklore. [১]

ৱাফমশিং অসিনা ফোকলোরগা সাহিত্যগা লৈনরিবা মরীবু শন্দোক্লা তাক্লি। অমরোমদা অনী অসিগী লৈনরিবা মরী অসি লৌথোক লৌশিন নৎত্রগা পীথোক পীশিনগী ওইবা তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরীনি হায়বা য়াই।

মতাং অসিদা পনবা য়াবদি সমাজ অমবু নৎত্রগা খুন্নাই কাঙলুপ অমবু মশক তাক্লিবা সাহিত্য অসিদা ফোকলোরগী শক্লোন অমা ওইরিবা পাউরৌগী ফজবা মশক কয়ামরুম য়াওরি। মাগী মাগী লম লমদুগী চৎনরিবা, অমদি হায়ন-শক্নরিবা পাউরৌশিং অসিগীসু লম লমদুগী সাহিত্যদা চাউরবা মফম অমা লৈ। খুন্নাই কাঙলুপ অদুগী নৎত্রগা সমাজ অদুগী অয়ুক নুমিদাংগী পুন্সিগা ইরোইননা অহন-লমন ওইবশিংনা মচা-মশু ওইবশিংবু ৱারক ৱাতেম্বদা, করিগুম্বা ৱাফম অমগা নৎত্রগা থৌদোক অমগা মরী লৈনরকপা মতমদা লৌশিং জ্ঞান ফংহনবগা লোয়ননা পাউতাক পীদুনা চীনবুংদা মথং মথং লাক্লিবা পাউরৌনা অইবা সাহিত্যদা চঙশিনখিদুনা সাহিত্যগী মশক কয়াম্না

---

[১] Archer Tylor, "Folklore and the student of Literature" in Dundes *The Study of Folklore* (New Jersy: Prentice-Hall, Englewood Cliffs, 1965) p. 35.

ফজহনবগে হায়বসি নৈননিঙাই ওইবা ৱাফন্নি। অমরোমদা সাহিত্য হায়বসিসু সমাজগী শক্তম য়েকপনি। অপাবশিংদা চুম্নগী পাবগী নুংঙাইবা পীবতা নত্তনা তমজনিংঙাই ওইবা অৱাংবা ফিদমগী মশকসু উৎনবা হোৎনবনিনা অদুগুম্বা অৱাংবা ফিদম য়াওবা পাউরৌশিং সাহিত্যগী লামায়দা অইবশিংনা শীজিন্নরিবনি।

কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা ৱাফম অমবু ইচম চন্না হায়দুনা খণ্ডহল্লকপগী মহুত্তা নীংথিজরবা পাউরৌ অমা মতাং চানা থেত্তুনা মফম চানা শীজিন্নদুনা হায়রকপনা হেন্না ফজবা চেৎশীনবা অমদি কনশীনবা ৱাফম ওইহল্লি। তারিবা নৎত্রগা পারিবা মীওইশিংগী থম্মোইদা কাউঙমদবগী ঈথিল অমা চুশিন্দুনা কুইনা নীংশিংদুনা লৈবা ওইহল্লি। ইচম চন্না হায়রকপা ৱাহৈ ওইরবদি ইরায় লায়না কাউথোকপা য়াবা ওইহল্লি। অদুবু পাউরৌ মতাং চানা শীজিন্নরগা হায়রকপা ৱাহৈদি মীওইবগী থম্মোইদগী পাক্লা কাউবা ঙমহন্দে। অসিতা নত্তনা পাউরৌ শীজিন্নদুনা ঙাংবনা খুদক্তা ঙাংলিবা ফোঙদোক্লিবা লোন অদু ৱাখলগী তোংশা ওইহন্দুনা হেন্না অর্থ চেলহল্লি অমসুং মপুঙসু ফাহল্লি। অইবা সাহিত্যদা পাউরৌবু মতৌ করন্না শীজিন্নবগে হায়বগী মতাংদা মখাগী ৱাফম অসি য়েংবা য়াই ঃ

> In literature proverbs are often used to characterize a figure or to summarize neatly a situation. They are often used as titles, as in Shakespear's *All's Well that Ends Well*... At various times and in many countries poets and prose writers, have heaped up proverbs to gain a particular effect. [২]

সাহিত্যদা পাউরৌ হায়বসি করিগুম্বদা পোৎশক অমবু তাকপদা নৎত্রগা থৌদোক মতাং অমবু শমজিন্না য়াম্না অর্থ লৈনা ফোঙদোকপদা শীজিন্নে। অইবশিংনা তত্তনা পাউরৌবু মিংথোল ওইনা শীজিন্নবসু লৈ। ৱাফম অসি মথক্তা পীখ্রিবা কোতেসন অসিদা উৎখ্রে। লৈবাক কয়াগী কবি অমদি সাহিত্যকার কয়ানা প্লোট চাউখৎনবা হোৎনবদা মতাং মতাংদা পাউরৌবু শীজিন্নদুনা মখোয়গী খুৎইগী গুণ হেনগৎনবা অমদি পাউরৌবু সাহিত্যগী লৈরিবা ফোর্ম অদুগী চুশীন্নহন্দুনা ষ্ট্রকচরদা ফাউবা শাফু পীহল্লি। মতাং অসিদা নাইজরিয়াগী অফাওবা উপন্যাসকার চিনুৱা অচেবীনা মাগী 'থিংস ফোল এপার্ত' কৌবা লাইরিক্তা পাউরৌ শীজিন্নবা নীংশিংবা য়াই। পাউরৌনা

[২] Maria Leach (ed). *Standanrd Dictionary of Folklore Mythology and Legend*, (New York : Harper & Row paperback ed., 1984.

লাইরিক অসিগী ফোর্মদা, ষ্ট্রকচরদা অমসুং হেরো অদুগী ত্রেজেদিগী লাইবক য়েকপদা উপন্যাসকী টেক্নিক ওইনা শীজিন্নরি।

অঙনবা মতমদগী লাইনিং লাইশোনগী ওইবা লাইরিকশিংদফাও পাউরৌবু অচেৎপা পাউতাক কয়া পীননবা শীজিন্নরম্মী হায়বসি বাইবলগী 'Old Testament' গী কুনশুবা লাইরিক্তা নিংথৌ সোলোমোনগী পাউরৌ হায়না হায়নরিবসিনা উৎলি। মতাং অসিদা নিউ ষ্টেনদর্দ এনসাইক্লোপেদিয়া দগী ৱাফম খরা লৌখৎলি ঃ

> Proverbs, the 20th book of the Old Testament. It is also called the proverbs of Soloman because king Soloman sometimes is credited with writing at least part of its eight sections ....
>
> Many of the moral precepts, exhortations to a virtuous life, and wise sayings are characteristics of the "Wisdom literature" of ancient countries bordering the Mediterranean. [৩]

পাউরৌবু জ্ঞান লৌশীং পীননবা সাহিত্যদা তোইনা শীজিন্নরকপগা লোয়ননা পুন্সিগী অফবা গুণশিং য়াওরবা পাউরৌশিংদি 'Wisdom literature' গী মনুং চন্না লৌনে। অদুনা অঙনবা মতমদগী হৌনা লম লমগী অরিবা অইবশিংদগী হৌনা পাউরৌ হায়বসি অদুম শীজিন্নদুনা লাক্লরি। আসামগী ক্রোনিকেল ওইনা ইরম্বা বুরনজীদা পাউরৌশিংবু য়াম্না চিশিল্লক্লবা লুরবা মতাংবু ফোঙদোকপদা অমদি রাজনীতিগী ওইবা অরুবা থৌদোক মতাং অমবু তাকপদা শীজিন্নবগী মতাংদা ভারতকী মমিং লৈরবা ফোকলোরিষ্ট প্রফুল্লদও গোস্বামীনা হায়রম্বা ৱাফম খরা অমুক পনবা য়াই ঃ

> Excellent literary use of Assamese proverbs is to be seen in the Buranjis .... One of the charms of a Buranji lies in its occasional use of popular sayings made in order to explain grave matters ....
>
> Sometimes complicated political situations are clarified with the help of appropriate proverbs and parables.[৪]

---

৩ *New Standard Encyclopaedia*, Vol. (X), 1981 p.605.

৪ Praphulladatta Goswami, *Folk Literature of Assam An Intraductory Survey* (Gauhati : Department of Historical and Antiquarian Studies in Assam, 1965) p. 74.

পরেংশিং অসিদা আসামিগী পাউরৌবু মখোয়গী বুরনজীদা থোইদোক হেনদোক্লা নীংথিজনা শীজিন্নববু পল্লি। অদুগীসু মথক্তা বুরনজীদা পাউরৌশিং অদু চিরবা লুরবা মতাংবু চীং লেন্না ফোঙদোক্লবা শীজিন্নবসু য়াওরি। করিগুম্বদা লৈখায় তাবদা ৱারবা রাজনীতিগী থৌদোক ৱাথোকশিংবু তাকপদসু পাউরৌশিংবু শীজিন্নরী হায়বদু ফোকলোরিষ্ট অসিনা ফোঙদোক্লি।

অসুন্না অইবা সাহিত্যদা তোয়না শীজিন্নরিবা পাউরৌদা থোইদোক্লা নীংথিরবা শৈরেংগী থোৎ মেংলবা ফোর্ম কয়া য়াওরি। ৱাফম অসি রোজর দি, অব্রামসনা অসুন্না ফোঙদোক্লি ঃ

> ... As artful, and therefore artificial and witty, items of discouse, proverbs use all of the devices are commonly associate with poetry in English; meter, binary constructive and balanced phrasing, rhyme, assonance and alliteration, conciseness, metaphor, and occasional inverted word order and unusual construction. [৫]

ৱাফমশিং অসিনা পাউরৌ হায়বসি সাহিত্যিক ওইবা নীংথিরবা অমদি হৈশীংলবা মওংদা ফোঙদোকপদা নত্তনা ইংরাজীগী শৈরেংদা তত্তনা শীজিন্নরিবা সাহিত্যিক ওইবা গুণ কয়াসু য়াওরি হায়বদু পল্লি। মখোয় অদুদি পরেং অমদা তাক্কক অনীথোক্লা উহনবা অমসুং চাং মান্নবা নৈবা ৱাহৈশিংনা লেংশিনবা তাল, মাত্রা, ছন্দ, উপমা, অনুপ্রাসনচিংবা য়াওবা ওথোক ওনশিন নাইবা মওংগী ৱাহৈ পরেংনি। পাউরৌদা য়াওরিবা অসিগুম্বা সাহিত্যিক গুণশিং অসিবু শন্দোক্লা নৈনদুনা য়েংবা য়াই। খুদম ওইনা ঃ

> য়াওশং মতম নহা ওইনিংবা, তর্পন মতম অহল ওইনিংবা।
> চীংদা চুরে লোক্তা, লোক্তা চুরে লোক্তা।
> অপঙবগা অপঙবগা, অশীংবগা অশীংবগা।
> চেঙ পুর চেঙ শিং, ফৌ পুর ফৌশিং।
> ৱারুকাক্কী মতেং লৈতুন্না পাং, লৈতুমগী মতেং ৱারুকাক্লা পাং।

[৫] Roger D. Abrahams, "Proverbs and Proverbial expressions" in Dorson (ed.) *Folklore and Folklife · An Introduction*

মপাম খাবৈ অমা, মবা ময়ুম খাবৈ অমা।
চাক চাদ্রিমখৈ অয়ুক্লি, নুপী থিদ্রিমখৈ পাখংনি।
ঙা মকোক অচৌবা চাগনু, ঙা মকোক অয়াম্বা চাউ।
অচেনবসু চয়োম অতানবসু চয়োম।

পাউরৌশিং অসিদা মথক্তা পীরিবা শৈরেংগী মচাকশিং অসি মপুঙ ফানা য়াওরি। ৱাহৈ পরেং অমদা তাঙ্কক অনীথোক্লা উবা ফংলি। হায়বদি পাউরৌশিং অসিদা কমা অমমম হাপ্তুনা শীজিন্নরিবা মফম অসিদা অমা ওইরগা লৈহৌরিবা অসিনা অমা ওইরগা অনী থোক্লা উবগী মশকসি উবা ফংই। চাং মান্নবা নৎত্রগা অখন্নবা ৱাহৈশিং হায়বসিসু পাউরৌশিং অসিদা শীজিন্নরিবা চাং মান্নরবা ৱাহৈশিং অসিনা ওইরি। মরম অদুনা শৈরেংগী মচাক কয়াসু পাউরৌদা য়াওরি হায়বসি নৈনবসিদগী খঙবা ঙম্মী। শৈরেংদা চংবা তাল, ছন্দ, অনুপ্রাসনচিংবসু ৱাত্তনা পাউরৌশিং অসিদা য়াওরি। পাউরৌশিং অসিদা শৈরেংগী ওইবা ৱাহৈ পরেং অমদা রাইম শীজিন্নবা থেংনৈ। মসিনা ঈশৈগী শুর অমা থোকহন্দুনা অপাবা, অতাবদা খোম্থাংগী ওইবা নুংশিবা অমা পীরি। ইংরাজী পাউরৌদসু মসিগী খুদম লৈঃ

Coffee boild in Coffee spoiled
All's Well that Ends Well
Who goes a - borrowing goes a sorrowing

মরুওইনা পাউরৌনা সাহিত্যদা লৌরিবা থৌদাং অসি মখল অনী থোকইঃ পাউতাক অমদি ফজহনবনি। পাউরৌদা সাহিত্যিক ওইবা গুণশিং অমদি মমল য়াল্লবা পাউরৌবু সাহিত্যদা তত্তনা শীজিন্নদুনা পাউরৌগী মফম অমা সাহিত্যদা কলহল্লি।

মণিপুরী সাহিত্যদা পাউরৌনা মমাঙৈগী মতমদগী চাউরবা মফম অমা কন্দুনা লাকই। মণিপুরী সাহিত্যগী তাঙ্কক অহম্মক্তা অইবশিংনা পাউরৌ মরাং কায়না শীজিন্নবা থেংনৈ। মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলদা শরুক অহুম থোক্লা খায়রিবা অরিবা, ময়াই, অনৌবা [৬] হায়রিবা তাঙ্ককশিং অসিদগী লাইরিক খরা লৌখত্তুনা নৈনরি।

অহানবদা লৌখৎলিবসি মণিপুরগী য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমগী ওইবা সাহিত্যগী মনুং চনবা লাইরিকশিংনি। মতমসিগী লাইরিকশিংদি অইবা মমিং অমদি ইবগী মতম মফম্নচিংবা থারমদে। অঙনবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যদি কুনশুবা চহি চাগী মীরোলনা

[৬] কালাচান্দ শাস্ত্রী, *অশম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস* (ইম্ফাল ঃ ও, কে, মরিশুবা খুৎনম, ১৯৭৬)।

লাইবিকশিং অদুদা ইবম্বা লোন্দা পুদাগী অমদি ৱাহৈ-ৱাতাশিংদগী শেমগৎ শাগৎলগা মতম লেপ্পনা অয়াম্বনি। অঙনবা মতমগী সাহিত্যগী লাইরিকশিং অসিবু মতম লেপ্পনবগী পাম্বৈগী মতাংদা প্রো, ছি, এইচ মণিহার সিংহনসু অসুম্না হায়রি ঃ

> However, the guiding principles adopted for our purpose are : (a) the degree of archaism of the language, (b) Comparative antiquity of the theme, (c) absence of alien words and (d) style of composition [১]

হীবম অসোমদা নৈনরিবা পণ্ডিতশিং অমদি স্কোলারশিংগী মত্তা তাঙ্কক অসিদা ইরম্বনি হায়না লৌনবা লাইরিক খরা লৌখৎলি।

মণিপুরী সাহিত্য অসি য়াম্না ওল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা লমদমসিগী মশক তাক্লুনা পুক্কৈ চোন্না লৈরক্লবনি। অঙনবা মতমগী মখল কয়াগী ফজ ফজরবা হীরমশিংদা ইরম্বা ৱারী লাইরিক কয়া লৈরি। হায়রিবা লাইবিকশিং অসিদা নিংথৌরোন কয়াগী পুন্সিদা থোকখিবা ৱাবী, নুংশি নুংঙোলগী অয়ৌবী থাকক্বী মশক অমদি নিংবা থুংখিদ্রবী কয়াগী শক্তম অদুবু শৈথাবদা ৱাকমা কয়ানা য়াম্না ফজনা থাদুনা ইবিরম্মী। অদুগুম্বা অঙনবা মতমগী পুক্কৈ চোন্না লৈরম্লবা সাহিত্যগী মচাকশিংদগী লাইরিক খরতমক খনগৎলগা মতাংসিদা উচ্চবনি। হায়রিবা লাইরিকশিং অসিদা থাইনগী অইবশিং অসিনা কযাম ফজনা মতাং চানা চানা পাউরৌ শীজিন্নবম্বগে হাযবদু ঐখোয়না খঙবা ঙমগনি। অইবশিং অসিনা শীজিন্নরম্লিবা পাউরৌশিংনা অপাবা অমদি অতাবশিংগী থম্মোইবু করম্না শুমহৎহনবগে হায়বদু নৈনদুনা য়েংসি।

## ১। সাকোক লমলেন

অইবা মমিং থাদ্রিবা মৈতৈগী অরিবা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসিদা গুক লাইবগা পাঙন গুরুগা অনীনা কংলাগী য়ুম্বী য়ুংননবা উখুন তৌবগী মতাংদা মফম লাল্লি লান্দে হাযদুনা য়েৎনখিবগী ৱারী উৎলি। গুরু অনীনা য়েংনবা ৱাফম অদুদা গুরু লাইবনা চুমদুনা পাঙন গুরু মায়থিখি। কংলাগী য়ুম্বী য়ুংনবগীদমক্তা পাঙন গুরুনা উখুন তৌখি। উখুন তৌফম অদু লাল্লে হায়দুনা অঙাং ওইরিবা গুরু লাইবনা নিংথৌদা হঙ্গথখি। গুক লাইবগী ৱাফমসিবু পাঙন গুরুনা য়ানিংদবদগী নিংথৌদা অসুম্না হঙ্গৎলি।

---

[১] Ch Manihar Singh, *A History of Manipuri Literature* (New Delhi Sahitya Academi, 1996) p 12

হে নিংথৌ অথোইবা-ও। মীগী ৱারম্বু তাদুনা
নিংথৌ পুকনীং থাজরগনো। যাত্রা উহৌ লাগ্নে
হায়রিবা অসিদা গুরু কনাগী পাউতাকনো।
ৱারম অরেপ্পবু ওইরবদি খুথিন মতৌ খিজিত্তবু
হায়হল্লো। ৱারম অসি নত্তনা লৈকাই ফৌগু -
খোনদনা খুৎপোকপা নুংশা মনিন-দনা নমপোকপা
নাহানা মাইবা শাদুনা মংথনবা থোককনি।[৮]

মুসলমান গুরুনা অঙাং ওইরিবা গুরু লাইববু মানা তৌরিবা থবক্তা লাল্লি হায়দুনা অহে-অপা শাই অমদি মতিক মপা চান্নদনা মানা তৌবা থবক্তা ৱা ঙাংই হায়দুনা শাউনিংলিবা মাগী থম্মোইগী ৱাফম অদুবু ময়েক শেংনা পাউরৌশিং অসিনা ফোঙদোক্লি। লোয়ননা মানা তৌরিবা থবক অদুনা শোয়দনমক্কী চুম্বা ওইরবনি। গুরু লাইবগী ৱাবু থাজবিরুন্নু, নিংথৌদা অৱাবা ফাওবিরুন্নু হায়বদু "লৈকাই ফৌগু খোনদনা খুৎপোকপা" "নুংশা মনিনদনা নমপোকপা", হায়রিবা পাউরৌশিং অসিনা ফোঙদোক্লি। ফৌবু মশানা শুরুদ্রবদি মখুৎ পোকথোকপা হায়বসি ওইথোক্রবনি অদুগা নুংশা মনিন্না নমবু পোকপা হায়বসিসু ওইথোকপা য়াবা নত্তে, মরমদুনা গুরু লাইবনা হায়রিবসি অচুম্বা ৱাফম নত্তে, থাজবিগনু হায়বদু ফোঙদোক্লি। গুরু লাইবদি অঙাংনি মরমদুনা মানা হায়বা ৱাদি অফবা ওইরোই মাঙনবদুম ওইগনি হায়বদুসু মতাংসিদা শীজিন্নরিবা "নহানা মাইবা শাদুনা মংথনবা থোককনি", হায়রিবা পাউরৌসিনা তাক্লি। পাঙন গুরুগী পাউখুমসিবু তারবদা নিংথৌনা গুরুগী ৱাফমবু য়ানিংলক্তবা অদুবু লাইরিকসিদা অসুম্না ফোঙদোক্লি —

পাঙন গুরুগী মৱাবু *ঈশিংগা থাউগা য়ান্নবীতবা,*
*লৌ মপু য়োংনা তানবা য়ুমদাংবনা কৈ-নাবা,*
*মৈহৌবনা পেনা খোংবা বামোন নত্তনা লুগুণ*
*থাংবা, লৈপুংনা শন শাবা মো খোংদবা* তুকুমপবু
নিংথৌনচিংবা লৈপাক-মচা অয়াম্বদি অঙাং গুরু
লাইবাদা ইলোই লোইরবগী অদুদা লাইরেন
নাউ-ফংবনা হায়রকএ।[৯]

[৮] 'সাকোক লমলেন', খুৎইদা লৈরিবা পুয়া লাইরিক, পুয়া থম্বীরিবা, পন্দিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ।

[৯] *Ibid.* p.13.

পাঙন গুবনা তৌবিবা মওংদু ওইবা যাববোইদবা মওংনি হায়না নিংথৌনা থনবা রাখল অদুবু পাউবৌশিং অসিনা মবিক চুন্না যোঙদোক্লি। ঈশিংগা থাউগা তিন্নবা যাদবা, অশেংবা মপৃ অদুবু শেংদবনা তাম্থোকখিবা, যূম তাংদুনা লৈবম্বা মীওইনা মপৃ শাদুনা কৈ নাইদুনা লৈবা মপূনা যূমদাংবগুম লৈখিবা মৈহৌনা পেনা খোংবগুম, লৈপুং লৈবাক্লা শন শাবদা খোংবা যাদবগুম ওইথোকপা যাববোই হাযবদু পাউবৌশিং অসিদা যান্না ফজনা ফোঙদোকই। অদুতা নত্তনা মীবমদগী লাকপা পাঙন মানা লৈবাকসিগী মবমদা মপুগুম ঙাং-শকপা অদুবুসু নিংথৌনা যানিংদে হাযবদু পাউবৌশিং অসিনা তাক্লি।

## ২। থৱান থাবা হিরাল

লাইবিক অসি মৈতে লৈবাক্তা নিংথৌ ওইনা পানখিবা মৈদিংঙু নিংথৌ থৱান থাবগী মবমদা ইবনি। লাইবিকসিদা মকওইনা ইবিবসি মৈতে নিংথৌ থৱানথাবনা মৈতে লৈবাক্তা পান্দুনা খুমন নিংথৌগী মচানুপী শম্ফবীবু লৌথিবগী অমদি মজাইবেম্মা চীংখৈ থানবীগী লমন খুন্নবগীদমক্তা খুমন্দা মৈতে নিংথৌনা লান্দাখিবগী ৱাবীনি। খুমন নিংথৌনসু মৈতে নিংথৌগী মচানুপী তম্ফা ৱাংঙমলোন চীংখৈ থানবীবু খুমন নিংথৌ মঙোন্দা থাজবীবকউ হাযনা হাযজখি। অসুন্না নিংথৌ অনী অসিনা মচা নিঙোনশিংবু থাজনদুনা মবৈবাক মবৈবাক্তা নুংঙাই যাইফনা পাল্লম্মী। মৈতে নিংথৌগী তাম্লোইশিংগী মবক্তা লৈবিবী খুমন শম্ফবীবু মবমচৎ চুমদে হাযজিনবিদুনা তরেংযোৎনা লৱাইদা নূংথংনা যৈদুনা হাৎখি। খুমন নিংথৌনা মমোমগী লমন খুন্নবগীদমক্তা লৌতুনদুনা মৈতে নিংথৌ থৱান থাববু হাৎননবা শিন্দুনা হৈবেম খুঞ্জানশিংগা খুমনগা লান শোক্লবদা মৈতে নিংথৌবু খুমনগী মতেং পাংবীনবা হাযজখি। মৈতে নিংথৌসু খুমনগী মতেং পাংনবগীদমক লাকখি। মৈতে নিংথৌনা হৈবেম খুঞ্জান চৎলুবগা হল্লকপদা হাৎননবা হাযদুনা খুমন নিংথৌনা থৌবাং শীনখি। মৈতে নিংথৌগী মমোম তম্ফা ৱাংঙমলোন চীংখৈ থানবীনা খঙলদুনা হৈবেম খুঞ্জানবু লান ঙমদুনা হল্লক্লিবা মপাবুংবু খুমন্দা ওক্তুনা মচীন্দদি অৱা পোত্থাবিবথো হাযনা তোইনা কৌশিল্লগা মখুৎনদি খত্তোক্তুনা চৎহনখিবা অদুগীদমক্তা চীংখৈ থানবীবু মচা ইবেম্মা শম্ফবী হাৎখিবগা চপ মান্ননা খুমন নিংথৌনা হাৎখি। মবাল ইবৈ লৈজদবী চীংখৈ থানবীবু খুমন নিংথৌনা “থিঙেন তাইনবা ঙমদ্রগা নাসিখোংদা তাইনৈ” হায়নবা অদুগুম্না মপা থৱান থাবদা লমন খুম্বা ঙমহৌদ্রগা মাগী তালোই ওইদুনা মচা পোক্তুনা যূম্বানমিন্নবিবী নুপীবু হাত্তুনা মমোমগী লমন খুমখি।

মৈতৈ নিংথৌগী মনাইশিংনা খুমন নিংথৌদা মচানুপী শম্ফবীগীদমক হৈরাং পুদুনা মৈতৈ নিংথৌ থব্রান থাবগীদমক হায়বা লাকপদা খুমন নিংথৌনা মচানুপীবু মৈতৈ নিংথৌনা পীয়ু হায়রক্লিবা ৱাফম অদুবু অমুক হোংদোক হোংজিন তৌরোইদরা হায়বগী চিংনবা পোকপদুসু খুমন নিংথৌনা ফোঙদোকপদা অইবনা শীজিন্নরম্লিবা পাউরৌশিং অসি য়েংসি —

> হয়েং মাই মৈচিন ওল্ল লিক্লাং পাওহোংলগনে।
> *লংমাই অয়াঙ কায়বা হৈয়েন্না হৈরাং চোইনা-তুন*
> *নোইনু অচৌইবা থুময়েন্ননা নোইনু থুন্না থুংলবদি*
> *তাওজিং হৈনা ৱাৎপা, তাওজিং হৈনা থুংলবদি*
> *নোইনু থুন্না ৱাৎপা তুগুম্বনে।* মরুম্বী নোংপোক
> হাওদিংকোইবা চনু পাওনোক হৈগুম্ববু লমওক্নরগনে।
> লাইরেন মৈতেংঙুদি তানলোই মখনতৈ লুপ্লেন মরোন
> য়াম্বনে।

খুমন নিংথৌগী পাউখুম্বু তারবদা মৈতৈ নিংথৌগী অরেপ্পা ৱাফমবু মনাইশিংনা অসুন্না খুল্লকখি —

> *তুবী য়াওরৈ মখুনেত্তা থৌদু তুগুম্ববু লেপমন্না*
> *খুল কাম মকাইফমদা চেংজা তুগুম্ববু*
> *য়োন্দনা য়ুংমনগে হায়রকয়ে।*[১০]

মৈতৈ নিংথৌকোন্দা খুমন নিংথৌগী মচানুপী চকপা ঙম্বী তাঙজা শম্ফবীবু লাইরেন মৈদৈংঙু নিংথৌ থব্রান থাবনা লমচৎ চুমদবী নুপীনি হায়না চীংনবদগী মনাইশিংদা হংলক্লম্মী। মবুক শেংদ্রবী মনাইশিং অদুনা মরৌ চাউনা মৈতৈ নিংথৌ থবান থাবদা খুমন চনু শম্ফবীগী মরমদা ওইদবা ৱাহৈ কয়া হায়জিনখি। অদুগুম্বী মচীন থিবী মনাইগী মশকপু থারকপদা অইবনা হায়রম্লিবা ৱাফম মতাংসিদা লৌখৎচরি—

> অসাইঙৈগী য়োইহৈ হৈরোই নাই ঙাক্লবী
> শংদিং লোল্লুংহনবী *তাংজ লৈনিলোঙবী*

[১০] ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র (শম্পা.) *থব্রান থাবা হিরান* (ককচিংঃ পিপলস ম্যুজিয়ম, মালম প্রিন্টর্স, অনীশুবা খুৎনম, ১৯৮৯ ইং,) লা: ৭-৮।

> *শমু লৈনাইদবীবু* লৈশেম্বী লৈমা য়াংনু
> লাংখাম্বী পুকয়ে খায়। কবো য়াঙ্গেন তোংবা
> শারক খায়গুম্বী তাংজ মপুমহি শন্নাং মপুম
> পাবী শেনবী অকোং চনু লৌওনবীনা ইনুং
> শোইয়াইমদা খোইবুং মরৌ চাউনা
> পাওখুমখিযে।

ঙম্মী হায়বগী মতাগুম হাৎপিখ্রবী মচানুপীগীদমক খুমন নিংথৌনা লমন খুম্বা ওইনা মাগী তালোই মৈতৈ নিংথৌগী মচানুপী চীংখৈ থানবীবু হাৎখ্রবা মতুংদা মৈতৈ নিংথৌনা খুমন্দা লান তাদুনা লমন খুমগে হায়না খনখিবা অদুবু অসুন্না ফোঙদোক্লি—

> মৈতেংঙু নোইনাই থৱানথাবনা মমোম
> তম্ফা ৱাংঙল্লোনগীদমকপু পোইবৈ
> থৌকাওদনা *লৈকাই পুজলুক লাংবন*
> *অওনলুক কবো তাইপোং লৌথিবা*
> *য়ৈনালুক থোংনাং ময়াং মাইতেকপা*
> *মন্নলুক্তা থাঙইফৌবুম অমবু ৱাংনদনা*
> *ললশিংবাতুগু* স্বসুইমোম তম্ফা ৱাংঙ -
> ল্লোনগীদমকপু লনশিংগে হায়খিযে।[১১]

অসুন্না লাইবিকসিদা চীনবুংদা লৈবা পাউবৌ শীজিন্নদুনা পুক্লিংগী ৱাফম কয়াবু মপুঙ ফানা লৈশি লৈথোন্দুনা ফোঙদোক্লি। সাহিত্যদা পাউবৌ হাযবসি প্লোট শাগৎপদা অচৌবা তেংবাংনি। য়াওবিবা পাত্রশিংগী লমচৎ-শাজৎ অমদি ৱাখলগী ফিবেপ তাকপদা পাউবৌনা লৌবিবা থৌদাং পনবদা হাযন্নবা থোক্লোই।

## ৩। চায়নরোল

লাইবিক অসিদা থাইনঙৈদদি মণিপুবগী লম মচা মচাশিং অসি মনীং-মখা তন্না লৈবম্মী হায়বসি খঙবা ঙম্মী। অসিগুম্বা মনীং-মখা তন্না পান্নবিবা লম মচা মচাশিং অসিগী মরক্তগী অকনবা অমমম থোরক্লগা হাযবদি অকনবা নীপা অমগা অতোপ্পা অকনবা নীপা অমগা মাযোক্লদুনা মায লৈনদনা, অনীমক্লা য়ানবা মওং অমদা লম্বা পান্নদুনা অঙম অঙম্বা হাৎনবগী মওং অদুবু চাযনবা হায়না খঙনৈ। মসিনা

[১১] *Ibid* pp.20, 68

অকন-অথৌশিংগী চৎনবী মওং অমসু তাক্লি। মসি মরুওইনা মনীং-মখা তম্বা লৈবাক অমগা অতোপ্পা মনীং - মখা তম্বা লৈবাক অমগা করিগুম্বা য়েংথিনবা তারবা মতমদা লৈবাক নিংথৌ অমদি প্রজা পুন্না লান থোকপা নত্তনা মমিং চৎপা অকনবা নীপা অনীথক খনগৎলগা মায়োক্নদুনা অঙম অঙম্বা চায়নহনবসু তৌই, নৎত্রগনা করিগুম্বা ৱাফম অমগী মরমদা য়েৎনবদগী চায়নদুনা অচুম্বা মশক খঙদোক্নবগী চৎনবী মওংসু লাইরিকসিদা উবা ফংই। চায়নদৌরিবা মীওইশিং অদু য়াম্না থৌনা লৈনা, লীংজেন ফম্না চোংথোক্তুনা অকনবা ঐনি হায়দুনা উৎলি। চায়নবদা ইচম চম্না মতীক মথৌনা য়েংনবগী হাৎতোক্নবা মওংদা নত্তনা মপা-মপূ পোকপা লাইগী অচুম্বা ৱায়েলগী খুদম চাংদমসু য়েংবা চৎনৈ। চায়নবা মতমদা মীনম্বা ঙাংলবদি মপা মপূ পোকপা লাইগী চৈরাক পীদুনা অরানবা তৌরিবা মহাকপু হাৎলি হায়বসিসু তাকই। চায়নগদৌরিবা নুপা অনী অদুনা য়ানবগী মতুংইন্না শীজিন্নগদবা খুৎলাইদি মখোয় অনীনা লেপনৈ। মখোয়না শীজিন্নরল্লিবা খুৎলাইদি থাং তেন অমদি তানচিংবনি। মখোয়না অমগা অমগা লম ওম্থোক্নদুনা লেপ্নরগা তেন কাপ্নদুনা নৎত্রগা তা হুন্নদুনা চায়নৈ। য়াম্না থৌনা ফবগী মওংদা, হুনবসু ঐ হান্না হুনগে হায়নদে অদুগী মহুত্তা নং হান্না হুল্লু নং হান্না হুল্লু হায়বনচিংবা তৌনৈ। অহানবদা হুল্লিবা নৎত্রগা তেন কাপ্লিবা নীপাদুনা অতোপ্পা অমদুগী মশাদা মাগী খুৎলাইনা শোক্তুনা ঈ খজিক্তং থোকহনবা ঙম্লবদি মানা মাইপাক্লে। অদুগা শোক্লিবা অদুনা মাইথীবা ওইরে। মাইপাক্লবা নীপা অদুনা মাইথীরবা নীপা অদুগী মঙক অদু থাংনা কক্তুনা হাৎলগা ময়ূমদা পুদুনা অকনবা, লান্দা থৌবা শক্লে। অসুন্না মরিংজেল মথৌনা লৈনা অমগা অমগা চায়নবগী মরমদা ইবা অরিবা লাইরিকনি।

লাইরিকসিদা হৈরেম কাংবীশু অথৌবগা খুমনগী নোংয়াই চাখা মোইরেম্বগা অনী অসি হৈরেম লমদা চায়না খোংফেন্নখিবগী ৱারী য়াওরি। ৱারীসিদা হৈরেম খুনগী কাংবীশুবু খুমনগী করম্বা অকন-অথৌনা শীংনদুনা চায়নবা ঙমগদগে হায়না খুমন নিংথৌনা হংবদা খুমনগী অঙম্বা কনানসু খুম্বা ঙমদ্রবদা খুমনগী নহা ওইরিবা অঙম্বা চাখা মোইরেম্বনা মানা ওইনা চৎলগা হৈরেম কাংবীশুগা চায়নগে হায়দুনা হংগৎখি। নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বনা কংলা কুম্লক্লগা সনা কোনুংদা থোকখিবা ৱারোল খুদিংমকপু মাগী নুপী লৈমা নামুন খাম্বীদা তমখি। পাউ অদু তাবদা চৎপিখিগনু হায়দুনা লৈমা নামুন চাউবীনা খামজখি। নোংয়াই চাখা মোইরেম্বনা হায়দোকখ্রবা ৱাদি ঙাক্কনি হায়দুনা মাগী তাম্লোইনা খামজববু য়াখিদে। মতাংসিদা পাউরৌ শীজিন্নদুনা মানা হায়খিবা ৱাফম অদুবু খুদম ওইনা লৌখত্তুনা পীজরি —

তৌইগুম্বসুঙ অশিবগা ঈকাইবগা অনীমক্তি
খমলাংপা ৱারী ইরেংপু ৱারীদা হায়রম্মে।
*অশিবনা মনাউনি ঈকাইবনা ময়াম্বনে*
হায়রম্লে। ঐবু মাই মৈচীন ওল্লরোইযে
হাযনা য়াদখিযে।[১২]

অসুন্না চাখা মোইরেম্বনা হাযদোরক্লিবা ৱাফম অসিদা শীজিন্নরিবা পাউরৌসিনা তেনতক্পা মাগী থম্মোইগী হোংলরোইদবা লেপখ্রবা ৱাফম অদুবু ময়েক শেংনা খঙহন্দুনা অপাবা অতাবশিংগী থম্মোই চিংশিলহল্লি।

## ৪। নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা

লাইরিক অসি অবিবা মণিপুরী সাহিত্যদা মফম চাউনা কল্লিবা নুংশি নুংঙোলগী মরমদা ইবা অৱাংবা থাক্কী লাইবিক অমনি। লাইরিক অসিদা মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা নিংথৌ ফম্বাল কাখিবগী মবমদা অমদি মানা নহা ওইরিঙৈদা লংমাইচীংদা পীতঙঙা লীক্লু লৌথিবীগীদা য়াওং ইন্দুনা লৈরুবা অমদি পীতঙঙানা মাবু শেলোই লংমাইশিংদগী কন্দুনা করন্না নাহোকহনখিবগে হাযবনচিংবগী মবমদা ইবি। নিংবা কাযখ্রবী পীতঙঙানা মতৌ করন্না সংসাব থাদোকখিবগে হাযবদুসু লাইরিকসিদা ফজনা উথলি। অসিগুম্বা লাইবিক অসিদা নুংশি নুংঙোলগী মবমদা শৈথারকপা মতমদা অশীংবা মীওইগী মশক থাবকপদা অমদি অইবনা ৱাবী লোইশিল্লকপদা অশোই-অঙাম য়াওদনা শৈথাবা ওইহনবীবগা লোযননা থাবিবা খবদুনা মপুঙ ফাবা নত্তে হায়বদু ফোঙদোকপদা শীজিন্নবল্লিবা পাউবৌশিং অসি যেংবা যাই।

অহানবদা লৌখৎলিবা পাউবৌ অসিনা মৈদিংঙু উরাকোঞ্চৌবগী মনাই কদেম শোইশেনবনা লংমাই কাংবুনা নিলখোংদুনা লাকপা উরবদা মশাদা ঙা অপুম্বা তৈশিল্লগা শিশিন্নদুনা লৈবা শাবা মওংদুবু অইবনা অসুন্না থারি —

... ময়িম শেল্লোয লংমাইনা থাঙঙা য়ৌখান
থেংগে, খুনফম ঙাংচেং নেৎকে, হাওকপ চীংশাং
য়ৌগে হায়না হুয়েন লান হৌরকপবু নোংবান কদেম
শোয়শেনবনা চেংলৌ মিথিৎলা মিৎয়েং তেন পাল্লবগী

[১২] শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, (সম্পা.), *চায়নরোল*, (ইম্ফালঃ ভাগ্যবতী কার্য্যালয়, চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস, ১৯৬৮ ইং,), লা ১৪

খোইপুং মরৌ চাউনা *তীংইগুম লৌকা ওল্লে*
য়ামলা খোংখৈ চীরোনথক্তা লেমলৈ ঙাপুম তৈ,
য়াইবী ইনিল লোৎ, পায়মা নিংসা শৎহোন্ননা
শিশনখিয়ে । [১৩]

মতাংসিদা শীজিন্নরিবা পাউরৌসিনা পুল্লপ্পা শুপচিন্দুনা কদেম শোইশেনবনা পাইব্রকী লৌশিং শীজিন্নদুনা তৌশিন্নরিবা মওং অদুবু ফজনা তাক্লি। মপা ঊরাকোম্বৌবগী মলোম্না লংমাই কাংবুনা পুন্না হৌরক্তুনা মশাবী নাউথিংখোংবু হাৎলনি হায়না লাক্লবদা পীতঙঙানা মবুং মৌপ্পাশিংগী মফমদা হায়জবা মওং অদুবু ফজবা লোন্দাদা সাহিত্যিক ওইবা মওংদা ফোঙদোক্লি —

নমোম লেমপা সায়েংকাই, লোকলৌ তবোপ
কায়গুম্বী ঐবু শীংলেন করম ঙন্না কেম, লৈরাং
করম ঙন্না মল্লো হায়বনো। *হাওশি খুদোপ*
*মল্লায়বী হাওমন লাংনা কেমব্রায়বী, তাউজীং*
*চাদনা য়াকুম্বী, ঙাইরোং তংদনা লৈশাবী, ব্রাংলৈ*
*থক্তনা য়ু পিংবী,* য়ামজেং কাসা চাউ শব্রা তুরৈ
হাঙবীবু ওইরঙেনে হায়না মদু খুয়া লৈখাঙ পায়
শমলাং ফাফেন্ননা মালেম লৈদা ওন খিং খিং
কাইনৌ শমজি থোক পিরেম চাইজি চৈরোয়ননা
খুরুমজববু মদু শেল্লোয়চা পাখং মপন লংমাই চীংশাং
হৌবশিংনা ব্রা-চানবিদে (হোয় য়াবিদে)। [১৪]

অসুম্না মশাবী নাউথিংখোংগা য়ুম্বানমিন্নবা অসি তিংথৌনা খুদোপ শেল্লগা ঙইহাক্তং শীজিন্নবা লোয়রগা হুন্দোকখিবা অদুগুম, হৈসু চাদনা য়াকুম্বী, শিংসু তংদনা লৈদা শাবা ফাওবা অমদি য়ুসু থক্তনা য়ুঙাওবীগুম থোক্লদবা মাগী পুন্সিনি হায়বদু ফোঙদোকই। হায়বদি য়ুম্বালমিন্নরিবা পুন্সিগী ঈচেল অসি কুইবা নত্রি, পুন্না য়ুম্বানমিন্নবগী নুংঙাইবা পুন্সি মব্রেন্দু ফংজদ্রি মশাবী নাউথিংখোংগা য়ুম্বানমিন্নদুনা লৈজখিগে হায়বদু ফোঙদোকই।

---

[১৩] শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা:) *নাউথিংখোং ফম্বালকাবা* (ইম্ফাল: ভাগ্যবতী কার্য্যালয় চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস) লা: ১৭।

[১৪] *Ibid* p.17.

লাইরিকসিগী অতোপ্পা মতাং অমদা য়াওবা পাউরৌ অমগা অমুক লৌখৎলগা য়েংবা য়াই। লংমাই চনু পীতঙঙানা মশাবী নাউথিংখোংনা মৈতে লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরে তারবদা মৈতে লৈবাক্তা নুংঙাই ৱাখলগা লোযননা লাকখি। মৈতে কংলা য়ৌকগাদি হাযনখিবা ৱাবু ঙাকপিদনা খুমন নিংথৌগী মচা নুপী কৈরুং হাঙবীনা নিংথৌগী ওইদা ফমদুনা লৈমরেন ফমথোন কাদুনা লৈরমখি। মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা মশানৌ পীতঙঙাবু নুংশিনা মাগী থৱাই কল্লকপীনি নিংথৌগী য়েক্তা ফমলোলাউ হায়না কৌশিল্লকখি। অসিগুম্বা নিংথৌগী ৱাঙাং অসিবু তারবদা পীতঙঙানা মবুক্লিংদা নিংথৌবু ৱারৌদবা ঙমখিদে। লংমাইচিংদা লৈরিঙৈদা হায়নখিবা লৈমবেন ফমথোনগী ৱাফমবু কাউথোকপীরম্বা অসি করি পুকচেলনো হায়না খন্দুনা মথৱাই নুংঙাইতনা পেন্দবগা লোয়ননা হায়খিবা ৱাফম —

নশানৌ নোংবাক্লোন ঐবু নোংপোক শীং
কাবোঙবী শম পুনা শামু নমদা হূনঙমলে।
লংমাই অযাঙ কাইবা হৈয়েননা *তাউজীং হৈনা*
*থুংলবসুঙ নোইনু থুমনা ৱাৎপা, নোইনু থুমনা*
*থুংলবসুঙ তাউজীং হৈনা ৱাৎপা* তুগুম্ববু হৈরাঙ
চোইনা কেনঙমলে কল্লকএ।ইপন শেলোয় সনা
চীং ইদু লংমাই অচোং য়িমলেনবা মরানয়ায়দা
অশি লাযথুংতাম, লৈরাং লৈখাই থাপনা নোংথোইববী
ঐবু লাইরেন ইনেম মচানা লৈহৌ
লাংবন সামনগুম লৈরাং মায়ওন য়াংঙমলে।
নুংশি সামন কোকঙামলে।[১৫]

অসিগুম্বা মশাবী নিংথৌগী মফমদা ৱাকৎখিবগা লোযননা হাযখিবা ৱাহৈশিং অসিগী মনুংদা থেৎলিবা পাউবৌ অসিনা পীতঙঙাগী ওইরিবা পুন্সিগী ফিভম্ভু মযেক শেংনা তাক্লি। হাযবদি মাগী থম্মোইনা পামজবিবা মপুন্সিগী ওইথোকপা যাবরোইদবা, থুংবা ঙম্মবোইদবা মতৌবু তাউজীং হৈনা লৈবগা নোইনু থুম ৱাৎপা নোইনু থুন্না লৈরগা অমুক তাউজীং হৈনা ৱাৎপা হায়না পাউবৌনদুনা পীতঙঙাগী নুংশি পম্ভুং য়ৌঙমদ্রববু যান্না সাহিত্যিক ওইবা মওংদা উৎলি। মাইকৈ অমদা নৎত্রগা মাইকৈ অমদা ৱাত্তুনদা লৈবগদবা মতৌবু তাকপনি।

[১৫] op.cit. p. 84

## ৫। লোয়য়ম্বা শিনয়েন

লাইরিক অসি মৈতৈগী লৈরিবা তোঙান তোঙানবা য়ুম্নাকশিং অসিগী মতুংইন্না কনানা করি শিনফম পায়গদগে হায়বগী মরমদা ইবা লাইরিক অমনি। হায়রিবা লাইরিকসিগী মনুং চন্না য়াওরিবা 'ৱায়েন থৌদাগী ৱা' হায়বা মতাংসিদা পীরম্বা পাউরৌ ওইনা শীজিন্নবা ৱাফম অমা অনীদং লৌখৎচরি —

*লাইথুং মখাক নাইফদে য়েক্লবা মখাক*
*নাইগনো লমন মখাক থমগনো। তিল*
*তিন্নবা পিতিন্নবা য়েকতিন্নবা নুপিদি*
*লৌনহৈদে;*[১৬]

অসুন্না ফত্তবা থবক থৌরমশিংবু মখাক থমহৌগনু মদুনা হেন্না ফত্তবা ওইরক্কনি হায়বদু তাকই। অসিদসু নত্তনা ঈ মরীদা নক্লববু লৌনবা ফত্তে হায়বদুসু পাউরৌশিং অসিনা তাক্লি।

## ৬। নুংপান পোম্পী লুৱাউপা

লাইরিক অসি অঙনবা মতমগী নুংশি নুংঙোলগী মশক্তা ইবশিংগী মনুংদা শীংথানরিবা অমনি। নুংপান পোম্পী লুৱাউপনা মাগী তালোই কৌপরোন নামোইনুবু অশিবগী লাই থোঙঙারেন্দগী হায়জদুনা নীজহৌরগা তাইবঙদা অমুক পানমিন্নখিবগী ৱারীনি। শিরবা মশানৌগী থৱাইবু অমুক হন্না হিংগৎহন্নবগীদমক্তা পোম্পী লুৱাউপনা থোঙঙারেনবু ঙাইদুনা লৈজখি। থোঙঙারেননা লাক্লবা মতমদা মশানৌগী থৱাইবু হনবিরম্নবা থম্মোয় শেংনা, পুক্লিং শেংনা অমসুং পুক্লিং নুংশিনা হায়জখি। মদুদা পেনবিরবা থোঙঙারেন্না কৌপরোন নামোইনুগী থৱাইবু হনবিরমদুনা তাইবঙদা পানখিবগী ৱারীনি।

লাইরিকসিদা মতাং মতাংগী ওইনা শীজিন্নরিবা পাউরৌশিং অসি মখাদা পীরি—

লৈনুং থোঙঙারেন অহনপানা খম্নুং পূম্না হূপনা পাউ কৌখৎলে। ইতাইরেম খমনুং লিচা হেপ্লাসিংও। অখম মীপোকপা অথৌ লানকোন পাপু কনা কনা লৈপনো। ঈসানৌকি তমকপু *লাংপন কারোঙ খুংখুম লাও-ও চেঙপুম মনাউ তোনকুমপাপু ৱাত্তনা লনসিংলা*-ও হায়না ৱাহমলাপাতা মতাইরেম খমনুং ৱাপী হায়পা পায়মা লিন

---

[১৬] শ্রী খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ (সম্পা:) লোয়য়ম্বা শিনযেন (ইম্ফাল: ডি মণিপুর গীতা প্রেস শিংজমৈ) ১৯৭৫ ইং, লা: ৩৪।

তাং সাংপাশিংনা খম্নুং লৈমাপা, ঈপুঙঙু তা-আ-ও। খম্নুং নপূঙয়ায়কি লাংলেন ৱাথকথোনকুমপাতী নসানৌ চীঙখোঙ য়ায়মাপা খম্নুং লমকেৎপাকা নুংপান মতীকনা লুৱাং মপা ওইঙেনে হায়বাপতা তৌঈকিতী ঈসানৌ ৱাকলেন তোংয়ায়কি চীঙখোঙ য়ায়মাপা নঙপূ লাউ-ও নসাপি ঐতী কংলৈ পূমঙফাবে, সুমায় উ থিল্লে, পুঙলাং য়ুহৌরে, থেরে পাফল্লে, সমু ঈখোঙ লেঙফা য়ারোই। নসানৌ লৈবাং অতোনপাকিতমক *লাংপন অওন লূক চেঙপূম মনাউতোনকুমপাপু লনসিংলুও*। নুংপান পোনপী লুৱাউপাপু সমু তুংপুন্না, পরৈ লানকসা সমলাং তরৈননা হূয়েন লান সাবকও।[১৭]

মথক্কী ৱাহৈশিং অসিদা পাউরৌ শীজিন্নদুনা লৈনুং থোঙঙারেন্না মশানৌ লৈনুং খোনফাং অতোনববু নুংপান পোম্পী লুৱাউপনা লানফা ওইনা ফাজিন্দুনা থম্বীখ্রবদা মনাউগী লমন খুম্ননবা অকন-অথৌশিংবু কৌথোকখিবগী মতাংদা শীজিন্নখিবা পাউরৌনি। মথংগী পাউরৌ অসিসু মনাওনীপা যাইমবু কৌথোক্লগা মনাও অতোনবগীদমক নুংবান পোম্বী লুৱাউপবু মাইথীবা পীদুনা লমন খুম্লুনবগীদমক হায়খিবা ৱাফমনি। মতৌ অসুন্না অরিবা সাহিত্যসু মতমদুগী ৱাকমশিংনা নিংথিরবা পাউরৌ কযা অইবা সাহিত্যদা থেৎচিন্দুনা অৱাংবা থাক্কী সাহিত্যগী পোম্থোক ওইনা থম্বীরম্মী হায়বদা থোইদোক্লা অরানবা ওইরোই।

অনীশুবদা মণিপুরী সাহিত্যগী ময়ায় ওইবা তাঙ্কক্তা ইবম্বা লাইরিকশিংদা পাউরৌবু করম্না শৈথারিবগে হায়বদু অমুক নৈনজরি। মতমসিদা থোক্লকপা সাহিত্যগী মশক অসিদি হান্নদগী অহোংবা লাকপা উরে। মতমসিদদি অইবা মীগী মমিং, মফম অমদি ইবগী মতম্নচিংবা থাদুনা ইরে। হান্নগী লৈজরম্বা সাহিত্যগী মশক্তা মপানলোমগী সাহিত্য তিনশিল্লকপগী মশক অমা উবা ফংই। সংস্কৃত, বাঙ্গলানচিংবা লোনগা যানশিন্নদুনা ইবা লাইবিক কয়াসু লৈরে। মৈতৈরোন অবিবগা, অনৌবগা অমদি মপাক্লোমগী মীবমগী ওইবা লোনগা য়ানশিন্নরগা ইবা লাইবিকসু লৈরে। সংস্কৃত বাঙ্গলা লোনগী লাইবিক কযা মৈতৈবোন্দা হনদোক্লগা ইনরে। অসুন্না ইরিবা মতমসিগী লোন যানশিন্নদুনা ইবগী ফজবগী মশক অদু তাঙ্কক অসিগী সাহিত্যদগী হৌরে।[১৮] অসিগুম্বা মতমসিগী ওইবা ৱাকমশিংনা শীজিন্নরম্লিবা পাউরৌশিং অসিনা সাহিত্যগী

---

[১৭] শ্রী এন খেলচন্দ্র সিংহ, (সম্পা ), *চোথে থাঙৱায় পাখংপা অমসুং নুংপান পোম্পী লুৱাউপা,* (ফোংবা মণিপুব স্টেট কলা একাদমি, গীতা প্রিন্টবস, ১৯৮০), লা ৩৪, ৩৫।

[১৮] নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, *অবিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস,* (ইম্ফাল. ডিভাইন বুক মার্ট, পাওনা বাজাব)।

লমদা কয়া য়ান্না ফজনা থাক ৱাংনা মফম কল্লম্বগে হায়দু য়েংবা য়াই। ময়ায় ওইবা মতমগী লাইরিক খরবু মখাদা লৌখৎচরি —

## ১। কুমদমশৈ

শৈরেং অসি ময়ায় ওইবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যদা মফম চাউনা কন্দুনা লৈরিবনি। শৈরেং অসিগী অহুমশুবা পরেং খুদিংদা তাঙ্কক মরীনা শাবা 'দে'না লোম্বা ৱাহৈ শীজিন্নদুনা তাবদা নুংঙাইবা শৈরেংগী ছন্দ হাপ্লি। শৈরেং অসিদা অইবনা পাউরৌ নীংথিনা শীজিন্নরি। মতাং খরদং খনগৎলগা পীজরি —

*লিল্লা হুয়াই কাবদি*
*লাইশোন হীদাক হৈবনা*
*চৈরৎএদে।*
*নমু লিনজেন হুদুদি*
*লাইশোন হীদাক চঙফদে।*
ওনথোকএদে।[১৯]

মতাং অসিদা লৌখৎলিবা পাউরৌ অসি ঙসি ঐখোয়না হায়নরিবা - লিন্না চীকপগীদি হিদাক লৈ মী ফত্তবগীদি হিদাক লৈতে হায়রিবা অসিগা মান্নবা পাউরৌদু অরিবা লোন্দাদা ইরম্বতনি। অমরোমদা অসুন্না অরিবা সাহিত্যদা শীজিন্নরম্লবা পাউরৌ অসিনা অঙনবা মতমদগী পাউরৌ অসি মণিপুরী সমাজদা হায়ন-শক্লরক্লবনি হায়বসিমসু ফোঙদোকই।

## ২। চরাইরোংবা খুনগুম

লাইরিক অসি সুর্ব্বানন্দা পন্দিতনা মৈতৈরোন্দা লেংশিল্লম্মী। মতুংদা আনন্তরাম অতোন য়ামবেম্বগা শ্রীগরিবতিরাম নোংবান নুঙগাং পামবচাগ অনীনা অমুক ইখি। অইবশিং অসিনা মণিপুরী সমাজদা চৎন-ঙাংনরিবা পাউরৌ পাউতাক কয়াবু লাইরিক অসিদা নিংথিনা ইরি। হায়রিবা পাউরৌ পাউতাকশিং অসি য়ান্না ফজবা অৱাংবা অধ্যাত্মিক্কী ওইবা ৱাখল্লোন্দা ফোঙদোকপনা অয়াম্বনি। মসিগা লোয়ননা মীওইবগী মশাদা চেনগদবা গুণগী মরমদা মীওই পুন্সিগী মরমদা শৈথারম্বা পাউরৌ অমা লৌখৎতুনা মখাদা পীরি —

[১৯] শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, (সম্পা), *থায়নগী শৈরেং*, (ইম্ফাল: রাজস্টোর, পাউনা বজার, ১৯৬৬ ইং), লা: ৬৮।

*পলেম ঈমা পোকমাবীগুমব গুরু অমা লৈতে।*
*পনথৌ ঈপা শাংমাবগুমব লাই অমা লৈতে।*
*পুন্সি ঈরাললৈদি লাইজ ঈশিং কোঙ্গোলগুম্বনে।*
*তড়া চাকপু লামযীগুম শমু খূৎ অনী চণ্ডজন চখোম*
*লুরোয় হুকফদে। তাইবঙ নমু পোং রোইবগি*
*পুন্সি ঈরাল লৈদি থমলা লাকোঙ লুরোয় থককি*
*লাইজ লিক্লা খকমদববু হেনন য়াংখোইয়ে।*
*দুস্ট লিংজেল ফত্তবশিংগি মুর্খ মপারিশিংবু*
*বিদ্যা লাইরিক তমবিবদি তাঙজ লিললা*
*থীবু শঙ্গোম লাইজ ঈ পীথকপগুম পুক্লিঙ*
*অনৌ ঙাওহৌনয়ে।*

*তাউজিঙ মহয় পানবন পামেল মরু লুকয়ে। গুণ মতিক লৈবন য়াথং মরু লুকয়ে। তল্লা মহয় পানদবন পামেল মরাই লোংয়ে।*

*রারম মতৌ রোনথোকপ লাইজ ঈরেনপংদ থৌদু নুংঙন তাউব, পামেল উকৈথক্ত মপল নোংবাল য়াওয়েংবীচা য়োংশেল পাখংবন অশৈ তেংথা শকঙাম লবসুঙ সভা মীয়াম লক্ত তমফরোইয়ে।*

*তাঙজ লিনগি হুদি হিদাক মন্ত্র লাইশোন শোল্লবগ চয়রংয়ে। মুর্খ লিংজেল ফত্তবগি হুদি কোকঙমদে। হিদাক মন্ত্র খিবিকনসুঙ ফবিদে।*[২০]

অসুন্না লাইরিকসিদা পীরিবা পাউবৌশিং অসিনা অপাবা অমদি অতাবশিংগী পুক্লিংদা তাইবঙ লোনচৎকী ওইবা জ্ঞান লৌশিং পীরি। অমরোমদা পাউরৌশিং অসিনা যুৎ মেন চানা মথং মথং লেংশিনখিদুনা তাল, মাত্রা, ছন্দগী ঈথক ঈপোম অমা পীদুনা পাউরৌ মসাদা যাওরিবা রিদম অদু সাহিত্যদসু পীরি।

## ৩। সনামহি লাইহুই

লাইরিক অসিদা গরীবনিরাজ মহারাজনা মাগী তালোই শেনবী পাইখু লাম্বুবী অমদি মজাইবুংডো শিব স্নাহা লোইঙম্বা অনীনা অনা-লাইওং খণ্ডনা নারবদগী মোইরাং ললহাম্ববু কৌখত্তুনা যেংহনখি। মদুদা মোইরাং ললহাম্বনা সনামহিগী খুৎতম্নি, মানা

[২০] মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ (সম্পা) *চবাইরোংব খুনগুম*, (ইম্ফাল. মণিপুরী সাহত্য পরিবদ, জে, এম, প্রিন্টিং রার্কস ১৯৬৭ ইং), লা. ১,১২,১৫, ২২, ২৩, ২৯।

শাউদুনা নাহনবনি হায়বসি লৈমরেন্দা খঙহনখি। অদুগা নিংথৌদদি লোক থুংদুনা নাবনি করিসু তৌরোইহায়রম্মী। লৈমনা নিংথৌদা ললহাম্বনা নিংথৌবু কিবনা মীনম্বনি, সনামহীগী খুদম্না নাবনি হায়বদু খঙহনখি। ৱাফমসি তাবদা শাউরবা নিংথৌনা ৱারোল অনী ঙাংলম্বা ললহাম্ববু অসুম্না চৈখি —

... মোইরাং ললহাম্বদি *তাংজগুম লৈনিলোংয়ে* নিংথৌ ঐবু তাংশক্তে ঙকথি লুম্নাংইন্না কৌখৎলু ... [২১]

অসুম্না ললহাম্বনা ঙাংলম্লিবা ৱাফম অসি মরৈ অনী লোংবা লিনগুম্না, ৱা অনী থোক্না ঙাংলম্মী হায়দুনা চৈবনি। মী অমা ওইরগা ৱায়াম ঙাংবা অদু পামদবা অমদি মীওইবদি অমুক্তং ঙাংবনা অচুম্বা ওইহনগদবনি হায়বা নিংথৌগী ৱাখল্লোন অদুবু মতাংসিদা পাউরৌসিনা তাকই।

## ৪। চিংথংখোম্বা মহারাজ গঙ্গা চৎপা

লাইরিক অসি চিংথংখোম্বা মহারাজনা গঙ্গাদা মচা মনাই ময়াম্না সেবা তৌরগা চৎখিবগী মরমদা ইবনি। মহারাজ চিংথংখোম্বনা নোঙ্গাখ্রবা মতুংদা আগরতলা তখেন লৈবাক্তা মৈতৈ লৈমনচিংবা ইবেম্মশিংনা হল্লক্কুনা থুংলখি। মখোয়না মণিপুরগী নিংথৌ লাবন্যচন্দ্রবু উননিংবগী মতাংদা অমদি মণিপুরদা করম্না য়ৌরক্কদগে খনবদা ৱারীবা ফিভমবু শৈথাদুনা লাইরিকসিদা ইরি। অসিগুম্বা ফিভমসিবু থারকপদা শীজিন্নরিবা পাউরৌশিং অসিবু লৌখৎচরি —

*চেকলা থৌরৈ ৱাকম্বোং লাইজ ইথুংদবি*
*নুংলক হারা হারোংবা*
*ৱাখা লফু চাউচনবা* [২২]

মতাংসিদা পীরিবা পাউরৌশিং অসিনা সাহিত্যগী লমদা ফজবা হেনগৎহল্লি। মপুরোইবা কায়নদুনা লাক্লবী মৈতৈ লৈমশিং অমদি মপু ওইবদুসু কায়নদুনা লাক্লবা প্রজাশিংনা মণিপুর লৈবাকপু য়ৌজনিংবদু উৎলি। লোয়ননা মণিপুরদা চঙবা তারবদি মণিপুরগী নিংথৌগী য়াথং লৌবা তাবনিনা নিংথৌ লাবন্যচন্দ্রদা পাউ খঙহনবা তাবনি।

[২১] ময়াংলমবম গৌরচন্দ্র, (সম্পা:), *সনামহি লাইহুই* (ককচিং: অহানবা খুৎনম ১৯৮২, ইং) লা: ১২।

[২২] রাজকুমার স্নাহল সিংহ, (সম্পা:), *চিংথংখোম্বা মহারাজ গঙ্গা চৎপা*, (ইম্ফাল: অহুমশুবা খুৎনম, ১৯৭২) লা: ৯৯।

পাউ থাবদা মমা ওইবী লৈমশিংনা ৱারবা মতমসিদা নিংথৌ ওইরিবা মচাবু কয়াম্না উন্নজনিংবগে হায়বদু মথক্কী অহানবা পাউরৌসিনা ফোঙদোক্রি। মথাগী পাউরৌ অনীসিনা তখেল মরৈবাক্তগী মণিপুর লমদা করম্না য়ৌরক্কদগে খনবদা অৱাবা ওইরিবা ৱাখল লৌশীং থোক্তবা অমদি উপাই লৈতবা মওং অদুবু ময়েক শেংনা ফোঙদোক্নুনা থারি।

লাইরিকসিদা পাউরৌশিং অসিবু পাম্বে ওইরগা শীজিন্নরক্লিবা অসিবু পারুবা অমদি তারুবা মতমদা ফোঙদোক্লিবা ৱাখল্লোনশিং অসিবু পুক্লিংদা হেক্তমক মখোয়গী খৌরাংলিবা ৱাফম ওইরিবা অৱাবা ফিভম অদুবু লাইনা খঙহনবা ঙম্মী। মখোয় ৱারে, ৱাখল থোক্তরে, উপাই লৈতরে অমদি নিংথৌবু য়াম্না উন্নজনিংঙি হায়বগী মহূত্তা নীংথিনা পাউরৌশিং শীজিন্নরক্লিবা অসিনা সাহিত্যগী লমদা ফজবা ওইহল্লি।

## ৫। খম্বাংপাৱারী অহুইরোন

লাইরিক অসি ফিদম্নফম ওইবা মীওইবগী লমচৎ-শাজৎ, পোকপা-শিবা অমদি তুংদা থোক্লগদবশিংগী মরমদা তাকপীরম্বনি। মঙাং গুরুনা লুৱাং গুরুদা তাকখিবা মীওইবগী মপোকপু য়াইফনবা মতাংদা হায়খিবা ৱাহৈশিং অসি পাউরৌদা পীরম্বা পাউতাকশিংনি - *মোমনু চেংলৌ শককোই হেনবী তানলোই নুংজানবীসু শীঙলেন লৈগী পান্দমনে। মপারি নুংজানবা মমোম নুংঙনবীসু তাইবং লাংগী মওংনে। খমলৈ কুমবা চেন্নফদা অমন ঙাইরোয়নখিফরোই।*

মীওইবনা সংসারদা লৈমিন্নরিবা মরী-মতাশিং, ইচিন-ইনাও, ইমা-ইচা খুদিংমক অসি শিবা মতমদদি কনাসু লোয়নরোই ইশা ইথন্দা চৎখিনি হায়বদু তাকই।

চোয়নৌ সনা চিংনা চিংনা মালেম
লৈময়োন অসিগী অরুম মখৈ লৈতববু
*পলেম পোকমাবীগা নতিক লাইজা*
*ইরেন পুঙগুম্বনা থোইনা লুমথোইয়ে।*
*কোরৌ নোংমদোন অৱাংবা, শাৱাং*
*অথাম্বু হেন্না পনথৌ শাংমাবগী*
*মতীঙ অরুবনা থোইনা ৱাংথোইরবা*
মহাক্লে।[২৩]

[২৩] ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র (সম্পা:) *খম্বাং পাৱারী অহুইরোন,* (ককচিং. দি লিলা সিংহ মেমোরিয়েল প্রেস ১৯৭৭) লা. ৩৩, ৩৪, ৪১।

পাউরৌশিং অসিনা ইমা ইপা অনীগী অৱাংবা থাক্কী গুণদুবু মতাংসিদা ফোঙদোকহ্ই।

তম্না অফবা মীওইশিংগী গুণ তাকপদা শীজিন্নরম্লিবা পাউরৌশিং মতাংসিদা খরদং লৌখৎচরি —

*শঙ্গাই য়াইনম অপিশক্না খুৎলাই শিনগুলুক*
*নিংথিবা লৈতেং মশক অয়াম্ববু শাম্লৈয়ে।*
*কাতি লাংশোই অপিকশকনা লাংগোই*
*শামু অচৌবা মরিন ঙম্না শামু*
*মীরোন খঙহন্লে।*

ফত্তবা মীওইশিংগী মওং-মতৌ তাকপদা শীজিন্নরিবা পাউরৌশিং অমুক য়েংসি—

নমু মীরিংজেন লিংজেন মতৌ
ফত্তবা ৱাশক পামদবশিংদি
*কাওরেল ৱাইনা পাম্বনা মালবী*
*চীখোঙ কোকপগুম তাঙ্গা* মরল
তিংনা লাইৱা অতোল তাববু
লাল নংজৈয়ে।

করম্বা মীওইশিংবু খল্লগা লোয়ন-তিন্নগদগে হায়বগী মতাংদা পীরম্বা পাউরৌ—

*হৌদোং খোংগন তোরবনা তরা*
*য়াম্না চাবীদে, য়াংলৈ তুমিন লৈবনা*
*তরা চফু ঙমবনে। লাইজ ইরিকলাইগা*
*পামেন শেকচুপ থাওগা তিন্না ইতাবা*
*তুগুম্বনে*অসুম পাওতাকপীরময়ে
হায়দবরা [২৪]

অসুম্না লাইরিকসিদা মীওইবগী চৎন-লোনচৎপু মশক তাক্তুনা পাউরৌ পাউতাক ওইনা থম্বীরম্মী। মসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা চাউখৎপা, ফজহনবদা অমদি মীওইশিং অসিগী ফিদম্নফম ওইবা ৱাখল লৌশীংগী মশক্তুসু উবা ফংহল্লি।

[২৪] *Ibid* 61, 62.

### ৬। রূপবান

লাইরিক অসি হিন্দু ধর্ম্মগা মবী লৈননা লীনবা ৱারীনি। লাইবিক অসিদা অঙাং ওইরিবা রূপবাননা শিংগ্রবী মমাবু অশি-লৈবাক্তগী অমুক হন্না তাইবংপান্দা পুরকখিবগী ৱারীনি। মমাবু পুদুনা হল্লকপদা মাগী বানী অহুমসু মরৈবাক্তা পুরক্তুনা নুংঙাই য়াইফনা পানখিবা ফাওবা য়াওরি।

রূপবাননা মমাবু থিবা চৎনবা হায়রকপদা মপানা য়াখিদে। অদুবু মচানা নিংখিবা অদুদগী হোংদ্রবা অদুদদি চৎলো হায়বগী য়াথং পীদুনা, সনা-লুপা কয়া লম্বীগী চান্না-থরুবদা শীজিন্ননবা পুখো হায়দুনা পীরম্মী। মদুদা রূপবাননা মপাদা হায়খিবা লন পুবদি অৱাবা খুদোংথিবা তানিংঙাইনি বিদ্যা হৈবা অমদি অচুম্বা ঙাংবা হায়বসিনা খ্বাইদগী হেল্লি হায়বদু মতাংসিদা অসুম্না ফোঙদোক্লি —

*বিদ্যা মহৈ হৈববু হেন্না ধন লনয়াম*
*হায়বা অমা লৈতে। সত্য ৱাচূম অবেপ্পবু*
*হেন্না সঙ্গ পামলোই হায়বা অমা লৈতে।*
*ভক্তি মুক্তি অনীমাসু সত্য মাঙোন্দগী*
*মপোকএ। গুণ মাঙোন্দগী মপোকএ।*
পনথৌ পল্লেম অনীমাগী মতীক গুণ অরুবসুঙ বিদ্যা
লাইরিক হৈবা সত্য ৱাচূম সুনা উনবী পুকনীং
অরেপ্পা মঙোন্দগী মথোকএ।

অঙাং ওইরিবা রূপবাননা মমাবু উন্নবা অসুম লাকপদা লম্বীদা ব্রহ্মারাক্ষস অমগা থেংনখি। ব্রহ্মা বাক্ষসনা হংবা ৱাহংগী পাউখুম পীবদা হায়খিবা বাফম অমতং লৌখৎচবি।

*হে ব্রহ্মা রাক্ষস ও অৱাংবা কৌবদি ইপাগী*
*গুণনা ৱাংএ। অরুমবা কৌবদি ইমাগী*
*গুণনা মরুমএ।*[২৫]

অসুম্না লাইরিকসিদা মতাং চানা মফম চানা পাউরৌশিং অসিবু শীজিন্নদুনা হেন্না ফজহনবা তাবদা পুক্লিং চিংশিনবা ওইদুনা মগুণ লৈবা ওইহল্লি।

[২৫] শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা) *রূপবান*, (ইম্ফাল চিঙ তম প্রেস, উবিপোক নাউরেমথোং বাজার ১৯৯৩ ইং) লা ২৪, ২৫, ৪২।

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী তাঙ্কক অসিদি কমল, চাউবা অঙাংহলনচিংবা অইবশিং অসিনা লমজিংলম্বগী মতুংদা ঈনোৎ কল্লবা সাহিত্যগী পোখোক লৈরবা মতমনি। অরিবা অমদি ময়াই ওইবা সাহিত্যগী খুৎইশিং অসিদতা নত্তুনা চেষ্টরক্লীবা সাহিত্যগী ঈচেলদা পাউরৌসু অদুম্মক লেপ্তুনা চেষ্টমিন্নরক্লি। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদদি সাহিত্যগী মচা খায়না লৈরিবা ফোর্মশিং অয়াম্বদা খুৎ থাদুনা ইরক্লবনি। খুদম ওইনা ঃ শৈরেং, মহাকাব্য, খন্দকাব্য, উপন্যাস, ৱারীমচা, ৱারেং, নাটক, অনুবাদ সাহিত্য অমসুং আলোচনানচিংবা সাহিত্যগী হীরম অয়াম্বদা মপুঙ মরৈ ফারক্লবা মতম্নি। অইবগী মশীংসু য়াম্লক্লে, নুপী অইবী কয়াসু লৈরক্লে, মখোয় মখোয়গী খুৎইদা নুপী ওইবীনা থেংনরিবা সমস্যা কয়াসু উখোরক্লি। সাহিত্যগী পোখোকসু অপুনবা মীৎয়েং অমরোমদগীদি মশীং য়াম্মী। মতমসিগী অইবা সাহিত্যদসু পাউরৌগী মশক্তি অৱাৎপা লৈতে। খুদম ওইনা লাইরিক খরদং লৌখৎচরি। লৌখৎলিবা লাইরিকশিং অমসুং মসিদা য়াওরিবা পাউরৌগী মতাংশিংবু শন্দোক্না নৈনরি —

## ১। মাধবী

ডা: কমলগী 'মাধবী' ইংশোক ১৯৩০ দা ফোঙদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা উপন্যাস ওইখি। লাইরিক অসিদা অইবনা মতাং চানা মফম চানা পাউরৌ কয়া থেত্তুনা য়াওরিবা পাত্রশিংগী ৱাখল অমদি পুক্নিংগী ৱাফম কয়াবু হেন্না ময়েক শেংহন্দুনা উখোকই। অমরোমদা সমাজগী চৎনরোল কয়াগী মমিসু পাউরৌশিং অসিদা তাই। খুদম ওইনা অইবনা শীজিন্নরম্লীবা পাউরৌ খরদং লৌখৎলি ঃ

(ক) *কৈ কি হায়দুনা চেল্লগা শওম ওক্লরে।*

(খ) *লিন্না চিকপগী হিদাক লৈ - ফত্তবা মীনা*
*চিকখ্রবদি হিদাক লৈত্রে।*[২৬]

অহানবগী (ক) দা পীরিবা পাউরৌ অসিনা উপন্যাস অসিগী অহানবা পন্দুপ্তা মাঙঙ্গোলদা বীরেন্না লাইরিক পাদুনা লৈরম্মী। মতমসিদা খুঙ্গংগী লাইরিক লাইশু হৈজদবা মমান্নবা ময়াম মাগী মনাক্তা চংশীল্লক্তুনা লাঙবদগী লাইরিক পাবা য়াদদুনা মমান্নবশিংগী মরক্তগী মশাবু নাম্থোকচদুনা ইমুংদা চঙলক্লম্মী। ইমুংদা চংলক্লবদা ফুঙ্গাদা ফল্লম্বা অহন-লমনশিং অদুনা অমুক মঙোন্দা লাইরিক তুমিন্না পাগনু লাউনা পারকউ

---

[২৬] লমাবম কমল সিংহ, *মাধবী,* (ইম্ফাল. গোবর্নমেন্ট প্রেস, নিপালশুবা খুৎনম, ১৯৬৭) (ক) লা: ২ (খ) লা: ৪৯।

তাগে হায়রকপদা পুক্লিং চঙনা লাইরিক পাগে খন্না চঙলকপা অদু কায়রবদা মীকুপ্পুদা ওইরিবা মাগী ফীবম অদু '*কৈ কিদুনা চেল্লগা শওম ওক্করে*' হায়বা পাউরৌ অসিনা মপুঙ ফানা ফোঙদোকক্লি। অমরোমদা ঐখোয়গী সমাজদা অয়ুক নুমিদাংগী পুন্সিদা শীজিন্নরিবা পাউরৌশিং অদুগী ৱাখল্লোন অদু ম্মক অইবশিংনা অইবা সাহিত্যদসু পীরি হায়বা য়াই।

অনীশুবগী (খ) দা পীরিবা পাউরৌ অসিনা উপন্যাস সিদা য়াওরিবা খল নায়ক্কী মওংদা লৈরিবা বীরেনগী য়েক্লবা ওইরিবা অমদি উরিরৈদা অয়েৎপা পীদুনা উরিরৈগী ইমুংবু মাং তাক্লবা শীল্লিবা ভুবোন মপা মচাগী ফত্তবা মরমচৎপু তাকপনি। মহূ কন্নবা লিন্না চিকপদি লাইয়েংনবা হিদাক লৈ। অদুগা ফত্তবা মীগীদি হিদাক লৈতে হায়রিবসিনা ভুবোন মপা ধনজয় অমদি ভুবোনগা য়েংথি*নরুরবদি কাম্ফিগী*লমদা লৈরিবা মীশিংবু মাঙহন্নবা, তৌনিংবতা তৌবা ঙম্বা মরমচৎতুবু য়ান্না ফজনা পাউরৌসিগী মতেং লৌদুনা ফোঙদোক্লি। পাউরৌসি শীজিন্নবনা ভুবোন মপা মচা মী ওইরবসু মহূ কন্নবা লিন্দগী হেন্না শাথিবা মীওইশিংনি হায়বদুগী অশেংবা মশক খঙবা ঙমহল্লি। অসুম্না উপন্যাস অসিদা থেৎলিবা পাউরৌনা লাইরিকসিগী ফজবা গুণবু হেনগৎহনবতা নত্তনা লাইরিক অসিদা মীওই খরগী লমচৎ য়েকপদা য়াম্না নুঙ হজিন্না উৎপা ঙমহল্লি।

## ২। খম্ব থোইবী শৈরেং

"খম্ব থোইবী শৈরেং" মণিপুরী সাহিত্যগী অমতা ঙাইরবা থোইদোক হেন্দোক্লা শীংথানিঙাই ওইরবা মহাকবি হিজম অঙাংহলনা ইরম্বা ফোক এপিক্কী। মণিপুরগী মোইরাং হায়বিবা লমদমসিদগী পোক্লকখিবা খম্ব থোইবীগী ৱারী ওইজরবসু ঙসিদি মৈতৈ পুম্বগী ওইরি। পেনাগী চৈজিং শুবদা শক্লরক্লবা খম্ব থোইবীগী ৱারীসি ঙসিসু অদুম্মক অশৈবা কয়ানা শক শোন্নরি। শৈরেং লাইরিক অসিদসু মশীং লাকঙমদনা পাউরৌ শীজিন্নরি। পাউরৌশিং অসি কবিনা মতাং চানা শীজিন্নদুনা ৱারীগী ঈচেল অদু মপুঙ ফাহনবতা নত্তনা লমচৎ য়েকপদা মৈনা খঙান ঙানবদা পোৎশক অমবু মীৎমাঙদা খঙচিং চিংশিনবগুম য়াম্না ফজহল্লি। হায়রিবা পাউরৌশিং অদুদগী খরদং লৌখৎলগা মফমসিদা থমজরি —

১। *হৈরাং শংনা চাবনা তাওজিং য়াবু কুম্নৈদো।*
*মমুন ফাবা হৈতনা হৈরাং খোইথুন্নবনি।*

২। *লুদগীনা ঙানপ লু, খাওদগীনা ঙবোং খাও।*

৩। *পামেল লৈত-লমদুদা কেগে য়ুম্বী ওইবগুম।*

৪। *নিংথৌ ৱারুম শামু ৱারুম।*

৫। *পিক্রবসু শরেংনি, চাওরবসু শরেংনি।*

৬। *শন্না উরোকথোং লানবা উরবসু উদে হায়য়ু।*

৭। *নুংদা লাইরিক ইবনি ফক্লাং তেংপাক তম্বনি।*

৮। *শগোলনা লৌ চারগা ইরোই ফুব-শায়-হায়ো।*

৯। *হুইন ঙাওরা হুইবু থি, শন্ন ঙাওরা শনবু থি।*

১০। *মনাই খাওবুবা ৱাতাম্নৌ।*

১১। *অহন থিনা চফু মেল্লি।*

১২। *... চাসি কদায় মরুওই*
*হুন্দোকসিসু মতোং ওই ...* [২৭]

অহানবগী পাউরৌ অসিনা লাইরিক অসিগী 'কাংজৈ' হায়বা মতাংদগীনি। পাউরৌ অসি খম্বগী মরমদা চাউবনা হেন্না ফগৎহন্নিংলিবা মওং অদুবু ফোঙদোকপদা হায়খিবনি। নিংথৌনা কাংজৈদা খম্ববু অহানবা ওইনা শকখঙবিরবদা মনাক্তা থল্লগে হায়রকপদা নিংথৌদা চাউবনা মাগী মনাক্তা থল্লগা থৌগনলোন ব্যবহার তম্বীখিগে হায়খি। সনা লুপা কয়া মনা ওইনা পুখো হায়বসু চাউবনা য়াখিদে। খম্বগী মগুণ ফজনা খঙলবা মতুংদা কোন্না লৌজগে হায়খিবা মতমদা শীজিন্নরিবা পাউরৌসিনা হায়বসি ফজনা তাক্লি নিংথৌগা থাদোক্নবা য়াদনবা পোরম অমসু চাউবনা শীল্লি। অনীশুবগী পাউরৌ অসিনা চাউবা নোংথোনগী হৈ-শিংবা গুণবু উৎপনি। অহুমদা পীরিবা পাউরৌ অসিনা তান্নজফম লৈতবদগী খম্বনা নহা ওইরিবী মচেম খুমনুনা মমা মপাগী মহুৎ শিন্দুনা অহন লমন শক্লা লৌজবদুবু ফোঙদোকই।

মরীশুবগী অসিনা নিংথৌগী মতিক মগুণবু ফোঙদোকই। মজাইবেম্মা থোইবীগী লৈরাং থুংলমদনা খম্বনা মবাই ফৈরোইজাম্বদা চৎসি হায়রক্লবদা মবাই ফৈরোইজাম্বনা মশেন ইবুংঙো খম্বদা নিংথৌগী মজাইবেম্মনিনা লৈরাং থুংলমদনা চৎলুরবদি নিংথৌগী চৈরাক দন্দি ফংগনি হায়বদু ফোঙদোক্তুনা নিংথৌগী অৱাংবা গুণবু থাদুনা হায়বা পাউরৌনি। নিংথৌগা য়েংথিনরুবা য়াবা নত্তে হায়বদু ফোঙদোকই। মথংগী মঙাশুবা

[২৭] হিজম অঙাংহল সিংহ, *খম্ব-থোইবী শৈরেং*, (ইম্ফাল: চিত্রা প্রেস, অনীশুবা খুৎনম ১৯৮৬), লা: ৩৯, ৪৩, ১০৫, ২১১, ২১৯, ২৪০, ২৯৮, ৩২৫, ৩৪০।

পাউরৌ অসিনা মোইরাং লৈবাক্তদি মজা ইবেম্মা থোইবীনা নিঙোল মকোক অদুম্মক ওইগনি হায়দু তাকই। নোংবাননা, মাইবী চঙলিঙৈদা খম্বনা মঙোন্দা শেন পীদুনা কাও ফাজগে হায়রম্মী হায়না নিংথৌদা হঙ্গখি। মদুদা নিংথৌনা ৱাফমদুদা য়ানিংদবদু তরুকশুবা পাউরৌসি শীজিন্নদুনা তাকই। তরেৎশুবা পাউরৌ অসিনা মচেম খমনুনা মঙদা উরম্বা থৌদোক্ত অফবা ওইরোই হায়দুনা তমখিবদু খম্বনা অচুম্বনি খঙলকপা অদুবু ফোঙদোকপনি। নিপালগী পাউরৌ অসিনা মজাইবেম্মা থোইবীনা চিংখুবা যুবরাজ মঙোন্দা ফি পিখিদবগী নুংঙাইতবা অশাউবদু মমোম লাংলেন্দদি তাইনবা ঙমদ্রগা খুমন মচা খম্বদা তাইনদুনা হাৎকে তৌখিবা মওংদুবু পাউরৌসিনা তাকই। যুবরাজনা তাইনগদবদি মমোম লাংলেন্দা তাইনগদবনি, খম্বদা তাইনগদবা নত্তে হায়বদু ফোঙদোকই। মাপনশুবা পাউরৌ অসিনা চিংখুবা যুববাজগা মপু মোইরাং নিংথৌগা লৈনরিবা মচিন মনাওগী মরীদু তাকই। যুবরাজ চিংখুবনা ফত্তবা থবক তৌরবদি ময়াম্বা মোইরাং নিংথৌবুসু শোইদনমক্কী চেন্নফম থোকই হায়বদু ফোঙদোকপনি। তবাশুবদা পীরিবা পাউরৌসিনা নোংবান্না মজাইবেম্মা থোইবীবু পামজন্নবদগী মজাইবেম্মনা ঙাংলিবা ৱাঙাং অদু মাবু করেন্নবনিকা খঙদনা পংহদা হরাওদুনা চৈশুকা খুকল্লকপদুদা শৌরাদি নোক্লিংনা থোকখরে। মানা তৌরিবা মওং মানা খল্লিবা ৱাখল অদুনা চুল্লবনি হায়দুনা মনাই মশনগী মৱা-মপাউ হংলুদবগী ময়ামগী নোক্কনিংঙাই ওইবা মওংদা তারকই। মরম অদুনা মশাগী অশোযবদু খঙজদবনিনা মনাই মশনশিংদা ৱা তান্নগদবনি, অসুম্না তৌরবদি শোযরোই হায়বদু তাকই। তরামাথোইশুবা পাউরৌ অসিনা তাক্লিবনা মজাইবেম্মা থোইবীনা খম্বগী য়ূমদা শগোল থৌজিন্দুনা চঙশ্রবদা কবম্না খম্বগী যূমদগী অঙোম শাগৈদা পুরক্কদগে হায়বগী মবমদা ৱাতান্নরম্মী। ৱাতান্নবা অদুদা নোংবানগী মপা অঙোম নিংথৌনা হৌদোরকপা ৱাফম অদু ময়াম্না য়ান্নরকপা অদু ফোঙদোকপনি। অকোনবগী পাউরৌ অসিনা থোইবীনা খুমন য়ূমদা চৎশ্রবদা পাক্লা থীনবা য়াদবা কংলা যাইবুংবু নমদুনা থীনবদগী নিংথৌ শেম্বনা নোংবানবু ফাদুনা চৈরাপ্তা শিন্নরগা নিংথৌদা হঙ্গৎলরে। মদুদা নিংথৌনা নোংবান মাগীদমক্তা খনখিবা ৱাফম নোংবান মাবু অব্দম্বা দন্দি পীবসু পামদবা অদুবু পীদরে চৎনবী থুগাইরুবগী মওং অসিদা নিংথৌদা নোংবানগীদমক খনফম খঙদবা মওংদু ফোঙদোকই। নোংবানগী মরানগী হাযকুববদি অব্দম্বা দন্দি পীদবা য়াদবা মতাংনি অদুবু মনাউ ইবুংঙো যুবরাজনদি নোংবানবু লুনা চান্না তৌবা অমদি মপাঙ্গল মতিক মথৌনা লৈবগী যেংলুবগদি অমুকসু অব্দম্বা দন্দি পীবা ঙমদবা মওং অদুবু পাউরৌসিগী মতেংনা কবিনা য়াম্না ফজনা ফোঙদোকই।

মতৌ অসুম্না লাইরিক অসিদা অইবনা মতাং চানা মফম চানা পাউরৌ শীজিন্নদুনা লাইরিকসিগী গুণবু হেনগৎহন্দুনা অৱাংবা থাক্কী সাহিত্য ওইহল্লি।

## ৩। লবঙ্গ-লতা অমসুং ছাত্রমচা

লাইরিক অনী অসি খ্বাইরাকপম চাউবনা ইরম্বনি। 'লবঙ্গ-লতা' ১৯৩৪ দা লাইরিক ওইনা অহানবা ফোঙবনি। মসি মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা ঐতিহাসিক নোভেলনি। লাইরিক অসি খাগেম্বা মহারাজনা মণিপুরদা পাল্লিঙৈ মতমগী ৱারীদা যুম্ফম ওইরগা ইবনি। মৈতৈ লৈবাক্তা হায়নরিবা পাউরৌ "শানোংবা হিগায়ৱা" হায়নরিবা অসি থোকখিবগী ৱারী মতাংনি। খাগেম্বনা নিংথৌ ওইদুনা মনাওনিপা খ্বাইরাকপা অমদি য়াইস্কুললাকপা অনীগা লোয়ননা মৈতৈ লৈবাকপু ঙাক শেন্দুনা লৈরম্মী। হায়রিবা ইতিহাসকী ৱারী অসিদা কবিগী কল্পনানা শাগৎতুনা লবঙ্গ অমদি লতাস্নাগী নুংশি ৱারীদা যুম্ফম ওইরগা পুথোরকই। ৱারীগী পরিংদা সানোংবনা ময়াম্বা খাগেম্বগী মথক্তা লান হৌহন্দুনা মাইথীবদগী কাছারদা মনাই লবঙ্গ অমদি ময়াম্বগী মচানুপী লাতাস্নাসু য়াওনা পুন্না চেনখিরম্মী। লবঙ্গনা লান্দা শিরবদা মপা খ্বাইরাকপনা মজাইবেম্মা লতাস্নাবু মৈতৈ লৈবাক্তা হল্লসি হায়দুনা কৌবা লাকপদা মণিপুরদা থোকসি য়াদনা কাছারদা অদুম্মক লৈহৌই। অসুম্না লতাস্নাবু সতী ওইবী নুপীশিংগী চরিত্রদা শাগৎতুনা উপন্যাস অসিদা উৎলি। অসিগুম্বা লাইরিক্কী ৱারী পরিং অসি চৎথরকপদা অইবনা পাউরৌবু মফম মতম চানা শীজিন্নদুনা হাপ্পীরম্মী। অসুম্না লাইরিকসিদা শীজিন্নরল্লিবা পাউরৌশিং অসি য়াম্না তাঙনা মগুণ লৈনা হাপ্লম্মী। মগুণ লৈবা পোৎতি মমল য়াম্মী হায়নবগুম্না লাইরিকসিদা য়াম্না তাঙনা শীজিন্নরল্লিবা পাউরৌশিং অসিনা উপন্যাস অসিবু হেন্না মগুণ লৈহল্লি। লাইরিকসিদা শীজিন্নরল্লিবা পাউরৌশিং অদুদি ঃ

*কৈগা কৈগা শামুগা শামুগা*
*খোংবান্দা তারবা যনবু চিঙখৎপিরগা*
*মাবু চিংখৎপিরিবা মী অদুবু ৱাইবা*[২৮]

অহানবগী পাউরৌ অসিনা ফোঙদোক্লিংলিবদি খ্বাইরাকপগা য়াইস্কুললাকপগা অনী অসিনা হীরম খুদিংদা, পূকচেন্দা, লিংজেন্দা চপ মান্নে, অমনা অমবু হেন্নদে হায়বদু তাকই। অনীশুবগী পাউরৌ অসিনা লাইরিকসিদা নায়ক ওইরিবা লবঙ্গগী থম্মোইদা ফাওরিবা নুংনাংবা ৱাখল অমবু ফোঙদোক্লি। হায়বদি মাবু শেম্বীরক্লিবা,

[২৮] খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ, *লবঙ্গ-লতা* (ইম্ফাল: ৪ শুবা খুৎনম, ১৯৭০) লা: ৫৪, ৫৭।

মাগী মাইকৈদা লৈরিবা য়াইস্কুললাকপবু হূন্দোক্লম্লগা খ্বাইরাকপা অমদি নিংথৌগী মীচঙদা য়াওরুরবদি মশাগী ওইজবা থিবা, তৌবিম্ল খঙদবা, মপু মশক খঙদবা মী ওইরগনি হায়বদু ফোঙদোকপনি। অসুম্না পাউরৌশিং অসি পুশিল্লক্তুনা অইবনা ফজরবা পাউজেল কয়া হাপ্লকপা উবা ফংঙি।

ছাত্রমচা লাইরিক অসি ৱারেং তরামবি (১৪) না পুনশীল্লগা শেম্বা ৱাবেংগী লাইরিক্নি। হাযরিবা ৱারেংশিং অসিগী মনুংদগী ৱারেং খবদা অইবনা পাউরৌ শীজিন্নদুনা ইরম্মী। অদুবু ইরোই লোইবগী 'পাউতাক খরা' হায়বসিদি 'পাউরৌনা' অয়াম্বনি। লাইবিকসিদা শৈরেং খরা হাপ্লগা ৱারেংনা অয়াম্বা ইবনি। ৱারেংশিং অসিদা শীজিন্নরিবা পাউরৌশিং অসি খরদং লৌখৎলগা থমজরি —

মরাইবক ফবা ছাত্রশিংনা মহৌশানা নাপল
য়াওগল্লি (য়াওদ্রবদি মপা লৈত্রবা ছাত্রনি) অমসুং

১। *লাইরেন্না লফুৎ কাদুনা শি হায়বগুম্না খাংঙুথক্তা*
মাংগল্লি।.. তৌইগুম্বসুং অফবা ছাত্রশিংগী ৱাখল
অমসুং লৌশিংদি -

২। *তোইনা শীজিন্নবা থাংগুম্বনি, ফুদোংলবা সনাগুম্বনি।*

৩। *খোং চোৎলগা চিল চোৎলি।*

৪। *মরাইবকনবু তমদ্রবদি নোম্বঙাকনসু চৎনদে।*

৫। *ৱাদনা নুংঙাইবা লৈতে।*

৬। *মীওইবগী পুনশি হাইবা অসিদি থমনা মথক্তা পকপা*
*ঈশিংগুম্বনি।*

৭। *মৈবু উৎনা কুপতুনা থম্বা য়াদবগুম্না।*

৮। *মীনা য়ারগা লাইনা য়াবনি।*

৯। *লৈগী মনম নুংশিৎনা পুই,*
*মীগী মনম চিন্না পুই।*

১০। *থৌবান্দোং চফুবু কাইনবা য়ৈবরা?*

১১। *মচা চানবদি পুকনুংদা চাললু।*

১২। *হুইবু লুনা তৌরবদি লুতোন লেকই।*

১৩। *অনম কল্লগা মাইবী চংই।*

১৪। *খাংবা কল্লগা ফমেল ফংই।*

১৫। *অরা নুংঙাইবা হায়বা অসি কনাগীসু পিবা ফম নত্তে।*

১৬। *তল্লবদি তৌরুনু তৌরবদি হনগনু।*

১৭। *মপাম চাকসু চাদা মরা চাকসু চাদা।*

১৮। *অয়ুক পান থারগা নুংথিল পান ফুকপা য়াবা নত্তে।*[২৯]

অহানবগী পাউরৌ অসিনা ছাত্রশিংগী ৱাখল মওংবু তাকই। লাইরেন্না মগুণ ঙাক্নবা হোৎনবদা লফুৎ কাদুনা শিবগুম নাপল কাবা ছাত্রশিংসু অরেম্বদা মাঙগল্লি হায়বদু তাকই। অনীশুবগী পাউরৌ অসিনা তোয়না শীজিন্নবা থাঙনা মথৌ লৈবগুম, ফুদোংলবা সনানা ফজবগুম অফবা ছাত্রশিংগী লৌশিং জ্ঞানসি য়ান্না থৌই হায়বনি। অহুমশুবদা পীরিবা পাউরৌসিনা হোৎপূ হোৎনরবদি খরগী মখৈদি কান্নবা ফংহল্লি হায়বদু তাকই। মরীশুবগী অসিনা হোৎনবা ঙাক্তনসু চৎনদে, লাইবক্না তম্বনা হেন্না লুই হায়বদু তাকই। মঙাশুবগী পাউরৌসিনা তাক্লিবনা শু-নোম্লগা নুংঙাইবনি হায়বসি। তরুকশুবা অসিনা মীওইবগী পুন্সিদি তম্বা ঙমদে হায়বদু তাকই। তরেৎশুবদা পীরিবা অসিনা ফগুবা লৌনম তৌদুনা ফনবা হোৎনরবসু ফত্তবদুদি অদুম খঙলক্কনি লোৎপা য়ারোই হায়বদু তাকই। নিপালশুবদা পীরিবা পাউরৌ অসিনা মীওইবনা য়ারবদি ঈশ্বরনসু য়াই। মাপনশুবা পাউরৌ অসিনা মীওইবগী চীন্দা ঙাংথোকখিবা হায়বসি লুই। মী অমগী লমচৎ শাজৎ মওং মতৌ অসি মানা ঙাংথোরকপদগী খঙবা ঙম্মী হায়বদু তাকপনি। তরাশুবদা পীরিবা পাউরৌ অসিনা মমা মপা ওইবশিংনা মচা-মশু ওইবশিংবু ৱারক ৱাতেল্লিবা অসি মাংখ্রসনু তাখ্রসনু হায়না ৱারকপা নত্তে। হৈসনু-শিংসনু হায়দুনা ৱারকপনি। তরামাথোইশুবগী পাউরৌ অসিনা মমা মপানা অঙাংবু নুংশিনা লুনা চান্না তৌবসি মপান থোক্লা তৌগনু। মপান থোক্লা তৌরবদি অঙাংশিং অদু নাউ চাউদুনা কেথোক্কনি হায়বনি। তরানিথোইগী অসিনা কনাগুম্বা মীওই অমনা অতোপ্লা মখা থাবা মী অমবু লুনা চান্না তৌবদা লুনা তৌরিবা মীদুগী তৌফম থোকপা চাংদগী কা হেন্না হেনজিন্না লুনা চান্না তৌরুরগা নাউ চাউদুনা মী উরক্তবা ওই। তরাহুমদোই

[২৯] শ্রী খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ, *ছাএমচা*, (ইম্ফাল: গোবর্নমেন্ট প্রেস, ১৯৬২) লা. ১০, ২২, ২৪, ২৫, ৩৫, ৪১, ৪৯, ৫১, ৫২।

অমদি তরামরীশুবা পাউরৌশিং অসিনা মীওইবনা কন্না হোৎনরবদি অফবা ওই হায়বনি। তরামঙাশুবগী পাউরৌ অসিনা মীওইবগী পুন্সিদা থেংনরিবা অন্নাবা নুংঙাইবা হায়বসি লেঙদনা অসুম লৈগদবা নত্তে, অহোংবা নাই হায়বদু ফোঙদোকপনি। তরাতরুক্কী পাউরৌ অসিনা থবক অমা তৌবা হৌরুরবদি লোইশিন্নবা তৌ হায়বদু ফোঙদোকই। তরাতরেৎশুবগী পাউরৌনা মথোং চাদবী নুপীগী মওংবু তাকই। থবক অমা তৌবদা অমনা অমুক ফগদরা অমনা অমুক ফগদরা খনবদগী হোংদোক হোংজিন তৌবদগী মফম অমতদগীসু কান্নবা ফংদদুনা মথোং চাদবা ওইরকপা মওংদু তাকই। তরানিপালশুবগী পাউরৌ অসিনা হোবে হোবে মথোং মরম খঙদনা তৌবা থবক্সা অফবা ওইদে হায়বদু তাকই।

## ৪। অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎকী অপুনবা খোর্জেই (অহানবা শরুক)

কবিসিনা ইরম্বা লাইরিক অহুম্না পুনশিল্লগা পুথোকপা অপুনবা লাইরিকনি। লাইরিকশিং অদুদি 'কংশ বধ', 'মোইরাং থোইবী', 'ভাগ্যচন্দ্র' হায়রিবশিং অসিনি। 'কংশ বধ' লাইরিক অসি কৃষ্ণনা কংশবু হাৎখিবগী ৱারীনি। 'মোইরাং থোইবী' লাইরিকসিদা মজাইবেম্মা থোইবীবু হিন্দু ধর্ম্মগী সতীগী গুণ অদু চপ চানা হাপ্পগা ই। 'ভাগ্যচন্দ্র' লাইরিক অসিদনা মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র অমদি মোইরাংদা পানখিবা নিংথৌগী মাম্মা খেলৈ নুংনাং তেলহৈবগী মরমদা ইবা লাইরিকনি। কৃটিকশিংনা 'ভাগ্যচন্দ্র' লাইরিক অসি সেক্সপিয়ারগী 'মেকবেথ'কী মওংগা মান্ননা ইবনিসু হায়নৈ। লাইরিকশিং অসিদা শীজিন্নরিবা পাউরৌ খরদং লৌখৎলগা থম্লি—

১। *কাংখদা লিন চংবা*
*খুজিন্দা তুম য়ুবা।*

২। *থিকনেম্বনা থা লাম্বা।*

৩। *অরংবা পুম্নমক সনা নত্তে।*

৪। *খুরক্কী ঈনা লাই শারে।*

৫। *শাগৈগী মৈতাল অশিবা।*[৩০]

---

[৩০] অরাম্বম সমরেন্দ্র (ফোঙ), *অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎকী অপুনবা খোর্জেই,* (অহানবা শরুক) (ইম্ফাল ভাগ্যবতী কার্য্যালয়, চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস, অহানবা খুৎনম, ১৯৮৭) লা: ৭, ২৭৪, ৪৯৯, ৫৪৯, ৫৫০।

অহানবদা পীরিবা পাউরৌ অসি "কংশবধ" লাইরিক্তগীনি। কংশগী থম্মোইদা দেবকিগী নিপালশুবা মচাগী মরমদা খল্লুবদা নুংঙাইফম খঙদবা অমদি লৈতাফম খঙদবা মওং মশাদা রাই ইচিন চিন্দুনা লৈবগী মশক্তুবু পাউরৌ অসিনা উৎলি। অনীশুবা অমদি অহুমশুবা পাউরৌ অসিনা "মোইরাং থোইবী" লাইরিক্তগী লৌথোরকপা পাউরৌশিংনি। অনীশুবগী পাউরৌ অসিনা খম্বনা থোইবীবু পামজবা অদু মতিক মপা ওইদে, মতিক লৈতনা অরাংবা পাম্বা অদু তাকই। অহুমশুবগী অসিনা চাউবা নোংথোন্না পাউরৌসিবু শীজিন্নদুনা নুপী খুদিংমক অসি সতী নত্তে হায়বদু ফোঙদোকপনি। মতাংসিদদি মরুওইনা মজাইবেম্মা থোইবীবু সতীগী গুণ চেনবীনি হায়দুনা থাক রাংনা থাঙ্গৎতুনা নুপী অতৈদগী থোইবীনা হেল্লি হায়বদু তাকপনি। মরী অমসুং মঙাদা পীরিবা পাউরৌশিং অসি "ভাগ্যচন্দ্র" লাইরিক্তগী লৌথোরকপনি। মরীশুবদা পীরিবা পাউরৌ অসিনা খেলৈ নুংনাং তেলহৈবনা নিংথৌ ওইবসি পামদদুনা পোকমিন্নবা মনাওনুপা যাদবনা ময়াম্বগী মায়োক্তা লান হৌরক্তুনা মাঙনবা শীল্লক্নে হায়বসি লাইশ্রবীনা পাউরৌসিগী মতেংনা ফোঙদোক্লি। মঙাশুবগী পাউরৌ অসিনা খেলৈ নুংনাংনা মাগা রাখল মান্নদ্রবা, লম্বী তিন্নদ্রবা মনাও যাদবপু য়ানিংদবা ফোঙদোক্তুনা শাগৈগী ওইনা লেমফম লৈত্রবনি হায়না চৈবদু ফোঙদোকপনি। অসুন্না মতাং চানা মফম চানা লিক্না হৈনা শীজিন্নরিবা পাউরৌশিং অসিনা লাইরিকশিং অসিদা ফজবা ওইহল্লি।

## ৫। বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী

লাইরিক অসি মহারাজকুমারী বিনোদিনীনা মণিপুরদা পানখিবা মহারাজ সুরচন্দ্রগী মজাইবেম্মা সনাতোম্বীগী মরমদা ইবা উপন্যাসনি। মসি সাহিত্য একাদমীগী মনা ফংলবা লাইরিকনি। অসিগুম্বা উপন্যাস অসিদা লমদমসিগী নাৎকী ওইবা চৎনবী লীচৎ কয়াবুসু ফজনা উৎলি। মণিপুর ইতিহাসকী মতুং ইন্নদি মরাল লৈরে হায়নিংলিবী সনাতোম্বী অইবীগী উপন্যাস অসিদদি মরাল লৈতবগুম উহনবা ঙম্মী। মঙোন্দা নুংশিদবগী মীৎয়েং থম্বগী মহুত্তা মীনুংশিদুম পোকহল্লি। য়াম্না ফজনা অইবীগী কল্পনানা শাগত্তুনা উৎলিবা রারী পরিং অসিসু থোৎ মেংনা ফজবা ওইহল্লি। উপন্যাস অসিদা সনাতোম্বীনা মেক্সুয়েল কায়নরবা মতুংদা ওইহৌবা অরাবা ফিভম, মতমদুগী লৈপাক্লা মাগী মফমদা য়েংবা হঙ্গোইবা মীৎয়েং অমদি তুরোন্নবা নিংথৌগী মচাশিংনা অমগা অমগা য়েংথীনবদগী মীরৈবাক মচানা খুদোংচাবা লৌদুনা খুৎ থিংজিল্লকপা কয়া অসিবু অইবীনা লাইরিকসিদা উৎলি। লাইরিকসিদা অইবীনা য়াম্না ফজনা মতাং চানা চানা হাপ্লিবা পাউরৌ খরদং লৌখত্তুনা মখাদা পীজরি —

১। *খুরককী ঈনা লাই-শাবা।*

২। *চফু কায়রগা কাকনা হরাওই।*

৩। *থিঙেন তাইনবা ঙমদদুনা নাসিখোং তাইনবা।*[৩১]

অহানবগী পাউরৌ অসিনা মমা তিন্নদবা মহারাজ সুরচন্দ্রগী মচিন মনাওশিংগী মরক্তা লৈরিবা য়েংথীনবগী মশক অদুবু ফোঙদোক্কুনা তাক্লি। মখোয় মশেল অমনা অমগী মাঙনবা শীন্নরিবা মওংদুবু ফোঙদোকপা মতাংদা শীজিন্নখিবা পাউরৌনি। অনীশুবগী পাউরৌ অসিনা মণিপুরগী য়েরুবা ওইরিবা বৃটিশনা মখোয়না খুৎ থিংজিনবদা নুংঙাইনা থোক্লনি খনবা মওংদু তাকই। পোকমিন্নদবা মণিপুরগী নিংথৌ মচা-মশুশিংনা অমগা অমগা নুংশিনদবদগী মাঙননবা শীন্নরকপা অদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা বৃটিশনা মণিপুরবু লোই চন্দুনা খুদুম চনখিবগী মওং অদুবু তাকই। মীরম মচা ওইরিবা বৃটিশনা নিংথৌ মচাশিংনা খৎনরকপদগী নিংথৌ কোনুংগী কায়থরক্লবা মরীশিংদুদা অপেনবা হরাওবা পোকপদু অইবীনা মতাং চানা 'চফু' কায়রগা কাক্লা হরাওই' হায়বা পাউরৌসি পুশিল্লক্কুনা যাম্না ফজনা ফোঙদোক্লিংলিবা রাফমবু ময়েক শেংহল্লি। বৃটিশ সরকারনা কংলা শাবু তমথিবা মওংদা কাপখাযদুনা মাঙহনখি। অসুম্না কংলা শাবু মাঙহনখিবা অসি নাকোইননা মণিপুরী প্রজাশিংদা শাউনিংবদু ফোঙদোকপনি হায়বসি অহমশুবা পাউরৌসিনা উৎলি। অসিগুম্বা তৌগদবা মফমদদি তাইনবা ঙমদ্রগা করিসু ঙম্লরোইদবা মফমদা অঙম্বনি হায়দুনা তৌবগী মওংনি হায়বদু মেক্সুয়েলনা খল্লি হায়বসি পাউরৌসিগী মতেং লৌদুনা অইবীনা উৎলি। অসুম্না মতাং চানা শীজিন্নরকপা পাউরৌ খরসিনা অইবীগী খুৎইবু হেন্না নিংথিবা ওইহল্লি।

## ৬। তোনু লাইজিংলেম্বী

লাইবিক অসি সরাংথেম বরমনিনা ইবনি। লাইরিক অসিদা মোইরাং লমদা নিংথৌ পাম্লিঙৈ মতমগী চৎনবী অদুবু মশক তাক্কুনা ইবা লাইরিকনি। মোইরাং শাইওন তরেৎকী মনুং চন্না লৈরিবা শাইওন অমনি হায়না লৌনরিবা। লাইরিকসিদা অইবনা ইরিবা রাবীদি, তোনু লাইজিংলেম্বী অমদি কদেং থাংজহনবা অনীগী নুংশিবগী অশেংবা শক্তম অদুনি। কদেংনা লৈবাক্কীদমক শা ফাবা চৎখিঙৈদা তোনু লাইজিংলেম্বীবু নিংথৌকোন্দা পুখৎতুনা লৈমশিংদা চনখি। লৈবাক্কী রানা লুবনা, মপাবু কৈশুমশঙদগী

[৩১] মহারাজকুমারী বিনোদিনী দেবী, *বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী* (ইম্ফাল· রাজস্টোর, পাওনা বাজার, অহানবা খুৎনম, ১৯৭৬) লা ৬১, ৯৩, ১৮১।

হন্দবা য়াদবা ওইবগা তোনু মশানা পামজদ্রবসু নিংথৌ কোন্দা লৈদুনা মোইরাং নিংথৌগী তাল্লোইশিংদা চনখি। তোনু-কদেং অনীগী থম্মোইগী অশেংবা নুংশিবগী শক্তন্না অমুক হন্না মবানি ৱাইথুংনজখিবগী ৱারীনি। মতাং-মতাংগী চান্না পাউরৌশিংবু হাপ্তুনা সাহিত্যগী ফজবা হেনগৎহল্লি। মদুদি —

১। *মরিংনা শাবা শংবাইবু*
*নামা হাংনা শাদেদো।*[৩২]

নুংশি ৱাখন্দা ঙাওরবী নিঙোল ওইবী তোনুগী থম্মোইদা ফাওরিবা নুংশি মৈচাক অদুবু ফোঙদোক্তুনা মনাই ওইবী থোইনুনা মবেম্মগী মফমদা লক্লদুনা নুংশিনা হায়খিবা ৱাহৈশিংনি। ৱাহৈশিং অসিগী মতেংনা তোনুনা নিংজরিবা মশাবীদু শোয়দনমক্কী মনাক্তা লাক্কনি ৱারুন্নু হায়দুনা মনাই থোইনুনা ফোঙদোকখিবা মতাংনি। অসুন্না পাউরৌসিনা নুজা ওইবীশিংগী থম্মোইগী নুংশিবগী ঈঙ্গিৎপু ময়েক শেংনা তাক্তুনা ফোঙদোকই।

## ৭। ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ হঙ

মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা মমিং লৈরবা শ্রী এলাংবম দীনমনিনা ইবা ৱারী মচাগী লাইরিকনি। লাইরিক অসিদা ৱারী মচা তরামরী য়াওই। হায়রিবা ৱারীমচাশিং অসিগী মরক্তগী "ইদু নিংথৌ ইপাম মৈ চুরো" হায়বসিবু মতাংসিদা লৌখৎলি। ৱারীমচা অসিদা শীজিন্নরিবা পাউরৌ —

*অশি হৈবোং থারগা থৈবোং হেকপা য়াবা হৌনদে।*[৩৩]

মসিনা তাক্লিবনা মণিপুর লমদমসিদা ওইরিবা লৈঙাক্লোনগী অশোয়বা মওংদুবু করেম্নদুনা হায়বা ৱাহৈশিংনি। কান্নদবা ওইরোইদবা মীওই ঙাক্তা খনগৎলগা লৈবাক্কী শাসন পায়দুনা লৈরে। মরমদুনা লমদমসিগী কান্নবা, ফনবা অমতা তৌথোরক্লরোই হায়বদু ফোঙদোকই। অসুন্না অইবনা অসিগুম্বা ফজরবা পাউরৌ অসি পুশল্লক্তুনা ফোঙদোক্লিংলিবা ৱাফমবু হেন্না ময়েক শেংহল্লি।

## ৮। ক্বাককী মচা ক্বাক উরোককী মচা উরোক

লাইরিক অসি শক্লাইরবা ৱারীমচা ইবা শ্রী লমাবম বীরমনিনা ইবনি। লাইরিকসিদা পূন্না ৱারীমচা তরানিংথোই য়াওরি। অইবা অসি ১৯৮৪ দা 'চেক্লা পাইশ্রবদা' হায়বা

[৩২] সরাংথেম বরমনি, *তোনু লাইজিংলেম্বী,* (ইম্ফাল: ২শুবা খুৎনম, জুন ১৯৬৪, লা: ২।
[৩৩] এলাংবম দীনমনি সিংহ, *ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ হঙ,* (ইম্ফাল: অহানবা খুৎনম ১৯৮১) লা: ৪১।

ৱারীমচাগী লাইরিক্তা সাহিত্য একাদমীগী মনা ফংখ্রবনি। মতাংসিদা লৌৎলিবা ৱারী মচাগী লাইরিক অসিমক্কী থোক্লিবা মিংথোল অসিমক মণিপুরী সমাজদা চৎনরিবা পাউরৌ অমনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারীমচা 'শামু দশা ফত্তবা অমসুং হঙোই' হায়বা অসিদা মতাং চানা শীজিন্নরিবা পাউরৌবু লৌখৎলগা মখাদা পীরি —

*দোলাই তোংবীগীদমক ৱাইকুপ পুবীনা ৱাবিরিবনো?*

মতাং অসি ৱারীমচা অসিদা য়াওরিবা নিংথেমচানা শীবদা মাগী মচাশিংনা অরাপ্পা মপান লম লন্দন, জর্ম্মন অমদি দিল্লিদা লৈখ্রবনিনা মপা শিবা য়াওবা নংদ্রে হায়দুনা অশিবা পুরকপা য়েংলিবা ময়াম অদুগী মরক্তগী অমনা ৱানা হায়রকপা তাবদা অতোপ্পা অমনা পাউখুম ওইনা ৱাহৈশিং অসি হায়দুনা মখোয়না ৱাবিবগী করিসু কান্নদে হায়বদু ফোঙদোকই। অমনা লাইরিকসিমক্কীসু মিংথোল লৌরিবা ৱারীমচা "ক্বাককী মচা ক্বাক উরোককী মচা উরোক" হায়বসিদা শীজিন্নরিবা পাউরৌশিং অসি মখাদা পীরি —

১। *মৈরিকপীদগী মৈজাওবী।*

২। *শামু অনী য়াথিন্নবদা হঙোইনা কৈদৌদোইনো?* [৩৪]

অহানবগী পাউরৌ অসিনা তাক্লিবদি করিসু নত্তবদগী অচৌবা লাক্কা ফানবা ঙমদবা ওইরক্লবা মহাজন অমদি বোকুন অনীগী য়েংথিনরকপগী ফিভম অদুবু তাকপনি। অনীশুবগী পাউরৌ অসিনা মতিক মগুন লৈবা শেন পায়বা মান্নবা মহাজন অমদি বোকুননা য়েংথিনরগা মরাল লৈজদবা লাইরবা লৌমী য়াইমনা করি তৌবা ঙমগদৌরিবনো হায়বদু ফোঙদোকপনি। অসুন্না ইচম চন্না হায়বদগীদি পাউরৌশিং অসি য়াওহল্লগা হায়রকপা ৱাহৈশিং অসিনা হেন্না কনশীনবা অমদি সাহিত্যিক ওইবা অমসু পোকহল্লি।

## ৯। চেঙনী খুজাই

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী দ্রামাগী লমদা মফম চাউনা কল্লিবা জি, সি, তোংব্রানি। অইবগী দ্রামাগী লাইরিক অসিদা ডিমোক্রেসিবু করেন্নদুনা উৎলি। দ্রামাসিদা অইবনা মণিপুরী সমাজগী লৈরিবা রাজনীতি লৈঙাক শাসনগী মরমদা চৎনরিবা সমাজগী

[৩৪] লমাবম বীরমনি, *ক্বাককী মচা ক্বাক উরোককী মচা উরোক,* (ইম্ফাল ভী আই পব্লিকেসন্স, ১৯৮৮) লা: ৫৮, ১০৭।

অমোৎপা কয়াবু নোক্লা করেম্নদুনা পুথোক্লি। গনতন্ত্রগী চৎনবিবু ফজনা ইনবিদ্রবা রাজনীতি বালাশিংগী চৎনবীবু অইবনা করেম্নদুনা উৎলি। অসিগুম্বা মওংসিবু উৎলকপদা অইবনা পাউরৌগী মতেং লৌদুনা ফোঙদোরক্লি —

১। *খুৎশাদসু খুবী খুনাও খায়রিবা।*

২। *নিংথৌগী মনা ফক্লাংদা থেৎলি।*

৩। *ক্না মতপ অমনা চীন পৈবা।* [৩৫]

মথক্কী অহানবা পাউরৌ অসিনা তাক্লিবদি ফম পায়মিন্নরিবা রাজনীতিবালাশিং অসিনা লৈবাক পুমিন্নরকপদা পায়রিবা ফমশিং অদু অমগা অমগা চাউবা চপ মান্নদে হায়বদু ফোঙদোকই। ফম চাউবা মান্নদবনিনা ফংগদবা শেনফমসু চপ মান্ননা য়েন্নবা য়াদে, খেন্নগদবনি হায়বদু অইবনা পাউরৌসিগী মতেং লৌদুনা য়াম্না ফজনা করেম্নদুনা ফোঙদোকই। অনীশুবগী অসিনা লৈবাককী লৈঙাক-শাসন পায়রিবা অঙম্বশিংবু নুংশিদদুনা থীনা ঙাংলবদি ঙাংলিবা মীদু অরাবা তাগনি হায়বদু ফোঙদোকপনি। অহুমশুবগী পাউরৌ অসিনা মতমসিগী সরকার পায়রিবা মীওইশিংবু য়ানিংদবা ফোঙদোকপা তৌদনা পেহ্লোকপা তম্মু হায়বদু উৎপনি। অসুম্না অইবনা য়াম্না ফজনা পাউরৌশিং অসি লৌদুনা ঙসিগী লৈঙাক-শাসন পায়রিবা মীওইশিংবু করেম্নদুনা পুথোকই।

## ১০। দশা

লাইরিক অসি অরাম্বম সমরেন্দ্রনা ইবনি। ড্রামা লাইরিক অসিদা অইবনা বারীগী পরিং নাইনা ইথরকপদা পাউরৌগী মতেং লৌদুনা ফজনা উৎপা মতাং কয়া য়াওরি। হৌজিক্কী লৈরিবা মণিপুরী সমাজগী মশকপু করেম্নদুনা উৎপনি। হায়বদি সমাজসিদা লৈরিবা লাইরিক-লাইশুগী মঙালদি ফংলবা মরমদম্বুদি কয়া থওইনা খন্দবা হৌজিক কালগী অচৌ-অশাংশিংনা চৎনরিবা মওং অমসুং নুপী লোনবগী চৎনরিবা মওং কয়াবু মাগী লাইরিকসিদা উৎলি। অসিগুম্বা কয়াসিবু উৎলকপা মতমদা অইবনা য়াম্না লীক্লা শীজিন্নরম্লিবা পাউরৌ অসিনসু সাহিত্যগী লমদা ফজবা হেগৎনবগী মচাক ওইরি। লাইরিকসিদা শীজিন্নরিবা পাউরৌ অনীদং লৌখৎত্তুনা পীজরি —

[৩৫] জি, সি, তোংব্রা, *চেঙনী খুজাই* (ইম্ফাল: সোসাইটি থিয়েটর, মণিপুর অহানবা খুৎনম, ১৯৭২) লা: ১৯, ৪২, ৫১।

১। *নুংদা হেক লাইরিক ইগদৌবনি।*

ব্রাহৈশিং অসি শবৎ অমদি শরৎকী নুপী অনীনা ঙাংনরকপা মতমদা শরৎকী নুপীনা শবৎপু যানিংদবদগী হায়বদি শবৎকুম্বা নুপা ওইবশিংবু য়ানিংদবা, মখোয়না নুপীবু হম্বুনা যেংবা অমদি খনবিবা মওংদুবু পেন্দনা ফোঙদোকপা ব্রাফন্নি।

২। *কৈন্না তোকপা পোকপা হৌনব্রা?* [৩৬]

পাউরৌসিনা শ্যামগী মমা মপা অনীনা শ্যাম্না নুপী চেন্দুনা মফম খঙদবা মতমদা শান্নখিবা ব্রারীদা। মপানা মমাদা মচানুপানা নুপী চেল্লিবসি খঙবরা নঙসু য়াওবরা হংবা মতমদা মমানা খুমখিবা পাউখুমনি। পাউখুম অসিদা শ্যামগী মমানা মপাদা হান্নদগী শাউনিংদুনা থম্মোইদা লৈরম্বা ব্রাফমসু য়াওনা ফোঙদোকপা ঙমহল্লি। শ্যামনা নুপী চেল্লিবসিসু মপাগী মরমচং লৌদুনা তৌরিবনি হায়বদুসু ইরাই লাইনা ফোঙদোকপা ঙমহল্লি। হায়বদি মতাংসিদা খুমহল্লিবা শ্যাম মমাগী পাউখুমসিনা লিলাসিদা য়াওরিবা শ্যাম মপাগী চরিত্র অমদি মচানুপাগী চরিত্রগী মশকপু ফজনা তাক্লি। নাকোইননা হায়বা ব্রাহৈ ওইনা পাউরৌ অসিনা মতাং চানা করেক্তরশিংগী ব্রারী ব্রাতাই (দাইলোগ) দা ফজবা মপা চাবা ব্রারী ওইনা ড্রামাগী ফোর্ম ওইহনবদা অচৌবা মতেং ওইরি।

সাহিত্যদা পাউরৌনা মমাঙঙৈদগী হৌনা চাউরবা মফম অমা কন্দুনা লাক্লী। ব্রাফম অসি পন্দুপ অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী তাক্কক অহম্মক্তা ইরম্বা লাইরিক খরা লৌখত্তুনা নৈনবা অসিদগী ময়েক শেংনা খঙবা ঙম্মী। মীৎয়েং অমরোমদগী মণিপুরী সাহিত্যদা ঐখোয়গী পাউরৌশিং অসিনা পীরিবা চাউরবা অবদান অমনি হায়বসু য়াই।

মণিপুরী সাহিত্যগী অইবশিংনা মমাঙঙৈদগী হৌনা নিংথিরবা সাহিত্যিক ওইবা গুণ কয়াবু ব্রাত্তনা অমদি অতাবদা পেলহনবতা নত্তনা অব্রাংবা থাক্তা থন্ননবা হোৎনরকই। ইচম চম্না লিশাং শীৎনা ব্রারী লিরবদি পাবদা নৎত্রগা তাবদা তম্বুবা য়ারবা মতাং কয়াদা পাউরৌ শীজিন্নদুনা তম্বুদনবা মচাক পীবতা নত্তনা পাউরৌগী নুংগী ব্রাখল্লোন অদুনা চেৎশীনবা ব্রাখল অমসু পানা পানা খলহল্লী। লোয়ন-লোয়ননা পাউরৌনা অফবা সাহিত্যগী গুণ ওইরিবা ব্রাহৈ খজিক্তংনা অর্থ য়াম্না চেনবা (ইকোনোমী ওফ ব্রার্দ) ব্রাখল ফোঙদোরুবা পাম্বৈ (তুল) অমসু ওই। অসিগুম্বা মচাক ময়ামসি ব্রাত্তনা য়াওবনা সাহিত্যদা অইবশিংনা পাউরৌ শীজিন্নরিবনি। মতাং অসিদা ফাওরবী

---

[৩৬] অরাম্বম সমবেন্দ্র সিংহ, *দশা,* (ইম্ফাল ইস্টর্ন প্রিন্টিং এন্দ এলাইদ ইন্দস্ট্রিজ কোনুং লমপাক, ১৯৭৮) লা ৪৬।

ফোকলোরিষ্ট হেদা জেসন্না পাউরৌগা সাহিত্যগা লৈনবা মরীগী মতাংদা হায়খিবা বাহৈ খরদং অমুক নিংশিংবা মতাং চায় —

> Besides being an element functioning in a social context, the proverb is a work of literature, and has to be considered as an element of language as well .... The metaphor may be used for its literary beauty, or for its connotations in the verbal context which the same thought, expressed literarily would not have.[৩৭]

[৩৭] Heda Jason, "Proverbs in Society: The Problem of Meaning and Function". *Folklore* Vol. XXVII, 9, Sept. 1986, p. 180.

# মণিপুরী পাউরৌগী মখল

ফোকলোব নৈনবগী খোঙথাংনা অসুম অসুম মাঙলোমদা চংশীল্লকপগা লোযননা ফোকলোবগী মচাকশিংবু যান্না কুপশিন্না বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎযেংলোমদগী যেংননবা ফোকলোবিষ্ট কযানা হোৎনবককই। তোঙান তোঙানবা লমগী ফোকলোবগী মচাকশিং অসিবু পাদম লাকশীন্দুনা নৈনবগী মীৎযেং অমদি মখল খাযবনি। মীওই কাঙলুপ অমগী মনুংদা ফংলিবা মিথ, লেজেন্দ ফুঙ্গাৱাবী, পাউবৌ, পাউখোংনচিংবগী মখলশিং অদু খঙদোকপা ঙম্লবদি অতোপ্পা লমগীগা মান্নবা খেন্নবা চাংদম্নদুনা নৈনবসু যাই। অমবোমদা লম অমগী ফোকলোবগী মখলশিং নৈনবদি অচৌবা কান্নবা অমনি। হৌজিক্কী মতমদা খোমজিল্লুববা ফোকলোবগী মচাক অমবু মখল খাযদোক্লুনা নৈনবা হাযবসি তঙাইফদ্রবা অমা ওইবক্রে। মীৎযেং অসোমদগী যেংলগা মণিপুবী পাউবৌশিংগীসু মখল খাযদুনা নৈনবি।

ফোকলোবিষ্টশিংনা পাউখোংগী মখল খাযদোক্লুনা নৈনবদা তবাইবা ৱাফম নত্তে হাযনবগুম পাউরৌবু মখল খাযদুনা নৈনবদসু অবাযবা ওইদে। তোঙান তোঙানবা মীৎযেং কযাদগী ফোকলোবিষ্ট কযানা পাউবৌগী মখল খাযদুনা নৈনৈ। অহানবা ওইনা পাউবৌদা যাওবিবা বীষযদা মীৎযেং থল্লগা পাউবৌগী মখল খাযবগী মতাংদা *Standard Dictionary of Folklore Mythology and Legend* হায়বা লাইবিক্তা ইংবাজী পাউবৌনা খুদম ওইবগা মখাগী অসুম্না খাযদোক্লি। মখোযশিং অদুদি —

(i) Medical proverbs

(ii) Weather proverbs

(iii) Legal proverbs [1]

হাযবিবশিং অসিনি।

---

[1] Maria Leach (ed ) *Standard Dictionary of Folklore Mythology and Legend* (New York Harper & Row paperback ed , 1984), pp 903-904

মথক্কী পাউরৌগী মখলশিং অসিগী মতাংদা উৎলিবা খুদমশিং অদুদগী খরদং লৌখৎলি —

| | | |
|---|---|---|
| (i) Medical proverbs | – | 'After dinner rest a while supper walk a mile' |
| | | 'An apple a day keeps the doctor away' |
| (ii) Weather proverbs | – | 'April showers bring May flowers' |
| | | 'March comes in like a lion and goes out like a lamb' |
| (iii) Legal proverbs | – | 'Ignorance of the law excuses no man', |
| | | 'Advises spectators not to take sides in a fight' [২] |

অসুন্না পাউরৌগী হীরমদা য়েংলগা মখল খায়বগী মতাংদা জান হেরোল্দ ব্রূভেন্দনা মাগী *The study of American Folklore : An Introduction.* হায়বা লাইরিক্তা পীরিবা পাউরৌগী মখলশিংগা মরি লৈনবা রাফম খরা মখাদা অমুক লৌখৎলি —

> There are proverbs based on beliefs ("Kats leave a sinking ship") proverbs based on weather sings ("All sings fail in a dry season"), proverbs based on medical lore ("An apple a day keeps the doctor away"), proverbs based on business ("Out of debt, out of danger"), proverbs based on folk low ("Two wrongs dont't make a right"), proverbs deriving from historical events or slogans ("Old soldiers never die; they just fade away") and many proverbs referring to household or form tasks ("A Watched pot never boils", "Make hay while the sun shines", etc.) [৩]

---

[২] *Ibid.*

[৩] Jan Harold Brunvand, *The Study of American Folklore: An Introduction* (New York : W.W. Norton & Comp.Inc, 1978), pp. 54-55.

মহাক্কী মখল খায়বগী মীৎযেং অসি মখোয়গীদা ফংবা পাউরৌগী হীরমশিং অদুগী মতুং ইনবনি হায়বসি লায়না খঙবা ঙম্মী। অসুন্না বীষয়গী মীৎয়েংদগী পাউরৌগী মখল খাযবগী মতাংদা মখা তানা ইলহান বাসগোজগী মীৎয়েং অমতংগা য়েংবা য়াই। মহাক্না তরকিগী পাউরৌশিংবু নৈনবা মতমদা পাউরৌশিং অদুদা য়াওরিবা হীরমদা যেংলগা মখাগী মখলশিং অসি খায়রি —

(1) Foreign Vocabulary

(2) Sex and Sexual life

(3) Food and Fruits

(4) Religion and religious life

(5) social relation (career rank and profession)

(6) Abstract concepts

(7) Animals

(8) Human body

(9) Plants [8]

ইলহান বাসগোজগী মীৎযেং অসিসু তবকীগী সমাজদা হায়ন-শক্নরক্লীবা পাউরৌশিং অদুদা য়ুম্ফম ওইবগা খাযবা মখলশিংনি।

মথক্তা নৈনরিবা পাউরৌগী হীবমদা যেংলগা মখল খায়বগী মতাংসিদা পুখৎলিবা মীৎযেং অহম্মক্তা মান্নবা অমদি খেন্নবা কয়া উবা ফংই। অহানবা অমসুং অনীশুবদা খায়রিবা মখলশিংদা পাউরৌ মখল অহুম হাযবদি মেদিকেল পাউরৌ, বেদর পাউরৌ অমদি বায়েন বিচাবগা মরী নৈনবা পাউবৌ হায়রিবশিং অসিদি *Standard Dictionary of Folkore Mythology & Legend* অমদি *The study of American Folklore* হায়বিবা লাইবিক অনী অসিদা মান্ননা য়াওবি। অদুবু মখল অহুম অসিদগী হেন্না মখল তরেৎশুনা জান হেরোল্‌দনা আমেবিকান পাউবৌদা খায়দোক্লি। ইলহান বাসগোজনসু তবকি পাউবৌশিংবু অমুক বীষয়দা মীৎয়েং থন্নগা মাপন থোক্না খায়দোক্লি। মহাক্কী পাউরৌগী মখলশিং অসিগা অমুক মথক্কী পাউরৌগী মখলশিংগা খেন্নবা উবা ফংই। মবম অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদি বীষয়গী

[8] Ilhan Bassgóz, "Proverb Image, proverb Message And social change", in *Journal of Folklore Research*, Vol (XXX) 2/3, 1993, p 137

মীৎয়েংদগী পাউরৌগী মখল খায়বা হায়বসিদি মীওই কাঙলুপশিংগী মাগী মাগী চৎনবীগী মতুংইন্না হায়ন শরুরক্লীবা পাউরৌশিং অদুগী মখা পোল্লি। মরম অদুনা মান্নবা অমদি খেন্নবা মখল কয়াসু থেংনরিবনি।

মতৌ অসুন্না হীরমদা য়েংলগা পাউরৌবু মখল খায়বগী মীৎয়েং অসোমদগী মণিপুরী পাউরৌশিংগী মখলশিং খুদমগা লোয়ননা উৎচরি।

(১) য়ুম্বানলোন তাকপা পাউরৌ
(২) চাকচা-য়িথক্তা য়ুম্ফম ওইবা পাউরৌ
(৩) লৈমা নিংথৌগা মরী লৈনবা পাউরৌ
(৪) শিনফমগা মরী লৈনবা পাউরৌ
(৫) হকশেন কাঙলোনগা (মেদিকেল) মরী লৈনবা পাউরৌ
(৬) ঈশিং নুংশিৎকা মরী লৈনবদা শাগৎপা পাউরৌ
(৭) শা-শনশিংগা মরী লৈনবা পাউরৌ
(৮) মীওইবগী হকচাং কয়াত্তা শাগৎপা পাউরৌ
(৯) উপাল ৱাপালশিংগা মরী লৈনবা পাউরৌ
(১০) মচানুপা মচানুপী অমদি ময়ানিপা মমৌদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎপা পাউরৌ
(১১) মমা মপাদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎপা পাউরৌ
(১২) চৎনবী ৱায়েন পথাপ (ফোকলোর) কা মরী লৈনবা পাউরৌ
(১৩) কোল্লিক নৎত্রগা চফূ উয়ানগী মশক উৎপা পাউরৌ
(১৪) হরাও-কুম্জে নৎত্রগা উসব মেলা উৎপা পাউরৌ অসিনচিংবা।

## ১। য়ুম্বানলোন তাকপা পাউরৌশিং

পাউরৌ মখল অসি মণিপুরী সমাজদা য়াম্না মরাং কায়না শীজিন্নৈ। মীওইবনা করম্না য়ুম পানগদগে, য়ুম অমা পুবা হায়বসি তরাই তরাইবা ৱাফম নত্তে অমদি য়ুম পুবদা করম্না শেল থুম শীজিন্নগদগে হায়বনচিংবগী মরমদা পাউরৌশিং অসিদা নীংথিনা উৎলি। সমাজসিগী য়ুম্বানলোনগী অকুপ্পা মশক তাকপা পাউরৌ খরদং লৌখৎলগা মখাদা পীজরি —

(১) য়ুমগী য়ুম্বানলোন অসি নুমিৎকা তান্নদুনা নোম্বদা নুমিৎ তাবনা হাল্লি থবক্কা কোল্লি।

(২) য়ুমগী য়ুম্বানলোন্দি তুরেলগী লৈঙোইদগী হেন্না কুপ্পী।

(৩) শন হয়িং য়ুম্বান তৌগনু, চুহি চফুগী য়ুম্বান তৌ।

(৪) নুপী-নুপা য়ুম্বানমিন্নবা হায়বসি উয়ান চাক্তিন্নবনি।

(৫) তোঙান চাবা কুমদা শেন্দাং মথী অনানি খুল্লি।

(৬) পুকফবগী শরুক থুংদে।

(৭) চেকশিল্লগা চেকয়ুম শাই ফাদোক্লগা ফরা শাই।

(৮) চাগা য়েংনা চাদিং তৌ।

(৯) লৌশিংনা শামু ফায়।

(১০) ঙা মকোক অচৌবা চাগনু ঙা মকোক অয়াম্বা চাউ।

(১১) ঙমু লুকং চাগনু নুপী-তুমন লৌগনু।

(১২) চাকতিন্নববুদি মোনদিন্নবনা হেন্না লুম্মী।

(১৩) শেঙ্গাউ চোইরগা লাযর তাল্লি।

(১৪) ইখুৎ লাম্থোক্লগা মীখুৎ লাম্থোকই।

পীবিবা পাউরৌশিং অসিনা মণিপুরী সমাজগী চৎনরিবা য়ুম্বানলোনগী মশক কযা উৎলি। মীওইবনা পুন্সিদা চেকশিন খোযজিন্না য়ুম্বানবগী লম্বী তাকপা পাউতাক্কী মশক ওইবা পাউবৌ কয়াসু যাওরি। খুদম ওইনা 'চাগা যেংনা চাদিং তৌ' 'শেঙ্গাউ চোইবগা লাযর তাল্লি' হায়বনচিংবা অসিনা শেল থুম শীজিন্নবদা চেকশিন্নবা তাকই। অসিতা নত্তনা নুপা নুপী য়ুম্বানমীন্নবদা চান্ন-চিন্ননা পুকচেল খোযজেল তিন্ননা য়ুম্বানমীন্নবা ৱাখল্লোন কযাসু পাউবৌশিং অসিদা য়াওরি।

## ২। চাকচা-য়িথক্তা য়ুম্ফম ওইবা পাউরৌশিং

লমদমসিগী নাৎকী ওইবা চাকচা-য়িথক্কী তোপ তোপ্পা মওং মতৌ অমদি চিঞ্জাকী মশকশিংদা য়ুম্ফম ওইবগা পাউরৌ কয়া অমসু শাগৎলি। লমদমসিদা চান-থক্লবদা শীজিন্নবা পোৎশকশিংদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎলিবা পাউবৌ খরা মখাদা খুদম ওইনা লৌখৎচবি —

(১) চুহি চাবা খুতুং ইল্লি।
(২) কা মতপ অমনা চিন পৈ।
(৩) নিঙেল থুমশুংবনা থুম থাক্তে।
(৪) পিক্লবসু শরেং চাউরবসু শরেং।
(৫) চেঙ পুর চেঙশিং, ফৌ পুর ফৌ শিং।
(৬) তুমাই শংবাই অমা চারীঙৈদা মচা তরা পোকপা।
(৭) ফৌ শংবাই অমদি মীহৌদে ঙা তুঙ্গোল অমদি মীহৌই।
(৮) য়ুবু লুথুপতা খঙই।
(৯) পোং হৱাইনা পোঙগে হায়না পোঙলবদা উয়ান্দগী হেন্দে।
(১০) চাক চগ্রিং অমনা চেঙ চেঙকোক অমা মাঙথোকই।
(১১) চেঙপোত্তা মাইরেল তোপ্পা।
(১২) থম্বৌ চারীঙৈ তাদবা লফোই চারগা তাই।
(১৩) ইচা য়োকপবু ফৌ শঙবাই অমনা, ঙা তুঙ্গোল অমনা চাউরকপরদা?
(১৪) চাক চাদ্রিমখৈ অয়ুক্নি, নুপী থিদ্রিমখৈ পাখংনি।
(১৫) লেঙগদবা পান্না লেঙদদনা লেঙলোইদবা হানা লেঙলে।
(১৬) উচি চাকহোন্দা ফৌগৈ তুস্মী।
(১৭) ঙা মকোক অচৌবা চাগনু, ঙা মকোক অয়াম্বা চাউ।
(১৮) লৈকাই ফৌশু খোন্না খূবাক কুরোন হুই।
(১৯) অপীকপা মোরোক শাবনি।
(২০) নুংগা য়েরুমগা কাওনগনু।
(২১) নুং অনী মরক্তা হা।
(২২) শঞ্জাওনা ঙমওন থুংদে লফূনা মচি কাদে।
(২৩) ঙমু লুকং চাগনু নুপী তুমন লৌগনু।
(২৪) ঙাপ্রুম মমৈদা খুজিন্না শীকপা কান্নদে।
(২৫) ঙারোই কারগা হঙোই চোংই।
(২৬) তান চারগা ফোলা চায়।
(২৭) মনীং কক্লবা থরোইদসু ময়াম পূল্লগা নুংঙাই।

মতৌ অসুম্না লমদমসিদা লৈবিবা মকওইনা মৈতৈ জাতিনা চান-থক্লবিব পোৎশকশিংগী মশক মমিংশিংবু পাউবৌশিংদা পানশিল্লগা হায়ন-শক্লবকই হায়বসি মথক্কী পাউবৌশিং অসিনা উৎলি।

## ৩। লৈমা নিংথৌগা মরি নৈনবা পাউরৌ

মণিপুব হায়বসি মমাঙঙৈদা নিংথৌ পানবা লৈপাক অমা ওইবম্বনিনা লৈম নিংথৌগা মবি নৈনবদসু পাউরৌ কয়া হায়ন-শক্লবকই। খুদম ওইনা পাউবৌ খবদ লৌখৎচবি —

(১) কোনুংগী নীংথেমনুবী অমতা কৈনা চাবোই।

(২) লৈমা য়েংলিঙৈদা খুনু কাই।

(৩) হুদনা হুরবদি লৈমা হু কোংদনা কোংলবদি শামু কোংঙু।

(৪) কোনুংগী নীংথেমনুবীনা চফুবুনা মহৈরো কেগাম্বুনা মপাল্লা হংই।

(৫) নিংথৌ মাইবা চিরাইতাঙ।

(৬) নিংথৌগী মনাই পীকপ্রা চাউব্রা যেংঙু।

(৭) নিংথৌগী মপোত্তি য়েত্তুমদসু পুংবা নাই।

(৮) নিংথৌ লাইবক যুমদিন্নবা।

(৯) নিংথৌদসু মৈতাল ব্বাৎলি।

(১০) নিংথৌ মনা ফক্লাং থেৎলি।

(১১) নিংথৌদসু মতুংদদি মপা চৈ।

(১২) শামুনা ঙাইথিদে নিংথৌনা ঙাইখঙদে।

(১৩) শামু ব্বারুম নিংথৌ ব্বাকুম।

(১৪) নিংথৌনা মনাই চাল্লুববদি মপূ হাৎলী।

(১৫) নিংথৌ শেম্বা যাওগনু নিংথৌ শেনবা যাও।

মথক্তা পীবিবা পাউবৌশিং অসিনা লমদম অসি নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইবম্বগী মশক নিংথিনা উখোকই।

## ৪। শিনফম তাকপদা য়ুম্ফম ওইবা পাউরৌ

লমদমসিগী চৎনরকপা শিনফম উৎপা পাউরৌ কয়ামমসু মাঙহৌদগী হায়ন শক্লরকই। পাউরৌ মখল অসিগা মরী লৈননা খুদম খরদং মখাদা পীজরি —

(১) লৌ-উবগী নোংমৈ পেনা শকপগী নুমিদাংৱাই।

(২) পাঞ্জি মমৌ খাইনম্রা মাইবগী মচা শিদবরা?

(৩) নহানা মাইবা শারগা মং থল্লি।

(৪) সনা শাবনা মমাদগী সনা হূরাল্লি।

(৫) নোংজু পাম্বাদা পাঞ্জি কনা ছাতিন পুদবা লৈবগে?

(৬) থৌবান্দোং খুৎনাইবীনা ঙাম্বকপু খরুংগী মপাল্লা হংই।

(৭) নিঙেল থুমশুংবনা থুম থাক্তে।

(৮) পেনা শেল্লিঙৈদা শামুরৌ য়ৌই।

(৯) ঙারুংবনা ঙাশক খঙই, উশুবনা উশক খঙই।

(১০) লৌরুংবনা লৌশক খঙই, শারুংবনা শাশক খঙই।

মথক্কী পাউরৌশিং অসিদা য়াওরিবা শিনফমশিং খুদম ওইনা পেনা শকপা, পাঞ্জি ওইবা, মাইবা শাবা, সনা শাবা, চফূ শাবা, থুমশুংবা অমদি উশুবনচিংবা অসিদি মমাঙহৌদগী হৌজিকসু অদুমক মণিপুরী সমাজদা চখনরিবা শিনফম ঙাক্তনি। অদুবু ঙারুংবা, লৌরুংবা অমদি শারুংবা হায়রিবা অহুম অসিদি নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা চৎনরম্বা ফমথোন ওইবা শিনফমগী মমিংশিংনি।

## ৫। হকশেল (মেদিকেল) কাংলোনগা মরী লৈনবা পাউরৌ

থায়নগী মৈতৈগী অহন-লমনশিংনা মচা মশুশিংবু ৱারক ৱাতেম্বদা হকচাং ফনা থম্নবগী পাউরৌ কয়াসু য়াওরি। খুদম খরদং পীজরবদা —

(১) চাক চখোম অমনা পুকচেৎ নায়।

(২) চাক লাম্মী হায়দুনা খুৎ অনী থাদুনা হূকপরা?

(৩) চাকশা চাবা ঙৌ পোকই।

(৪) য়েন য়াহৌ হৌগদবনি।

(৫) চাকচা ফমফম নুংশিবা।

(৬) অঙাও চাকচা চাববু অফবরা ?

(৭) চাদনা চারবদি মতোং চাউ, হূদনা হূরবদি লৈমা হূ।

(৮) চাবু চাশিল্লবদি ফায়বদি মশোয়দ্রবনি।

(৯) চাক চাবা তোকপগা তুমশীনবা ফত্তে।

(১০) ঙন্না তুম্বা ঙন্না হৌবা হকচাং ফনবা শাজেন্নি।

(১১) য়েনগী য়াহিপ ৰাক্কী চাকচা তম্মু।

মথক্কী পাউরৌশিং অসিদা মতৌ করন্না হকচাং ফনা থমগদগে অমদি চাবা থকপদা চেকশিনবা হায়বসিনা হকচাং ফনবগী অফবা মরন্নী হায়বদুসু উৎলি। অসিদা নত্তনা হকচাং শাজেলগী মরমদসু অফবা পাউতাক কয়া পাউরৌশিং অসিদা য়াওরি।

## ৬। ঈশিং নুংশিৎকা (ৱেদর) মরী লৈনবদা শাগৎপা পাউরৌ

(১) কুদমখোন তাদ্রবদি কেৱাদা হংঙু।

(২) নোংজু পান্থাদা পাঞ্জি কনা ছাটিন পুদবা লৈবগে ?

(৩) চীংজিন্দা লৌ উদনা পোইনুদা ফৌগাবা য়ারোই।

(৪) কালেনগী লৈক্রক্তসু ঈশিং থোকই।

(৫) পোইনুদদি উচিদসু নুপী তরেৎ লোল্লি।

(৬) পোইনু তরানি চীংজিন তরানি নপা অশিবা ফক্লোংনা কুপ্তুনা থম্মু।

(৭) পোইনুদা মৈনিং কুমজগে, ৱাকচিংদা অরুম হৌজগে।

লমদমসিগী চৎনরকপা ঈশিং নুংশিৎকী অমদি থাজৎকী মরমদা মথক্কী পাউরৌশিং অসিদা উবা ফংই।

## ৭। শা-শনশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎপা পাউরৌশিং

লমদমসিদা লৈরিবা শা-শনশিং অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা পাউরৌ কয়াবু শাগৎলি। য়ুমদা লোয়নবা য়ুমশাদগীনা জঙ্গলনচিংবা মফমদা লৈবা লমগী শাশিংদা য়ুম্ফম ওইদুনা খুন্নাইসিগী চৎনরিবা ৱাখল্লোন কয়াবু ময়েক শেংনা উৎলি।

(১) হূইনা ঙাওরা হূইবু থি, শন্না ঙাওরা শনবু থি।

(২) হূইবু দোলাই তোংহল্লগা থীগং উরগা চোংথে।

(৩) শগোলনা লৌ চারগা পেরেলদা লেপ্তুনা লৈজবা ইরোইদা তাইনৈ।
(৪) হৌদোং লৈত্রগা উচি মখে লাংই।
(৫) উচি চাকহোন্দা ফৌগে তুম্মী।
(৬) উচি কল্লক ময়ূম মৈ থায়।
(৭) শব্বিনা মমা নোক্লে।
(৮) শামুমচা য়েংবগী পেনবা নাইদে।
(৯) য়োংদসু নহা ওইরিঙৈ ফজে।
(১০) লৌরমদাই তেংনা মানবী, খাইনরমদাই য়োংমানবী।
(১১) অনম কনবদা শন, ইকাই খঙদবদা হৌদোংনি।
(১২) হুইনাউ মচা চাল্লুরগা লৈতোন লেকই।
(১৩) লৈপুংনা শন শাবা মো খোংবরা?
(১৪) কৈ লৈবা মফমদা নুমিৎ তাই।
(১৫) শন্না উরোকথোং লানবা উরবসু উদে হায়য়ু।
(১৬) ঈরোইনা লৈওল্লগা হাউনাদা তৈ।
(১৭) শন অতেবনা ৱাইরবদি শরূ হেক ফংইদা।
(১৮) শন ৱাইনবা পামগনু চিখোঙ কোকপনি।
(১৯) শঙ্গোল অমোৎপদগী পুরকপা শন লেম্না মাঙদে।
(২০) কৈনা তোকপা পোকপা হৌনদে।
(২১) শঙ্গোল নাইদবা শন শনগাফম খঙদে।
(২২) কৈনা ময়েক মাঙব্রা?
(২৩) কৈসু কি মথীসু কি।
(২৪) নোংশানা কৈগা মুম্নরিঙৈ লমহুইনা চায়।
(২৫) হৈ-শীংবা শন চৈবুল চায়।
(২৬) হৌদোং তুমিল লৈবনা চফূ ঙম্মী।
(২৭) কৈ কিদুনা চেল্লগা শওম ওক্লে।
(২৮) হৌদোংনা ঙাওর চৈতুপ চায় হুইনা ঙাওর য়োৎখোক চায়।

(২৯) লিনবুদি হৌদোংনা ঙম্মী।

(৩০) ইবম শন চীদেনলি মীরম শন চীশাংই।

(৩১) চাবদা কাক্কী শাজৎ, লৈমিন্নবদা শামুগী শাজৎ চৎলু।

(৩২) নোংশাগী মমৈ ওইবদগী, হৌদোংগী মকোক ওইবনা হেন্না ফৈ।

(৩৩) শামু দশা ফত্তবনা হঙোই দশা অফববু নেৎখাই।

(৩৪) শামু মযানা থিন্দোবকপদা মঙ্গে থেঙ্গুনা য়ৈশীনবা ঙমদে।

(৩৫) কৈগী মপান নাপীনা তাং, নাপীগী মপান কৈনা তাং।

(৩৬) খোংগদবা হুইনা খোংদদুনা গধানা খোংলুবদগী চৈ চায়।

(৩৭) জাৎকী খুনু শোয়বা হৌনদে।

(৩৮) লাইবেন্না মগুন ঙাকপদা লফুৎ কাদুনা শি।

(৩৯) লিন্না মখুল চঙলমদাই চুম্মী।

(৪০) শগোল হঞ্জিন কৈনা চায়।

(৪১) অউন শন ময়া য়েংদে।

(৪২) শজি নওগী মরৌ শঙাই ঐনা খঙঙে।

(৪৩) শঞ্জাওনা ঙমওন থুংদে, লফুনা মচি কাদে।

(৪৪) হামেংগী বা লোইদ্রিঙৈদা য়াওগী বা হৌদোরকই।

(৪৫) ঙানু মচা ঈশিংদা তাদুনা শিবা হৌনদে।

(৪৬) অখোংবা হুই পঙনা চীক্কে।

(৪৭) নোংশা মখোঙ মরী পানবদসু হোরৎলি।

(৪৮) য়েন য়াহৌ হৌগদবনি।

(৪৯) অতুম্বা নোংশাগী মখয়াত্তা অহিংবা শজিনা চঙলক্কে।

শা-শনশিংদা য়ুমফম ওইরগা শাগৎপা পাউবৌশিং অসি লমদমসিদা মরাং কায়না ফংই হাযবা য়াই। পাউরৌশিং অসিদা লমদমসিগী য়ুমদা লোইবা য়ুমশাদগীনা জঙ্গলদা, উমং বামংদা লৈরিবা জীবশিং ফাওবা লৌশিনদুনা পাউরৌশিং অসি শাগৎলকই।

## ৮। মীওইবগী হকচাংদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎপা পাউরৌ

খুন্নাই কাণ্ডলুপ অসিগী লৈরিবা মীওইশিংগী মশাদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎপা পাউরৌ কয়াসু ঐখোয়না থেংনৈ। মীগী মশাদা য়াওরিবা হকচাংগী তোঙান তোঙানবা কয়াৎশিংদা শাগৎলকপা পাউরৌশিংগী মরক্তগী খরদং লৌখৎলগা মখাদা পীজরি—

(১) ইফুৎ চাম্মদি মেনবা ঙম্মী মীচিন অমদি মেনবা ৱায়।

(২) লৈগী মনমদি নাতোন শুমাংদগী হেন্দে তাইবঙ মীগী মনমদি
চীহ্নাং লাল্লি।

(৩) উনা লিরগা লাই
মীনা লিরগা য়োং।

(৪) ওইনা তৌবা থবক য়েৎনা থাজদে।

(৫) খুৎহৈবনা খুৎনা চীন হৈবনা চীন্না চায়।

(৬) চাদশিন্না চখোমজাও য়েংদশিন্না মীৎলাউবী।

(৭) খুবাক নামতা খুবা মখোন হৌদে।

(৮) মীনা শিবনা চীন্দা শানা শিবনা খোঙ্গুলদা।

(৯) মীওইবা খুবাক খুনমদনি তম্বা ঙম্বা পোৎ নত্তে।

(১০) অঙাংগী মচীন লাই তোংই।

(১১) লু-কোকপদা লেন তাই।

(১২) লৈকাই ফৌশু খোন্না খুবাক কুরোন হুই।

(১৩) লৈতোন শরু পান্দে।

(১৪) কোক্তা নাপী পকপা ইশানা উজদে।

(১৫) খুরবা চীন্দগী চাউরবা ৱা থোরকই।

(১৬) চীনগা খুৎকা মান্নৌ।

(১৭) চীন্না পুথরগা শেন্না মেল্লি।

(১৮) তান চাদ্রবদি কিন চায়।

(১৯) হাক্তজবদা খুৎ থাজিল্লি।

(২০) খুত্তসু খুবী খুনাউ নাই।

(২১) খোঙ চোৎলগা চীন চোৎলি।

মতৌ অসুন্না মীওইবগী হৃকচাংগী কয়াৎশিংদসু য়ুম্ফম ওইরগা পাউরৌ কয়া হায়ন-শক্করম্মী হায়বসি উবা ফংই।

## ৯। উপান ৱাপানশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎপা পাউরৌশিং

লমদমসিদা ফংবা অমদি হৌরিবা পাম্বীশিংবু লৌরে হায়রগা পাউরৌ কয়া শাগৎলি। অসিগুম্বা পাউরৌশিং অসিদা উপান ৱাপালশিংগী মশক তাকপগা লোয়ননা মখোযগী মওং মতৌগা প্রমান কয়া তৌবসু য়াওবি। মখাদা পাউরৌ মখল অসিগা মবী লৈনবা খুদম খরা পীজরি —

(১) ঈশিংগী লুবা থরোগী মরীদা খঙই।

(২) উ লৈতবা লমদা কেগেনা য়ুম্বী ওই।

(৩) উনৌনা উরীবু পুল্লে।

(৪) ওকচিন্দা পান থাবা শঞ্জিন্দা লৌ উবা।

(৫) কৈগী মপান নাপীনা তাং নাপীগী মপান কৈনা তাং।

(৬) হৌরকপা নাপীনা লৈপাক্কী লৈহাও খঙই, ঙাংথোক্লকপা
ৱাহৈনা মীগী পুক্কিং খঙই।

(৭) উরিনা অনকপা উপালদা য়েৎলি।

(৮) ৱাতোন্না ৱাংঙৈ ৱাংলগা কাক্না ফমদেকই।

(৯) ৱাশাসু চাবা লালুপসু কাবা।

(১০) উজাও তুবদা উনাও চৈন্নে।

(১১) ৱাখা লম্বান চাউজন থী।

(১২) শন্নৈবী মরক্তা উতং উনা ফজবা হুল্লকউ য়াবা হৌনদে।

(১৩) শন্নৈবীনা শন্নৈবী উতংনা উতং পোকপনি।

(১৪) কুম্বীনা কুম্বী শাৎপনি,
তুমাইনা তুমাই শাৎপনি,
ফৌরেন্না ফৌরেন শাৎপনি।

অসুম্না লমদমসিদা ফংবা ফৌ-চেঙ, মনা-মশীং অমদি উপাল ৱাপালশিংগী মওং মতৌদা য়ুম্ফম ওইরগা মীওইবগা মরী লৈননা পাউরৌ কয়ামসু শাগৎলম্বা উবা ফংই।

## ১০। মচানুপা মচানুপী অমদি ময়ানিপা মমৌদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎপা পাউরৌশিং

(১) ইচানুপা পোকএ ইমৌগী নীঙোল পোকএ ইয়াগী।

(২) ইচা ফত্তবা চাউবা ঙাইনবা ইৱা ফত্তবা শিবা ঙাইনবা।

(৩) মৌ অনৌবী নিনিদা খঙই।

(৪) মৌ অনৌবী মরম ওকই।

(৫) য়াওং ইনবা নীপাবু নীপারা কুরাও মপালবু লৈরা?

(৬) থংলেন মপান চাবনা নোক্লা চায়, পারি মপান চাবনা কপ্না চায়।

(৭) মৌ হায়গে হাযববদি শাগৈ জাৎ য়েংঙু।
পাউরৌ মখল অসি মণিপুরী সমাজদা খরা তাঙনা থোকই।

## ১১। মমা মপাদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎপা পাউরৌশিং

লমদমসিদা লেরিবা মীওইশিংনা মমা মপা ওইবশিংবু থাক ৱাংনা লৌনরিবা বাখল্লোনবু উৎপা পাউরৌ কয়ামসু হায়ন-শক্লরকই। মমা মপা ওইবশিংদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎপা পাউরৌ মশীং যাম্না ফংনা ঙমদে। অদুবু মখল অসিগী পাউরৌ খরদং মখাদা উৎচৰ —

(১) ইমা ইপা মীৎনা উবা লাইনি।

(২) মালেম পৃথিবীনা লুম্বরা, পলেম ইমানা মরুম্মী
কোরৌ নোংদোন্না ৱাংবরা, পম্বৌ ইপানা মহেল্লী।

(৩) সনানা শামু মকোকমুক চাউনা শারবসু মমাগী খোন্নাং
লমন্দি শিংবা ঙমদে।

(৪) অঙাংগী মপাদি মমাতনা খঙই।

(৫) মচা নুংশিদবা মমা লৈত্তে।

(৬) মপাগী মচা উগী উহৈ।

মথক্তা পীরিবা পাউরৌশিং অসিনা মমা মপা ওইবশিংবু লমদমসিদা লৈরিবা মীওইশিংনা য়াম্না থাক ৱাংনা লুনা খন্নবা মওংবু উৎলি।

## ১২। চৎনবী ৱায়েন পথাপ (ফোকলোর) গা মরী লৈনবা পাউরৌ

মণিপুর হায়বসি নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইরকপনিনা মশাগী লৈঙাক্লোনগী ৱায়েন পথাপ লৈরকপা লমদম অমনি। অসিগুম্বা চৎনবী ৱায়েন পথাপকা মরী লৈনবদা পাউরৌ কয়ামসু হায়ন-শন্নরকই। পাউরৌ মখল অসিগী খুদম খরদং মখাদা উৎচরি —

(১) অনী কোন্নরবদি অমা তুবা মশিন্নি।
(২) অশিবা শেল চাউ অচঙবা শেল চাগনু।
(৩) খঙদনা তৌবা অরানবা দোষ লৈতে।
(৪) খুৎ কনবনা অচুম্বা শকই।
(৫) ঙাংমল্লবদি অরানবা য়াওরকই।
(৬) চীনগা খুৎকা মান্নৌ।
(৭) চীন্না পুথরগা শেন্না মেল্লি।
(৮) লৌবা লায়, থাইনবা লুই।
(৯) লৌরি য়ুম্ফম কা নুপী নহা কা শিবা কিদবনি।
(১০) অরানবা অমা চুন্নবা হোৎনবদা অচুম্বা কয়া মাঙই।
(১১) হূরানবা মকোক তৌ হৌই।
(১২) অকনববুদি অশীংবনা ঙস্মী।
(১৩) অচঙবা মীগী ৱা ঙাংনগনু।
(১৪) অচুম্বদি উকল চঙদে।
(১৫) ইখোল চাউনা কোইগনু নুপী ফজবা লৌগনু।
(১৬) ইরোই ৱাইনবা মতৈ মনাও খৎনবা খাম্লুনু।
(১৭) মীনম্বা অমা ঙাংলগা চাম্মা ঙাঙদুনা মেনগনি।

## ১৩। কোল্লীক নৎত্রগা চফূ উয়ানগী মশক উৎপা পাউরৌ

(১) কোনুংগী নীংথেমনুবীনা চফূবুনা মহৈরা কেগাম্বুনা মপাল্লা হংই।

(২) কোর্ফূ মনীংদা খুজিন্না শীকপা কান্নদে।

(৩) চফূ কায়রগা কাক্লা হরাওই।

(৪) থন্দবা চফূ মখোল হৌই।

(৫) মপাম খাবৈ অমা মৱা ময়ূম খাবৈ অমা।

(৬) খাবৈ চেগপ মখোন্না চাকথোংবীগী ঈঙ্গিৎ খঙই।

(৭) ঙাঙৌ খাংদগী চোংথরগা মৈনুংদা তাই।

(৮) মফম চাদবা খরূং কায়গল্লি।

(৯) শন হয়িং য়ূম্বান তৌগনু চুহি চফূগী য়ূম্বান তৌ।

(১০) চফূ উয়ান্দসু নোংমা ফাদোক কেৎনৈ।

(১১) চফূদি মী মূত্তে উয়ান্দি মী মূৎলি।

(১২) থৌবান্দোং চফূবু কায়ননবা য়ৈবরা?

মথক্কী পাউরৌশিং অসিনা লমদমসিদা শীজিন্নরকপা চফূ উয়ানগী মশকসু উৎলি।

## ১৪। হরাও-কুম্মৈ নৎত্রগা উৎসব মেলাদা য়ূম্ফম ওইবা পাউরৌ

পাউরৌ মখল অসি মণিপুরী পাউরৌশিংদা য়াম্না মরাং কায়না ফংবদি নত্তে। অদুবু হায়ন-শক্করিবা মণিপুরী পাউরৌশিংগী মনুংগী খুদম খরা মখাদা পীজরি —

(১) কীর্ত্তন মপূ মাঙজোং চোংই।

(২) য়াওশং মতম নহা ওন্নিংবা তর্পন মতম অহন ওন্নিংবা।

(৩) হিয়াং তান্নরিঙৈদা তুম্বাগী শেল থৌবা।

(৪) য়াওশং মতুং অবের থুংলবা।

(৫) মোইরাং হরাওরিঙৈদা কুম কাংই।

হরাও-কুম্মৈ, উৎসব মেলানা চহী চুপ্পা কাংদনা পাঙথোক্লবসু মণিপুরী পাউরৌশিংদদি হীরম অসিদা য়ুম্ফম ওইবা পাউরৌ মরাং কায়না ফংবা ঙমদে।

মথক্তা নৈনরিবা অসি মণিপুরী পাউরৌশিংবু হীরমদা মীৎয়েং থল্লগা মখল খায়বনি। মথক্তসু পঞ্জখ্রে মদুদি পাউরৌবু হীরমগী মীৎয়েংদগী মখল খায়বা হায়বসিদি লম, লমগী মীওই কাঙলুপশিংগী চৎনবী নাৎকা মরি লৈননা হায়ন-শক্লরিবা অদুগী মতুংইল্লি। অদুনা পাউরৌশিংগী মখলদা মান্নবা অমদি খেন্নবা কয়া লৈবা য়াই হায়বসি নৈনখ্রিবা খরসিনা উৎলি।

মীৎয়েং কয়ামক্রমদগী পাউরৌবু মখল খায়দুনা নৈনবগী মনুংদা হীরমদা য়েংলগা পাউরৌবু মখল খায়রগা নৈনবসু অমনি। অদুবু হীরমগী মীৎয়েংদগী মখল খায়দুনা নৈনবগা লোয়ননা পাউরৌগী ফোর্মদা য়েংলগা মখল খায়বসু য়াই। পাউরৌ অমগী ৱাহৈ পরেংগী ফোর্মদা য়েংলগা মখল খায়বগী মতাংদা সোফিয়া বর্ননা ফোঙদোকপা ৱাফম খরা লৌখৎলি —

> Various schemes have been proposed for the classification of proverbs, ... This he will find it best to arrange according to the form, rather than the matter of his material. [a]

ৱাফম খরসিদা পাউরৌগী ফোর্মদা য়েংলগা মখল খায়বনা হেন্না খুদোং চায় হায়না ফোঙদোকপগা লোয়ননা মহাক্না ৱাহৈ পরেংগী শাওং শাদাদা মীৎয়েং থল্লগা অহানবদা পাউরৌবু মখল অনীথোক্না খায়দোক্লী। মখোয় অদুদি —

(1) Proverbs proper

(2) Proverbial phrases হায়রিবশিং অসিনি।

Proverbs proper হায়বসিবু - "Proverbs proper that is to say, proverbs which form complete sentence for citation" [b]

হায়না মশক তাক্লি। অদুগা মখন্না অনীথোক্না খায়দোক্লি। মখোয় অদুদি

---

[a] Charlotte Sophia Burne, *The Handbook of Folklore* (London: Sipgwick And Jackson, Ltd., 1914), p. 282.

[b] *Ibid.*

Simple Maxims or Aphorisms অমসুং Metaphorical statements হায়রিবশিং অসিনি। অনীশুবা পাউরৌগী মখল Proverbial phrases হায়বসিবুসু অসুম্না পীরি—

"Proverbial phrases or expressions consisting of parts of sentences only, which may be woven into the speaker's own remarks .... [৭]

পাউরৌ মখল অসিদসু অমুক মখল অনীথোক্লা Metaphors অমসুং Similes হায়না খায়দোক্লী।

হৌজিক সোফিয়া বর্নগী ফোর্মগী মীৎয়েং অসোমদগী অমুক মণিপুরী পাউরৌশিংগী মখল খায়দুনা উৎলী। অহানবগী proverbs proper হায়বসি হায়দোকপদা মপুঙফাবা ৱাহৈ পরেং অমনি হায়না মহাক্কী সংজ্ঞাদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী। পাউরৌ মখল অসিগী খুদম খরা মণিপুরী পাউরৌশিংদগী পীজরি —

(১) অশাউববু ঙাকপিবনা জয় ওই।

(২) ক্বা মতপ অমনা চীন পৈ।

(৩) অহৌবা ফরবদি পোলোইসু ফগনি।

(৪) মৈবানবীনা মৈনুংদা চোংশিল্লগা শি।

(৫) চোংদ্রিঙৈদা তাফম হান্না য়েংহৌ।

(৬) খূৎ কনবনা অচুম্বা শকই।

(৭) তোনানবা মীদি মতম লৈবা খিবিক্তা মীৱা তাই।

(৮) অপঙবনা লান্দা থৌই।

(৯) সনাগী মহূৎ য়াইঙংনা শিল্লি।

(১০) বাখা লম্বান চাউজন থী।

(১১) অনম কল্লগা মাইবী চংই।

(১২) অরীকপগী মরল শূম্না চায়।

(১৩) ঈশিং অচৌবগী ঙানা শীংই।

(১৪) সনা শাবনা মমাদগী সনা হূরাল্লি।

---

[৭] *Ibid.*

(১৫) খোইনা চীকখ্রবা মীনা হয়িং পাইবা য়াদে।

অতোপ্পা পাউরৌ মখল Proverbial phrase হায়বসিনা Phrase গী মওংদা লৈবা মপুঙ ফাদবা ৱাহৈ পরেংগুম্বনি হায়না ফোঙদোক্লী। পাউরৌ মখল অসিগী খুদম খরা মণিপুরী পাউরৌশিংদগী পীজরি —

(১) লৈরক অমা শৈশক অমা।

(২) কৈগী মপান নাপীনা তাং নাপীগী মপান কৈনা তাং।

(৩) মনানা হৈমাং শাবা।

(৪) পীক্লবসু শরেং, চাউরবসু শরেং।

(৫) চেঙ পুর চেঙ শিং ফৌ পুর ফৌ শিং।

(৬) পিবা পোকএ ইমৌগী নিঙোল পোকএ ইয়াগী।

(৭) মীনা শিবনা চীন্দা শানা শিবনা খোঙ্গুলদা।

(৮) চাগনবা যাংগংবা শুগনবা লায়রবা।

(৯) চাদশিন্না চখোমজাও য়েংদশিন্না মিৎলাওবী।

(১০) মপাম খাবৈ অমা মৱা ময়ুম খাবৈ অমা।

(১১) হূবানবগী তবানি মপূগী নোংমা।

(১২) নুং অনীগী মরক্তা হা।

(১৩) চহী য়াঙ্খে থবক য়াঙ্খে চহী হুম্ফু থবক হুম্ফু।

(১৪) অচৌবনা অচৌবগী অপীকপনা অপীকপগী।

(১৫) মপাগী মচা উগী উহৈ।

মথক্তা উৎখিবা খুদমশিং অসিনা মণিপুরী পাউরৌশিংবু proverbs proper অমসুং proverbial phrase হায়না মখল অনীথোক্না খায়দোকপদা মায়পাকপা ঙম্মী হায়বা য়াই। অদুবু পাউরৌ মখল অনী অসিগী মনুংদা অহানবগী proverbs proper হায়বসিনা মণিপুরী পাউরৌশিংদা হেন্না মরাং কায়না ফংই।

প্রোর্বব প্রোপর হায়বগী মখলদা অনীথোক্না সিমপল মেকজিমস অমসুং মেতাফোরিকেল হায়দুনা খায়দোক্লিবা অসিবু অমুক অসুন্না তাক্লি। সিমপল মেকজিমস হায়বসিনা পাউরৌ মশাদা হাযদোক্লিংলিবা ৱাফমদু দং দং হেক্তা চুমদ্রিং চুন্না হায়দোকপগী মওংনি। সোফিয়া বর্নগী খুদম অনীদং নৈনবদা খুদোংচানবা লৌখৎলি—

Honesty is the best policy.

Love and a cough cannot be hide. [৮]

অসিগুম্বা মখলগী পাউরৌ মণিপুরী পাউরৌশিংদসু ফংবা ঙম্মী। সিমপল মেকজিমসকী মশক লৌবা মণিপুরী পাউরৌ খরগী খুদম মখাদা পীজরি —

(১) মী য়াম্লগা ৱা য়াম্মী।

(২) ৱাদনা নুংঙাইবা লৈতে।

(৩) সনা শাবনা মমাদগী সনা হূরাম্লি।

(৪) হূরানবগী মগুণ্ডি হূরানবতনা খঙই।

(৫) ইনাক খুনবা তরানা লায়রবা অমা শৌগৎপা ঙমদে।

(৬) উচেক অচৌবনা মহুম চাউনা শাই।
উচেক মচানা মহুম পীক্লা শাই।

(৭) ঙমু লুকং চাগনু নুপী তুমন লৌগনু।

(৮) অফবা থবক মতম ঙাইগনু
ফত্তবা থবক য়েথোকউ।

(৯) অশিবা শেল চাউ,
অচঙবা শেল চাগনু।

(১০) খোকমন্দা হার হাপ্পা কান্নদে।

(১১) ঙাঙমল্লবদি অরানবা য়াওরকই।

(১২) চহী য়ামদ্রিঙৈদা লৈবা লন ইশাগীনি হায়না থাবা কান্নদে।

(১৩) চাক্কীদমক ইকাইবা নংই
নুপীগীদমক চৈ চায়,
লনগীদমক থৱাই মাঙই।

(১৪) চাক্তিন্নবগা ফিদিন্নবগা চাক্তিন্নবনা লুই।

(১৫) চানিংবা য়েঙ্খাং হাওই
নুংশিবা শক ফজে।

---

৮ *Ibid.*

(১৬) চাবদা ৱাক্কী শাজৎ, লৈমিন্নবদা শামুগী শাজৎ চৎলু।

(১৭) চীনগা খুৎকা মান্নৌ।

(১৮) চীংজিন্দা লৌ-উদনা পোইনুদা ফৌগাবা য়ারোই।

(১৯) চৈঙাক ফরগা হি চৎপনি
চৈঙাক ফৎত্রবদি হি চৎতে।

(২০) চৈনা য়েবদগী শেন্না য়েবনা নাবা হেল্লি।

(২১) তরংদা য়ূমশাবা মালংদা য়াহিপ্পা য়ারোই।

(২২) তান চাদ্রবদি কিন চায়।

(২৩) থাউ থোকপা মী, মীনা বাখাল তৌই।

(২৪) থৌ লৈতনা থৌথিবদি থৌরম নম্বো পোয়।

(২৫) নুংশিবদি শেন্না লৈবা য়াদে।

(২৬) ফেঙদবা থাঙ থৌদে।

(২৭) মচা নুংশিদবা মমা লৈতে।

(২৮) মচু মান্নবা উচেক্না পুন্না চাক্তামিন্নে।

(২৯) মতম্না কনাবুসু ঙাইদে।

(৩০) ইঙ্খোল কৈথেল কাউ।

(৩১) মী হাৎপা য়াওগনু মী কনবা য়াও।

(৩২) লৌবা লায়, খায়নবা লুই।

(৩৩) অপঙবনা লান্দা থৌই।

(৩৪) খুত্তসু খুবী খুনাউ নাই।

(৩৫) থী ফায়বনা ইকাইদ্রগা অউবনা ইকাই।

(৩৬) নতিক য়েংনা ৱা ঙাংঙু
নঙন য়েংনা থবক তৌ।

(৩৭) ৱাখা লম্বাল চাউজন থী।

(৩৮) শারিঙৈদা য়েহৌ।

(৩৯) লনবুদি মহৈনা হেল্লি।

(৪০) লনশোৎপীনা পাউখুম ৱাৎতে।

(৪১) চাকথি মৌথিবদা মপা য়েংগনু মমা য়েংঙু।

(৪২) নুপীগী য়ূন্নাক লৈতে, শনগী শঙ্গোল লৈতে।

(৪৩) লৌরী অনেম্বদা ঈশিং পায়।

(৪৪) অকনববুদি অশীংবনা ঙম্মী।

(৪৫) অখোঙবা হূই পঙনা চীক্তে।

(৪৬) অঙাওবা ময়ূম পানবীনু
অপঙবা লৌশিং তাক্কনু।

(৪৭) অচঙবা মীগী ঋা ঙাঙগনু।

(৪৮) অচুম্বদি উকল চংদে।

(৪৯) ইঙ্খোল চাউনা কোয়গনু
নুপী ফজবা লৌগনু।

(৫০) ইরোই ঋাইনবা মতৈ মনাও খৎনবা খাম্নুনু।

(৫১) ইমা ইপা মীৎনা উবা লাইনি।

(৫২) খুদোংচাববু ফংলবদি শাধুসু হূরাক্লি।

(৫৩) চাকপাউগা লানবাউগা চাকপাউনা কল্লি।

(৫৪) চাকশা চাবা ঙৌ পোকই।

(৫৫) চগা য়েংনা চাদিং তৌ।

(৫৬) হৌদোংনা ঙাওরা চৈতুপ চায়,
হূইনা ঙাওরা য়োৎখোক চায়।

(৫৭) ঈশিংগী লুবদি থরোগী মরীনা খঙই।

(৫৮) অঙাং হায়বসিদি শন মমৈগা চপ মান্নে।

অনীশুবা মখল মেতাফোরিকেল হায়বা পাউরৌ মখল অসিনা ফোঙদোক্লিংলিবা অদু নুংদা ফুন্নগা চাংদম্নদুনা হায়নবা পাউরৌনি। মখল অসিগী খুদম খরা মণিপুরী পাউরৌশিংদগী পীরি —

(১) নাচল মথীনা পাহোম্মী।

(২) নিংথৌগী মপোত্তি য়েতুমদসু পূংবা নাই।

(৩) মুৎলমদাই থাউমৈনা ঙাল্লি।

(৪) অপীকপা মোরোক শাবনি।

(৫) খোইনা চীকখ্রগা হয়িং পাইবা য়াদে।

(৬) খোইমহূন্না খোইমহূম কল্লী
শবিরাইনা শবিরাই কল্লী।

(৭) চহী য়াঙ্খে থবক য়াঙ্খে
চহী হুম্ফু থবক হুম্ফু।

(৮) চাক্কদবা শীঙনা চাক্তনা, মৈচন্না চাক্তুনা কৈদৌনি।

(৯) তাংজা লিনগুম মরৈ অনী লোঙগনু।

(১০) থাজদবা ফূমদা লেমলৈ ঙা পকই।

(১১) নহা ওইরিঙৈদদি য়োংদসু ফজৈ।

(১২) নোংচুদনা শাইজিন চোত্তে।

(১৩) ফম তারবা ফম্নাইবা খুজিন
য়াওদবা কৈগা অস্মানি।

(১৪) মনীং হোরবা শেঙ্গাও শেল তূংদে।

(১৫) মপাগী মচা উগী উহৈ।

(১৬) লৌরমদাই তেংনা মানবী
খায়নরমদাই য়োংমানবী।

(১৭) অথৌবা শঙ্গাই মখোক ঈৎপা ঙমদে।

(১৮) উগী উশক্তি উহৈনা খঙই।

(১৯) হনুবনা ফনা নাঞ্জদুনসু খোংঙুপ অমনবদা কাপ থাবনি।

(২০) য়াওশং মতম নহা ওইনিংবা
তর্পন মতম অহল ওইনিংবা।

(২১) কৈগী মপান নাপীনা তাং,
নাপীগী মপান কৈনা তাং।

(২২) খুরক্কী ঈনা লাই শাই।

(২৩) ঈশিং মনুংদা লৈতুম হুন্থবা
ফক্লাংদা তেমপাক্লা থাবা।

(২৪) চম্প্রা মশক থীরবসু মগুণ লৈবা হৈনি।

(২৫) থৌবান্দোং চফূবু কায়নবা য়েবরা?

(২৬) অঙাংদি নীংথাদা খঙই।

(২৭) ঈশিংদা থাঙনা য়ানবা মমি তাদে।

(২৮) থন্দবা চফূ মখোল থোকই।

(২৯) চফূ কায়রগা ক্বাক্লা হরাওই।

(৩০) হূইনাউ মচা চাল্লুরগা লৈতোন লেকই।

(৩১) হৌদোং তুমিন লৈবনা চফূ ঙম্মী।

(৩২) ক্বা মতপ অমনা চীন পৈ।

(৩৩) তূমদবা মী হৌদোকপা লুই।

(৩৪) কৈন্না তোকপা পোকপা হৌনদে।

(৩৫) লৈকায় ফৌশু খোন্না য়ূম কায়।

(৩৬) অওনবা নুং ইশং কাদে।

(৩৭) অহন মথীনা চফূ মেল্লি।

(৩৮) নহানা মাইবা শারগা মং থল্লি।

(৩৯) উচি কল্লক য়ূম মৈ থায়।

(৪০) কালেনগী লৈক্রক্তসু ঈশিং থোকই।

(৪১) পাৎলিঙৈদদি হয়িংদসু নোল্লু।

(৪২) হূইবু দোলাই তোংহল্লগা থীগং উরগা চোংথৈ।

(৪৩) লিন্না মখূন চঙলমদাই চুম্মী।

(৪৪) লায়রবনা ফিশুবা নোং নংঙি।

মথক্কী খুদমশিং অসিদা উবা ফংলিবসি পাউরৌ ওইরিবা ৱাহৈশিং অসিগা লোয়ননা ফোঙদোক্লিংলিবশিং অদু নাকোইননা নুঙদা প্রমানগী মশক ওইনা উৎপনি।

পাউরৌগী অনীশুবা মখল প্রোর্ব্বীয়েল ফ্রেজদসু মখল অনীথোক্লা মেতাফরস অমসুং সিমিলিস্ হায়দুনা খায়দোক্লি। হায়রিবা পাউরৌ মখল অনী অসিগী মণিপুরী পাউরৌদগী খুদমশিং মখাদা পীজরি। অহানবদা মেতাফরগী খুদম ওইনা উৎচরি—

(১) মনানা হৈমাং শাবা

(২) কাঙখুন্দা মপান শাবা।

(৩) হূরানবা মতুং মৈরিংবা।

(৪) শামু মথুন্দা পেনা খোংবা।

(৫) লোক্তাক ময়াইদা থুমহি হৈথবা।

(৬) য়াওশং মতুং আবের থুংলবা।

মথংদা সিমিলিগী খুদম অমুক পীজরি —

(১) লুদা চঙবা লিলহাগুম।

(২) চংবী লারাক খায়বগুম খায়বা।

(৩) কাউ থাবগুম থাবা।

(৪) য়োংনা চু পায়গুম পায়বা।

(৫) তাংজ লিনগুম মরৈ অনী লোংবা।

(৬) নুমিৎলৈগুম ওন্নিংবতা ওনবা।

অসুন্না মণিপুরী পাউরৌশিংদা লৈরিবা প্রোবর্বীয়েল ফ্রেজগী মতাংদসু সোফিয়া বর্নগী মখল খায়বগী মীৎয়েং অসি মায পাকপা ঙম্মী। অদুবু পাউরৌ মখল অসি মণিপুবী পাউরৌদা মশীং য়াম্না ফংবা ঙমদে।

মতৌ অসুন্না ঙসিগী ফোকলোর নৈনবগী খোঙজেনদা ফোকলোরগী মচাকশিংবু মখল খাযদুনা নৈনবা হায়বসি লম লমদুগী ফোকলোরগী মশক খঙবগী লম্বীদা অচৌবা কান্নবা অমনি। মণিপুরী পাউরৌশিং অসিসু হীরমগী অমদি ফোর্মগী মীৎযেং মখল অনীমক্তগী নৈনবদা মাযপাকপা ঙম্মী।

# খোমজিল্লুবা মণিপুরী পাউরৌশিং

## মৈতৈ পাউরৌশিংবু বেঙ্গলি ময়েক্কী মতুং-ইন্না মথং-মনাও নাইনা থম্বা ঃ

পাউরৌশিং অসি মণিপুরী সমাজদা চীনবুংদা হায়ন-শরুদুনা লৈরিবশিং অদুদগী লম লমদা চত্তুনা তোঙান তোঙানবা মীশক মীওইশিংদগী খোমজিল্লকপনি। দাতা খোমজিনবগী মফমশিং অসি থোইদোক্না অকরুবা নিয়ম অমদা লেপখিবা নত্তে। খোমজিনবগী খুদোংচাবা য়েংলগা চৎচখিবনি। চৎচরুবা মফমশিংদি ফৈয়েং, য়ূম্নাম হুইদ্রোম, শীংজমৈ লীরা লম্বী, ককচিং খুন্নৌ, হৈঙাং খাবম মখা লৈকাই, কাঞ্চিপুর লংথবান কুঞ্জ, মন্ত্রি পুখ্রি, থাঙ্গা অমদি কৈবুল লমজাউনি। মফম কদাইদগী অমদি কনাদগী করি করি পাউরৌ খোম্লুবগে হায়বদু ময়েক শেংনা ফুতনোত্তা মথং মথং পীজরি। খোমজিল্লুবা মীওইশিংগী য়ুম্নাক অমদি মমিং মথাগী মতুং-ইন্না মৈতৈ পাউরৌশিং অসিবু বেঙ্গলি আলফাবেতিকেলগী মতুং ইন্না মথং মনাউ নাইনা থমজরি—

১) অকুৎপদা লৈতৌই অতোঙবদা লৈথোক্লি।

২) অঙাং লরুবা চোপ্পা ফংই,
অহল লরুবা কপ্পা ফংই।

৩) অঙাংগী মচীন লাই তোংই।

৪) অঙাংনা য়ূম মৈ থাবা চাক্তবরা ?

৫) অঙাংনা মৈ কিদে।

৬) অচেনবসু চয়োম অতানবসু চয়োম।

৭) অতুম্বা নোংশাগী মখয়াত্তা
অহিংবা শজিনা চঙলক্তে।

৮) অনী কোন্নরবদি অমা তুবা মশিন্নি।

৯) অনৌবা মচু তাদে
অরিবা মচু তাবনি।

১০) অফবা থবক মতম ঙাইগনু
ফত্তবা থবক য়েথোকউ।

১১) অরাপ্পা য়োৎপীনা উপাক্কা শঙ্গ তৌবদগী ঈশিংদা তাউই।

১২) অৱা মচা লেম্না মাংদে
নারগা হিংদে।

১৩) অৱাবা শঙবাই
নুংঙাইবা লাইতং।

১৪) অশাউবনা অমাঙবা ওই।

১৫) অশিবা শেল চাউ।
অচঙবা শেল চাগনু।

১৬) ইকাইবা খঙদ্রগা মহৈ চায়।

১৭) ইকাই খঙদবগী হিদাক লৈতে।

১৮) ইচা য়োকপবু
ফৌ শঙবাই অমনা
ঙা তুঙ্গোল অমনা
চাউরকপরা?

১৯) ইনাকখুনবা মচা ফৌশু তম্মু
লায়রা মচা শগোল তোংবা তম্মু।

২০) ইরোইনা লৈওল্লগা হাউনাদা তৈ।

২১) ইফুৎ চাম্মদি মেনবা ঙম্মী
মীচিন অমদি মেনবা ৱায়।

২২) ঈশীৎপনা পন্দোন য়েংনা খাঙই।

২৩) উচি চাকহোন্দা ফৌগৈ তুম্মী।

২৪) উতোং অহোবদা ঈশিং শোকপা কান্নদে।

২৫) উখুল অহোবদা পাউমেনবা কান্নদে।

২৬) উনা অপুংবদা উচেক তিল্লি।

২৭) উনা লিরগা লাই
মীনা লিরগা য়োংনি।

২৮) ওয়না তৌবা থবক য়েৎনা থাজদে।

২৯) কৈ লৈবা মফমদা নুমিৎ তাই।

৩০) কোনুংগী নিংথেম্নুবীনা
চফূবুনা মহৈরা
কেগাম্বুনা মপাল্লা হংই।

৩১) কোর্ফূ মনীংদা খুজিন্না শীকপা কান্নদে।

৩২) খুনুনা মথোঙদা কল্লি।

৩৩) খোংবান অপিশক্লা মীরৌই।

৩৪) ঙা মকোক অচৌবা চাগনু
ঙা মকোক অয়াম্বা চাউ।

৩৫) চফূ কায়রগা হূই হরাওই।

৩৬) চাক চগ্রিং অমনা
চেঙ চেঙকোক অমা মাঙথোকই।

৩৭) চাক চাদ্রিমখৈ অয়ুক্লি
নুপী থিদ্রিমখৈ পাখংনি।

৩৮) চাদশিন্না চখোমজাউ, য়েংদশিন্না মীৎলাউবী।

৩৯) চামিন্নবা হাউই, পুমিন্নবা য়াংই।

৪০) চয়াম পোকপনা নোকপা চঙই
পৈশা পায়বনা নোকপা য়াদে।

৪১) তীম্থোক অশিবনা
ঙমু অচঙবা থেম্মী।

৪২) তীন্না লৈগা তিন্নবদগী
শ্রীগোবিন্দগী কোক্তা থৌগল ফংজৈ।

৪৩) তুরেলগী ঈচেলদি হঙ্গৎনা চেন্দে।

৪৪) থন্দবা চফূ মখোল হৌই।

৪৫) থংলেন মপান চাবনা নোক্লা চায়
পারি মপান চাবনা কপ্পা চায়।

৪৬) থোং ফত্তে মী থোমজিল্লু।

৪৭) থৌবান্দোং খুৎনাইবীনা
ঙাম্বকপু খরুংগী মপাল্লা হংই।

৪৮) থৌবুনা মথৌদা পঙই।

৪৯) দাকুগী মখুত্তগী দাকাতিনা লাকই।

৫০) মপাম খাবৈ অমা
মবা ময়ুম খাবৈ অমা।

৫১) নাউফম্না মমা চেন্নৈ।

৫২) নাম্মা পু হায়রগা মাই হায়বা,
পোৎমা পু হায়রগা কিয়োক (হোয়) হায়।

৫৩) নিঙেল থুমশুংবনা থুম থাক্তে।

৫৪) নিংথৌনা মনাই চাল্লরবদি মপু হাৎলি।

৫৫) নিংথৌদসু মৈতান ৱাৎলি।

৫৬) নুপীগী য়ুম্নাক লৈতে
শনগী শঙ্গোল নাইদে।

৫৭) নুংশিৎপুদি তিংথৌনা ঙম্মী।

৫৮) পুকফবগী শরুক থুংদে।

৫৯) ফত্তবা মীগী হিদাক লৈতে।

৬০) মপাম শষ্থে কৈনা চায়।

৬১) মী য়াল্লগা ৱা য়ামই।

৬২) মীবু মাঙসনু নীংলগা
ঐ হান্না মাঙই।

৬৩) মীওইবদি শক্লা চৎনদে
গুণনা চৎনৈ।

৬৪) মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াবরা?

৬৫) লিননা চিক্লিবা মীনা
লিনগী মহু খঙদে।

৬৬) লু-কোকপদা লেন তাই।

৬৭) লৈকাই ফৌশু খোন্না খুবাক কুরোন হুই।

৬৮) লৈতোন শরু পান্দে।

৬৯) লোক অমদা কৈ অনী কুনবা হৌনদে।

৭০) লোক্তাক ময়াইদা থুমহি হৈথবা।

৭১) ৱাইগনবা শন লুকোকই।

৭২) ৱারুকাক্কী মতেঙ লৈতুম্না পাং
লৈতুমগী মতেঙ ৱারুকাক্না পাং।

৭৩) শগোল মমাঙ পূঞ্জাও পুবী
নুংশিৎ মাইরম লশিং কাপ্পী।

৭৪) শন হয়িং য়ুম্বান তৌগনু।
চুহি চফুগী য়ুম্বান তৌ।

৭৫) হৈ শীংবা শন চৈবুল চায়।

৭৬) শমোক্না (শম্না) উরোকথোং লানবা
উরবসু উদে হায়য়ু।

৭৭) হি অনী তোংবা করাঙ শেগায়।

৭৮) হুইনাউ মচা চাল্লুরগা
লৈতোন লেকই।

৭৯) হুরানবা মতুং মৈরীংই।

৮০) হুরানবগী তরানি মপুগী নোংমা।

৮১) হৌদোং তুমিন লৈবনা চফু ঙস্মী।

৮২) য়াওং ইনবা নীপাবু নীপারা
কুরাও মপানবু লৈরা?

৮৩) য়ুমদাংবনা কৈনায়।

৮৪) য়োত্তি শারিঙৈদা য়েহৌ।[১]

৮৫) অকাবদা অকাবা, অকুম্বদা অকুম্বা ওই।

৮৬) অঙাংগী মপাদি মমাতনা খঙই।

৮৭) অতনবগী হীদাক লৈতে।

৮৮) অনী লোনবগী শুমাঙদা তিঙ্গোই ওইনা হৌনিংদে।

৮৯) অপঙবনা অহুল্লক নোকই।

৯০) অপীকপা মোরোক শাবনি।

৯১) অপৈবনা অচুম শাবা কুইবা য়াদে।

৯২) অমুক লানখিবদা খঙনা চুমথোক্তবদি অনীরক লাক্লে।

৯৩) অফবা ইতুংফমদা লৈবা ঈশিংদা ঙা লৈবনি।

৯৪) অশাউবনা পুন্নমক মাঙহল্লি।

৯৫) অহোবা উদি মখোল হৌই।

৯৬) ইকাই খঙদবনা পুকথল্লি।

৯৭) ইচিন ইনাউনি খন্না লৈমিন্নৌ
শক খঙনদবনি খন্না কারবার তৌ।

৯৮) ইরৈ লৈতবদগী খরা লৈবনা হেন্না ফৈ।

৯৯) ইমৈ নত্তে তৌরানি
তৌরা নত্তে ইমৈনি।

১০০) ঈরাক্লবা মীনা চরু ফাওবা লাম্মী।

১০১) ঈশিং অচৌবগী ঙানা শীংই।

১০২) উ য়ানবা হৈত্রবদি উরাওখোল লৈবনি।

১০৩) উতোন তন্না কাপ্পা তেন্দগী
নোংদোন তন্না কাপ্পা তেন্না ঋাংবা হেল্লি।

১০৪) উরী য়াম্না য়েৎলবা উপালদি চাউজন থী।

[১] অঙোম মঙ্গী, (চহি ৬৫), ফৈয়েং অৱাং লৈকাই, পাউরৌ ১-৮৪, খোমজিল্লুবা নুমিৎশিং, তাং ২০।৫।৮৭ ইং, তাং ২২।৫।৮৭ ইং অমসুং তাং ২৬।৫।৮৭ ইং।

১০৫) উৎনুংদা লৈরম্লবসু সনাদি সনানি।

১০৬) ককচেংনা অথুম্বা পাম্বদগী চুহিদা ঈরাক্লদুনা শি।

১০৭) কপ্পগা নোকপগা মচিন মনাউনি।

১০৮) ক্বাক্লা নাপল তৌবদগী চরোইনা তুহৎলি।

১০৯) ক্বাক ফৌ চাদবনা ফৌ চারুদুনা মখয়াৎ শেগায়।

১১০) ক্বাক্তা ব্বাহোং মতু পানশিল্লবসু ব্বাহোং খক ওন্দে।

১১১) কেমল্লবদি কেবাক থোকই।

১১২) কৈ থেংনববুদি কৈনিংচিৎ লাকপনা হেন্না লুই।

১১৩) কৈনা ময়েক মাঙবরা?

১১৪) কৈরোই ফত্তবনা খুন্দাবা
লৈকাই ফত্তবনা খুল্লিংবা লুবনি।

১১৫) কোক্তা নাপী পকপা ইশানা উজদে।

১১৬) কোম অমা ফুনগে হায়রবদি
কোম অমা তৌদবা য়াদে।

১১৭) খঙদনা তৌবা অরানবা দোষ লৈতে।

১১৮) খাবৈ চেগপ মখোন্না চাকথোংবীগী ইঙ্গিৎ খঙই।

১১৯) খূর্জি পায়বদা শগোল তোংবা হৈ হৈতে মখঙই।

১২০) খূরবা চিনদগী চাউরবা ব্বা থোরকই।

১২১) খুন্নৌ তাবা মী লায়দবনি।

১২২) খূৎ কনবনা অচুম্বা শকই।

১২৩) খূৎ ফত্তবদা সেনাপতি ওই।

১২৪) খূৎ য়েৎনা তৌবা থবক ওয়না থাজদে।

১২৫) খোইনা চিকখ্রগা হয়িং পাইবা য়াদে।

১২৬) খোই মহুম্না খোই মহুম কল্লি
শবিরাইনা শবিরাই কল্লি।

১২৭) খোকমন্দা হার হাপ্পা কান্নদে।

১২৮) খোম্বাংবা হৈতবনা পাংবা পেনা চৈজিং চায়।

১২৯) ঙাঙৌ খাংদগী চোংথরগা মৈনুংদা তাই।

১৩০) ঙাঙমল্লবদি অরানবা য়াওরকই।

১৩১) চহী য়াঙ্খে থবক য়াঙ্খে
চহী হুম্ফু থবক হুম্ফু।

১৩২) চহী য়ামদ্রিঙৈদা লৈবা লন ইশাগীনি হায়না থাবা কান্নদে

১৩৩) চাক্কদবা শীঙনা চাক্কনা, মৈচম্না চাক্কুনা কৈদৌনী।

১৩৪) চাক্কীদমক ইকাইবা নংই।
নুপীগীদমক চৈ চায়।
লনগীদমক থৱাই মাঙই।

১৩৫) চাক্তিন্নবগা ফিদিন্নবগা চাক্তিন্নবনা লুই।

১৩৬) চাক্লিবনা নিংথৌ ওইরকপা
নিংথৌনা চাক্লিবা ওইরকপা য়াই।

১৩৭) চানিংবা য়েঙ্খাং হাউই।
নুংশিবা শক ফজে।

১৩৮) চাবদা কাক্কী শাজৎ, লৈমিন্নবদা শামুগী শাজৎ চৎলু।

১৩৯) চামিন্নবা হাওবনি, পুমিন্নবা য়াংবনি।

১৪০) চিনগা খূৎকা মান্নৌ।

১৪১) চিননা পুখরগা শেন্না মেল্লি।

১৪২) চীংজিন্দা লৌ উদনা, পোইনুদা ফৌগাবা য়ারোই।

১৪৩) চেকফৈরা দায় লৈতে, লমথারা হায়বিরক্কনু।

১৪৪) চেকশিন্না থল্লবদি নাপীদগী কান্নবা লাকই।

১৪৫) চেল্লবদি তাল্লুনু, তাল্লবদি চেল্লুনু।

১৪৬) চৈঙাক ফৎরগা হি চৎপনি
চৈঙাক ফৎত্রবদি হি চত্তে।

১৪৭) চৈনা যৈবদগী শেন্না য়ৈবনা নাবা হেল্লি।

১৪৮) চোংদ্রিঙৈদা তাফম হান্না য়েংহৌ।

১৪৯) তবঙদা যূমশাবা মালংদা য়াহিপ্পা য়ারোই।

১৫০) তাল চাদ্রবদি কিন চায়।
১৫১) তাল্লবদি চেল্লুনু, চেন্দ্রবদি তাল্লুনু।
১৫২) তাংজা লিনগুম মরে অনী লোঙগনু।
১৫৩) তিম্মং পান্দবা আতরগুলাপ শাৎতে।
১৫৪) তুদনা চৎপা হৈরকপা নত্তে।
১৫৫) তেংমায় লেপ্পা ফরবসু হিরোই ফৎত্রবদি হি থোইদে।
১৫৬) তোইনা খোইরবা লৈবাক লৈহাও মাঙই।
১৫৭) তোকঙাদসু অচুম্বা য়াওই।
১৫৮) থাউ থোকপা মী, মীনা বাখান তৌই।
১৫৯) থাজদবা ফুমদা লেমলৈ ঙা পকই।
১৬০) থেঙ্গুগা ঙারাকপীগা খৎনরিঙেদা ঙামীনা ওইজবা ফংই।
১৬১) থৌ লৈতনা থৌথিবদি, থৌরম নম্বো পোই।
১৬২) নহা ওইরিঙেদদি য়োংদসু ফজে।
১৬৩) নুমিৎ থা হুইনা চাব্রা?
১৬৪) নুংগা য়েরুমগা কাওনগনু।
১৬৫) নুংশিবদি শেন্না লৈবা য়াদে।
১৬৬) নুংশিবনা তৌথোরকপা পুন্নমক ইনুং নুংশি।
১৬৭) নিংথৌগী মনাই পীকপ্রা চাউব্রা য়েংউ।
১৬৮) নোং চুদনা শাইজিন চোত্তে।
১৬৯) নোংমাংখা মখোঙদা চুহি হৈজিন্দুনসু থুম্মরোই।
১৭০) নোংশাগী মমৈ ওইবদগী, হৌদোংগী মকোক ওইবনা হেন্না ফৈ।
১৭১) পাখং তুথী হৈতবনা হনুবী লাংদা থুই।
১৭২) পায়রবদি চেৎনা পায়রো
কিরবদি থাদোকখ্রো।
১৭৩) পাৎ চাবদা শেল মাঙবা, খোই চোপ্পদা হঞ্জিনবা য়ারোই।
১৭৪) কুপ্লবা লৈঙোই মরীক্না চাউরবা মরুভুমি ওই।
১৭৫) পূক্কংবনা শানোয়বা শক্কনু।

১৭৬) পূকফম্বগী শরূক ৱাৎলি।
১৭৭) পুন্সি লৈবিমবথৈ আশা লৈগনি।
১৭৮) পেনামুক লাই।
১৭৯) ফম তারবা ফম্নাইবা
খূজিন য়াওদবা কৈগা অম্মানি।
১৮০) ফেঙদবা থাঙ থৌদে।
১৮১) ফৌশু তোইবা শুক খুৎনাং চায়।
১৮২) ফৌশু তোইবা শুম্বল মখুল লাওই।
১৮৩) মকন্থিনা মরল ফোইদৎলি।
১৮৪) মচা নুংশিদবা মমা লৈতে।
১৮৫) মচু মান্নবা উচেক্না পুন্না চাক্তামিন্নে।
১৮৬) মতম্না কনাবুসু ঙাইদে।
১৮৭) মনাই খাউবুবদসু ৱাতান্নৌ।
১৮৮) মনীং হোরবা শেঙ্গাও শেল তুঙদে।
১৮৯) মপাগী মচা উগী উহৈ।
১৯০) মফম চাদবা থরূং কায়গন্নি।
১৯১) মমাঙ থোঙ লোম্লবদি মনীংথোঙদা চংঙু।
১৯২) মশানা থাকপা লাংদা মশা থুই।
১৯৩) ইম্খোল কৈথেল কাউ।
১৯৪) মানা মানা তৌবা মানা মানা ফংই।
১৯৫) মী মমায় অনামুক পাকপদি য়েংবা ঙমদে
শামু মমায় লম্মুক পাকপদি য়েংবা ঙম্মী।
১৯৬) মী হাৎপা যাওগনু মী কনবা য়াউ।
১৯৭) মীগী মথৈ ফংলগা শাউই
লাইগী মথৈ ফংলগা পেনবী।
১৯৮) মীঙোন্দা লৈবা শেল অথুবা নংদে।
১৯৯) মীরমগী যেক্লবা কোন্না থেংনৌ
ইবমগী যেক্লবা হান্না থেংনৌ।

২০০) মৈ লৈতনা মৈখু কারোই।

২০১) মৈনাক্তা ঘী থম্বা শৌদোক্কবা লৈতে।

২০২) মৈনি খঙনা শোক্লুরবদি পোকপা মশানা তাবনি।

২০৩) মৈরানবীনা মৈনুংদা চোংশিল্লগা শি।

২০৪) মৈরিক্কা মৈজাউ ওল্লি।

২০৫) মৌ হায়গে হায়রবদি শাগৈ জাৎ য়েংউ।

২০৬) লন্দি কাউশীংনি।

২০৭) লনশোৎপীনা পাউখুম ৱাত্তে।

২০৮) লম্বী অনানবদা চৈশু শুবা।

২০৯) লম্বোইবদা শমজেৎ পীবা কান্নদে।

২১০) লায়রবা মপাল থাদে, ইনাকখুনবা মউ লিংদে।

২১১) লায়রবদা লাইজংবা ইনাকখুনবদা শেঞ্জংবা।

২১২) লায়রবনা য়েন লোইবা ৱাখ্রেক ওল্লি।

২১৩) লায়রবনা ৱা খঙদে।

২১৪) লাইরম্বুদি তিল্লম্না কল্লী।

২১৫) লাম্লবদি হাওতবা লৈতে।

২১৬) লুহোংগদৌরবী নুপী মমল য়াম্মী।

২১৭) লুহোংবা কুইদ্রিবা নুপানা মাগী নুপীদা হয়িং লাবা
ফাউবা তোংহন্নিংদে।

২১৮) লৈতবদগী তঙাই ফদবনা কল্লি।

২১৯) লৈশৌ মাঙহনগে হায়রবদি মপী হান্না হাৎকদবনি।

২২০) লৈরক অমা শৈশক অমা।

২২১) লৌবা লায়, খাইনবা লুই।

২২২) লৌরমদাই তেংনা মানবী
খাইনরমদাই য়োংমানবী।

২২৩) লৌরী য়ুম্ফম কা
নুপী নহা কা শিবা কিদবনি।

২২৪) ৱা অকায়বদা ঈশিং চণ্ডই।

২২৫) ৱা থোকঅগা শেল থোকই।

২২৬) ৱাদনা নুংঙাইবা লৈতে।

২২৭) শক ফজবা মীগী চান্নদবা মচু লৈতে।

২২৮) শক ফজৈ পোংগনু, লাইথোক অমুক্তা মাঙবনি।

২২৯) শক থিবা লাইনা শাবনি, লুরিবদি মগুণনি।

২৩০) শঙ্গোল অমোৎপদগী পুরকপা শন লেম্না মাঙদে।

২৩১) শঙ্গোল নাইদবা শন শনগাফম খণ্ডদে।

২৩২) শগোলনা লৌ চারগা ইরোইদা ফূই।

২৩৩) শুদনা লৈবা পাম্লবদি চাদনা হিংবা তম্বা তাই।

২৩৪) শঙখ্রবা মচু কোকপা ঙমদে।

২৩৫) শনগী শম্বনদি লায়না থিংবা ঙম্মী
মীগী শম্বনদি থিংবা ঙমদে।

২৩৬) শাগৎপা তরানি, থুগাইবা নোংমনি।

২৩৭) শামু দশা ফত্তবনা
হঙোই দশা অঙ্কববু নেৎখাই।

২৩৮) শামু মচা য়েংবগী পেনবা নাইদে।

২৩৯) শামু শম্নীং তোংগনু
ঙমু লুকং চাগনু
পাৎ শোয়নীং চাগনু
কান্নদে।

২৪০) শামুনা ঙাই থিদে
নিংথৌনা ঙাই খণ্ডদে।

২৪১) শেঙ্গাউ চোইরগা লায়র তাল্লি।

২৪২) শেঙ্গাউ চোল্লিঙৈদা মরূপ ৱাস্তে।

২৪৩) শেম্না তান্দনা মীনা শেন তানবা ফংদে।

২৪৪) সনা শাবনা মমাদগী সনা হূরাল্লি।

২৪৫) সনাগী মহুৎ য়াইঙংনা শিল্লি।

২৪৬) হাকুজবদা খুৎ থাজিল্লি।

২৪৭) হিনাউ শাবা হৈত্রবদি
হিমাই চুম্বা ঙল্লোই।

২৪৮) হূরানবগী মগুন্দি হূরানবতনা খঙই।[২]

২৪৯) অকোকপদা কোরেক মাঙই।

২৫০) অঙাও চাকচা চাববু অফবরা?

২৫১) অতুম্ববু অতুম্বনা হল্লি।

২৫২) অথৌবা শঙ্গাই মখোক ঈৎপা ঙমদে।

২৫৩) অনম কনবদা শন, ইকাই খঙদবদা হৌদোংনি।

২৫৪) অনী তিল্ল মরুপ্নি, অহুম তিল্ল সভানি।

২৫৫) অপঙবগা অপঙবগা, অশীংবগা অশীংবগা।

২৫৬) অপঙবা তরাগা মরূপ ওইববুদি অশীংবা অমগা য়েক্লবনা ফৈ।

২৫৭) অপঙবা মরূপ্তি য়েক্লবনি।

২৫৮) অপঙবনা লান্দা থৌই।

২৫৯) অপীকপা মী লায়গনু।

২৬০) অমা চৎপা অপুম্বা, অনী চৎপা অশিবা, অহুম চৎপা অহিংবা।

২৬১) অমুক্তংবু খুখিত্রবদি তুং ফাওবা থৌই।

২৬২) অমুবা মচুবু তক্লগা ঙৌরকপরা?

২৬৩) অমোৎপবু ফিন্না কুপকনো।

২৬৪) অরানবা অমা চুন্নবা হোৎনবদা অচুম্বা কয়া মাঙই।

২৬৫) অরা-নুংঙাই হায়বসে কন্নাগীসু পিবা ফম নত্তে।

২৬৬) অশাউববু ঙাকপিবনা জয় ওই।

২৬৭) অহৌবা ফরবদি পোলোইদসু ফগাল্লি।

২৬৮) ইচঙ থৌবা কান্নবা লাকই।

---

[২] ওইনাম দামু সিংহ, (চহি ৫০), য়ুম্নাম হুইদ্রোম, পাউরৌ ৮৫-২৪৮, খোমজিন্নুবা নুমিৎশিং ৬।৭।৯২ ইং, ৮।৭।৯২, ইং, ১০।৮।৯২। ইং, তাং ১১।৮।৯২ ইং, তাং ১৫।৮।৯২ ইং।

২৬৯) ইন্দোনদা য়েরগা ইতোন্দা পাল্লি।

২৭০) ঈশিৎপদবু ঙা তাঙবনি
ব্বা ঙাঙবদবু তাঙবা হৌনদে।

২৭১) উগী উশক্তি উহৈনা খঙই।

২৭২) উজাও তুবদা উনাও চেন্নে।

২৭৩) উনৌনা উরীবু পুল্লি।

২৭৪) উপুমদা ঈশিং চঙই।

২৭৫) ঔরাইবদা কান্নদবদি জুব্বারদনি।

২৭৬) কলমনা থাঙদগী হেন্না থৌই।

২৭৭) কলিদা চায়াম পোকপা
কলিদা ব্রাহ্মন ওইবা।

২৭৮) কিরবদি চংঙুরনু চংঙুরবদি হল্লুরগনু।

২৭৯) কীর্ত্তন মপূ মাঙজোং চোংই।

২৮০) ক্বা মতপ অমনা চীন পৈ।

২৮১) ক্বাক্বি কোকিলনি বসন্ত য়ৌরগা খঙগনি।

২৮২) খিৎতা হৈবদি অকিবগী মশক্কি।

২৮৩) খুরোৎপিনা শিন্নাইবুংদা অহৈবা শায়।

২৮৪) খুল লৈকাই হৌরবদি থাঙজৌ পায়দুনা ইল্লু।

২৮৫) খূৎকী খুজিবু মিংশেলগী মথৌ লৈবরা?

২৮৬) খূৎতসু খুবী-খুনাউ নাই।

২৮৭) খোইনিংবু চরাংনা মোইথেম তৌই।

২৮৮) গুরু সেবা তৌবদি ঈশ্বরগী সেবা তৌবনি।

২৮৯) ঙক য়োন্দনা সেনাপতি ফংবা হৌনদে।

২৯০) ঙমু লুকং চাগনু, হিদাক মৈথুম থক্কনু, শামু শন্নীং তোংগনু।

২৯১) ঙাখা চীন য়াওবীনা লাংদা থুই।

২৯২) চঙবদি লায়বনি থোকপনা হেন্না লুবনি।

২৯৩) চবাংনা তা মতোন্দা তোংলগা ক্বাক্বা মথি চীৎলি।

২৯৪) চাদুনা চারবদি মতোং চাউ।

২৯৫) চাবু চাশীল্লবদি ফায়বদি মশোয়দ্রবনি।

২৯৬) চিরোন খোঙনাইবদি মকোক পানবনি।

২৯৭) চীংদা চুরে লোক্তা
লোক্তা চুরে লোক্তা।

২৯৮) চীংলাইনা ফনা চাউদুনা কৈদৌনি
অপীকপা চীং নাচন্না ঙস্মী।

২৯৯) চুহি চাবা খুদুং ইল্লি।

৩০০) জীব হিংসা তৌগনু।

৩০১) তপথবা হায়বসিদনা অখাঙ কনবগী মগুণনি।

৩০২) তালোয় ৱাচন্নবীনা মথংলেন খাদা থাই।

৩০৩) তুথিরে কোর খারে
চাবোক্লে কোঞ্জঙলে।

৩০৪) তুমদবা মী হৌদোকপা লুই।

৩০৫) তুমাই শঙবাই অমা চারীঙেদা
মচা তরা পোকই।

৩০৬) তোনানবা মীদি মতম লৈবা খিবিক্তা মীৱা তাই।

৩০৭) থম্মৌ চারিঙে তাদবা লফোই চারগা তাই।

৩০৮) থাউমৈ মখোঙদি মম্বনি।

৩০৯) থাজদবা ইম্খোলদা ওইদবা পাম্বী হৌই।

৩১০) থী ফায়বদবু মচি মরুমদা ফায়বনি
ৱা ঙাংবদবু মচি মরুমদা ঙাংবা হৌনদে।

৩১১) থী ফায়বনা ইকাইদ্রগা অউবনা ইকাই।

৩১২) থেঙ্গু ঈশিংদা থাদোকপবু হল্লকপরা?

৩১৩) দোলাই তোংবিগীদমক ৱাইকুপ পুবীনা ৱায়।

৩১৪) ধর্ম্মগী থবকপু গদানা য়াবরা?

৩১৫) নতীক য়েংনা ৱা ঙাংঙু
নঙন য়েংনা থবক তৌ।

৩১৬) নশাগী লুখম্বু উবরা ?
৩১৭) নাচল মথীনা পাহোম্মী।
৩১৮) নিঙোল কপচেৎপী লুখ্রা ৱারৌজাউ।
৩১৯) নুপাদি থোঙ্গাল য়ৌবদা শাফম লানফম্নি।
৩২০) নিংথৌগী মপোত্তি য়েত্তুমদসু পুংবা নাই।
৩২১) নুপী নুপা য়ুম্বানবা হায়বসি উয়ান চাক্তিন্নবনি।
৩২২) নোংজু পাম্বাদা পাঞ্জি কনা ছাতিন পুদবা লৈবগে ?
৩২৩) নোংদোন তন্না কাপচবা তেন ৱাতোন্দি ময়ৌই।
৩২৪) পাঙল ইনাকখুনবগী তুপি লংবদি শেন্দাঙ উপ্পী
লায়রবগী তুপি লংবদি থীগং উপ্পী।
৩২৫) পাঞ্জি মমৌ খাইনদ্রা
মাইবগী মচা শিদবরা ?
৩২৬) ফুদিত্তা মাঙজোং চোংই।
৩২৭) ফৌ শঙবাই অমদি মিহৌদে
ঙাখা তুঙ্গোল অমদি মিহৌই।
৩২৮) বামোন মনাইনা কেগে হায়না কেরক্রবদা মপৃদা তাদা কৌই
৩২৯) ভক্তিগী মমাঙদা মুক্তিনা খাঙবা ঙমদে।
৩৩০) ভিমনা চারগা শৌকনিনা ফায়।
৩৩১) মথৌ য়াওদ্রে হায়দুনা থাঙবু হুন্দোকপ্রা ?
৩৩২) মীগী দলান মথোন কয়াবুদি
ঐগী লাইরা খাঙপোক্না মহেল্লি।
৩৩৩) মী খুদিং মপুক পেলহনবা ঙমদে।
৩৩৪) মুৎলমদাই থাউমৈনা ঙাল্লি।
৩৩৫) মৈতাল চাম্বা কোক্তে।
৩৩৬) লায়রবনা ফি শুবা নোং নংই।
৩৩৭) লিনবু শৌনা য়ুবরা
নুংশিৎপু লাংদা থুবরা ?

৩৩৮) লৈনাংনা পঙ্খিংববু কয়া কুইনা খাঙবা য়াবগে ?

৩৩৯) লৌউবগী নোংমৈ, পেনা শকপগী নুমিদাংৱাইরম।

৩৪০) ৱাখা লম্বাল চাউজন থি।

৩৪১) শামু ময়ানা থিন্দোরকপদা মঙ্গে থেঙ্গুনা য়ৈশিনবা ঙমদে।

৩৪২) শারিঙৈদা য়েহৌ।

৩৪৩) শীৎতোকখ্রবা তিন হঞ্জিনফদে।

৩৪৪) শীজিন্নবা কোল লংই।

৩৪৫) হনুবনা ফনা নাঞ্জদুনসু খোংঙুপ অমনবদা কাপ থাবনি।

৩৪৬) হৌদোংনা ঙাওরা চৈতুপ চায়।
হূইনা ঙাওরা য়োংখোক চায়।

৩৪৭) হৌদোং লৈত্রগা উচি মখে লাংই।

৩৪৮) ক্ষেত্রি মচা শিবা কিদে।

৩৪৯) য়াওশং মতম নহা ওইনিংবা
তর্পন মতম অহল ওইনিংবা।

৩৫০) য়াম্বা মনীং ইনখৎলগা
মনাও লুশম চিংখৎলি।

৩৫১) য়োংদসু নহা ওইরিঙৈ ফজে।[৩]

৩৫২) অতোম্বীনা ফনেক ফৌবদি ফদিগোম মকা তাই।

৩৫৩) অপঙবনা মতু ফূই।
অশীংবনা মোন ফূই।

৩৫৪) অশাববু অশাবনা লোক্কনি।

৩৫৫) ঈশিংগী লুবদি থরোগী মরীনা খঙই।

৩৫৬) উচেক্কী পাঙ্গল নুংশিৎনা ওই।

৩৫৭) কালেনগী লৈক্রক্তসু ঈশিং থোকই।

---

[৩] শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর, (চহি ৭০), শীংজমৈ লিৱা লম্বী, পাউরৌ ২৪৯-৩৫১ খোমজিল্লুবা তারিকশিং — তাং ৩০।৫।৮৭ ইং, তাং ৩১।৫।৮৭ ইং, তাং ১।৬।৮৭ ইং, অমসুং তাং ২।৬।৮৭ ইং।

৩৫৮) তাইবঙ মী হায়বসিমুক পঙবা লৈতে।

৩৫৯) তাইবঙ মী হায়বসিমুক শীংবা লৈতে।

৩৬০) নুপীগী পাঙ্গল নুপানি।

৩৬১) পাৎলিঙৈদা হয়িংদসু নোল্লু।

৩৬২) মনানা হৈমাং শাই।

৩৬৩) মীওইবা হায়বসি কল্লকপবুদি মীহৌবনা ফৈ।

৩৬৪) লৌউবগী নোংমৈ, লায়রবগী হয়েং।

৩৬৫) শামু মথুন্দা পেনা খোংবা।

৩৬৬) শামুগী মহূৎ ব্বাইখুনা শিল্লি।

৩৬৭) শামুদি নাউসেক অমনা ঙম্মী।

৩৬৮) শেন্দাঙ য়াহৌ ঙনবা উরোং শীংজা চায়।[৪]

৩৬৯) মপানা তোংবা খুরুম্বু মচানা তোংদবা য়াদে।

৩৭০) লনবুদি মহৈনা হেল্লি।

৩৭১) লৈকাইগী পাউন্নিখোলনা মোম্নুগী তালোয় কায়নৈ।

৩৭২) য়ুবু লুথুপ্তা খঙই।

৩৭৩) ব্বাঙাং হৈতবনা মপা চৈবা শকই।[৫]

৩৭৪) কৈগী মপান নাপীনা তাং
নাপীগী মপান কৈনা তাং।

৩৭৫) কৈনা তোকপা পোকপা হৌনদে।

৩৭৬) কৈনা ময়েক মাঙব্রা?

৩৭৭) কোনুংগী নীংথেম্নুবী অমত্তা কৈনা চাবা হৌনদে।

৩৭৮) কাক্কা শাইরোংগনি।

৩৭৯) খাঙবা কল্লগা ফমেন ফম্মী।

---

[৪] খুমুকচম ঘোনো সিংহ, (চহি ৭৫), ককচিং খুন্নৌ চেকসাপাৎ, পাউব্রৌ ৩৫২-৩৬৮, খোমজিল্লুবা নুমিৎশিং তাং ৬।৭।৮৭ ইং, তাং ৭।৭।৮৭ ইং।

[৫] খুমুকচম শামুঙৌ, (চহি ৪০), ককচিং খুন্নৌ, উমাথেন, পাউরৌ ৩৬৯-৩৭৩, খোমজিল্লুবা নুমিৎ তাং ১০।৭।৮৭ ইং।

৩৮০) খূবাক নাম্মতা খুবা মখোন হৌদে।

৩৮১) খূরক্কী ঈনা লাই শাই।

৩৮২) খূৎ হৈবনা খূৎনা
চীন হৈবনা চীন্না চায়।

৩৮৩) খেরাই হৌরবদি খেনম নম্মী।

৩৮৪) খোংগদবা হূইনা খোংদদুনা গধানা খোংলুবদগী চৈ চায়।

৩৮৫) খোংলগা খণ্ডগনি।

৩৮৬) জাৎকী খুনু শোয়বা হৌনদে।

৩৮৭) নোংমদা পোকপা মচানা
নীনি শিবা হৌনদে।

৩৮৮) পীক্লবসু শরেঙনি, চাউরবসু শরেঙনি।

৩৮৯) ফজববুদি নুংশিবনা হেল্লি।

৩৯০) ফৌশুগুম হায়রগা চেঙ চোইগুম নাহ্লোকই।

৩৯১) মীনা নীংবনা অমা লাইনা শীনবনা অমা।

৩৯২) লনশোৎপীনা পাউখুম ব্রাৎতে।

৩৯৩) লাইরেন্না মগুণ ঙাকপদা লফুৎ কাদুনা শি।

৩৯৪) লিন্না মখুল চঙলমদাই চুম্মী।

৩৯৫) শগোল হঞ্জিন কৈনা চায়।

৩৯৬) শবিনা মমা নোক্লে।

৩৯৭) হূইবু দোলাই তোংহল্লগা থীগং উরগা চোংথৈ।

৩৯৮) হূদুনা হূরবদি লৈমা হূ
কোংদনা কোংলবদি শামু কোংঙু।[৬]

৩৯৯) অউন শন ময়া য়েংদে।

৪০০) অহিংদা শুবা লন্দি লেঙদবনি।

---

[৬] নিংথৌজম খুনজাউ, (চহি ৭২), ফৈয়েং অব্রাং লৈকাই, পাউরৌ ৩৭৪-৩৯৮, খোমজিল্লুবা নুমিৎশিং তাং ২৭।৪।৮৭ ইং, তাং ২৮।৪।৮৭ ইং।

৪০১) ঈশিং মনুংদা লৈতুম হুম্বুবা
ফক্লাংদা তেমপাক্লা থাবা।

৪০২) কুম্বীনা কুম্বী শাৎপনি,
তুমাইনা তুমাই শাৎপনি,
ফৌরেননা ফৌরেন শাৎপনি।

৪০৩) খাঙঙবোক লম মাপল শাংববু
মচীন মৈ মুবতা হৌরক্লি।

৪০৪) চাকথি মৌথিবদা মপা য়েংগনু মমা য়েংঙু।

৪০৫) চেংবা কাগবরা হায়ববু কুম্নবা থোক্লে।

৪০৬) তুরেল অখোয়বগী ঈশিং থকই,
লাঙ্গোল অখোয়বনা লৌউদনা চাবি,
লম্বী অখোয়বসু চৎলি।

৪০৭) তুরেল অনী কুমগনু।

৪০৮) নুপীগী য়ুম্নাক লৈতে,
শনগী শঙ্গোল লৈতে।

৪০৯) নুরা ফৌশু চগেম চা
হনু ফৌসু মচং চাবনি।

৪১০) লেঙগদবা পাননা লেঙদদনা
লেঙলোইদবা হানা লেঙলে।

৪১১) ৱা থোকঅগা শেন থোকই।

৪১২) শজি নঙগী মরৌ শঙাই ঐনা খঙঙে।

৪১৩) শঞ্জাউনা ঙমওন থুংদে, লফুনা মচি কাদে।

৪১৪) শন্নৈবী মরক্তা উতঙ উনা ফজবা হুম্নকউ য়াবা হৌনদে।

৪১৫) শন্নৈবীনা শন্নৈবী উতঙনা উতঙ পোকপনি।

৪১৬) হামেংগী ৱা লোইদ্রিবৈঁদা য়াউগী ৱা হৌদোরকই।

৪১৭) হি অনী তোংবা করাঙ শেগায়।[৭]

---

[৭] থৌদাম তৌম্বী দেবী, (চহি ৭৪), খাবম মখা লৈকাই, পাউবৌ ৩৯৯-৪১৭, খোমজিল্লুবা নুমিৎশিং, তাং ২৭।৯।৯০ ইং, তাং ২৮।৯।৯০ ইং।

৪১৮) থাঙ পুথোকঅগা থাঙ শিংই
ফৌ পুথোকঅগা ফৌ শিংই।

৪১৯) মানা তৌবনা মানা ফংবনি।

৪২০) মী অপঙবা লাম্লোইনৈ
উ অকংবা শীংওইনৈ।

৪২১) লিনবুদি হৌদোংনা শুম্মী।

৪২২) লৈগী লৈনমদি নাতোন শুমাংদগী হেন্দে
তাইবঙ মীগী মনমদি চীম্থাং লাল্লি।

৪২৩) লৈকাই ফৌশু খোম্না য়ুম কায়।[৮]

৪২৪) গাড়ী শন্না ভাওরবদি সিপা (চৈ) চায়।

৪২৫) চাক লাম্লগা খুৎ অনী থাবা য়াব্রা?

৪২৬) চাকচা ফমফম তিন্নরবদি নুংশিনবা হেল্লি।

৪২৭) তিম্থাং অমা চণ্ডলবদি তিম্থাং অমনা হল্লু।

৪২৮) ফৌবু লৌবুক্তা হুনবরা লাইবক্তা হুনবনি।

৪২৯) লৌরি অনেম্বদা ঈশিং পাই।

৪৩০) শেম্ন-শেম্ন য়োং মাল্লি।

৪৩১) হূরানবা মকোক তৌ হৌই।

৪৩২) হৈনিংলগা কৈমাং হোৎলি।
হৈনিংদ্রগা কৈনীং হোৎলি।[৯]

৪৩৩) অওনবা নুং ঈশং কাদে।

৪৩৪) অকনবনা অচুম্বা
পুক্কংবনা শানোইবা শকই।

৪৩৫) অকনববুদি অশীংবনা শুম্মী।

৪৩৬) অকনবনা অশোনববু নৈহৎলি।

---

[৮] ময়াংলম্বম চৈনেন্দ্র সিংহ, (চহি ৭০), ককচিং খুন্নৌ অঙোম লৈকাই, পাউরৌ ৪১৮-৪২৩, খোনজিন্নুবা নুমিৎ, তাং ৮।৭।৮৭ ইং।

[৯] ময়াংলম্বম য়াইমা সিংহ, (চহি ৭৪), ককচিং খুন্নৌ ভাইখোং লৈকাই, পাউরৌ ৪২৪-৪৩২ খোমজিন্নুবা নুমিৎ তাং ৮।৭।৮৭ ইং।

৪৩৭) অখোংবা হুই পঙনা চীক্তে।

৪৩৮) অঙাও ফৌশু চরা নোংখননৈ।

৪৩৯) অঙাওবা ময়ুম পানবীনু
অপঙবা লৌশীং তাক্কনু।

৪৪০) অঙাং অমা য়োকপদি
নাই অমা লৈবা শীথলি।

৪৪১) অঙাং ওইরিঙৈদা নহৈ তম্মু
নহা ওইরিঙৈদা লন তালহৌ।

৪৪২) অঙাং হায়বসিদি শন মমৈগা চপ মান্নৈ।

৪৪৩) অচঙবা মীগী ৱা ঙাঙগনু।

৪৪৪) অচুম্বদি উকল চঙদে।

৪৪৫) অচৌবা তীম্ভোক অদু লিংজেল মান্নবা ককচেংনা তরাইনা
পুদুনা চথলি।

৪৪৬) অনম কল্লগা মাইবী চঙই।

৪৪৭) অরীকপগী মরল শুম্না চায়।

৪৪৮) অরূবনা মতাইদা অনৈবনা ময়াইদা চেনগনি।

৪৪৯) অহল মথীনা চফু মেনবনি।

৪৫০) ইকাই খাঙদগী কঙ কোথলি।

৪৫১) ইখূৎ লাম্ভোক্লগা মীখূৎ লাম্ভোকই।

৪৫২) ইশ্খোল চাউনা কোইগনু
নুপী ফজবা লৌগনু।

৪৫৩) ইচা পোকপা ইরন্নাই
লৌউবা ইচিঞ্জাক।

৪৫৪) ইচা ফত্তবা চাউবা ঙাই
ইৱা ফত্তবা শিবা ঙাই।

৪৫৫) ইথক থোংবা তিন্নৌ
ইখা থাবা তিন্নগনু
চান্নৌ।

৪৫৬) ইনাক খুনবা তরানা লায়রবা অমা শৌগৎপা শুমদে।

৪৫৭) ইনাকখুনবা মউ লিংদে
লায়রবা মপান থাদে।

৪৫৮) ইনাকখুনবগী মীদি লৈরিক লৈরাক থনবনি।

৪৫৯) ইমা ইপা মীৎনা উবা লাইনি।

৪৬০) ইপোৎ হন্দোক্লগা মীপোৎ পাম্বা হৌনদে।

৪৬১) ইবুং কৈরোই, ইপ্পা লৈকাই।

৪৬২) ইমা শিগনি নিংলম্লবদি
শগোল তোংলমগদ্দবনি।

৪৬৩) ইরম শন চীদেনলি,
মীরম শন চীশাংই।

৪৬৪) ইরোং হাইনবা
মতৈ মনাও খৎনবা খান্নুনু।

৪৬৫) ঈচুম্না মথক্তা তাবা নুং কুইরগা কুৎশিল্লকই।

৪৬৬) ঈরোইবা হৈবগা
ঈবোইবা হৈতবগা
পূন্না ঈরাকমিন্নে।

৪৬৭) ঈশিং মরিক মরিক্লা পাক্লবা সমুদ্রা ওইবনি,
উফুল মকুপ মকুপ্পা চাউরবা পৃথিবী ওইবনি।

৪৬৮) ঈশিংগা থাউগা তিন্নবা য়াদে।

৪৬৯) উ লৈতবা লমদা কেগেনা যুম্বী ওই।

৪৭০) উগী মখা থাবদি পৎ পুম্মী,
মীগী মখা থাবদি পৎ পুমদে।

৪৭১) উচি কল্লক যুম মৈ থায়।

৪৭২) উচেক অচৌবনা মহূম চাউনা শাই,
উচেক মচানা মহূম পীক্লা শাই।

৪৭৩) উরীনা অনকপা উপালদা য়েৎলি।

৪৭৪) ঐনা ফরবদি জগৎসু ফরবনি।

৪৭৫) ওকচীন্দা পান থাবা
শনজিন্দা লৌ উবা কান্নদে।

৪৭৬) ওকনা নিনখৈ নিন্নগা
লমহূইনা মনা থাই।

৪৭৭) কপ্পগা নোকপগা মচিন-মনাওনি।

৪৭৮) কবি উনা শাবা তরেংনো
শিঞ্জংদেদা শিনগাউরে।

৪৭৯) কল্লক মাঙদা চাং তাই
ইকাই মাঙদা হোরথলি।

৪৮০) কলিদা খুদৈ কংদবনি।

৪৮১) কলিদা শক ফজবা পাপ্পি।

৪৮২) কাঙ চাকচা য়াখুন নাইদে
হয়িং চাকচা খোঙ্গুল তাদে।

৪৮৩) কুম্মৈদা পানবা তুম্বা
তুম্নমদাইদা পান লৌবা কান্নদে।

৪৮৪) কৈ কি চেল্লগা শওম ওকনৈ।

৪৮৫) কৈ মচাবু য়োক্লগা
চাউরগা মপু চাগে তাল্লি।

৪৮৬) কোনজেং কোকফাইনা
নোমখৈ নোম্লগা
মনমদা মরুম থুই।

৪৮৭) খঙনবা লাকই শেনমাঙ ফুকংলু।

৪৮৮) খল্ল-খল্লগা কোইজোম্বা ওক্লে।

৪৮৯) খুদোংচাববু ফংলবদি সাধুসু হুরাল্লি।

৪৯০) খুত্তা পায়বা ইতাউগী
য়াদা হূকপা ইচাগী
কুৎ লাউবা ঐগী।

৪৯১) খোঙ চোৎলগা চীন চোৎলি।

৪৯২) খোঙগ্রায় শথলিঙৈদা শন্না রায়।

৪৯৩) খোলনা পুকথনবা য়াদে।

৪৯৪) খোলনা মতোয়না নৌরবদি হারুবনু।

৪৯৫) খোমজিন চাম্মদি মেনবা গুম্মী।
মীচিন অমদি মেনবা গুমদে।

৪৯৬) গুমু লুকং চাগনু
নুপী তুমল লৌগনু।

৪৯৭) ঙাথানা ঙারেন হৌদবনি।

৪৯৮) ঙাগা ঈশিংগা থান্নবা য়াদে।

৪৯৯) ঙানু মচা ঈশিংদা তাদুনা শিবা হৌনদে।

৫০০) ঙাপ্রুম মমৈদা খুজিন্না শীকপা কান্নদে।

৫০১) ঙারোই কারগা হঙোই চোংই।

৫০২) ঙাংবা হৈবনা খুল্লাকপা শকই।

৫০৩) চনিঙ য়েংলগা চখোং তানশিল্লু।

৫০৪) চক্ফু উয়ান্দসু নোংমা ফাদোক কেনৈ।

৫০৫) চক্ফু কায়রগা কাক্না হরাওই।

৫০৬) চক্ফুদি মী মুত্তে, উয়ানদি মী মুৎলি।

৫০৭) চম্প্রা মশক থীরবসু মগুণ লৈবা হৈনি।

৫০৮) চরোৎ হাবুংনা লাই শাই।

৫০৯) চৎন-চৎন শিরনি।

৫১০) চাক চখোম অমনা পুকচেপ নায়।

৫১১) চাকতিন্নববুদি মোন্দিন্নবনা হেন্না লুই।

৫১২) চাকপাউগা লানবাউগা চাকপাউনা কল্লি।

৫১৩) চাকশা চাবা ঙৌ পোকই।

৫১৪) চাগা য়েংনা চাদিং তৌ।

৫১৫) চান্নবগী হূদি লুতোন কাই।

৫১৬) চানিংবা য়েঞ্জাং হাউই, নুংশিবা শক ফজে।

৫১৭) চারোল্লবগা তূরোল্লবগা
চারোল্লবনা লুই।

৫১৮) চিনবাম্ব্রোঙদা লাংবন খোইহী তৈবা
পুকুংদনা হূ ফুম্মী।

৫১৯) চুরানথাবনা মচা হাংলি।

৫২০) চেকশিল্লগা চেকী য়ুম শাই
ফাদোক্লগা ফরা শাই।

৫২১) চেঙ পূরগা চেঙ শিং
ফৌ পূরগা ফৌ শিং।

৫২২) জগোই শাবা হৈত্রগা শুম্মাংদা তাইনৈ।

৫২৩) জীব অমা শেম্বগা
লৈবাক অমা শেম্বগা
চপ মান্নে।

৫২৪) জীববু নুংশিবা মীওইবগী ধর্ম্মনি।

৫২৫) তম্বদা অহল ওইবা লৈতে।

৫২৬) তরঙদা য়ুম শাবা
লৈনাংনা পন থিংবা
ওইবা যাদে।

৫২৭) তরাগী চৈশুনা লেংথোং ফায়।

৫২৮) তল্লবদি তৌরবনু
তৌরববদি হল্লুবগনু।

৫২৯) তৎপু তৎত্রবদি লংহীনসু
তরেংয়োৎ তুমহল্লি।

৫৩০) তান চারগা ফোলা চায়।

৫৩১) তোঙান চাবা কুমদা
শেন্দাং মথী অনানি থুল্লি।

৫৩২) তোংজৈ মবিলদা শামু লিৎপা যাবা হৌনদে

৫৩৩) থংলেন পামদে লৌওনবদা
নাতোজাউদা বাইথুংলে।

৫৩৪) থাজবনা লাম্নে।

৫৩৫) থাশিবু অদুম ওইগদরা
নোংমসু পুর্নিমা ওইগনি।

৫৩৬) থিঙেল তাইনবা ভমদ্রগা
নাশিথোংদা তাইনে।

৫৩৭) থৌদু নুংনা তাউরগনি
শিনৌ মোইথাপনা লুপ্লরগনি।

৫৩৮) থৌবান্দোং চক্‌বু কায়ননবা য়েবরা?

৫৩৯) দশাগী মতাংদা বাইরু চণ্ডই।

৫৪০) নগুগী গুম্মাং শীংতনা
মীগী গুম্মাং শীংকনু।

৫৪১) নহানা মাইবা শারগা মং থল্লি।

৫৪২) নাইতোম তাবা শন কৈনা চায়।

৫৪৩) নিঙ্গাই ফত্তবা অঙাংনা
ঙমোক য়াম্না চায়।

৫৪৪) নিঙোল থাজবা ফোংনা থাজৌ
মৌ থিবা লোল্লা থিয়ু।

৫৪৫) নিংথৌ মনা ফক্লাং থেংলি।

৫৪৬) নিংবু নিংলবদি থুংদবা লৈতে।

৫৪৭) নুং অতেকপা শম্বা য়াদে।

৫৪৮) নুংদা ঈশিং চাইবা পেস্তে।

৫৪৯) নুমিৎকিদমক হুইনা বায়।

৫৫০) নুংশা মনম্না নম পোকই।

৫৫১) নুংশিৎ শীংতনা ভনা লেঙদে।

৫৫২) নৈর নৈরগা অমৃত থোকহনসি হু থোকহনগনুসি।

৫৫৩) নোং তারগা থীগং পোপথোকই।

৫৫৪) নোংদোলদা তিন শীৎলগা
ইমায়দা তাই।

৫৫৫) নোংশা মখোং মরী পানবদসু হোরথলি।

৫৫৬) পানা মতপ অমনা চীন পৈ।

৫৫৭) পাপকী লন প্রায়চিৎতা মাঙই।

৫৫৮) পাপ্না পাপ চায়।

৫৫৯) পামেল করি উনা শাবা তরেংনো
শিঞ্জংদেদা শিনগাউরে।

৫৬০) পাৎলিঙেদা হয়িংদসু নোল্লু।

৫৬১) পিথোকখিবা পোত্তা মযেং তাদবা পোৎসি মহৈ লন্নি।

৫৬২) পিবা পোকএ ইমৌগী
নিঙোল পোকএ ইয়াগী।

৫৬৩) পোইনু তবানি, চীংজিন তবানি
নপা অশিবা ফক্লোংনা কুপ্পুনা থম্মু।

৫৬৪) পোইনুদা মৈনীং কৃমজগে
ব্লাকচীংদা অকম হৌজগে।

৫৬৫) পোইনুদদি উচিদসু নুপী তরেৎ লোল্লি।

৫৬৬) ফক্লাংদা লৈতুম থাবা
লৈপাক্তা খুতুম শুবা।

৫৬৭) ফজবনা ময়ামগী নুংশিবনা ইথন্তগী।

৫৬৮) ফম্বা চল্লগা হিপ্পা চল্লি।

৫৬৯) ফাগ্রবা ঈশৈ নোংমদি মঙংই।

৫৭০) বিধিনা তমথ্রবদি ককপা ঙমদে।

৫৭১) বিধিবুদি কর্ম্মনা কল্লি।

৫৭২) মনীং কক্লবা থরোইদসু
ময়াম পুল্লগা নুংঙাই।

৫৭৩) মপূ নিংবা হূইনি।

৫৭৪) মরিংনা শাবা শঙবাইবু নাম্মা হাঙবরা?

৫৭৫) মালেম থন্না লৈরিবা নুপীশিংদা
নুপী ওইবদি খরদনি।

৫৭৬) মালেম পৃথিবীনা লুম্বরা, পলেম ইমানা মরুম্মী
কোরৌ নোংদোন্না বাংবরা, পম্থৌ ইপানা মহেল্লী।

৫৭৭) মীচা শিসনু নীংলগা ইচা শি।

৫৭৮) মীবু ফনবা শেম্নগা
ঐগী অফবা ওই।

৫৭৯) মী অহল লাইনি।

৫৮০) মীনা শিবনা চীন্দা
শানা শিবনা খোঙ্গুলদা।

৫৮১) মীওইবা খূবাক খুনম্নি।

৫৮২) মীওইবগী য়ুম্বানলোন্দি
তুরেলগী লৈঙোইদগী হেন্না কুম্নী।

৫৮৩) মীরাঙ খাঙ ঙমদদুনা লমজা পুই।

৫৮৪) লম্বী অমনবদা থীবাইননু।

৫৮৫) লম্বী চুন্না চৎলিঙৈ তিথ্বং য়ুরোই।

৫৮৬) লাইনা য়াৎপা খয়াৎপু, করিগী চিঞ্জাক লৈতনি।

৫৮৭) লায়রা মচা শগোল তোংবা তম্মু
ইনাকখুনবা মচা চেঙগৈ ফৌশু তম্মু।

৫৮৮) লৈবুংনা শন শাববু মো খোংবরা?

৫৮৯) লৌশীংনা শামু ফায়।

৫৯০) বাতোন্না বাংখৈ বাংলগা কাক্সা ফমদেকই।

৫৯১) শন্না উরোকথোং লানবা উরবসু উদে হায়য়ু।

৫৯২) শন বাইনবা পামগনু, চিখোঙ কোকপনি।

৫৯৩) শামুদা লৈবা জীবনে,
তুমিত্তা লৈবা জীবনে,
অনীসি চপ মান্নে।

৫৯৪) শায়বা কল্লগা ওইনম্মী।

৫৯৫) শিদ-হিদাক মোনখাংনৈ।

৫৯৬) শিরফাওবদা মরদনা য়ুই।

৫৯৭) হৈমন শীংমল্লি, পশীং থোকনি।

৫৯৮) য়েন য়াহৌ হৌগদবনি।[১০]

৫৯৯) অঙাংদি নীংথাদা খঙই।

৬০০) কুমদমখোল তাদ্রবদি কেব্বাদা হংঙু।

৬০১) কোৎপু শারবদি ফৌ মরাইনা লাকচনি।

৬০২) ঙারুংবনা ঙাশক খঙই,
উশুবনা উশক খঙই।

৬০৩) চাগনবা য়াংগংবা শুগনবা লায়রবা।

৬০৪) নঙনা তৌখিবা ঈশিংদা ইয়ু,
মীনা তৌরকপা নুংদা ইয়ু।

৬০৫) নাকোংদি মেনবা য়াবনি
লৱাইদি মেনবা য়াদবনি।

৬০৬) পেনা শেল্লিঙৈ শমুরৌ য়ৌই।

৬০৭) পেবেৎনা মচা চাউবা ঙাই।

৬০৮) মচুগীদমক সনানি, খোম্বাংগীদমক তাম্লানি।

৬০৯) মরুম্বীনা মুনোইমা শাই।

৬১০) মীনম্বা অমা ঙাংলগা
চাম্মা ঙাংদুনা মেনগনি।

৬১১) লৈমা য়েংলিঙৈদা খুনু কাই।

---

[১০] হিজম কালিসনা দেবী, (চহী ৭০), কাক্চিপুর লংথবান কুঞ্জ, পাউরৌ ৪৩৩-৫৯৮, খোমজিল্লুবা নুমিৎশিং — তাং ২৬।৩।৮৭ ইং, তাং ৩০।৩।৮৭ ইং, তাং ৮।৪।৮৭ ইং, তাং ১১।৪।৮৭ ইং, তাং ২৪।৪।৮৭ ইং।

৬১২) লৌরুংবনা লৌশক খঙই
শারুংবনা শাশক খঙই।

৬১৩) শগোলনা কাওবা নত্তে শফম্না কাওবনি।

৬১৪) শীংপাইবাক অমনা হিরাকই।

৬১৫) হিযাং তান্নরিঙৈদা তুম্বাগী শেল থৌই।

৬১৬) যাইরোংনা য়াইরোং কল্লি
শবিরাইনা শবিরাই কল্লি।

৬১৭) য়েনগী য়াহিপ কাক্কী চাকচা তম্মু।[১১]

৬১৮) অঙাং অমা য়োকপদা শন, নাই অমা ফংগদবদু ফংবা ঙমদে।

৬১৯) অফাবা ঈশৈ ঙংনিংই।

৬২০) ইমা ইপা হায়বসি মীৎনা উবা ঈশ্বরনি।

৬২১) ইরোইনা লৈওল্লগা কারকপদা হাওনাদা লৈখোম তৈ।

৬২২) ঈশিংবু লৈরবদি ঙা লৈ।

৬২৩) ঈশিংনা লুই লুদে খঙবসি থরো মরিনা খঙই।

৬২৪) কৈ মচা চাউনবা য়োক্লগা মপু চাগে হায়।

৬২৫) কৈ অহিংবগী মমাই নানবনা হেন্না ফৈ।

৬২৬) চাইরেন চফূ কায়নবা য়ৈবা নত্তে, ময়েক হাপ্নবা য়ৈবনি।

৬২৭) নিংথৌ লাইবক য়ুমদিন্নবা।

৬২৮) পেবেৎ মচা চাউনবা ঙাই।

৬২৯) ফূবদি মোন ফূগে থুদেকপদি কাংথোন থুদেক্কে।

৬৩০) মী ফত্তবগী লাংদা থুবদি লাংদু থদৎপা ঙমদে।

৬৩১) লাইরেন মখোয় তৌনা য়ৈবা।

৬৩২) লিন্না মখুন চঙলমদাইদা চুম্মী।

৬৩৩) লৈকায় ফৌশু খোন্দা খুবাক কুরোন হুবা।

৬৩৪) লোক অমদা কৈ অনী কুনবা।

---

[১১] হিজম মকর সিংহ, (চহি ৭০) মন্ত্রি পুখ্রি, পাউরৌ, ৫৯৯-৬১৭, খোমজিন্নুবা নুমিৎশিং — তাং ১৩।৭।৮৭ ইং, তাং ১৪।৭।৮৭ ইং অমসুং তাং ১৭।৭।৮৭ ইং।

৬৩৫) লোক্তাক্লা চাউরগা থরোই চাউই লোক্তাক্লা পীক্লগা থরোইনা পীকই।

৬৩৬) লোক্তাক ময়াইদা থুমহি হৈথবা।

৬৩৭) লৌরী অনেম্বদা ঈশিং পাবা।

৬৩৮) শন্না লৈকোন্দগী (লৈয়োন কোম) কারক্লগা হাওনাদা লোইনা তৈহৌরে।

৬৩৯) শবীনা লমজাউ চৎকুম্মী।

৬৪০) শগোলনা লৌ চারগা পেরেন্দা (ইখোলগী নৎত্রগা লৌগী তাইনবা মফম) লেপ্না লৈবা ইরোইদা ফুই।

৬৪১) শামু মথুন্দা পেনা খোংবা।

৬৪২) হূরানবা মতুং মৈরীংবা।

৬৪৩) য়াওশং মতুং আবের থুংলবা।

৬৪৪) য়েন চাকচা হূই শাজৎ।

৬৪৫) য়ুমলৈমনা লিক্লা কানগুম্মী।

৬৪৬) য়োংনা চু পায়বগুম পায়বা।

৬৪৭) য়োংয়াম মরক্তা পোৎয়োম থোকপা।[১২]

৬৪৮) উ লৈতবা লমদা কেগেনা যাত্রা ওই।

৬৪৯) উনা উনা থী নেৎপা।

৬৫০) উনা উনা মশোং লৈবা।

৬৫১) উরাগা হুমদাংগা মরুপ ওইবা।

৬৫২) উরুম হবাই মতোন্না কেবা।

৬৫৩) উতিন্না মোরোক চেনগুম্মী।

৬৫৪) উত্তা ঘী হৈবা।

৬৫৫) ওজানা তম্বীবদি খজিক্তা সেবক্লা হৈবনা অয়াম্বা।

৬৫৬) ওক চাকচা য়েন য়াহিপ।

---

[১২] মোইরাংথেম ইবোমচা সিংহ, (চহি ৮০) কৈবুল, পাউরৌ ৬১৮–৬৪৭, খোমজিল্লুবা নুমিৎশিং — তাং ২৭।৬।৯৬ ইং, তাং ৮।৭।৯৬ ইং, তাং ৯।৭।৯৬ ইং, অমসুং তাং ১০।৭।৯৬ ইং।

৬৫৭) কাও থাবগুম থাবা।
৬৫৮) কারোংগা ঈথমগা য়েঙ্গাং লান্নবা।
৬৫৯) কাঙখুন্দা মপান শাবা।
৬৬০) কৈথেল কাদবী নুপী লোয়শঙ কাদবা নীপা।
৬৬১) খাওদগী ঙবোং খাও লূদগী ঙানপলু।
৬৬২) খুজাই মপু ফাদোক তাবা।
৬৬৩) খূবাক ময়াইদা শগুন তৌবা।
৬৬৪) খূরাইদা থাংতেকনা য়ানবা।
৬৬৫) খোংনাং পাম্বীবু হৈনৌ পাম্বীনি হায়বা।
৬৬৬) খোঙনা চৎনা মং থিবা।
৬৬৭) খোংদনা চীকপা হুই।
৬৬৮) খোই মহমদা চৈনা খিনবা।
৬৬৯) খোক মতোন্দা ফিরান হাইবা।
৬৭০) ঙাগা ঈশিংগা ঙানুগা খোংবানগা।
৬৭১) চেগপ লৈনা খূৎনা মৈরৌবা।
৬৭২) চৈরমদা থোংখোঙ শাবা।
৬৭৩) থন্নাদা পকপা ঈশিংগুম্মীদা।
৬৭৪) থেবা থেঙ্গু লমজেল তান্নবগুম্বনি।
৬৭৫) দশাগী মতাংদা বাইরু চঙবা।
৬৭৬) দোস্‌না দোসি ওইনা চাকপা।
৬৭৭) নহানা মাইবা শারগা মং থল্লি।
৬৭৮) নামৈ চরুনা শম্বা।
৬৭৯) নূং অনীগী মরক্তা হা ওইবা।
৬৮০) নূংদা ঈশিং চাইবা।
৬৮১) ফল্লে নূংগুম্বা চৎলে নুংশিংকুম্বা।
৬৮২) বোম্না হৌরগা পোকলাউবীনা লোইশিনবা।
৬৮৩) মশা চাদনা মতু চিনবা।

৬৮৪) মচেক্লা য়েরগা ময়ানা পানবা।

৬৮৫) মনাৎ নত্তনা শঙ্গোম চানিংবা।

৬৮৬) লাইরেন মখোয় তৌনা য়েবা।

৬৮৭) লূদা চঙবা লিলহাগুম।

৬৮৮) হূপ মতানা অৱারৈ লেংই।

৬৮৯) য়েন চাকচা হূই শাজৎ।[১৩]

৬৯০) অহন মথীনা চফূ মেল্লি।

৬৯১) অঙাওবা মশেল পোন্নবা।

৬৯২) অঙাংনা মৈ কিদবা।

৬৯৩) অচাকপা মৈদা ঘী হৈবা।

৬৯৪) অনীদা চাবদা চাখুম অহুম থোকপা।

৬৯৫) ইরোই লৈদ্রিঙৈদা হৌদোং হাৎপা।

৬৯৬) ইচা ৱারকপদা লৈকাই নহানা হৈনখরে।

৬৯৭) ঈশিৎপনা পন্দোল য়েংনা খাওবা।

৬৯৮) কোঞ্জেং কোকফাইনা নোমখৈ নোম্লগা মনঙ্গলদা মকম থুই।

৬৯৯) ঙানপনা ঈশিংদা মথী ফায়বা উবা।

৭০০) ঙাংখা কায়রগা হূইনা হবাওই।

৭০১) চংবী লারাক খায়বগুম খায়বা।

৭০২) চাগনবা য়াংগংবা শুগনবা লায়রবা।

৭০৩) চারোই খঙনা বার্ত্তন তৌবা।

৭০৪) তিলাইখোম্বীনা থম্না চাগুম্মী।

৭০৫) তিংথৌ অনেম্বা নেম্না পাল্লি।

৭০৬) তুম্লমদাইদা পান লৌবা।

৭০৭) তেনৱানা লৈপাক্তা চৎপগুম্বনি, ঈশিংদা লমজেন তান্নবগুম্বনি।

৭০৮) তেলঙ্গা ফিরেপ, হৈনৌজোম য়ূম্বান।

[১৩] হাওবীজম ওংবী কমল্লিনী দেবী, (চহি ৭০), থাঙ্গা, পাউবৌ, ৬৪৮-৬৮৯, খোমজিল্লুবা নুমিৎশিং — তাং ৪।৭।৯৬ ইং, তাং ৫।৭।৯৬ ইং।

৭০৯) নুমিৎলৈগুম ওন্নিংবতা ওনবা।
৭১০) লায়রবদা লাইজংঙে ফদিবিদা হয়িং ইল্লে।
৭১১) লৌউবগী নোংমৈ লায়রবগী হয়েং।
৭১২) ঋখল শংবাই অমা বুদ্ধি লাইতং অমা।
৭১৩) ঋাতোন অৱাংবা ক্কাক্কা ফমদেকই।
৭১৪) হৈবোং মনুংগী তিলগুম্মীদা।[১৪]
৭১৫) ওন্দরে মাইরেন কায়রে তুম্বা।
৭১৬) কৈসু কি মথীসু কি।
৭১৭) কোর্ফূ কায়থোক্লগা তুম্বা লেপশিনবা।
৭১৮) খল্ল-খল্ল কোইজোম্বা ওক্লবা।
৭১৯) খুজিন্দা তুম চঙবা, কাঙখদা লিন চঙবা।
৭২০) গুহাদা লৈবা হঙোই।
৭২১) ঘীগা থাওগা তোৎপা।
৭২২) চগোত্তা চন্দন লাম্বা।
৭২৩) চাকলুক্তগী ঙারৌ লাকপা।
৭২৪) চাকচা ফমফম নুংশিবা।
৭২৫) চাক্লা ঐগী চারগা ঋানা মীগী ঙাংবা।
৭২৬) চাদুনা চারবদি মতোং চাউ।
৭২৭) চোথে চিংজিন্দা শামু অঙৌবা কুল্লরনি।
৭২৮) জগোয়সু ঙাকপা কৃষ্ণসু শাবা।
৭২৯) তাবুনুংদা থম্বা চরৈ থুপচানবগুম মঙাইরে।
৭৩০) তুমাই শঙবাই অমা চারিঙৈদা মচা তরা পোকপা।
৭৩১) থাঙনা শোকপদা থুম চাইবা।
৭৩২) থোৎনা মীরৌবী পেৎনা চেঙজংবী।
৭৩৩) থৌনাইদনা থৌগল্লনু।

[১৪] নিংথৌজম ওংবী য়াইমচৌবী দেবী, (চহি ৭২), কৈবুল হৈগা লৈরক, পাউরৌ ৬৯০-৭১৪, খোমজিন্নুবা নুমিৎশিং — তাং ৫।৭।৯৬ ইং, তাং ৬।৭।৯৬ ইং।

৭৩৪) থৌরৈতবদা থৌ থিবা।

৭৩৫) দোরী য়াওদনা খুং উঙবা।

৭৩৬) নিংথম হৈরোন্দু মঙাইরে।

৭৩৭) পুনা শঙবাই নাতথপি, য়ৈনা কাংদ্রুম মফোঙ্থোক।

৭৩৮) পেস্মা য়েলহৌ ফবী য়াংগেন তোলোই তান্নসি।

৭৩৯) ফিরঙ্গি লল্লৌ।[১৫]

৭৪০) খ্বাইরাকপম ঙাঙনগদৌ শরুকপুদি কোরেকচৈদগী ঈ ফাঙগে।

৭৪১) থাঙ্গা চীন মোইরাং শাজৈ।

৭৪২) নঙনা তৌরিবা থবক্তু পিবা ফম নত্তে।

৭৪৩) নুপা মমাঙ পুঙ্গাও পুবী নুংশিৎ মমাঙ হূইত্রি কাপ্পী।

৭৪৪) ভারি চাকচা মেলা থৌদৌ।

৭৪৫) মথক ময়ূমগী হৈবী মখোঙ ন্বাতান্নবদা পেঙবা ঙারূপ কায়।

৭৪৬) লিনশু শিননবা চৈশুসু তেক্তুনবা।

৭৪৭) শগোল হঞ্জিন কৈনা চায়।

৭৪৮) হিগোক ওন্নিংলগা ওন কুমলং ওইনিংলগা ওইবা।[১৬]

## ন্বারীগা কোন্নবা পাউরৌ

### ১। থাঙ্গা চীন মোইরাং শাজৈ —

থাইনা মমাঙঙৈদা মৈতৈ নিংথৌদা শরেং অমা মোইরাংনা কৎলম্মী। মৈতৈ নিংথৌনদি খঙদবনিনা শরেং অদু কনানা কৎলবনো হায়না হংলম্মী। মদুগী পাউখুম ওইনা থাঙ্গা কাংবুনা মোইরাংনা খুমদ্রিঙৈগী মমাঙদা ননাই ঐখোয়না কৎচবনি হায়না খুমখি। মোইরাংনসু ইশেং শেংনা নিংথৌদা ঙাদু কৎথিবনিনা ননাই ঐখোয়না কৎচবনি হায়না খুন্নকখি। নিংথৌগী মমাঙদা অনী অসি কন্না য়েৎনরক্লম্মী। নিংথৌনা ফরে

---

[১৫] নিংথৌজম ফৈজাও সিংহ, (চহি ৭২), কৈবুল, পাউরৌ ৭১৫-৭৩৯, খোমজিন্নবা নুমিৎশিং তাং ২৯।৬।৯৬ ইং, তাং ৩০।৬।৯৬ ইং।

[১৬] নিংথৌজম সনাজাও সিংহ, (চহি ৭০), কৈবুল, পাউরৌ ৭৪০-৭৪৮, খোমজিন্নবা নুমিৎশিং তাং ২৭।৬।৯৬ ইং অমসুং তাং ২৮।৬।৯৬ ইং।

অদুদি করি করি খুৎলাইশীজিন্নরগা ঙাসি ফাবনো? ঙাসি ফাবদা শীজিন্নরিবা খুৎলাইশিং অদু করি করিনো য়েংলসি পুথোরক্লো হায়না হায়রক্লম্মী। মসি তাবদা মোইরাংনা লাংদা ফাবনি হায়দুনা লাংদু পুথোরক্লম্মী। অদুগা থাঙ্গানা লূরল লূদা ফাবনি হায়দুনা অচৌবা অরনবা লূদু পুথোক্লগা উৎলম্মী। নিংথৌনা খুৎলাইশিং অদু উরগা থাঙ্গনা চুম্লে খল্লম্মী। অসুক চাউবা ঙাসিবু মোইরাংনা ফায় হায়রিবা লাংসিদা ফাবা ঙম্বা হৌনদে মচীন থীরিবনি হায়দুনা ইশেং শেংজবা মোইরাং কাংবুদু নিংথৌগী দন্দি ফংলম্মী। ঙাদু চাউমল্লি লাংদা ফাবা য়াদে মোইরাং মচীন থি, থাঙ্গনা চুম্লে, মোইরাং য়েয়ু হায়দুনা য়েথি। অসুম্না ইশেং শেংজবা মোইরাং কাংবু ঙাংবা শকপা হৈবা থাঙ্গগী মখুত্তা মায়থিদুনা অৱাফমদা তাখি।

(পাউরৌ অসিনা তাক্লিবনা ইপঙ পঙনা ইচুম চুম্না চৎপা কাংবুদগী মচীন মরৈ হৈবা কাংবুনা হেন্না শীংদুনা খুদোংচাবা লৌই হায়বদু তাকই)।

২। **মথক ময়ুমগী হৈবী মখোঙ ৱাতান্নবদা পেঙবা ঙারূপ কায় —**

থাঙ্গদা লৈবা নিংথৌজম কাংবু অমগী নুপা ওইবশিংনা করিগুম্বা থবক অমা থোরকপদা মখোয়না মখোয়গী য়ুমগী নুপীশিং অদু তাহন্দনা মখোয় ঙাক্তা নুমিদাংদা লমদুদা লৈবা হৈবী মখোঙ হায়না খঙনবা মফমসিদা ফমদুনা ৱাতান্নরম্মী। মখোয়না পেঙবা হায়বা অহাওবা মগুণ লৈবা ঙাসি ফাননবা মখোয়গী নুপীশিং অদু তাহন্দনা হৈবী মখোঙদা ফমদুনা ৱাতান্নরম্মী। অসিগুম্বা ঙাশিং অসিবু ফান্নবগীদমক্তা ফূম থাদুনা থন্নসি হায়দুনা থন্নরম্মী। ফূম থাদুনা থল্লিবা মফম অসিদা ঙাশিং অসিনা পূন্না পূন্না চাদুনা লৈ। অসুম্না চাখৎতুনা লৈরিঙৈদা ফাহৌগদবা ঙাশিং অদু করম্না ফাসিগে হায়না খন্নরিঙৈদা কুইন্নখিবনা ঙাশিং অদু পূন্না চারম্বদগী মচিঞ্জাক চাবা লোইথোক্তুনা কায়খিবনা হান্দুনা মাঙখি। মতৌ অসুম্না ৱাতান্নরিঙৈদা মতম অসুম হৌখিদুনা হেক হেক পুল্লগা তৌগদবা থবকশিং অদু অমত্তা তৌহৌদনা তোকই। মসিদগী পাউরৌ ওইনা লমদমসিদা ৱাফমসিবু হায়নবকই।

অসিগুম্বা পাউরৌসিনা হায়নিংলিবা ৱাফমদি তৌগদবা থবক্তুদি মতম চারিঙৈদা তৌহৌদনা থবক্তুগী মরমদা ময়াম অসুম খন্ন-নৈনদুনা লৈরিঙৈদা মতম মাঙদুনা অরেম্বদা তোকই হায়বদু ফোঙদোকপনি। অমরোমদা অসিগুম্বা পাউরৌ অসিনা লমদমসিগী মীওইশিংদা তৌগদবা থবক্তী মতম্না চারিঙৈদা থুনা তৌহৌবনা কান্নে হায়বদুগী ৱাখল্লোনবু পীরি।

### ৩। শগোল হনজিন কৈনা চায় —

শগোল হায়বা শা অসি অয়াম্বা মতমদা ময়াম পূন্না পূন্না লৈমিননৈ। অসিগুম্বা শগোলশিং অসিবু শাহিং চাবা কৈনা হেক হেক ফাদুনা চায়। অসুম্না কৈ অদুনা শগোলবু চান্নবগীদমক্তা ময়াম পূন্না লৈমিন্নরিবা মফম অদুদা লাক্লম্মী। কৈ লাকপা উবদা কিরদুনা শগোলশিং অদু হৌদুনা খুরূপ থাদুনা মানা মানা ঙমজবী মওংদা চেন্নখিরম্মী। মদুদদি কৈদুনা তানবদা ৱানা থেক্লম্মী। তান্নবদা ফংহৌদ্রবা শগোলশিং অদুগী হান্নগী লৈফম অদুদা কৈদুনা কুল্লগা তুমিন তাশীন্দুনা লৈরম্মী। শগোলশিং অদুসু খরা চেল্লুরগা কৈদুবু উদ্রদুনা অমুক হান্নগী মখোয়গী লৈফমশিং অদুদা হঞ্জিল্লক্নুনা লৈ। মতম অদুদা লুমদুনা লৈরিবা কৈ অদুনা হঞ্জিল্লক্লিবা শগোল অদুবু ফারগা চাথোকই। অসুম্না শগোলনা হঞ্জিল্লকপা মতমদা কৈনা চাথোকপা মওং অসিবু লমদমসিগী মীওইশিংনা পাউরৌ ওইনা হায়নদুনা লাক্লি।

পাউরৌসিনা পীনিংলিবা ৱাখল্লোনদি কনাগুম্বা মীওই অমনা য়াররোই চঙডুরনু হায়বা মফমদা লম হেন্দুনা অমুকসু হঞ্জিন্না চঙশিল্লুবা মতমদা অৱাবা তাই হায়বদুনি।[১]

### ৪। থৌবান্দোং খূৎনাইবীনা ঙাম্থকপু চফূ মপাল্লা হংবা —

মমাঙঙৈদা মণিপুরদা লৈরিবা খুলশিংগী মনুংদা থৌবান্দোং হায়রিবা মফম অসিদা চফূ য়াম্না শান্নরম্মী। চফূ শাবা অসিনা লমদম অসিগী মরুওইবা শিনফম ওইরম্মী। হায়রিবা শিনফম অসিবু শুজবী লুখ্রাবী ওইরবি নুপী অমা লৈরম্মী। লুখ্রাবী অসিগী মচানুপী অমা লৈরম্মী। মমা মচা শিনফম অসি শুদুনা য়াম্না ৱানা মপুঙ্গি লেঞ্জরম্মী। লুখ্রাবী অসিনা মীঙোন্দগী পৈশা তোনশিল্লম্নগা শিখিরম্মী। মরাইবক থীরবী নুপীমচা অদুবু মমানা পৈশা তোল্লম্লিবা কাংবু অদুনা অতোনবা পৈশাগী মমল শক্তুনা মীনাই ওইনা থমখি। হায়রিবা ইমুং অসিদা মতম খরা লৈরগা মমল লৌদুনা অতোপ্পা ইমুং অমদা অমুক য়োম্বোক্লম্মী। ইমুং অদুদা লৈদুনা চফূ শারগা ৱানা মতম খরা লৈরম্মী। অসুম্না লৈরকপসিদা নোংমা লৈপাকসিদা পাম্লিবা নিংথৌনা খুন অদুদা লাক্লম্মী। নিংথৌনা লাকপদা লৈশাবী মচা অদুবু মীৎয়েং তারম্মী। নুপীমচাদুগী ফজবা চঙখোনবা শকফম অদুনা নিংথৌগী পুক্লিং শুমহৎলম্মী। লৈশাবী মচাদুবু নিংথৌনা মাগী লৈমশিংদা চন্নবগীদমক্তা সনা কোনুংদা পুদুনা লাক্লম্মী। নিংথৌগী তাম্লোইশীংদা

---

[১] নিংথৌজম সনাজাওবা সিংহ, (চহি ৭০), কৈবুল, পাউবৌ ১-৩, খোমজিল্লুবা নুমিৎশিং তাং ২।৭।৯৬ ইং, তাং ৩।৭।৯৬ ইং।

চন্দুনা লৈমা ওইদুনা লৈরবা মতুংদদি নুপীমচাদু মাগী হান্নগী ওইরম্লিবা অৱাবা ফিভমদু কাউথোকচশ্লে। য়াম্না নুংঙাইনা অৱা-অনা ফাওদনা লৈবা হায়বদু ওইরে। অসুম্না সনা কোনুংদা লৈমা ওইদুনা লৈরবা মতুংদা, নুপীসিনা নোংমা মনাই-মশনশিংগা সনা কৈথেল কারম্মী। সনা কৈথেলগী চফু অমদি ঙাম্বকচিংবা য়োনফম্লোমদা লাকপদা ঙাম্বকপু চফুগী মপাল্লা হায়দুনা মনাইশিংদা ওনশীন্দুনা ইখঙ খঙদবদৌনা হংখি। মাগী ৱাহংসি তাবদা মনাইশিং অদুনা মচীন খুমদুনা নোক্লখি।[২]

## ৫। অপঙবনা মতৃ ফূবা, অশীংবনা মোন ফূবা —

থায়না মমাঙঙৈদা খুন অমদা নুপা অনীখক য়াম্না লুনা তিন্নদুনা মতাউ শান্নরম্মী। মতম খুদিংমক্তা মখোয় অনীমকসি লোয়নদুনা লৈরম্মী। থবক থৌরম খুদিংমক্তা মখোয় অনী তান্নদুনা তৌমিন্নরম্মী। নোংমদি নুপা অনী অসিনা অসুম্না ঙাংনরম্মী। মখোয়গী লৈরিবা য়ুমগী নুপীশিং অসি ওকমন্দে, হৈথোই-শীংথোইদে, অদুনা ফূ-চৈরগা ৱারকসি হায়নরম্মী। মখোয় অনীমক্লা ৱাফমশিং অসি য়ান্নরদুনা ময়ুম ময়ূমদা হন্নরক্লম্মী। লম্বীদা অসুম চৎনা চৎনা নুপা অনীদুগী মরক্তগী খরা শীংবা নুপা অদুনা খল্লি — "ঐগী নুপীসি হৌজিক হঞ্জিনখিবদা মরম অমতা হায়রুদনা ঐনা ফূরুরবদি শাউখিদুনা য়ুম কায়বা শোয়রোইসে। অদুনদি ঐনা মাবু মরম চাদনা হেক্তা ফূরুবা য়াবা পোৎ নত্তেসে হায়না ৱাখল তৌরম্মী। মসিদি মোন্দা হেক্তা ফূরগা মখোন থোকহল্লগা লোইরে খল্লমী।" মতৌ অসুম্না নুপা অনীসি অসুম লাকপনা মাগী মাগী থোঙ্গাল য়ৌশিল্লক্লেদো। নুপাশিংদু ময়ূম ময়ূম্লোমদা চঙনরম্মী। ঙসাইগী খরা পঙতক তৌবা নুপাদুদি ঐগী নুপীসে চৎখিনি, চৎলোইকা হায়বসি করিসু খন্দনা হেক য়ৌবগা মফিগা অমতা হোংদনা দম, দম হেক্তা ফূথরম্মী। নুপীদু শাউনীংখিবনা অমুক তৌইবা লোইরম্মী। মাগী নুপানা চথোকউরগা হঞ্জিল্লকপদা করিসু হায়দনা দম, দম হেক্তা ফূরবা অদুদদি শাউনীংবগা লোয়ননা ময়ুম চৎলগে হায়না লেপ্লম্মী। কন্না হেক্তা মফূরবনিনা মরমসু করিগীনো খঙদবনা নুপীদু য়াম্না শাউরদুনা ঙাওবু ঙাওবরা করিনো খন্দুনা ময়ূম থাদোক্তুনা মপামদা চৎখিদুনা য়ুম কায়বা হায়বদু ওইখি। অসোমদা অশীংবা নুপাদুদি মাগী নুপীদদি ফূদদুনা মোনদা দম, দম ফূদুনা মাগী মরুপ্তুনা তাবদা মতৌ মান্নবা হোৎনরম্মী। মতৌ অসুম তৌহৌবনিনা মাগীদি ময়ূম কায়নদনা পুকচেল খোয়জেল মান্ননা পানমিন্নখি। অসুম্না ৱাখল খম্বা ৱাৎপদগী অমনা ময়ুম-মকৈ কায়দুনা

[২] অঙোম মঙ্গী সিংহ, (চহি ৬৫), ফৈয়েং অৱাং লৈকাই, পাউরৌ ৪, খোমজিল্লুবা নুমিৎ — তাং ২১।৫।৮৭ ইং।

নুংঙাইতবা হায়বদু ওইখি। অদুগা অমনা ৱাখল খনহৌবদগী ময়ুম-মকৈ ফজনা পান্দুন নুংঙাই য়াইফনা পুকচেল খোয়জেল তিন্ননা পানমিন্নদুনা লৈখি।

৬। শামুদি নাউসেক অমনা ঙম্মী —

লম অমদা মহৈ হৈবা কন থৌরবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না কনাবুসু কিরমদে অমদি উশিংলমদে। ময়ান্না মাবু য়ান্না কিনরম্মী। মহাক্না মহৈ হৈবগী মতুং ইন্ন অনাবা অমবু য়েংলম্মী। অদুবু মহাক্না য়ান্না থৱাই য়াওনা অনাবা অদুবু য়েংলবসু মহাক্কী মহৈ খুদিংমক লাইয়েংবদুদা ময়াই চন্নম্মী। মহাক্কী নাপল খুদিংমক মরায় চায়থরকখি। লমদুগী মীয়ামগী মমাঙদা ইকাই-ফিরুক খুম্নক্রম্মী। মানা লাইয়েংবদা মায় পাক্তরে। মীদু অনাবদগী ফহনবসু ঙম্নক্রে। মহাক্কী লাইয়েংনা মায় পাক্রবা অদুদা মীয়ামগী মমাঙদা ইকাই-ফিরুক খুম্নম্মী। লমদুদা লৈজবা ইশোন-শোঞবা নাপলসু তৌজদবা নুপা অমনা অনাবদুবু লাইয়েংদুনা ইরাই লায়না ফহল্লম্মী। অহানবা নুপাদুগী মশাদা কারম্বা নাপল অদু মাঙখিরম্মী। অশোনবা, নাপল তৌদবা মীদুনা মায়থিবা পীখি। ঐ মঙাইরে চৎপা মীদুবুসু ইশোন শোনবা নাপল তৌজদবা মী অমনা লায়না ঙম্মী হায়বদু পাউরৌ অসিনা উৎলি।[৩]

৭। হূইবু দোলাই তোংহল্লগা থীগং উরগা চোংথবা —

মমাঙঙৈদা খুমন লৈবাক্তা পাৎশি থিংগ্রা কৌবা শোইশেনবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্কী হূই অমা লৈরম্মী। নোংমা নুপা অসিনা মাগী হূইগা লোয়ননা অসুম লাকপদা লাইজ ঈশিং লৈবা লোকচপ অমদা থুংলম্মী। লাইজ ঈশিংদা য়েংলগা হূই অদুনা পঙখোংদা খোংলম্মী। হূই অদুনা খোংমল্লবা অদুদা পাৎসি থিংগ্রাসু ঈশিং মনুংদা য়েংথরক্রম্মী। মহাক্না ঈশিং মনুংদা ফজরবা লিক্লাং পরেং অমা উরম্মী। মদুবু কুমদুনা থিবদদি মাঙখিদুনা ফংলমদে। কাখৎলগা ঙাইহাক লৈরগা য়েংবদদি হেক্তমক উবা ফংলম্মী। মদুদা পাৎশি থিংগ্রানা কদাইদবু লৈবনো খন্দুনা মথক্লোমদা কোইয়েং য়েংখৎলকপদা উশাদা য়ান্দুনা লৈরিবদু উরম্মী। লিক অদু মহাক্না উদগী লৌথবগা পুরক্তুনা নিংথৌদা কৎলম্মী, নিংথৌনা করম্না ফংলকপনো হংলবদা পাৎশি থিংগ্রানা থোকখিবা ৱারী খুদিংমক লীদুনা তাহল্লম্মী। মদুদা খুমন নিংথৌনা হূই অদুনা মমল য়াল্লবা লিক্লাং অদুবু ফংহনবনি হায়দুনা কোনুংদা দোলাই তোংহন্দুনা নুংতিগী কাহল্লকউ

---

[৩] খুমুকচম ঘোনো সিংহ, (চহি ৭৫), ককচিং খুননৌ চেকসাপাৎ, পাউরৌ ৫-৬, খোমজিল্লুবা নমিৎ — তাং ৮।৭।৮৭ ইং।

হায়রম্মী। নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না হূই অদুবু দোলাই তোংহন্দুনা কোনুংদা অকা-অকুম তৌহল্লম্মী। অদুবু অসুন্না দোলাই তোংদুনা লাক্লবা হূই অসি লম্বীদা লাকপদা থীগং উবা মতমদা দোলাই তোংউ য়াদনা থীদু উবদা চানীংবদগী লৈমায়দা চোংথদুনা চেনখি। মশা-মশাগী হৌরকফমগী হৈনবী লমচৎ হায়বসি পাক্লা থাদোকপা ঙমদবা হায়বদু ওইদুনা হূইদু দোলাইদগী চোংথদুনা চেনখি। অসুন্না হোৎনজমনগী কান্নবা ফংদবা হায়বদু ওইদুনা তোকখি।[৪]

## ৮। শিরফাওবদা মরূনা য়ুবা —

থাইনা মমাঙঙৈদা খুল অমদা মী য়ান্না ফত্তবা নুপা অমখক লৈরম্মী। মরমচৎ ফত্তবনা মরম ওইদুনা কন্নামত্তনা মাবু নুংশিবিরমদে। কন্নাগসু তিন্নবা য়ারমদে। খুলদুগী মী কন্নানসু মাবু নুংশিনরমদে। কি-হঙ্গোইনা তৌরম্মী। নুপা অসিনা হিংলিঙৈদা খুলদুদা লৈরিবা মীওইশিং অদুনা নুংশিনা তৌনদবসিদা শির-ফাওবদা মখোয়বু অৱাবা তাহল্লন্নগা লাক্লরগে খল্লম্মী। অসিমক্তনা মহাক্লা শিরবা মতুংদা মাবু ঙবোং খাউদা নমশীল্লগা ঈশিংদা থাদনবা হায়দুনা মচা-মগুশিংদা ৱাশকহন্দুনা য়াহল্লম্মী। শিরবা মতুংদা মপা মপূগী মফমদা মচাশিংদুনা ৱাশকখ্রবগী মতুংইন্না ঙবোংখাউদা নল্লগা মপা অশিবা অদুবু ঈশিংদা থাদরম্মী। কোনুংগী দোলাই পাবনা ঈশিংদা তাউরিবা ঙবোংখাউ অদুবু উদুনা চিংখৎপদা মী অশিবা অমা য়াওদুনা লৈবদু থেংনরম্মী। মওং করম্না শিরিবনো হায়না থিগৎলকপদা মরমচৎ কয়া ফত্তবদুদা ময়াম চঙলগা হাৎপনি হায়না খন্দুনা খুলদুগী মীয়াম্বু অৱাবা তাহন্দুনা দন্দি পীরম্মী। অসুন্না ফত্তবা মীসিনা শিরফাওবদসু মীয়ামদা, খুলদুদা ৱাহনখিবসিদগী 'শিরমক্তদা মরূনা য়ুবা' হায়বা পাউরৌ অসি থোকখি।[৫]

[৪] নিংথৌজম খুনজাউ সিংহ, (চহি ৭২), ফৈয়েং অৱাং লৈকাই, পাউরৌ ৭, খোমজিল্লুবা নুমিৎ — তাং ২৯।৪।৮৭ ইং।

[৫] হিজম কালিসনা দেবী, (চহি ৭০), কঞ্চিপুর লংথবান কুঞ্জ, পাউরৌ ৮, খোমজিল্লুবা নুমিৎ — তাং ১২।৪।৮৭ ইং।

# মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং অমসুং চেফোঙশিং

## (ক)
## মণিপুরী

ইবোচৌবা, ডাঃ ও, *ফোকলোর বিজ্ঞান* (অহানবা শরুক), ইন্সটিটুথ্‌ট আফ মণিপুরী ফোকলোর, ১৯৯৩।

গৌরচন্দ্র, ময়াংলম্বম (সম্পা), *খন্নাং পারাবী অহুইরোন*, মণিপুরঃ দি লিলা সিংহ মেমোরিয়েল প্রেস, ককচিং বাজার, ১৯৭৭।

গৌবচন্দ্র, ময়াংলম্বম (সম্পা) *সনামহি লাইহুই*, ককচিং ঃ অহানবা ফোঙবা ১৯৮২।

গৌরচন্দ্র, ময়াংলম্বম (সম্পা) *থৌরানথাবা হিবান*, মণিপুরঃ মালেম প্রিন্টস ককচিং, ২ শুবা খুৎনম ১৯৮৯।

তম্ফাজাও, রাই, *ইপুবোককী পাউতাক রাবী*, ইম্ফাল ঃ স্ববাজ প্রিন্তিং প্রেস, অহানবা ফোঙবা ১৯৮২।

তোংব্রা, জি, সি, *চেঙনী খুজাই*, ইম্ফালঃ সোসাইটি থিয়েটর, মণিপুর, অহানবা খুৎনম, ১৯৭২।

দীনমনি, এলাংবম, *ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙহঙ*, ইম্ফাল ঃ অহানবা খুৎনম, ১৯৮১।

দেবী, আর, কে, তম্ফাসনা, *মণিপুরী লোক সাহিত্য*, ইম্ফালঃ অহানবা খুৎনম ১৯৭৪।

দেবী, লোংজম চন্দ্রীকা, "*হাওবা কোনু খোংজোম পর্ব্বঃ বেলেদকী মশক্তা নৈনবা*" এম, ফিল দির্সটেসন, ১৯৮৯ (ফোঙদ্রিবা)।

দেবী, হনজবম প্রেমলতা, "*মণিপুরী (মৈতৈ) খুৎলং ঈশৈ নৈনবা*" এম, ফিল দির্সটেসন, ১৯৯৬ (ফোঙদ্রিবা)।

দেবী, য়ুম্নাম ইবেহায়বী, "*মণিপুরী (মৈতৈ) লেজেন্দ নৈনবা*", পি এইচ, দি থিসিস, ১৯৯৬ (ফোঙদ্রিবা)।

বরমনি, সরাংথেম, *তোনু লাইজিংলেম্বী*, ইম্ফালঃ ২ শুবা খুৎনম, জুন ১৯৬৪।

বরমনি সবাংথেম *মৈতৈ পাউবী রারী*. শিংজমৈঃ সোল প্রেস অহানবা খৎনম. ১৯৯৩।

বিনোদিনী মহারাজকুমারী, *বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী,* ইম্ফালঃ রাজস্টোর, পাওনা বাজার, অহানবা খুৎনম, ১৯৭৬।

বীরমনি, লমাবম, *ৱাককী মচা ৱাক উরোককী মচা উরোক,* ইম্ফালঃ অহানবা খুৎনম, ১৯৮৮।

শর্ম্মা, হঞ্জবম গৌরচন্দ্র, *মৈতৈ খুল্লক ঈশৈ।*

শাস্ত্রী, কালাচাদঁ, *অশম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস,* ইম্ফালঃ ও, কে, স্টোর, মরিশুবা খুৎনম ১৯৭৬।

সনাতোম্বী, এস, "ফোকলোরগী থৌদাংঃ অকুপ্পা মীৎয়েং অমা", *সাহিত্য লৈচল,* ৫/৬ শুবা মশীং ১৯৮৯-১৯৯০ লাঃ ৬৪-৭২।

সনাতোম্বী, এস, "মৈতৈ পাউরৌদা য়ুম্বানলোন অমসুং শেনমিৎলোনগী ৱাখল" *ইমোইনু অমসুং মণিপুরী খুনাই,* ইম্ফালঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, অহানবা খুৎনম ২০০৬, লাঃ ৬৬-৭৭।

সমরেন্দ্র, অরাম্বম, *দশা,* ইম্ফাল ! ইস্টর্ন প্রিন্টিং এন্দ এলাইদ ইন্দস্ট্রিজ, কোনুং লম্পাক, অহানবা খুৎনম ১৯৭৮।

সমরেন্দ্র, অরাম্বম ( ফোং), *অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎকী অপুনবা খোর্জ্জৈ,* (অহানবা শরুক), ইম্ফাল ঃ ভাগ্যবতী কার্যরলয়, চুড়াচান্দ প্রিনটিং ৱার্কস, অহানবা খুৎনম, ১৯৮৭।

"*সাকোক লমলেন*", খুৎইদা লৈরিবা পুয়া লাইরিক, পুয়া থম্বীরিবা, পন্দিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ।

সিংহ, এ, নিপামচা, *মৈতৈগী পাউরৌ পাউতাক অখোম্বা,* ইম্ফালঃ অহানবা খুৎনম, ১৯৮১।

সিংহ ওইনাম তোগেশ্বর, (সম্পা), *তখেল ঙম্বা,* ইম্ফালঃ অহানবা ফোংবা, ১৯৮৬।

সিংহ, কে, ঐচ, য়াইমা, *মীতৈ পাউরৌ ডিকসনারী,* ইম্ফালঃ অহানবা খুৎনম, ১৯৮১।

সিংহ, খ্বাইরাকপম চাউবা, *ছাত্রমচা,* গোবর্নমেন্ট প্রেস মণিপুর, ১৯৬২।

সিংহ, খুলেম চন্দ্রশেখর, (সম্পা), *লোয়য়ম্বা শিনয়েন,* ইম্ফালঃ ডি মণিপুর গীতা প্রেস শিংজমৈ, অহানবা নম্বা ১৯৭৫।

সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, (সম্পা), *থায়নগী শৈরেং,* ইম্ফালঃ রাজ স্টোর, পাওনা বাজার, ১৯৬৬।

সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, (সম্পা), *নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা,* ইম্ফালঃ ভাগ্যবতী কার্য্যালয় চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস, অহানবা খুৎনম, ১৯৬৭।

সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, (সম্পা), *চায়নবোল*, ইম্ফালঃ ভাগ্যবতী কার্য্যলয়, চুড়াচান্দ প্রিন্টিং রার্কস, ১৯৬৮।

সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, *অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস*, (ইম্ফালঃ ডি ভাইন বুক মার্ট, অনীশুবা খুৎনম)।

সিংহ, নিংথৌখোংজম, খেলচন্দ্র (সম্পা.), *রূপবান*, চীংতম প্রেস উরিপোক নাউরেমথোং বাজার, ১৯৯৩।

সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র (য়েংশিনবা), *চোথে থাঙরায় পাখংবা অমসুং নুংপান পোম্পী লুরাউপা*, মণিপুর স্টেট কলা একাদমি, অহানবা ফোংবা, ১৯৮০।

সিংহ, মোইরাংথেম চন্দ্র (সম্পা.), *চরাইরোংবা খুনঙ্গুন*, ইম্ফালঃ মণিপুরী সাহিত্য পারিষদ, অহানবা খুৎনম, ১৯৬৭।

সিংহ, রাজকুমার স্নাহল (সম্পা.), *চিংথংখোম্বা মহারাজ গঙ্গা চৎপা*, ইম্ফালঃ সরস্বতী প্রিন্টিং রার্কস, অহুমশুবা নম্বা ১৯৭২।

সিংহ, লমাবম কমল, *মাধবী*, ইম্ফালঃ গোবর্নমেন্ট প্রেস, নিপালশুবা খুৎনম, ১৯৬৭।

সিংহ, লাইশ্রম বীরেন্দ্রকুমার, "মণিপুরী ফোকশোং" *ঋতু*, দি কলচবেল ফোবম মণিপুব ৬৫/৬৬ শুবা মশীং ১৯৮০।

সিংহ, শানৌজম, অমুবা, *অহল লমন পাউরৌ* (অহানবা, অনীশুবা, অহুমশুবা), ইম্ফালঃ এস, আই, প্রিন্টিং রার্কস, শিংজমৈ সাপম লৈকাই, অহানবা খুৎনম, ১৯৮৫, ১৯৮৬, ১৯৮৭।

সিংহ, য়ুংখাম চন্দ্রশেখর (ফোং), *পানথৈ- পাউরৌ*, ইম্ফাল, অহানবা খুৎনম, ১৯৫৪।

## (খ)
## ইংরাজী

Abrahams, Roger, D. "Proverbs and Proverbial Expressions," in Dorson (de.) *Folklore and Folklife . An Introduction*. Chicago : The University of Chicago Press, 1972 pp. 117-127.

Bascom, William R. "Four Function of Folklore" in Dundes *The Study of Folklore*. (N.J: Prentice-Hall, Inc., Englewood Cliffs, 1965). pp. 279-298.

Bascom, William R. *Contributions to Folkloristics.* Meerut: Archama, publications, (c) 1981.

Bassgóż, İlhan, " Proverb Image, Proverb Message And Social Change", *Journal of Folklore Research.* Vol.(XXX) 2/3, 1993, pp. 127-142.

Burne, Charlatte Sophia, *The Handbook of Folklore.* London: Sidgwick And Jackson, Ltd. (c) 1914.

Brunvand, Jan Harold, *The Study of American Folklore: An Introduction* New York : W.W. Norton and Comp. (c) 1978.

Digh, Linda, "Folk Narrative", in Doron (ed) *Folklore and Folklife: An Introduction*, Chicago: The University of Chicago Press (c) 1972, pp. 53-83.

Dorson, R.M. (ed) *Folklore and Folklife An Introduction.* Chicago: The University of Chicago Press (c) 1972.

Dua, Hans Raj. " Ethnography of proverbs and Folklore," *Folklore* Vol. XVII 3, 1975. pp 300-313.

Dundes, Alan, *The Study of Folklore*, London : prentice Hall, Inc. EngleWood Cliffs, (C) 1965.

Dundes, Alan. *Essays in Folkloristics*, Meerut : Ved Prakash Vatuk Folklore Institute 34/1 Kailash Puri (c), 1978.

Dundes, Alan. *Analytic Essays in Folklore*, The Hague : Mouton publishers, (1975) sec. ed., 1979.

*Encyclopaedia Americana* XXII (c) 1972

*Encyclopaedia Britannica* XVIII (c) 1970

Goswami, Praphulladatta. *Folk Literature of Assam . An Introductory* : Gauhati : Department of Historical and Antiquarian Studies in Assam, (c) 1965.

Handoo J. "Folklore and Folklife · An Introduction" in Soumen Sen (ed.) *Folklore in North East India.* New Delhi : Omsons publication, 1985. pp. 1-16

Jason, Heda. "Proverbs in Society", *Folklore.* Vol. XXVII 9, 1986. pp. 179-186.

Jr. John C. Messenger. "The Role of proverbs in a Nigerian Judicia System" in Dundes *The Study of Folklore*. (N. J. : Prentic Hal Inc. EngleWood Cliffs, 1965) pp. 299-307.

Krappe, Alexander Haggerty. *The Science of Folklore*. (London Metheun, 1930.)

Leach, Maria (ed.). *Standard Dictionary of Folklore Mytholog and Legend*. London : Harper & Row paperback ed., 1984.

*New Standard Encyclopaedia*. Vol. X, 1981.

Oinas, Felix J. "Folk Epic", in R. M. Dorson (ed.) *Folklore and Folklife : An Introduction*. (Chicago : University of Chicago Press 1972) pp. 99-115.

Primrose A.J. *Manipuri Grammar, Vocabulary and Phrase Book (I) To which Are Added some Manipuri Proverbs and specimens of Manipuri Correspondence*. Shillong : The Assam Secretariate Press (c) 1888.

Pettigrew, Rev. W. *Manipuri (Meitei) Grammar with Illustrative sentences*. Allahabad : The Pioneer Press (c) 1912. pp. 91-95.

Singh, Ch. Manihar. *A History of Manipuri Literature*. New Delh : Sahitya Academi, 1996.

Singha, S. Sanatombi. "Aspects of Manipuri Folk Literature" in *Folklore*, Vol. (XXXII) No. 10 Oct. 1991. pp. 177 - 186.

Taylor Archer. "Folklore and the Student of Literature" in Dundes *The Study of Folklore*. (New Jersy : Prentice Hall Inc. Eglewood Cliffs, (1965). pp. 34-43.

Thompson, Stith, *The Folktale*. Berkeley : University of California Press. rpt. 1977.

# ৱাহৈগী য়াওফম

“জেমনৌ সনা চীংনা চিংনা মালেম
লৈমরেন অসিগী অরুম মশে লৈতনবু
পলেম পোকমাবীশা মতিক লাইজা
ইরেন পুঙওরুনা থোইনা লুমথোইরে।
কোর্নৌ নোংমদোন অমাংবো, শবাং
অথাজবু হেয়া পনথৌ শাংমাবনী
মতীঙ অরুবনা থোইনা বাংথোইরবা
মহাক্রে।”

- খল্লাংণা ৱারী অহৈরোন
ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র (সম্পা.)

মালেম পৃথিবীনা লুবক পলেম ইমানা মরুপী,
কোর্নৌ নোংদোননা বাংবরা পল্লো ইশানা মহেক্কি।

- হিজম কাজিসনা দেবী,
কাথিপুর, লংথবান মুক্ত।

